ইমা

(বারীমচা)






অইবা : ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

লৈফম : শিংজমৈ চীংঙা মখোঙ চোংথাম লৈকায়, ইম্ফাল মণিপুর, টেলিফোন ঃ ২৪৪৪৬১১

ফোংজবী : ময়াংলম্বম ওংবী রাজকুমারি থোইবীল্লা দেবী

অহানবা ফোংবা : ১৬/০৭/২০০৬ ইং, ইঙেনগী ২১ নি, নোংমাইজিং

কোপি মশীং : ৬০০ (চাতরুক)

মখুম য়েকপা : আর. কে. থম্বালসনা সিংহ

মমল : লুপা ৭০/-

লাইরিক ফংফম : অইবগী য়ুম, সঙ্গম বুক স্টোর, শিন্দম বুক স্টোর, জগৎ মতা অমসুং রাজেস বুক স্টোর।

প্রুপ রিডর : অইবা



নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

# কচ্চবা

পলেম ইমা অপোকপী।
চৎখ্রেদো নংদি লাইরম্লেন্দা
নুংশিরবা নচা-নশু কয়া তুংওইনরম্লগা।
লোইরেদো ইমা হন্দক মপোকসিমগীদি
ইমা হায়না অমুক কৌজবা ফংলরোইদো।

'দুবুনে ইমা!
চহীগী কুমওন লাকপসিদা
হংলিনে ইশু অবেমচানা ঐঙোন্দা
"ঐখোয়গী অবোক হনুবীদো
ঐবু য়াম্না ৱারৌরমগদ্রা?
ঐনা চাক ইনবদা
মানা য়োৎপা ঙমখিদবদো"!
কয়াদা পুক্লিং নুংশিরবা ৱাহংনো?
খুম্নবোইদো ৱাহংসিগী পাওখুমদো
ইমানা অমুক লাক্কুনা।

অশিবা মচা ওইবনা
লাক্কদবনিনে ইমা ঐখোয়সু
নহাক্কী নতুং ইন্দুনা
অহান-অকোনগী ৱাতনি।

কচ্চবি ইমাগী খুয়া-খাদা
নচাগী তরেৎশুবা ৱারীমচাগী লাইরিক
"ইমা" হায়না মিংথোনজবসে
লৌবিয়ুকো লৎনবা নৈতনা।।

# ঐঙোন্দা ফাওরকপা

'ইমা' ময়াংলম্বম কান্দেশকী অনৌবা খুদোন্নি। তোঙান-তোঙানবা মহাউগী ৱারীমচা কুন্নীপানখক মসিদা য়াওবি। তানীংবা পোকহনবা ঙম্বা ৱারী লীবগী হৈনবী অমদি মসিদা হৈ-শিংবা মশক অমা কান্দেশতা লৈ হায়বসি মহাক্কী মমাঙদা পুথোকখ্রবা লাইরিকশিংনা প্রমান তৌখ্রবনি। ৱারীসি খরা শাংলপ, কোয়থোক্লা লীবগী হৈনবী অমা মঙোন্দা লৈ। মদুগী মহৈনি মঙোন্দগী উপন্যাস অহুম 'বোমোনি', 'পুকচেল', অমদি 'শম্বল' থোকখিবা। অপাবশিংনা পান্না অমদি খোয়দানা পানরমগনি। অইবসি খুৎমারকপদি ৱারীমচাদনি। লম্বীসিদা অমুক হল্লকপনি। ৱারীমচাগী লাইরিক অহুম 'অরোইবা বিচার', 'কৎথোক্লবী' অমসুং 'খোঙ্গুলদা তাকব্বী' পুথোকখ্রবা মতুংদা ৱারীমচাগী মবিশুবা খুদোন ওইনা অপাবশিংদা খুদোন তল্লকপনি 'ইমা'।

হন্দক্কী খুদোনসিদা য়াওরিবা ৱারীমচা কুন্নীপানসি সমাজ অমদি পুন্সিগী শক্লোন খরদা য়ুম্ফম ওইবনি। সমাজগী মফমদা অইবগী পেন্দবা খবা লৈ। মদু ৱারীমচাশিংসিদা ইঙ্গিৎনা অমদি ফোংনা ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। অদুবু ৱাকৎ অমা ওইনা থাঙ্গৎপদি তৌদে। অযাম্বা ৱারীমচাশিংদা রোমান্টিক ওইবা ঈশুল অমা ইরোয়দা লোয়নবসু থেংনৈ। কেরেক্তর অমগী লমচৎ মপুং ওইনা শেমগৎনবা হোৎনবগী মহুত্তা খঙহন্নীংলিবা অমদি হায়নীংলিবা ৱাফমদা হেন্না শাফু পী। মসিমক অইবসিগী পামজবা অমদি হৈনজবা ওইনা উই। অয়াম্বা ৱারীমচাশিং পাবদা নুংঙাই। ফজবা ৱারীমচাশিং য়াওই, নুংঙাইবসু য়াওই, নুংশিবা পোকপসু য়াওই। 'খুঙ্গংগী ডাক্তর', 'তোর্ব্বান্না কিরবা ঈচেল', 'ভারাগী য়ুম', 'তেলঙ্গা', 'অকাউবা', 'মাদি চৎখিবমলে', 'ইমা' অসিনচিংবা ৱারীমচাশিং ফজে। 'স্কুল ইউনিফোর্ম', 'ঐসে নংগীনি', 'মসিবু ঐগী ইরাল্লা' হায়বনচিংবা নুংশিবা পোকপা ৱারীমচাশিংনি। 'নুপী য়েংবা' অমদি 'পান্দম ফংনদবা' হায়বা পাবা লোইরকপদা নুংঙাইবা পোকপা ৱারীমচাশিংসু য়াওরি।

মাহৈগী ইকোনোমিগী মতাংদদি খরা কোম্লপ থাবগুম তৌই। ইকোনোমী ওইরোইদবা মতাংদা ওইখিবসু য়াওদবা নত্তে। টেকনীকী মতাংদা খরা খম্নহল্লীংগি। অদুবু কান্দেশকী মারীমচাশিং মারীমচাদি ওইরে। পাবা য়াবা কয়া য়াওরে। অপাবশিংনা পুক্লীং চঙনা পাবিরগা অইববু পুক্লীং থৌগৎপিফম থোকই।

আই এস কাঙজম

তাং ৬/৭/২০০৬ প্রসিদেন্ট

শগোলশেন, কাংলেন নুমিৎ রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

# অইবগী ৱারোল

ৱারীমচা করম্না ইগদগে, উপন্যাস করম্না ইগদগে হায়বগী ৱাখল থোইনা খল্লুবা' লৈতনা ইনীংবগী ইফুৎ অসিনা অতৎ-অখম লৈতনা অসুম চেষ্টরকপদগী উপন্যাস অমদি ৱারীমচাগী লাইরিক তরুক ফোঙথ্রবগী তুংসিদা হন্দক অমুক তরেৎশুবা লাইরিক ওইনা 'ইমা' হায়না মিংথোনজবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসি থৌরাংজবনি। জগৎ সংসারসিদা মীওইনা পোক্লবদি মমা অমদি শোয়দনা লৈগনি। অফাওবা লাই ওইখ্রবা মীওই কয়াগীসু মমা অমমম লোইনা লৈখিবা ঙাক্তনি। অফবা মমাশিংতনা অফবা মচা শেমখি, শেমলি অমদি শেমগদবনি হায়বসিদা থোইনা লানগনি নীংদে। হিন্দুশিংনা জগৎকী মপু ওইনা লাৎনরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগীসু মমা লৈখি। মমানা মচাগীদমক ৱাজবা হায়বসে ঐখোয় মীওইবখক্তীদা নত্তে। যশবীনা যন্নাওগী ৱাজবা অমদি য়েনবীনা য়েন্নাওগী ৱাজবা পুন্নমক প্রমান নত্তে অচুম্বনি। অসুক ৱানা মিৎকুপ অমত্তা পোৎথাবা ফংদনা য়োকচরকপা মচাদুনদি মমাগীদমক করি হেন্নবু তৌবীবা ঙম্বগে?

মপোক ফরকপা, মমাওইবীগী লাইনীংদগী লাইগী বর অমমমগা লোইনদুনা পোকখিবা মহাভারতকী পান্দব মঙাদি মমানা পাঙথোকউ হায়বা থৌদাং খুদিংমক লোইনা পাঙথোকপা ঙম্বগী থৌনা লৈখি। আর্জুন্না সর্গগী অপ্সরাবতি লৈকোলদা শাৎপা সনাগী লৈহাউ লীশীং অমা মাগী তেন্না হেক্লুরগা মমাগী মখুত্তা শিন্নখি। অমুকসু কর্ণনা মমা কুন্তিগী মফমদা মমানা নিরকপা পোকপদগী শাগোন্নরক্লবা কবচ কুণ্ডল শেৎতোক্লগা মমাদা পীখি। অদুবু পাণ্ডবা ঐনদি ঐবু পোকপী থেঙখাঙ কয়াদা মিৎলুগী পিরাংতগা লোয়নদুনা কপ্লতনা নুংঙাইজবা ওইদুনা লেঞ্জরকখিবী, হৌখিবা চহীগী জুনগী তাং ১৪দা সংসার থাদোকখ্রবী পলেম অপোকপীগীদমক্তদি করিসু তৌবা ঙমখিদে। ঐনা তৌজখিবা হায়ববু ঐগী ফোঙজখিবা লাইরিকশিংদু ফোঙগদবা নুমিত্তা ইমাগী চরন্দা অমুক-অমুক খুরুমজখি। ইমানা কোক্তা নাল্লগা বর পীবীখিবা অদু মচা ঐনা কাউবা ঙমজদে। ঙসিদি ইমানা সংসার থাদোকখ্রবনিনা

ইমাগী চরনসু থিবা ফংলেরোই। অদুনদি ইমা হায়না মিংথোঞ্জবা বারীমচাগী লাইরিক অমা ইরগা ইমাগী মফমদা শ্রধাঞ্জলি কচ্চবা ওইজগে। লাহোকচরিবা লাইরিক মচাসিদা য়াওরিবা বারীমচাশিংসিনা অপাবশিংগী পুক্লিংদা মিৎকুপ অমত্তংগী মতম কাইথোকহনবা ঙমজরগদি ঐগী ইমাগী চরন্দা কচ্চরিবা লাইরিকসি মায় পাক্লে হায়না খঞ্জগনি।

অরোইবদা থমজনীংবা বাফমদি লাইরিক অসিগী বামাং য়ানবগী বারোল খরদং ইবীনবা হায়জরম্বদা হয়াও-হয়াও য়াবীরকখিবা ইকাইখুম্নজরিবা ওজা ইবুংঙো প্রো: আই এস কাংজম্বু হায়নীংঙাই লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। মথংদা মমাঙদা তৌবীখিবগুম বারী মচাশিংসি খুৎই ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা ঐগী ইনাও বীরেন হৈথম্বা এ: আই: আর ইম্ফালগী শৈরেংবা অসিনা পাবীরগা শেমদোক-শাদোকপা কয়াদা মতেং চাউনা পাংবীখি। ইনাওগী লমন পুন্সিগী ওইনা তোনশিঞ্জরবনি। অদুগা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী মেনেজর ইনাও ইবুংঙো তাওরেম মঙ্গি, কক্‌চিংতাবম জয়প্রকাশ অমদি লাইরিক অসিবু লাইরিক অমা ওইহন্নবা হোৎনবদা মতেং পাংবীরকখিবা প্রেশকী মীপুম খুদিংমকপুসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। বনাল লানবা, অশোই-অঙাম য়াওরম্বা খুদিংমক তোল্লবনি খন্না ঙাকপীগনি।

ইম্ফাল<br>তাং ৭/৭/২০০৬

অদোমগী<br>ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

# য়াওফম তাকপা

# খুঙ্গংগী ডাক্তর

থাংমৈবন্দগী দোরেন বেঙ্গলরগী নিমহানসতা এমদি তম্বা লোইরগা ডাক্তরগী ওজা ওইদুনা মফমদুদা থবক তৌবা হৌরে। নোংমা মাবু পোকপা মপাবুং তাঙাং গোপেশ্বরনা মাগী নুপী সনাতোম্বীদা মচানুপা দোরেনগী মমৌ থিননবা ৱা হৌদোরকই। মখোয় অনী তান্নবদা মচানুপাগী মৌসি ডাক্তর লোইরবী নৎত্রগা কলেজ ওজা ওইবীগুম্বা য়েংসি খন্নে। সনাতোম্বী স্কুলগী ওজা ওইবনিনা মাগা ওজা ওইমিন্নবী মমান্নবীশিংদা স্কুল হাপ থাবা মতমদা মচানুপাগী মমৌ থিবগী ৱা হৌদোরকই। মানা ৱাফমদু হৌদোক্লুবদা ওজা নুপী খরা মনাক্তা চংশিল্লক্রে।

ওজা ফজবীনা মখোয়গী মরী-মতাগী ইমুংদা ডাক্তরদা এমদি লোইরবী মমিংনা ডা: শান্তি কৌবী মবুংসু ডাক্তর ওইবা, ইনাক-কৈরাকসু য়াম্না খুনবা অমা লৈরে হায়।

ওজা লোইদাংনা মাগী মচেগী মচা বী এস সি নর্সিং লোইদুনা রিমসতা থবক চংবা চহীমুক ফারবী গীতাঞ্জলিগী মরমদা সনাতোম্বীদা তম্মী।

ওজা মেমচানা মরোল অমা মতৈগী মচা কলেজ ওজা ওইবী বীনারানীগী মরমদা তস্লি।

সনাতোম্বী লৈশাবী অহুমদুগী মমিং, য়ুম্নাক, লৈকায় লোইনা চে অমদা ইরগা মাগী বেগতা হাপচিনখ্রে।

সনাতোম্বী মনাও নুপাগী নুপী দেবলাগা লোইননা লৈশাবীশিংদুগী মশক-মতৌ, অমদি য়ুমলৈ-কৈরৈ লোইনা ময়ুম-ময়ুমদা চত্তুনা য়েংলুরে। মাগী ৱাখলদা মৌ থিবসি য়াম্না লায়বা অমদি ওইরমদ্রে হায়বা চপ-চানা খগুলে।

ডাক্তর শান্তি ইনাক-কৈরাক খুল্লবসু, অউনপোৎ য়াম্না উল্লক্কদবা লৈরবসু মাগী তৌহৌরিবা মওং, কাহৌরিবা অচাউরমদুনা মনেম-মকু অমদি মপুরোইবগী সেবাদি তৌররোই হায়বসি খঙলে।

কলেজ ওজা ওইবী বীনারানীগী নুপা শমকক, মী নেক্লগা চা পুথোরকখিবা মতৌদুনদি মনেম-মকু সেবাদি তৌররোই খল্লি। পুন্নমক্তু মুন্না নৈনদুনা য়েংলুরগা নর্স ওইবী গীতাঞ্জলিগী মশক-মতৌ, ইং-তপচবা, মশন্না মরোল অমা ফরিবা, মানা পুথোরকপা চা থক্লকপদুদা সনাতোম্বীগী পুক্লিংদা পেঞ্জবা অমদি পোকখিবনি। অদুবু মতমগী অমদি সমাজগী চৎনবীদি গীতাঞ্জলিগী শিনফমদদি খরা হৃষ্টবনিনা মীনা হংনরকপদা নর্সনি হেক হায়গদৌরি। মসি পুন্নমকসি খল্লুরগা মচা থোরক্লগা মশানা অপাম্বা অমা য়েংজরগা ৱারেপ লৌজরসনু খল্লকই।

মমা পাবুংগী য়াথং ইন্দুনা ডাক্তর দোরেন য়ুমদা থোরক্লে। মমানা মানা হান্না চৎতুনা য়েংলুরবা লৈশাবীশিংদুগী মরমদা শুগাইনা মচাদা তমদুনা তাহল্লে। অদুগী তুংদা লৈশাবীশিংদুগী মিং, মপাগী মিং, য়ুম্নাক অমদি লৈকায়নচিংবা ইবা চেদ্ মমানা মচাদা শিন্নরে। দোরেন্না খল্লি, — "নুপী থিবা হায়বসি চাংয়েং তৌবগা য়েংবা য়াবা থবক নত্তে, য়াম্না লুবা মতাং অমনি। অদুনা পুল্সি চুপ্পা লৈমিন্নগদবা নুপী অমগী মনুংগী হৈনবী, শাজৎ খরমখৈদি হান্না খঙদোকপা চুমগনি।" ৱাফমসি থবক ওইনা পাংথোক্লবগীদমক মহাক লৈশাবীশিংদুগী য়ুমদা কনা খঙহন্দনা অহীং অনম্মদি তঙাই-ফদনা লৈরুরগে হায়না পুক্লিংদা লেপ্লে। মমা-পাবুংদা মোরেদা নুমিৎ হুন্নিদং চৎলগা মাগী লৈখিদ্রবা মরুপ ডাক্তর কান্তগী মমা-বাবাগা উনরুগে হায়কই। মমা-পাবুংনসু চৎলুচো হায়বদুদা ডাক্তর দোরেন মাগী ব্রিফ কেশ পুরগা য়ুমদগী মোবে চৎপগী মওংদা থোক্লকই।

দোরেন মোবেদি চত্তনা ডাক্তর শান্তিখোয়গী য়ুমদা সন্ধ্যাগী মতমদা চংলকই। য়ুম-কৈ, ৱাংলবা দলাল, গেৎ, লৈরিবা কার লোইনমক উবদা মবুক্তা খল্লি, — "অউনপোত্তি য়ামগদবা ইমুংনি।" অসুম চংলকপনা শুমাংদা লেপ্লরে। খুঙ্গংদগী মপান্দা লাইরিক তল্লুবা শারগা য়ুমদা থোক্লকপগী মওংনি। ইম্নুংদগী ডাক্তর শান্তিবু পোকপা অহল থোরকই।

দোরেন — "পাবুং! ঐ য়ুম অমখক থিজরকপনি, ঐখোয়গী বাবাগা থায়না মরুপ শান্নবনি হায়, লৈকায়সিদা লৈবনি, ইনাকসু খুল্লি হায়, মমিংদু গোপাল হায়বনি,

য়ুম্নাক্তি নীংশিংবো ঙমজদ্রে; ঐ মপান্দগী হৌজিক্তা থুংলবনি; য়ুমদা হনবসু ফরক অমা তারে; ঙসি অহীংসিমত্তং য়ুমসিদা লেকচগে ? হয়েং নোং হেক ঙানবগা য়ুমদা চৎচখিগে ?"

অহন্দুনা, — "মতমগা ফত্তবসিদা হোটেল অমদা লৈরব্না ফরোইদ্রনে ইবুংঙো ? ঐখোয়গীসিদি কা অহাংবা, ফমুং অরেম্বসু লৈতে, করম তৌশিগে ?"

— "হৌজিক হোটেল থিরবসু খরা লাপ্লবনিনা; অদুগী মথক্তা নচা শেন-থুমসু মরাং কায়দবদুদা হায়জবনি।"

অহল, — "চাক-ঈশিংনা কমদৌবা তাবা ?"

— "পাবুং ! নচা চাক্তি চাজরক্লে, চাদ্রবসু য়ারনি।"

অহন্দুগী মপুক্লিংদা য়ানীংদ-য়ানীংদা য়াবদা তারে।

ডাক্তর শান্তি ইমুংদগী মপান্দা ঙাংনরিবদু তারদুনা শোঙ্গাংনবা ৱাহৈনা, — "কনানো সন্ধ্যাসিদা মীগী য়ুমদা অনম য়াম্না কন্না ঙাংলরিবসিবো ?" অসি হায়রগা মপাল থোবকই।

শান্তি, — "শোম্বু করি লৈকায়দগীনো ?"

— "ঐ মোরে রোমদগীনি।"

— "কদাইদা চৎলুবা ? ব্রিফ কেশকাদি মমল য়াম্বা পুইকো ! অরোনবা করবার তৌবকাদি নত্তেকো !"

— "ঐ এম এসসি জুলোজি তমজবনি, বেঙ্গলরদগী থোকচরকপনি।"

— "মেত্রিক পরিক্ষাদি শোক কয়াদা পাশ তৌবা ?"

— "ঐ ১৯৯০ দা পাশ তৌজবনি।"

— "অদুদি ঐনা চহী অনী হাল্লে, ইচে কৌবা তারেনে ! নং ঐগী মিংদি হান্না তাখ্রবা ! ডাক্তর শান্তি, আই স্পিসিয়েলিস্ট, জে এন হোসপিটালদা পুরিবা !"

— "তাজদ্রি ইচে ! ঐদি মণিপুরদা কুইনা লৈজদবদুদা তাজদবনি।"

— "অদু ঙসিদগী খঙখ্রো - সে ! সি ঐগী কার্দনি।" কার্দ অমা শৎলগা দোবেন্দা পী।

শান্তি, — "তা চাউবা, তা চাউবা! ইবুংঙোসি নংগী কাদা খরা লৈমিন্নরো" য়ারনি ঐখোয় তাচাউবগা চংমিন্নরো!"

ইমুংদু ডাক্তর অনী লৈবনি। দোরেনবু থবক শুবা চাউবনা ইমুংদা মানা লৈবা কাদুদা পুশিল্লগা চংমিন্নখ্রে। অহীংদুদা ডাক্তর দোরেন্না ডাক্তর শান্তিগী অকুপ্পা ৱারী ময়াম অমা থবক শুবা চাউবদগী হংদুনা খঙদোক্লে।

নোংঙাল্লে, দোরেন অয়ুক ওন্থ্রা হৌগৎলগা মচিন-ময়া শেংবা লোইরগা ডাক্তর শান্তিগী মশক অমুক্তংগা হন্না য়েংখিগে খল্লি। অয়ুক্কী পুং তরুকমখায়দা ডাক্তর শান্তি হৌগৎলক্লে। স্লিপিং গাউন অমা শেৎলগা হৌগৎলক্লগা মচিন শেংলিঙৈদা দোরেন্না থোংনাওদগী মাগী মশক্তু মুন্না য়েংই। মাগী শকফমদুসু দোরেনগী অপাম্বগী ৱাংমদা লৈরে। ওরাং মানা সন্ধ্যাদা থুংলবদগী থেংনরক্লিবা ময়ামসিনা দোরেন্না ডাক্তর শান্তিবু রিজেক্ট তৌরে। দোরেন চৎলমদাইদা মাগা লৈমিন্নবা চাউবদা চিঠি অমখক ইরগা ডাক্তর শান্তিগী মফমদা পীবীয়ু হায়না শিন্নরম্মী। মফি মরোল শেৎচিনবা লোইরগা চা কপ অমা ফাওবা থকখো হায়রক্তবা ইমুংদুদগী মাগী ব্রিফ কেশ পায়রগা থোকখিবদু ডাক্তর শান্তি য়েংদুনা লৈহৌই। থোঙ্গাল ময়াদা লেপ্তুনা লৈরম্বা ইমুংগী অহলদুদা — "পাবুং! পাবুংনা নুংশিবীদুনা অহীং অমা লেকপা য়াহনবীবগীদমক থাগৎচরি! নচা অমুক চৎচরগে।" অসি হায়রম্লগা দোরেন অদুম চৎখ্রে। দোরেন চৎখ্রবা তুংদা থবক শুবা চাউবনা ডাক্তর শান্তিদা চিঠিদু পীরম্মী। ডাক্তর শান্তি চিঠিদু হাংদোক্লগা পাবা হৌরম্মী।

ডাক্তর!

ঐগী ইমিং দোরেন কৌই, থাংমৈবন্দগীনি; ঐবু ঐখোযগী ইমানা ডাক্তরবু মমৌ ওইনবা য়েংলুচো হায়বগীদমক য়েংবা লাকচরম্বনি; ঐ ডাক্তরবু উজরে অমদি ৱারী শানজরে অদুগা ইমুংগী পাবুংগসু উনজবদা হায়নিঙাই লৈতনা নুংঙাইজরে। অহীং অমা ডাক্তরগী য়ুমদা লৈজবা ফংবসিমুক পেনবা অমা পুন্সিসিদা থেংনজরক্রি। ডাক্তর অমা ওইনা পুন্সিদা মঙ্গল ওইবীরক্কনি থাজে।

অদোমগী খুঙ্গংগী মীওই অমা।

ডাক্তর শান্তি চিঠিদু পারুবদা মাগী নাপনগী ৱাখল লোইনমক মমু তেকপগুম তৌহৌখি।

ডাক্তর দোরেন নুংথিলগী মতমদু হোটেল অমদা চংদুনা লেল্লুরগা ঙরাংগী সন্ধ্যাগী মতমদুদা অমুক থোরক্তুনা কলেজ ওঝা বীনারানীখোয়গী য়ুম অমুক থিরগা চংলক্লে। মতমদু বীনারানী য়ুমদা হল্লক্লমদ্রি। মনাও নুপী থোরক্লগা,

— "করি তাকপীগদবনো" হংই।

দোরেন — "মেম্মা! ইবুং গাড়ী ফরক তাহৌবদগী য়ুমদা চৎপসু নংহৌদ্রে, পৈশাসু কয়া খুদোংচাদ্রে, মপান্দগী থোকচরকপনি; য়ারগদি ঙসি অহীংসিমত্তা নখোয়গীসিদা লেকচগে হায়ববু য়াবীরোইদ্রা ?"

— "মাঙ্গোলদা কাখৎপীরকউ; চৌক্রিসিদা ফম্বীয়ু। অহনসু লাক্লনি, ঐ লাইগী ধুপ অমুক্তা থাজখিগে ?"

দোরেন মাঙ্গোলদা কাখৎলগা ফম্বদা ঙাইরি। থোঙ্গালদা মোটোরসাইকল মখোল অমা তায়। মোটোরসাইকল থৌবদুনা,

— "বাই! হয়েং পুং ১০ দা ঙসাইগী মফমদুদা উনরসি!"

বীনারানী সারি অমা শেৎলি, লেংবান্দা বেগ অমা য়াল্লি, মশমদু বোইকৎনি। মাঙ্গোলদা মী অমা ফল্লিবদু করিমত্তা কোইদনা খোঙউপকা করিগা দারিদা কাখৎলগা ইমুংদা চংখি। মনাও নুপীনা দোরেন্দা ফি হোংদোক্লবা পুথোক্তুনা পী।

— "তামো ফি হোংদোকসি!"

ইমুংদগী বীনারানীনা, — "কনানো কদাইদগীনোসু খঙদবা মী অমবু হেক্তা ইমুংদা পুসিল্লগা লৈহনগনি খল্লিবা নখোয়সে ..... ?" মনাও নুপীনা মরক থৎনা,

— "মী তাখিবা তারে, ইচেসিমা খরা তপ্পা ঙাংউ।"

— "তানবা হায়রিবনি ভাব তানবা তাকপসে ওজা ঐখোয়গী ইথৌনি।" ঙাইহাক্তং লৈরগা বীনারানী মফি হোংদোক্লগা মপান থোরকই।

— "শোম্বু করি লৈকায়দৈনো ?"

— "ঐ মোরেরোমদগীনি।"

— "করি লমদগী লাকপনো ?"

— "বেঙ্গলরদগী থোকচরকপনি।"

— "বেঙ্গলরদা করি তম্লুবা ?"

— "ঐ এম এস সি জুলোজি তমজবনি; পরিক্ষা লোইরগা থোকচরকপনি।"

— "হৌজিক্কান্দবু জুলোজিদি কনানা হায়বদগী লৌরুরিবা?"

— "ঐনা সুম পামজবদগী তমজরুবনি।"

— "জুলোজি তম্বা কোকথোং অমা থবক ফংদদুনা লৈরিবা ময়ামসে উবদা মিংপু নারে। ঐনা জিওগ্রাফিগী ওজা ওইবসিদা জিওগ্রাফি লৌজরম্লবদি হায়বা মী ময়াম অমা লৈরিবনি।"

— "অদু ওজা নোং-ফাদোক মোরেনদকা কলেজগী এক্সকর্সনগুম্বা লাকপীরবদি ঐখোয়গীদা শোয়দনা চংবীরকউ। ঐ সেবা তৌজগে?"

— "মোবেদদি চৎনীংদেদা! গোম্বা ফাওবা চৎপা তন্দুনা চৎত্রবসিদা! শোমগী ওসি নুমিদাংগী চাক্তি কমদৌবা?"

— "ঐ চাক্তি চাজররোই, তুমফম জগা অমত্তং ফংলবদি য়াজরে; নোং হেক ওানকগা চৎচখিগে?"

— "ফরে, ফরে, ঐখোয় বীজয়গী কাদা বীজয়গা পুন্না তুমহল্লো!"

দোরেন অহীংদু চাক চাদনা বীনারানীগী মৌপ্পা বীজয়গা বীজয়গী ফমুংদা পুন্না তুম্মিন্নখি। দোরেন্না বীজয়দা মচে বীনারানীগী মরমদা বা খরা হৌদোরকই। বীজয়সু করিসু চিংনদনা মচেগী মরমদা অখওবা মখৈ তম্মী। "বীনারানীবু নহান ডাক্তর অমগী য়েংবা লাক্রম্মী, অদুবু মাদি অতোপ্পা নুপা অমগা কন্না মরী লৈনবি, মমাখোয়নদি ডাক্তরদুবু পাম্বা মাল্লি।" দোরেন অথেংবদা চিঠি অমা বীনারানীদা পীরমগে খন্না ইরগা থম্মী। নোং ওাল্লকপদা দোরেন চিঠিদু বীজয়দা পীরগা মচেদা খরা পীবীয়ু হায়রম্মী। মাদি মী হৌনদ্রিঙেদা বীজয়দা চৎলগে হায়রম্লগা অদুম থোকখ্রে।

বীজয়না মচেদা চিঠিদু পীবা মতমদা মখোয়গীদা অহীং লেক্রম্বা নুপাদু ডাক্তব দোরেন্নী হায়বা খঙখি। বীনারানী মাগী কা হেন্না থোইচৎনবা মতৌ অমা দোবেনগী মফমদা উৎখিবদুদা তুংদা চিঠিদুদা য়েংলগা য়াম্না ইকায়রকখি। দোরেনগী মফমদা মমায় উৎপা ওম্নরোই খনখি।

মথংগী নুমিৎ অমুক লাকপসিদা দোরেন ঙরাংগুন্না সন্ধ্যা মতমদা গীতাঞ্জলিখোয়গী য়ুম থিরগা চংলকই। থোঙ্গালদু গেৎ পীকতকতৌবা অমা পাল্লি। থোঙ্গালদু হাংলগা চংলকপগা নীংথিজরবা পুখ্রিমচা অমসু উরে। পুখ্রিদুগী অকোয়বদা লৈ-শু নীংথিনা থারি। মচু-মচুগী লৈশিং ফজনা শাৎলি। লৈশিংদুগী অশংবা মনা অমদি শাৎলিবা লৈশিংদু উবদা দোরেন্না খল্লি, — "লৈশিংসিদি নীংথিনা শাৎলেদা! মসিবু শেন্নবা মরম-ওকপা মী অমদি ইমুংসিদা শোয়দনা লৈরম্বা তারে, কনা ওইরিগবা?" পীকতক তৌনা নীংথিরবা য়ুমদুগী অকোয়বদসু গল্লাশিংদা লৈ নীংথিনা হৌরি। শুমাংদুসু ফজনা নাল্লি, তুলশিবুংদা হৌরিবা তুলশি পাম্বীদুসু মনা ফজনা পুংই। লু-নানবা ইমুং খল্লগা মনা পীবা তারবদি মখোয়গী ইমুংসিসু অমদি শোয়দনা ওইগনি।

দোরেন নীংথিবা ময়ামদু কোয়না য়েংলম্বদগী ইমুংলোমদা ওনশিল্লগা, — "ইমুংসিবু কনা-কনা লৈবীবগে?"

গীতাঞ্জলি থোক্লকই, — "করি তাকপীগদবা?"

দোরেন মিকুপ্তুদা খল্লুই, — "মহাকসিবু ওইরমগদ্রা, শকসিদি ওঙ্গোক্লা লুন্না উইদা, মশমসিনা মরোল অমা ফরিবা।"

— "আ মেম্মা! অহল লৈবীদব্রা? ঐ ঙসিসি খুদোং অমা চাদবদগী চংজরকপনি।"

— "করি করম্বা খুদোংচাদবা য়াওরবগে, ঐনা পাংবা ঙম্বা ওইরবদি পাংজগে?"

— "ঐ ইচলগী বাইহেসি তাবদা পেল্লে, ঐ অথাপ্পা খুঙ্গংদগীনি, মপান্দা লাইরিক তমজবনি, অদুদা ....?"

— "হেক্তা তাকপীয়ু তামো! করিমত্তা হঙ্গোইবীগনু!"

— "ঐ ঙসি অহীংসিমত্তা ইচলখোয়গীসিদা লেকচগে? গাড়ীসু ফংহৌদ্রবা, শেন-থুমসু কয়া খুদোং চাদ্রবা! হয়েং নোং হেক ঙানবগা চৎচখিগে? অতোপ্পা ইমুং অমদসু চংজরুরে অদুবু য়ীবীরক্তে।"

— "য়ানি তামো মাঙ্গোলদা লেংখৎপীরকউ! খোঙউপকা লৌথোকপীকনু।"

দোরেন খোঙউপ লৌথোক্লগা দারিদা কাখৎলকই। গীতাঞ্জলিনা তামো ঐ পায়জগে হায়রগা দোরেনগী খুত্তগী ব্রিফ কেশতু লৌই।

— "তামো। মপান্দগী লাকপীবা ওইরবদি য়াম্না ৱারমদৌ মাল্লি; চৌক্রিসিদা ঙাইহাক্তা ফম্বীয়ু, ঐ ফি হোৎনবা লৌথোকচরুগে?" গীতাঞ্জলি দোরেনগী হোংদোম্নবা খুঁদে অহনবা অমা লৌথোক্রুরগা পী।

দোরেন, — "ইচম্না পাংবাদা ৱাবীরে।"

— "সিবু বাবা কৌব্রনে, অতিথি সেবা তৌজগে ঙাইজরিবনি।"

— "বা! ইচনগী থম্মোইসিদি হাইফেৎ ৱাংইকো!"

— "তামো! ঙাইহাক্তা ফম্বীয়ু! ঐ লাইগী থুপ-থাওমৈ অমুক্তা থাদোকচগে, ইমা-বাবাসু লাক্রনি, শোরাৎ অমা চৎখিবনি।"

দোরেন গীতাঞ্জলিনা পীরম্বা খুঁদেদু হোংদোকই।

শোমদা গীতাঞ্জলি লাইগী থুপ-থাওমৈ থাবা লোইশিন্নক্রে। দারী মখাদগী দোরেনগী খোঙউপ্পু পায়রগা পুশিন্নকই।

— "য়ানি মেম্মা! ঐ তৌজগে! করিগীনো ইচম্না ঐগী খোঙউপকা পায়বীরুরিবা? ঐদি ওম্ব্লোক্লা ইকায়জরে।"

— "তামো! ব্রিফ কেশসি ইমুংদা পুশিন্নগে? অরুবা পোৎ য়াওবীব্রা?"

— "য়াওদে, য়ানিদা ঐ অদুম পুশিঞ্জগে?"

গীতাঞ্জলি ব্রিফ কেশকা খোঙউপকা পুশিন্নগা ইমুংদা চংখ্রে।

ঙাইহাক কান্নরগা গীতাঞ্জলি চা কপ অমা পুরক্লুনা পীরকা "অমো লমশাং লাকপগী ৱারম্ননি, চা থকসি!"

দোরেন গীতাঞ্জলিনা পীবা চাদু পুক্লিং নুংঙাইনা থকই। গীতাঞ্জলি ইমুং চংলগা হেঙ্গর অনী পুরগা অমুক থোরকই।

— "তামোগী ফিসে ইমুংদা পুশিঞ্জরগে?" অসি হায়না ফুরিৎকা খোঙগ্রাওগদু হেঙ্গরদা য়াম্লগা পুশিন্নগা চংখি।

অমুক থোরক্লগা, — "তামো! বাথরুমদা ঈরু-লুজরগা ঙাইহাক পোৎথানবা তৌবীব্রো?"

থোঙ্গালদগী মাধব, খোমদোনবী অমদি মচানুপী অতোম্বী গীতমালাগা শোরাৎ চল্লুবদগী হল্লকই।

মাধব, — "মখোয়গী পালাদুনা পৈশা থারিমখে শুম শকপদুদা থেংলিবনি" হায়।

মাঙ্গোলদা মীনৌ অমা ফমদুনা লৈবদু লাক্লিবা কাংবুদুনা উরে।

মাধব, — "ইবুংঙোবু?"

দোরেন্না খুমগে তৌরিঙৈদা মচানুপী গীতাঞ্জলি ইমুংদগী থুনা থোরক্লগা — "বাবা! তামোসে গাড়ী নংহৌদ্রে হায় অদুদা অতোপ্পা ইমুংদসু চংলুরক্কজাৎনি কনামত্তনা লৈগে য়ারক্রবদা ঐখোয়গীসিদা চংলকপনি।"

মাধব, — "ইচাশা! ঙসি নোংমখক খুদোং চাদবগী থুংলবা মীবু মীরাইবা হৌনদে, অতিথি সেবা নীংথিনা তৌসি! ইবেম্মা! ইপাগী ফি হোংদোক্লবা পুথোরকউ! ইপা ফি হোংদোক্লগা ঙা মচা অমত্তং লৈরুগে, নবুংবু পীজসি!"

দোরেন, — "পাবুং নচাগীদমক্তদি করিমত্তা লাংবীদ্রবসু য়ারে, ঐ চাকসু থোইনা লামজদে।"

— "অদুবু হেক্তা য়াব্রনে ইবুংঙো! ইবেম্মা! ইপাদা খাউ অমা অদুক পুথোরকউ।" গীতাঞ্জলি মাগী বাবাদা খাউ পুথোরক্লনা পীররে। মাধব মফি হোংদোকপা লৌইরগা খাউদু পায়রগা, — "ইবুংঙো করিমত্তা কোইরুগনু, নয়ুন্নি খল্লগা লৈয়ু! ইপা ঙা মচা অমত্তা অদুক য়েংঙুগে?"

গীতাঞ্জলি, — "তামো! ঐ বাথরুম তাকচগে, বাথরুমলোমদা চংলসি।"

দোরেন, — "অদু, ঐসু ইচনবু নোংমা ঐখোয়গীদা পুরগা ঐগী ইচন্নুপীগা ইমা-পাবুং লোইনা শক খঙনহন্দুনা সেবা তৌবা হায়বদুনি।" অসি হায়রল্লগা দোরেন বাথরুমদা ঈরু-লুজবা চংখ্রে।

শোমদা গীতাঞ্জলি দোরেন্না লৈনবা কা অমা নীংথিনা শেংদোক্লনা মোমপাক ফিদক, মোনখুম অহনবঙাক্তা শিল্লগা থম্লে। দোরেন ঈরুজবা লোইরগা শেমদুনা থল্লিবা ফমুংদুদা পোংথাখ্রে। গীতাঞ্জলিনা চাক ঈশিং থোঙবা লোইরবা কান্দা দোরেনবু চাক পীজরে। ইমুংগী মী অতৈসু চাবা-থকপা লোইরগা তুম্নবা তৌরাং তৌনখ্রে। দোরেনসু বাখল নুংঙাইনা তুম্বা চংখ্রে। উরোন-উরোন তুমথবা হৌরকপদা ঙাইরিঙৈদা থোংদা থিন্দুনা মী অমনা কৌরকপগী মখোল তায়।

খোমদোম্বী হৌগৎতুনা থোং হাংদোকই। "কনা ওইরবনো, করি হায়গে?"

— "ইনে! ঐথোয়নে, গীতাঞ্জলি কৌবা লাকচবনে!"

— "কনা করিতৌবা য়াওরবগে ইবুংঙো?"

— "ইনে ঐথোয়গী সুন্দরিদো অঙাং উনবগী ফর-ফরা হাইদুনা লৈহৌরে। সুন্দরিনা গীতাঞ্জলি অমুক্তা কৌবীরুচো হায়বদুদা লাকচবনি।"

— "অদু ইবুংঙো! ইনে কৌথোরক্কে!"

গীতাঞ্জলি ইমুংদগী মপান্দা মমাগা ঙাংনরিবদু তারদুনা মানা পুগদবা অঙাং পোকপদা চংগদবা খুৎলাই অতৈ-অতৈ হেন্দগ্রোপ্পচিংবা লোইনা হাপ্লবা বোক্সতু পায়রগা মপাল থোরকই।

খোমদোম্বী, — "হৈমা! ঐদি নংঙোন্দা পাউ হায়গে তৌরগা নংনা হান্না লোইরগা থোরক্লবা!"

গীতাঞ্জলি, — "সুন্দরিগীনি হায়বা নথত্রো? ঐনা নহান ঙসি নোংম-নীনিসিদা থোক্লগনি হায়রম্বনি।"

গীতাঞ্জলি নুপা অনীদুগা মমাদা চৎলুথিগে হায়রম্লগা খোঙনা চৎমিন্নখ্রে।

খোমদোম্বী ইমুংদা চংগে তৌরিঙৈদো ডাক্তর দোরেন মপান্দা থোরকই।

— "ইবুংঙো! তুম্বা য়ারম্লরোই, লাংবসিদা!"

দোরেন, — " ইমা! ইচম্নুপীনা চৎথিবদুবু কদাইহ্বাইদা ওইরবনো?"

— "মমাংসিদনি ইবুংঙো! অঙাং উনগদবা অমা য়াওই হায়রম্মী। ঐগী ইচাসে সিগুম্বা থৌদোক ময়ামসিনা তুমফম-চাফম খঙজদ্রবনি। মাননে ঙম্লোই ঐ হৈতে অমুক্তা হেক হায়দবা! তৌববুদি ইবুংঙো ঐগী ইচাসে ইবুংঙোনা মচা থাগৎলি হায়গনি মানা অঙাং পোকপসে লাইনা চানবীবদগী অমত্তা হেক শোয়দ্রি। পৈসাসু য়াম্মী, য়ামদে থীজদে; মীনা অপী-অপীবা খরা অদুম লৌরগা হল্লকনি। লায়রবগীদদি হন্দোকপীরম্বসু য়াওরিবনি। মীগী সেবানিনা ইমানসু মখোয়গী বাবানসু হেন্না পান্নুগনু হায়রিবনি। ঐগী ইচাসে ডাক্তর তমজনীংবনা ঙাওজখিবনি। খল্লে বেতিং লিস্টতা য়াওরে হায়রগা কোন্নথংদা মন্ত্রিগী মচা অমা য়াওশিল্লকপদগী অদুম মুনবীখিবদগী ডাক্তর তম্বা ফংদনা তোকখিবনি। নর্স ওইজরগা ডাক্তরদগী হেন্নবু কান্নরে।"

অসুন্না দোরেনগা গীতাঞ্জলিগী মমাগা ঙাইহাক বারী বাতাই শান্নদুনা গীতাঞ্জলিবু হল্লকপা ঙায়রি। অসুম ঙাইরম্বদগী লাকমন্দ্রবদুদা —

দোরেন, — "ইমা! অদু মানা চৎথিবদুবু ঙাইহাকসু ওইখ্রে, ঐসু মাগী মনাক্তা চৎলুসিরা?"

— "ইবুংঙোদি করিগী?"

— "ইমা! ঐসু ডাক্তরনি, অঙাং উনবগী শিনফমসিদা খরা মুন্না তমজরকপনি। অদু, ইমাগা চৎলগা ইচলগী মতেং পাংলুসিরা খঙ্গরকপগী বানি।"

"ও!...! ইমাদি খঙলুদ্রেদনা! ইবুংঙোসু ডাক্তর ওইরবোইরে? অদুদি ইমা-ইচা ঙাইহাক চৎলুরসি!"

দোরেন অমদি খোমদোম্বী ইমুং চৎলুরগা ফি হোংদোক্লগা দোরেন্না ব্রিফ কেশ পায়রগা খোমদোম্বীনা লালতেন অমা পায়রগা ডারিদগী কুমথখি।

ডাক্তর দোরেন খোমদোম্বীগা লালতেন অমা পায়রগা বারী শা-শাদুনা লাকপনা সুন্দরিখোয়গী য়ুম য়োঁশিল্লক্লে। সুন্দরিখোয়গী ইমুংদগী মাগী নুপাদু তফিং-তফিং থোরকই।

— "হৌজিকপু কনাদগী ভান্নো ঐনা বায়রুদৌরিসিবু, অহীং নোংয়াইগী মতমসিদা।"

খোমদোম্বী, — "করিগী ভান্নো ইবুংঙো?"

— "ইনে! সুন্দরিগী কেশসি গীতাঞ্জলিনা খরা লুরগনি হায়রিনে। অদুগী হোর্সপিটালদা পুনবা ভান অমা থিরুবা তারি।"

— "ঙাইখো, ইবুংঙো! ডাক্তর লাকএ, ডাক্তরবু অমুক্তং য়েংহনখিসি!"

— "হা! কদাইদগী ডাক্তরনো ইনে?"

— "ঐগা লোয়নরক্লিবা ইবুংঙোসে ডাক্তরনি।"

— "ইস! নুংঙাইরেদা! ডাক্তর! খরা থুনা অমুক্তা চংবীরকউ!" অসি হায়না ডাক্তরবু ইমুংদা পুরগা চংমিন্নখি।

গীতাঞ্জলি দোরেনবু উবদা য়ান্না ঙকখি।

দোরেন, — "মেম্মা! ঐ অমুক্তা য়েংগে য়াগত্রা?"

"য়েংবীয়ু তামো!" অসি হায়রগা গীতাঞ্জলি হৌগৎলগা লেপ্তুনা ঙাইহাক লৈ। অনাবগী মশা শোক্তুনা য়েংলবা তুংদা, — "মেম্মা! ইঞ্জেক্সন অমা থুনা লৈহন্নবা তৌসি!" দোরেন্না মমিং হায়রগা গীতাঞ্জলিনা চে অমদা ইরগা সুন্দরিগী নুপাদা ইঞ্জেক্সন্দু লৈরুনবা চেদু পীরে। সুন্দরিগী নুপাদু গাড়ী মচা অমা থৌদোক্লগা ইঞ্জেক্সন লৈবা চংখ্রে। মিনিট তরামুক্কী মনুংদা ইঞ্জেক্সন্দু লৈরুবা হল্লক্লে। ইঞ্জেক্সন্দু গীতাঞ্জলিদা পীরগা গীতাঞ্জলিনা পায়রগা ইমুংদা চংখ্রে।

মপান্দা সুন্দরিগী নুপানা, — "ইনে! করি লমদগী ডাক্তরনো, মমিং করি কৌবগে?"

— "ইনেসু খঙদে, খুঙ্গংদগীনি হায়, ঐখোয়গীদা ঙসি অহীংসিদং লেক্কে গাড়ী নংহৌদ্রে হায়বদগী লৈরবনি। ঐখোয়দি মাবু ডাক্তরনি হায়বসু খঙদে।"

বা ঙাংনরিঙৈদা ইমুংদগী অঙাং কপ্পগী মখোল তারকপদা মপান্দা হরাউনৈ।

সুন্দরিগী নুপাদু নোক্লগা, — "ইনে! ইনেনা পুবীরকপা ডাক্তরসি হৈদি হৈকো।" পুংখায়মুক তুমিন-তুমিন লৈরুরবা তুংদা নুপী অমনা বক্কেৎ অমদা ঈশিং পুরগা শাপোনগা তরেল অমগা পায়রগা ডাক্তর দোরেনগা পুন্না থোরকই। দোরেন হেন্দগ্লোব লৌথোক্লগা মখুৎ শেংনা হামদোক্লুরে। টিটানসনচিংবা কাপ্পা, এদভাইস পীবা, হিদাক ইবা পুন্নমক লোইরগা গীতাঞ্জলি মাগী বোক্সতুগা দোরেনগী ব্রিফ কেশকা পায়রগা ইমুংদগী থোরকই।

সুন্দরিগী নুপানা দাক্ষিনা লুপা চামন্তা তৌরগা খুরুম্মী।

— "ডাক্তর য়ামদি য়ামদ্রেকো!"

— "য়ারে, লৌজরোইদা, শুপ্পগী লুপা চাম্মদং লৌগে?" য়ুম্বুনা লুপা চাম্মা চৎপী অমা পুথোক্তুনা অমুক কৎলি। দোরেন নোক্লগা লুপা চাম্মদু গীতাঞ্জলিদা অমুক শিন্নে।

গীতাঞ্জলি, — "তামো! ঐদি ঙসিসি য়াম্না ইকায়জরে, তামো লাক্লমদ্রবদি ঐ শোয়দনা চোপ্পমগনি।"

দোরেন, — "ইচলগী পুকচেল শেংবদুদা ঈশ্বরনা চানবীবনি; ঐনবু করি ভমদৌরিনো? অদু অমুক চৎনবা তৌরসিদনা?"

খোমদোম্বীনা, — "ইচাশা! নুংঙাইনা পালহৌরো, ঐখোয় অমুক চৎলগে?"

মখোয় অহুম মমানা লালতেন পায়রগা অহীংদুদা লাকমিয়্রে। হন্নকপগী লম্বীদা গীতাঞ্জলিনা খল্লি, — "ঙসাই থুংলবা মতমদদি মপান্দা মহে তন্নুবনি, য়ুমদা থোক্লকপদা গাড়ী নংহৌদ্রে, খুঙ্গংদগীনি হায়খি। অদুবু মাদি ডাক্তর অমা ওইরল্লগা অশুক থাজদনা লাক্লগা অঙকপা থৌদৌ অমা ঐগী ইফমদা উৎলরিবসিবু ...?"

য়ুম য়ৌরগা অহীং চুপ্পা তুম্বা য়াদনা গীতাঞ্জলি ৱাখল অমদা উংদুনা লৈরে।

শোমদা দোরেনসু তুম্বদি য়াদ্রে। অদুবু মাগীদি অরুবা পুন্সিগী পরিক্ষা অমা মায় পাকপগুম খল্লুরগা হেন্না নুংঙাইবা পোকই।

গীতাঞ্জলি ডাক্তর অনীগী মরমদা খনবদা ৱাখল লম্মুরুবগুম তৌরে। "নহান ডাক্তর অমগী মাবু মৌ ওইনবা য়েংবা লাক্লম্মী। ঙসিনা অহীংসিদা ডাক্তর অমনা মাগী য়ুমদা অহীং লেক্লগা মাগী লুরবা তানফম অমদা থম্মোই শেংনা মতেং পাংবীররি। করম্বা ডাক্তরনো মানা খনগদবা? অহীং লেক্লিবা ডাক্তর সিমদি হয়েং নোং ঙানবগা মাগী ময়ুম খুঙ্গং লমদমদা চৎখ্রগনি। নুমিৎ নীনিদং লৈবীয়ু সেবা তৌজগে, পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই ৱারী শামিন্নসি হায়বসু য়াররোই। কদাইদগী করম্না শকখঙনদবা মানা ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্লগা ঐবু ঙাওহল্লরিবসিবো? ঐসু মাগুম্না ডাক্তর হায়বা মিংথোলদুতং ফংজরম্নবদি মানা ঐবুসু পুক্লিংগী অপাম্বগী চাং খরদি হেল্লমগদবনি। ঙসাই মানা থুংলবা মতমদা খুঙ্গংদগীনি হায়না য়াম্না চম্না চংলকখিবা মতমদা ঐ থোইনা লুনা খনখিদে। অদুগা হৌজিক মানা অচম্বা মী ওইরমদদুনা ডাক্তর ওইবল্লগা ঐনা অশুক য়াম্না মাবু কিক্লরিবসিনা করিগীনো? মাগীসু মীনুংশিগী থম্মোই অমদি শোয়দনা পাল্লমগনি। মদুমক্লনি, মানা ঐগী ইতেং পাংবা লাকখিবদু। করিগীনো ঐনা ঙসি নোংমা য়ুমদা লাকপা অতিথি অমদা অসুক য়াম্না খঞ্জিল্লুরিবসিবো? মসিবু নুপী-নুপা অনীগী মরী হায়বদুরা?" খন্ন-খন্না অমুক তুমথখ্রে।

নোংঙাল্লে, অয়ুক্তু গীতাঞ্জলি ঙস্তা হৌগৎলগা মচিন-ময়া শেংবা লোইরগা চা লোল্লি। ডাক্তর দোরেনসু ঙস্ত্র হৌগৎলগা চিন-য়া শেংনবা তৌই। গীতাঞ্জলিনা, — "তামো! ঈশিং অশাবগা, শাপোন, তরেললনচিংবা সিদা লৈজরে" হায়না পোৎশিংদু পুশিল্লক্লগা দোরেনগী মনাক্তা থম্মী।

দোরেন, — "ইচন্না লমলানবা ঐগীদমক্তা অসুক য়াম্না হোৎনবীরিবসিবু ঐদি কবিনা লম্মন শিংগনি? নোংমতং ঐখোয়গী খুঙ্গংদা লাকপীরবদি ঐগী ইচলগা খণ্ডনদুনা ইচলবু সেবা তৌহঞ্জগে হায়ববু লাকপীয়ু য়াদৌ মান্দেবু?"

— "তামোনা লাকহন্নীংলোইদ্রা হায়বগী ৱানি, ঐদি খুঙ্গংদা য়াম্না চৎনীংই।"

— "অশেংবগীরো? মী অতৈদি খুঙ্গংদা চৎপসি কয়া পান্নদবদুদা সুম হায়বনি। ঐ য়ুম য়ৌরুরগা হংচিৎ তন্না অমুক ইচনবু লৌবা লাক্কে! ইচন্দি শকণ্ড ফজে, হৌনসু খণ্ডই, মীগী অরুবা অনাকগী কৌববসু অহীং নোংয়াইদসু চৎলি; ঐদি ইচলগী মতৌসে য়াম্না থাগৎলিবনি। পোংবা, চাউথোকপা, নাপন হায়বদু ইচন্দদি অমত্তা য়াওদে। ঐদি ইচনগী মওংসে য়াম্না পামজেবো! ঐখোয়গী সমাজদা অসিগুম্বা ইচনগুম্বী নুপীগী মশীং য়াম্না য়ামহন্নীংই।"

— "অদু, তামোসু নচনগী অরুবা মতাংদা মতেং চাউনা পাংবীদুনা ঐবু চোপকদবদগী কনবীরিদুদি!"

— "মদুদি তাঞ্জা হায়বদুনিদা।"

ৱারী ঙাইহাক শারম্বদগী দোরেন মচিন-মযা শেংবা বাথরুমদা চংখ্রে। অমুক থোবক্তুনা গীতাঞ্জলিনা পুথোরকপা চাদু পুক্লিং নুংঙাইনা থকই। মানা লৈবা কাদা চংলগা মফি-মরোল হোংদোক্লগা চৎনবা থোরক্লে। ইমুংগী অহল অনীদা ইমা-বাবা নচা অমুক চৎলুখিগে হায়দুনা মকোক নোম্না খুকম্মী। গীতাঞ্জলিদু করি গতি লৈজদবনা লেপ্লগা দোরেন চৎখিবা য়েংদুনা লৈহৌবা তারি। দোবেন অরোইবা ৱাহৈনা, — "মেম্মা! ঐ যাম্না থুনা অমুক লাকখিগে"! অসি হাযরম্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখ্রে।

গীতাঞ্জলি দোবেন চৎখ্রবা তুংদা মাগী থবক কাবা, কুম্বা, তুম্বা-চাবা মতম পুম্নমক্তা মাবু কৈদৌঙেই লাক্কদগে। ঙসি নীনিদি শুরে, তরুক্নি শুরে খন্না যাম্না খৌরাংনা ঙাইজরকই। মথন্তা খল্লম্বদগী খাঙবা ঙম্লক্তদুনা মনাও নুপীদা, মমাদা তত্তনা হংবা হৌরক্লে।

— "ইমা নহানগী য়াম্না থুনা লাক্কে হাযরম্বা তামোদু লাক্লে?"

মমানা, — "মথৌ চিনবগী ওইবমগনি, নোংমা মরাইনা লাকচগনি।"

শোমদা অসুম্না ঙাইরিঙেদা ডাক্তর দোরেন নুপী অহমগী ময়ুমদা নোংম-নোংমা লৈদুনা চাংয়েং তৌরুরবনিনা মমাদা পুক্লিংগী ৱাদু হায়রকই, — "ইমানা পামজৈ হায়বা নর্সতু ওইনা হায়বীরুরো!" মমাগী ৱাখলদসু হান্না খনখিবা ৱাখলদু মচানুপাগীগা চান্নরম্বদুদা হরাউজরে। মপাবুংগা তান্নদুনা নুপী ময়ুমদা ৱারোইপোৎ পুনবা ৱা তান্নবা চৎলি। দোরেন মানা গীতাঞ্জলিখোয়দা অহীং লেক্লুবগী মতাংদদি কনা অমত্তদা খঙহনদে।

গীতাঞ্জলিখোয়গী য়ুমদা দোরেনগী মৌ হায়বা লাক্লে। গীতাঞ্জলি হান্নদি দোরেনগী মমা সনাতোম্বীনা অহানবা য়েংবা লাক্লম্বদসু য়ানীংবগী ইঙ্গিত্তি পীখ্রবনি; অদুবু হন্দক ডাক্তর দোরেন্না মখোয়গীদা খুঙ্গংগী ডাক্তর শারগা অহীং অমা লেক্লম্বদুনা মরম ওইরগা মাগী অশেংবা ফিরেপ লৌবা ঙমজদ্রে। মাদি ডাক্তর দোরেন্না খুঙ্গংগী ডাক্তর শাবগী মুর্ত্তিদুদা পুরা ওইনা ঙাওদুনা লৈখিবনা দোরেনগী মৌ হায়বা লাকপসিদা লুহোংবসি খরা য়ৈথোকসি হায়নীংবা পোক্লক্লে। মাদি মাগী নুংশিবা পুম্বা খুঙ্গংগী ডাক্তরদুদা থমখিবনা দোরেনগী হায়বা লাকপদুদা অতোপ্পা অমগীনি খনবদগী য়ানীংলত্তবনি। অদুগা ৱাফম অমনা গীতাঞ্জলিনা মাবু লুহোংদুনা লৌগদৌরিবা নুপাদুগী মশকশু থোইনা য়েংনীংবা পোক্লুদে। মাবু অপঙবীনি হায়রুবসু হেক য়াবা নত্তে। মীওইবগী থম্মোই অনীগী মনুংগী মরী অমনা তৌরক্লিবা চক্রিনি। থুনা অমুক লাক্লগা মাবু মখোয়গী খুঙ্গংদা পুবীগে হায়রম্বদুনা মরম ওইরগা অশেংবা মমিং, খুঙ্গংদুনা করি মমিং কৌবগে হায়বা ফাওবা হংহৌদবনি। মানা মমিং-মথা খঙদবা ডাক্তর অমগী লৈফম করন্না কনাদা হংলগা থিরুগনি? মতোমতা খল্লকই, — "ঐসি পঙমন্নসু পঙইদা! মসিমক্লা ওইবতাই নুপীনা নোংমদা অহম্লক পঙই হায়নরিবসি! মমিং-মথা খঙদবা মীশক অমদা করন্না নুংশিগী ৱাখল থন্নুরিবা?" হান্নদি মাদি অসুম্না খল্লকনি হায়বসু খঞ্জরুবা নত্তে। অদুবু মানা ডাক্তর ওইনা সুন্দরিখোয়গী ইমুংদা চংলক্লগা — "মেম্মা! নংগী হেন্দ গ্লোবতু ঐঙোন্দা পীয়ু ঐ অমুক্তা য়েংগে" হায়রগা ইমাঙমক্তদা য়ান্না হৈ-শিংনা পাঙথোকখিবা থৌদোক অদুদগী ঐনা মাবু থাজবা খংহেন হেনগৎলকখি, মাবু পামজখি, কল্লকখি, খনখি, — "মাবু ঐগী অমুক্তং ওইবা ফংলবদি। মদু মানা ডাক্তর অমা ওইরম্বগীরা? নৎত্রগা মঙোন্দা অহেনবা মগুণ ময়াম অমা য়াওবগীরা? ঐ মরম থিফম খঙদে; মানা অহীং অমা লৈরম্বদুদা তৌরম্বা যাদু খরদুনা পুল্সিচুপ্পা মাগী মতুং ইঞ্জবী অমা ওইনীংলুবগী মরম্নি। ৱাখলশিংসে কদোমদগী লাকপা ৱাখলনো হায়বসু ঙমদে, খল্লরোই হায়বসু য়াদে।"

অসুম্না হায়ফম খণ্ডদনা নোংমতং উখিবা দোরেনগী মশক্তুনা গীতাঞ্জলিবু খুৎলাম তোয়না কৌবগুম তৌররে। মাবু মৌ হায়বা লাক্রম্বা দোরেনগী মী হুনগ্রবা তুংদা গীতাঞ্জলিনা মমাদা, — "ইমা! লুহোংবসি খরা অমুক্তা তপথখিসি, ঐগী পুক্লিংসে লৈতাফম ইখণ্ড-খণ্ডদবগুম তৌই; নহান ঐখোয়গীদা লাক্রম্বা তামো ডাক্তরদুবু অমুক্তংদি লাকপ্রা য়েংনীংই!"

মমানা, — "ইচানা লমলানবা মমিং করি কৌবনো, করি লমদগীনো খণ্ডদবা ডাক্তর অমগীদমক ৱারুদুনা কৈদৌরুনি, মানা ঐখোয়বু লুনা খন্দবদুনা লাক্তবনি। ডাক্তর হায়বসিদি সমাজসিদা মীপূম খুদিংমক্লা পান্নবা মীশক ওইবনিনা মাগীসু মাগী খুঙ্গংদা মানা খোয়দাজবী নৎত্রগা মাবু পামজবী অমা লৈরম্লোই হায়নিঙাই লৈতে। মীগী পুক্লিং খণ্ডদনা ইচানা পঙখন্দা খঞ্জিল্লুরগা পুক্লিং হেন্না খোয়রাংনবনি, খল্লরনু ইচাসিদি! শোমদসু নংনা লৈরুগদৌরিবসি ডাক্তরদনি, মথন্তসু পোকপা।" ৱাহৈদু হায়রগা মমানা মচাবু থেম্মী। গীতাঞ্জলিদি নীংবা কায়না চাক্তা অমত্তা চাদনা ফমুংদা চংলগা কপ্তুনা লৈখ্রে। পুক্লিংদা খল্লি, — "পুক্সিদা অমুক উনদুনা মিৎকা-মিৎকা য়েংনদুনা নুংশিবা ৱাহৈ অমত্তং মাগী মফমদা ফোঙদোকপা ফংলোইদবা লৈরবদি হে ঈশ্বর! নংনা মাবু করিগী ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্তুনা উনহনবীরম্লিবনো? ঐবু পুক্সিসিদা মাবু উদনা নুপা অমদা য়ুম পানবা তারব্রা? ঐনা লৈগদৌরিবা মহাক অদুসু ডাক্তরবুদি ডাক্তরনি অদুবু মানা ঐগী খুঙ্গংগী ডাক্তরদুদগী থাক কয়া হেন্না ফরম্লবসু, মশক্তা, মগুন্দা লোইনমক হেন্নম্লবসু ঐগী থম্মোইসিনদি ঐগী খুঙ্গংগী ডাক্তরদুবু তশেংনা নুংশিজে।"

অসুম্না নুমিৎ খরনি অমুক হৌখ্রে। শোমদা দোরেনগী লুহোংবগী মতমদি থুনা পাঙথোকপা পাম্লি, অশোমদনা য়েথোক্লিংবগী ৱাঙাং-ঙাংহৌরি। করিগী য়েথোক্লিংলিবনো হায়বগী মরম থিগৎলুবদা ওজা লোইদাংনা লোন্না তম্নরকপা পাউদা অহীং অমা খুঙ্গংদগী ডাক্তর অমা গীতাঞ্জলিখোয়দা লৈরম্বদগীনি হায়নবা তারে। পাউদু তাবদা সনাতোম্বীগা তাঙাং গোপেশ্বরগদি খরা ৱারৌবগুম তৌই, অদুগা দোরেন্দি থোইনা নুংঙাইবগুম তৌরি।

খুঙ্গংগী ডাক্তরনা মখোয়গীদা থুনা লাক্কনি হায়রম্লগা ঈশিংদা তাদুনা শিথ্রবা মীগুম লাকখিদবা থা ফারক্রবদা গীতাঞ্জলিগী পুক্লিংসু খরা ওল্লকপগুম তৌরে। অদুবু মাগী ৱাখলদা পুক্সিগী ওইনা ৱাহং অমদি হংদুনা লৈহৌগদৌরে। "মাবু কনানো,

করিগীদমক মানা অহীংদুদা মীচঙ্গরগা লেকখ্রুনো; তশেংনা মস্তু অহীংদু খুদোং চাদবদগী গাড়ী ফংদদুনা ঐখোয়গীদা চংলকপা ওইরমগদ্রা ? ডাক্তর অমনবু ঐখোয়গী য়ুমসিদা ! ঐখোয়দগী হেন্না ইনাক খুনবা ইমুং কয়া-কয়া লৈরি। পুনমজ্জুদা অমত্তা চংদ্রগা মানা ঐখোয়গী য়ুম খল্লগা চংলক্রিবসু ?”

কাউগেদি থল্লি, বাহং কয়ানা লাক্লরোইদবা মাগী বাখলদা হেক্তমক লাংতক্খল্লি। অসুন্না মতম খরা অমুক হৌখিদুনা ঙসিদি গীতাঞ্জলিগা ডাক্তর দোরেনগা মশক খঙনদনা লুহোংবগী বাফম য়ানদুনা বারোইপোৎ পুরবা মতুংদা বার্তোন নমদুনা মরুপ-মপাং বার্ত্তোন তৌবা হৌদ্রে। হৈজিংপোৎ অমুক লাক্লে। গীতাঞ্জলি হংচিং লুহোংবা শোয়দ্রে। দোরেন্না অহীং অমা গীতাঞ্জলিখোয়দা লেক্লুবদুনা মরম ওইরগা গীতাঞ্জলিগী পুন্সি লম্বীদা অনৌবা নুংশিগী মপুংফাবা ঈচেল অমসু হাপ্পীরুরে। মসিদি য়েঞ্জাংগী মহাওদা থুন্না মরুওইবা থৌদাং লৌবগুম্বনি। হন্দক্কী লুহোংবসিসু মগুন্দি লৈদৌরি।

ঙসিদি দোরেন বাজারদা চত্তুনা গীতাঞ্জলিনা শেৎপদা পকচগদবা সুৎকী সারি য়েংবা লাকই। গীতাঞ্জলিগী ফিভম মুর্ত্তিগী সাইজদা দুকান মথং-মথং চংদুনা য়েংলগা মানা খ্বাইদগী পামজবা মচুগী সারি অমগা নুপাগী ফুরিৎ অমগা লৈরে। পোৎশিংদু নীংথিনা পেক তৌহল্লে। পোৎশিংদু পুরগা গীতাঞ্জলিখোয়গী লৈরক্তা মী চিকপা তাঞ্জা য়েংলগা চংলকই। পান দুকান অমগী মনাক্তা গাড়ী থাল্লগা লেপ্তুনা লৈরে। মনাক্তা লৈরম্বা অঙাং অমদা গীতাঞ্জলিদু মানা য়াম্না লুনা তিন্নবা খুঙ্গংদগী মরুপ অমনা অমুক্তং উনসি হায়দুনা পানদুকান মনাক্তা ঙাইদুনা লৈহৌরি তম্বীয়ু হায়দুনা থাজিনখ্রে।

পাউদু তন্নুবদগী গীতাঞ্জলি মাগীদি খুঙ্গংদা তিন্নবা মরুপ্তি লৈতবনা নহানগী মমিং খঙদবা ডাক্তরদু ওইরমগদ্রা খনবদগী ফুক হৌগত্তুনা প্রপ-প্রপ থোরকই। লাপ্পা উবদা মীশক্তু চুম্বগুম তৌরে। গীতাঞ্জলি মখোঙ থাংবা ঙমদ্রে। খোঙথাং খুদিংগী পিরাং শিন্থরকই। মশাদু খঙহৌদনা চোকথবগুম তৌরে। তপ্পা-তপ্পা চংশিল্লকপনা দোরেনগী মনাক য়ৌবক্লে। দোরেনসু শকফম পুরা হঞ্জিল্লগা, — “মেম্মা ! ঐ নখোয়গীদা থুনা লাক্লে খনবদ অনাবা অরুবা অমনা অপনবা খরা পীখিবদগী লাকপা ঙমহৌদ্রে, মদুগীদমক ঐবু বাবৌবীগনুকো ! ঐ নংগী লুহোংবগী বার্তোন ঐগী মরুপ দোরেন্না তৌরকপদগী ফংলে। ঐনা ঐগী চান্নবা মরুপ দোরেন্না তম্বদগী মাগী লুহোংগদৌরিবা কৈন্যাদু নংনি হায়বা খঙবদগী ঐনা কয়াগী মতিক

হয়াওই। নংগা মাগা লুহোংদুনা নংনা মরুপকী য়ুমদা লৈরগা নোংমা ফাদোক ঐনা নখোয়গীদা কোয়থোরকপদা নংনা লোনবা চাদি থকপা ফংলনিদনা। মখোয়গী ইমা-পাবুংদো য়াম্না ফবনি, ঐবুসু মচাগুম্না লুনা তৌই। মরুপ্তুসু য়াম্না চম্বনি, মতোন্দা অচাউরম কাবা য়াদে, অতোন-অতাশিংগী সেবা তৌবা, মতেং পাংবা য়াম্না পামজবনি। মানা মতম পুম্বদা তোয়না পনবদি মাগী মৌ থিরগা মমা-পাবুং লুনা তৌবীরোইদ্রা, মচা লৈরগা মচা লুনা তৌবীরোইদ্রা হায়না য়াম্না বাজবনি। মাগী মততু নংগদি য়াম্না চানগদবা মাল্লি। ঐনা নখোয়গীদা অহীং অমা লৈরম্বদা নংনা তৌবীখিবা সেবাদুগী মরমদা ঐনা মতোন্দা শুগায়না তমদুনা খত্তহনখ্রবনি। দোরেনগী বাইদ্দু তাবদা গীতাঞ্জলি পিরাং থিংবা ঙমদনা শিন্থরকই। মখাতানা দোরেন্না, — "ঐগী মরুপ্না নংবু য়াম্না পামজহৌবনি; মানা নংবু শোয়দনা লুনা তৌবীগনি খল্লি। অদু ঐগীদি করিসু পীনিঙাই লৈজদে; ঐনা নংগী সারি অমগা মরুপ্না য়াম্না পামজবা মচুগী ফুরিং অমগা পেকসিদা য়াওরিবনি। নোংমা নখোয় অনীনা কোইথোকপা চংপদা চানবা মচুগী সারি অমদি ফুরিংসে শেংলগা অমদি লিংলগা পুম্না চংলম্বা উরগা ঐগী পুক্নিংনা পেঞ্জগেকো! ঐসু লুহোংবগী বর লাকপদা মিংশেল নংত্রেগা চাইশেন পায়দুনা লাক্কেকো। ঐগী লুহোংবসু নখোয়গীসি লোইরগা হোংননবা থৌরাং লোইরবনি"। ঙসাইদগী গীতাঞ্জলি মমিত্তুগী তারকপা মপি থিংবা ঙমদবদু হন্দক্কী দোরেনগী লুহোংবা হায়বা বাইদ্দুনা পিরাংদু মিংলুদা হঞ্জিনখ্রে। পুক্নিংচংনা তারম্বা পাউদমদু অকোনবগী "ঐগী লুহোংবসু নখোয়গীসি লোইরগা হোংনবা থৌরাং লোইরবনি" হায়রকপদু তারুবদগী গীতাঞ্জলি অনৌবা বাখলগী মায়ওন অমা ফংবগুম তৌখি। অমরোমদা মমানা হায়খিবা, "মাসু ডাক্তরনি, মাগী পামজবী অমা নংত্রেগা মাবু পামজবী খুঙ্গংগী লৈশাবী অমা শোয়দনা লৈরমগনি, মাগী মরমদা থোইনা খল্লুরনু" হৌজিক্তদা ভাব তারকই। খল্লকই, — "ও! মাসু মীগী ওইখিগদৌরবা! মপু অমা লৈরবা! অদুগা করিগী ঐনা মাবু অমুক মীহৌরুগনি। অদুবু নংশিবা অমদি মফম খঙদনা মাংখিদৌরেদো!"

— "তামো! য়ুমদা চংলগা চা থক্রুখিসি!"

— "ঐ থক্রুরোই! হয়েং লুহোংবা নোংঙানবদা নংনা ঐগী চা কপ অমদি হাপ্নগা লোল্লম্মু, ঐ শোয়দনা নুমিত্তুদা থক্রগে? নংসু নথৌ য়াম্না চিল্লমগনি চংখ্রো! সে! সি লৌশিল্লো!" অসি হায়না মাগী পোৎপাংদু গীতাঞ্জলিদা শিন্নরল্লগা দোরেন হনখ্রে।

গীতাঞ্জলি ইপগু-পগুনা দোরেন্না শান্নরিবা ময়ামসি করিমন্তা খগুদ্রি। মাদি দোরেনবু খুঙ্গংগী নহাল মখোয়গীদা লেক্লস্বা খুঙ্গংগী ডাক্তরদুনি হায়না খল্লুরি। অদুবু মানা লুনা খঞ্জকব্বা খুঙ্গংগী ডাক্তরদু মাগী পামজবী অমগা লুহোংগদৌরে হায়রম্বদুনা মাগী নুংশিগী লম্বীবুদি মরক্তা ফৈনা থদংপীখ্রে। কনা মরাইবক ফবী ওইরমগবা, হায়না খল্লগা তপ্না-তপ্না পিরাং ফাজিল্লগা য়ুমদা অমুক য়ৌরকখি।

মাগী লাইবক্লা তল্লমদবনি খল্লগা থাংমৈবন্দগী ডাক্তর দোরেনগা লুহোংবদা য়ানদুনা ভসিদি গীতাঞ্জলিগী লুহোংবা নুমিৎ য়ৌরে। অয়ুক্কী মতম হৌখিদুনা নুংথিল পুং অনী তারকপদা নুপা ময়ুমগী অহল-লমন য়ৌরক্লুনা লুহোংবগী পালা হৌখ্রে। শোমদা নুংথিলগী পুং অনী মথায়দা বর যাত্রা তৌদুনা গাড়ী ময়ামগী মমাঙদা টাটা ট্রক অমগী মথক্তা বেন পার্টি তোংদুনা লুহোংবগী বর নুপী ময়ুমগী থোঙ্গাল য়ৌরক্লে। গীতাঞ্জলিগী মনাও নুপী গীতমালানা মচেনা হায়বদগী নহানগী ডাক্তরদু মিংশেল নৎত্রগা চাইশেন পায়গনি হায়বদুদা মিংশেল পায়বা অমদি চাইশেন পায়বা নুপাদু নহানগী মখোয়গীদা অহীং লেক্লস্বা নুপাদুরা হায়না মুন্না য়েংলম্মী। অদুবু অনীদু অমত্তা মান্দ্রে। লাক্লে হায়না পুক্লিং ৱাবগুম তৌই। মচেগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লুনা — “ইচে নহানগী নুপাদু য়াওরক্লে”। ৱাহৈদু তাবদা গীতাঞ্জলি কপকে তৌই, শকফম হঞ্জিনখ্রে। মনাওনুপীনা অমুক থোবক্লগা বরদুদা মুন্না য়েংই। নহানগী নুপাদু বরদু মানবগুম তৌরে। মখা তানা য়ান্না মুন্না য়েংলুবদদি শোয়দ্রে হায়বা খঙবগুম তৌরে। পোৎলোই শেৎপা হৌরবা মচেগী মনাক্তা অমুক থুনা চেনশিল্লক্লগা নাকোংদা লোন্না অশেংবা পাউদু তল্লবে। মচেগী মিৎলুদা খঙহৌদনা নুংঙাইবগী পিরাং শিন্থহল্লে। মাগী পুক্লিংদা নুংশিবা, কপ্লিংবা, অনীমক পুল্লপ পুন্না ফুনগলক্লুনা থম্মোই মনুংদগী হৌবকপা নোংহৌ অমা মিৎলুদা য়ৌবগা নোংলিক ওন্থোরক্লে। মথুম-মরাং হৌরবা পুক্লিংদু ফাজিনবা ঙমজদ্রে। মশাদু কিবগুম, পাখৎপগুম নীকপা অমসু য়াওরে। মাবু শোয়দনা মীশক্তু চুল্লব্রা মনাওগী মিৎয়েংনা শোয়রব্রা হায়না অমুক খলহল্লে। মানদি ঙরাং পোৎপাং পীবা লাক্লম্বদা মাসু লুহোংগদৌরে নখোয়গী লুহোংবা হেক লোইবগা হায়রম্বনি। চাদি থক্লরোই, হয়েং নখোয়গী লুহোংবা নোংঙানবদা ঐগী চা কপ অমদি শোয়দনা হাপ্লম্মু; মানা ঐবু মাগী ওইগদৌরে খঙলবা ফাওবদা মীনমদুনা ঐগী থম্মোইবু হঞ্জিল-হঞ্জিল ৱাহল্লিবা, মা হোরেন লুহোংবা থিনবগা ময়ুম য়ৌরগা থিক তৌগে খঙগনি।”

ফোটোনচিংবা নম্বা লোইরগা গীতাঞ্জলি মান্দোব ময়ায়দা শেন্নবী অমনা পুথোরক্লুনা মপাবুং খুরুমজরে। মোত্তেক মথক্তা ফল্লবা তুংদো য়েংজনীংবা শকফমদু মমিৎ অনীদুনা য়েংনীংমনখিদুনা হায়ফেৎ য়েংলুব্বু শোয়ব্রে হায়বদি খঙবগুম তৌরে। দোরেনসু মাগী মিৎয়েংদু থম্মোই মনুং য়ৌনা চংখি। মিথয়েং অনীদুনা মাগী-মাগী থম্মোই-থম্মোইদা চংগ্রগা তোঙান-তোঙানবা পাউদম কয়া তম্লরুরি। গীতাঞ্জলিদো নুংশিরবা য়ুম, মমা-মপা, মনাও লোইনা থাদোক্লম্বগী নুংশিবা ৱাখলদু খন্দদুনা দোরেন্না মঙোন্দা নহান নুমিদাং অমা খুঙ্গংদগী হৱাগাড়ী নংহৌদবা শাদুনা মখোয়গীদা অহীং লৈরগা মাগী মরমচৎ, ইমুংগী চাকচা-য়ুথক, ৱাঙাং-শাঙাং, য়ুম্বাল য়েংবা লাক্লম্লিবোইরে হায়না খন্দুনা লৈরি। নুপাসিদি লৌশিংদি খুৎশিং অমা তৌইদা। নুপী য়েংবব্বু অসুম হায়না তৌনরবদি মণিপুরগী নুপী অয়াম্বা অমত্তা ময়ুম পানবা খঙলরোই। মানা ঐখোয়দা অহীং অমা লেক্লম্বা অদুম্মাইনা অতোপ্পা নুপী খরগী ময়ুমদসু চৎতুনা চাংয়েং তৌরমগদ্রা? মদুমদি হয়েং মখোয়দা লৈববা কান্দা হংবা নথক্রবদি খঙলরোই।" মথং-মথং হৌবদগী থোকখিবা ময়ামদু খল্লিভৈদা লুহোংবগী লৈ কোয়বা মতাং য়ৌরক্লুনা মান্দোব ময়ায়দা তরেৎলক হন্না কোয়দুনা লৈ খুবাম-খুবাম চাইদুনা মানা খ্বাইদগী পামজবা খুঙ্গংগী ডাক্তরদা ঙাওজবম্বদু থাংমৈবন্দগী ডাক্তর দোরেন ওইরমদুনা পামজবা লৈপরেং হুক্লদুনা লুংহোংখি।

তাং ৩/৮/২০০৪

# তোর্বাম্না কিরবা ঈচেল

চীংয়াগী তুরেল মচা অমগী তোর্বান্দা হৈরিৎ পাম্বী অমথক হৌই। হৈরিৎ পাম্বী অদুগী মশাদা মহুম শারগা উরিৎ লাব-অমোম অনীথক মরুম কোক্তুনা মখোয় অনী শিন্ন-শিন্না মরুম কোল্লি। নোংমগী নুমিত্তা উরিৎ লাবা অদুবু লমহেনবা খুনু থরং অমনা ফারগা চাবীগ্রে। উরিৎ অমোম অদুনা মরুমশিংদু মচা ওনবা ওন্নবা মতোমতা চাদ-থক্তুনা কোঞ্জে। হয়েংগী নুমিৎ অসিদি মচা ওল্লগদবা নুমিৎনি। উরিৎ অমোমগী মমণ্ডদা মশাবী উরিৎ লাবা লাক্তুনা — "ঐগী থবায়দি তুরেলসিগী তোর্বান্দা হৌরিবা হৈরিৎ পাম্বীগী মথক্তা কোয়না পাইদুনা নং অমদি ইচাশিংবু শেন্নরি, নং করিমত্তা ৱারুগনু" তন্নম্মী।

ওসি অয়ুক্কী মায়কৈ খণ্ডদনা হৌরকপা অকনবা নোংহৌ অমনা অতিয়াসি শুক্ল-মল্লবা অহীংগী মতৌগুম মায়কৈ শিনবা থুংনা মমশিনখ্রে। নোংপোক থংবা মায়কৈদা উরিবা চীংশাং পরেংদা চাউরবা পাত্র অমদগী হৈথরকপা ঈশিংগুম চুরক্লিবা নোংগী ঈশিংনা লৈঙাং মচুগী লৈপাক্কা লোইননা ঈচেল কম্না তুরেল মচাদুগী লৈরাই অনীদু নীক-নীক লাওনা চেল্লরে। তোর্বান্দা হৌবা উপালদুগী মরাগী শরুক ফারিবা লৈপাকসু ঈশিংনা লোইনা চেহ্নখ্রে। উপাম্বীগী মশাপুম্বা ঈশিংগী ঈমায়দা খরা-খরা তুথরক্তুনা উরিৎ মহুমদো ঈশিংদা লুপকদবা খজিক্তা ঙাইশিল্লক্লে। থবায়দগী হেন্না নুংশিরবা মচা ওন্দ্রিবা মরুমশিংদু করিগুম্বা উপাম্বীদুনা কল্লবা ঈশিংগী ঈরৈদুদা চেহ্নখ্রবদি মচাশিংগী থবায়শিংদুসু লোইনা মালংদা পাইখ্রগনি। উরিৎ লাবগী থবায়না খুনুথরংনা মশা চাহৌরগা থবায়না তোঙাল্লা পাইখিবনি। মরুম মনুংদা য়াওরিবা উরিৎ মচাগী থবায়শিংদুদি মশানা নুংশিৎ ফাদুনা শ্বর হোনগনি খণ্ডজদ্রিবনি। মরুম মনুংদগী উরিৎ মচাশিংদুগী থবায়সু মফম খণ্ডদনা মাংখিবা তারেদো! ঈশিংগী ঈচেলগী শাফুদি হেন্না-হেন্না কনখৎলক্রি। মহুম মনুংদা ৱাখল তয়াং-তশোইনা মরুম কোঞ্জরম্বী য়াঙ্গংলবী উরিৎ অমোমদো মিৎনা কুপ্লদা ৱাখল অমা হোংলকই। মরুম মনুংগী

মচা ওল্লিবা থবায়শিংদুদগী মশাগী থবায়না হেন্না পাম্মুরকপগুম তৌরকই। মহম পোন্দগী পাইথোরক্লে। মিং অমুক পাংথোরকপা মতমদদি হৈবিং পাম্বীদো ঈশিংগী কল্লবা ঈরৈদা খাংবা ঙমদদুনা মরা লোইনা ফুক্লগা তাউদুনা চৎখ্রে। মহমদুসু ঈরৈদুদা লুপ্তুনা মফম খণ্ডখিদ্রে। কয়াদা থীনা তন্নকখ্রবা উরিৎ অমোমগী মরাইবক্লো। মসিবু মানা তৌজরুবা ফত্তবা নহানমুক্কী মপোক্কী মহয় হায়বদুরা? নৎত্রগা পংবদগী তোর্বান্দা হৌবা হৈরিৎ মশাদা মহম শারুবগী দযারা? কনানা হায়বা ঙম্মী?

মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সিদা ইমুং অমগী বারী ওইরন্নবদি উরিৎ অমোমদুনা বিধাতাবু থীনা বারৌবগুম মীদুনসু বিধাতাবু মান্নবা মীচৈদা থীনা চৈরমগনি। কয়াদা তেংথা নাওইদুনা মপুরোইবগী, মচাশিংগী কায়না - মৈশা লাংবগী তেংথাখোল তারমগনি। অদুবু পিকখ্রবা জিব মচা উরিৎ কৌবী চেক্লাগী ইমুং অমগী অবাবা বারীদি বারী নৎত্রব্রা কনানসু খনবীরুদে। পূন্নমকসি ঈশ্বরগী অমদি শেম্বীবা মপুগী লীলানি হায়নৈ। য়েংবা নুংঙাইতবা জিবগী বারীবু কৈদৌনবা শেম্বীবা মপুনা থৌদোক ওইনা উহল্লন্নিবা?

কর্গিলগী লান্দা শিখ্রবা বীদুরনা লৌরম্বা মংলেম্বী মচানুপা হেনবগা ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনদুনা হিংজবনি। মপুরোইবনা সিফাই থল্লম্বগী পেনসন খরদি ফংজৈ। অদুবু মণিপুরগী চৎনবী ওইরবা মরুপ শেনখাইদা নুপী ময়াম্না নংদি চাং-নাইনা পেনসন ফংবনি মরুপ অমা য়াও হায়না হৌবীবদগী মংলেম্বী থাদা লুপা লীশিং অনী হনবা মরুপ অমা য়াওশিল্লুরে। মরুপ লোইরমদাই মাগী ফংগদবা মতম য়ৌরক্লবা কান্দা মরুপ কায়রে হায়দুনা মরুপ শীল্লম্বা কাংবু লোইনমক লোৎখ্রে। মচা নাবগী থৌদোক অমদা মরুপ ফংলগা পীগে হায়দুনা শেন্দোয় চাউনা মীঙোন্দগী লুপা লীশীং তরা অমসু পুরুবনি। মরুপ কায়বদুদা মাগী আশাসু লোইনা কায়রে। মীগী পুরুবা শেলসু শিংদবা য়াদবনা মপুরোইবগী মিংদা ফংবা পেনসনদুসু মীনা পাশবুক পায়খিদুনা থা খুদিংগী মীনা লৌদুনা লৈরি। মংলেম্বীনা লৈরিবা লৈকায়দু চীং অমগী মনাক্তনি। চীংদুগী মথক্তা আসাম রাইফলসগী কেম্প অমা লৈ। শিফাইশিং কুমথফম লম্বী অদুগী মনাক্তা মংলেম্বী শঙ মচা অমা খনগত্তুনা হোটেল অমা কাবক-কাবক হাংদুনা নোংমগী পৈশা খরা খরা তানবা হৌরে। মচানুপা হেনবা চহী তরামথি মপুং ফারে, ক্লাস নাইন্দা তম্নি। মাগী ক্লাসতা মানা পূন্নমক্কী মকোক তারিবা স্কুলগী ওজাশিংনা আশা চাওনা থম্লিবা ছাত্রনি। মহাক ইকায়বা থঙলবা মতম্নি। মমানা হোটেল ফম্বদু মাদি কয়া য়াজনীংদে। অদুবু মমানা উপাই লৈতবদুদা মাসু

য়ানীংদ-য়ানীংদা অঙাংনিনা অদুম য়াবা তাখি। নুংতিগী অয়ুক্তগী হোটেল হাংলগা পোৎ য়োল্লি। অহানবা হৌরকপদা মী কয়া চংলমদ্রবসু হৌজিক্তি মাগী তল, বোরা হাউই ঙাংনরকপদগী পোৎশিং ফনা য়াম্না ফগৎলে। চীং মথক্তা লৈবা আসাম রাইফলসগী সিফাই মমিংনা অতুল দত্তা কৌবা আসামদগী অমা মংলেম্বীগী হোটেলদা মাগী ডিউটি লোইরগা নুমিদাংবাইদা সিভিল দ্রেশতা চীংদগী কুমথরক্লগা নুংতিগী চা থকই। মংলেম্বীগী মপামদি আসামগী হোজাইগী খুঙ্গং অমদগীনি। মা আসামি অমদি বঙ্গালিদি মমালোনগুম ঙাংবা ঙম্মী। মানা আসামি লোনবু মমালোনগুম ঙাংবা ঙম্বদুনা অতুল দত্তগা ৱারী মরিক চুন্না ফাওনবা লায়না থোকই। অসুম্না নুংতিগী মাগী হোটেলদা চা থকপদগী মংলেম্বী অতুলগা ফজনা খঙনরে। মংলেম্বীনা মাগী নুপাসু সিফাই খল্লম্বনি, কার্গিলগী লান্দা শিখিবনি মমিংনা বীদুর কৌই হায়না অতুলদা তম্মী। অতুল দত্তসু মাগী নুপাগী মিংদু হান্না তাগ্রে হায়না তম্মী। অতুলনা মংলেম্বীদা ভাইদু কৌই। মংলেম্বীগী অৱাবা ৱারী তারুরগা অতুলগী পুক্লিংদা মী মশেন্নিনা নুংঙাইতবা ফাওরকই। মখোয় অনীগী চহীদি খরা খৈম্রে। অতুল চহী কুনথ্রাগী লোন ওইগনি। অদুগা মংলেম্বীদি চহী নিফুরোম শুরবী মৌনি। থোইনা হেন্না ফত্তবা ৱাখলদি অমত্তা খন্নবা উদে। মানা মীগী পৈশা তোনবগী অৱাবা ৱারী তোয়না শাবদুদা অতুল দত্তা মংলেম্বীগী মতেং পাংনীংবগুম তৌরক্লে। মাগী মীনুংশি চাউবা মতৌদুদা মংলেম্বী অতুলনা চা থকপা, তল চাবগী পৈশা পীবদা লৌ হায়বা য়াদ্রে। মংলেম্বীনা অতুলবু মচে অমনা মৌপ্পা অমদা থনবা ৱাখলগুম খঙবা অদুগা অতুলসু মংলেম্বীবু মচে অমদা মৌপ্পা অমনা উৎপা ব্যবহারদুদা মখোয় অনীগী থম্মোইগী মরীসু হায়নরুবা তৌদনা মতোমতা নোংম-নোংমগী নকশিল্লকই। নোংমা অতুলনা মংলেম্বীদা মাগী অৱাবগী মতেং ওইনবা মীগী পৈশা পুরুবদু শিংদোকখিনবা লুপা লীশিং তরাখক পীরম্মী। মংলেম্বীসু মৌপ্পাগুম্না লুনা খঞ্জবদুদা পৈশাদু অতুলদগী লৌরগা মীগী অতোনবা পৈশাদু শিংদোকখ্রে। হৌজিক্তি মংলেম্বী মাগী নুপাগী পেনসনগী পৈশাদু মানা হান্নগুম্না ফংজরে। থাগী লুপা লীশীং অমমমদি অতুলদা শিংগৎকে খঞ্জে।

অতুল দত্তা ময়ুমদা থা অমা ছুটি চৎকনি হায়না মংলেম্বীদা তম্মী। মংলেম্বীসু অতুলদগী পৈশা লৌশিনখিবদু ময়ুম চৎলমদাইসিদা শিংদোকপা ঙমদবগী ইকায়জে। অতুলনা ময়ুম চৎপদা পুনবা মণিপুরগী অমদি মোরেগী ফি-রোল খরা লৈবীনবা মংলেম্বীগা ৱারী শানৈ। মখোয় অনীমক আসামি লোন্না মমালোনগুম ঙানেবনিনা

মী অতৈদি খঙদে। অতুলনা মংলেম্বীদা পোৎ-চৈ লৈনবা পৈশা পী। মখোয় অনী পৈশা পীনবা লোইখিবগা পাখঙ মচা থরা চংলক্লগাময়াং সিফাইদুনা মংলেম্বীদা পৈশা পীরম্বদো করিগীনো হংই। মংলেম্বীনা অতুল দম্ভা ময়ুমদা চৎকনি মাগী য়ুমগী অশুাংশিংগী ফি-রোল, মোরেগী পোৎ থরা লৈবীয়ু হায়দুনা পীরম্বনি খুম্মী। করিগী ময়াং সিফাইগা তিন্নদুনা মখোয়গী থবক তৌরিবনো, ঙসিদগী মাবু হোটেলসিদা চংহনবা, চা থকহনবা অমদি ব্বারী শানবা য়ারোই, মতুংদা হেক উবগা ফম্ভে হায়গনু, মসিনা অহানবা ব্বার্নীংনি হায়রম্মী। মংলেম্বী ব্বাখল য়াম্না নুংঙাইতনা লৈহৌরে। মাদি অতুলনা ময়ুমদা চৎত্রিঙৈদা চাক চারা অমত্তং পীজগে হায়নবু খঞ্জরিবনি। মানা খল্লি — "করিগীনো মখোয়না অশুক-ফজবা মচিন-মৌপ্পাগী মরী অমদা অশুক-লান্না উবীরিবসিবো?" মা তৌফম খঙজদ্রে। হোটেল থোং লোনশিল্লল্লগা অতুলনা লৈবীয়ু হায়রম্বা পোৎ-চৈ লৈননবা দুকান চৎখ্রে। অতুলনা লৈবীয়ু হায়বা পোৎশিংদু লৈবা লোইরগা মাগী হোটেলদা অমুক হন্নক্লে। ঙসাই মাগী হোটেলদা লাক্লম্বা পাখঙ মচা অমদি মংলেম্বীনা চৎথোক্লুবা, হঞ্জিল্লকপা, ময়াং সিফাই অতুলগা ব্বারী শান্নবা, পোৎ-চৈ লৈরকপশিংদু শিন্নবা লোইনমক লোন্না য়াম্না চিংনবা মিথয়েংদা য়েংলম্মী।

পাখঙদুগী ব্বাখলদা য়াম্না হেঞ্জিন্না ফত্তবা ভাব অমদা মতোমতা শাগৎচদুনা মংলেম্বী অমদি অতুল ফত্তবা মরী লৈনরে হায়বসি চপ-য়ুংনা থাজরুরে। মখোয় অনীগী নরুবা মরীদুনা মখোয়না ঙসাই ব্বার্নিং পীখ্রবা ফাওবদা কিদবনি হায়না খল্লে। পাখঙ মচাদুনা মংলেম্বীগী মচানুপা হেনবনা স্কুল কুম্নকপদা লম্বীদা খাল্লগা মমাগা সিফাইদুগা লৈনরিবা মরীদুগী মতাংদা ভাবনা শারগা অরানবা পাউ কয়া তমশিনবীরে। শোমদা মংলেম্বীনা মাগী পোৎ-চৈ লৈবীদুনা হরাউ-হরাউ মচেদা-মচেগুম তৌবীবদুদা অতুল দম্ভা নুমিদাংব্বাইদা মৈতৈনা পামজবা ঙা অমা লৈরগা মাগী ভাইদুদা/মচেদা থোঙহল্লগা পুন্না চামিন্নগে খল্লুরমল্লে, মাগা লুনা তিন্নবা রাজিন্দরগা ঙা অমা কৈথেন্দগী লৈরুরগা মংলেম্বীগী হোটেলদা পীরম্মী। ব্বাহৈনা, — "ভাইদু ঐ হোরেন ঐগী মরুপ রাজিন্দরগা ভাইদুখোয়দা চাক-চাবা পুন্না লাক্কনি" হায়রল্লগা চীংথক্তা অদুম কাখৎখ্রে।

মংলেম্বী অতুলবু হেক পোকমিন্নবা মৌপ্পাগুম নুংশিরকই। অদুবু অউবশিংনদি নত্তবা মিথয়েংদা ফত্তবা লমচৎ চৎপগী মওংদা উবীবগুম তৌরে। মিথয়েং, ব্বাখল, ভাব নাকল অমদা অসুম লান্না চৎত্রবদি অর্থসু লান্না অদুম পুদুনা চৎপগুম তৌই।

মসিদি সমাজসিগী কোকপা ওন্নরোইদবা বাখলনি। অদুগী মথক্তা ওসিগী মণিপুরদি ময়াং মচাগা তিন্নবদি লায়রদনা হিন্দি ঈশৈ শকপা, হিন্দি সিনেমা, হিন্দি লাইরিক ফাওবা মৈ থাদুনা মাংহল্লিবা মণিপুরনি। অসিগুম্বা লুরবা মতাং অমদা করম্না মংলেম্বীনা ময়াং সিফাই অতুলবু মৌপ্নাগুম খন্দুনা লুনা তিন্নরুরিবা? হান্নসু লুপা লীশীং তরা পীদুনা মংলেম্বীগী মতেং পাংবীখ্রে। মানা ময়ুমদা থোক্লমদাইগী মতমদা চাক-চারা অমত্তং মচেগীদা চাগে হায়বদা করম্না লাক্লনু হায়রুদৌরি? অমরোমদা মচানুপা হেনবদা ওসাই পাখণ্ডদুনা তমশিনবীরম্বা অরানবা পাউদুনা মচাগী থম্মোইবুসু লৈতাফম খণ্ডদনা ৱাহল্লে। হেনবনা খল্লি, — "মমানা অদুক ফজদবা সমাজসিনা পান্নদবা থবক অমদা করম্না থাক্ত্রু য়ৌনা চংশিল্লক্লিবা? মদুবু করম্না মানা মমাগী মফমদা ৱাহৈনা হংবা ওমগনি? মমাদা ৱাফমদু হংবা ওমদ্রবসু থম্মোই মনুংদদি য়ৌনা চাক্লে। স্কুল হল্লকপদগী মফি হোংদোক্লগা ফমুংদা চংলগা উংদুনা লোংনা হিপ্লগা মীনা নোক্লবীগদবা ৱাখল ময়াম অমা মকোক্তা পুশিল্লগা খল্লি।

শোমদা মংলেম্বীনা মচাগী মশক উদবদুদা মচাগী কাদা চংলুবদা হেনবা ফমুংদা লৈরম্বদুদা মশা ওমদ্রব্রা হংই। মানা মচাগী লাইবক্তা লায়হৌ লৈব্রা য়েংগে তৌরুবদা মমাগী মখুৎ ফারগা ইঙ্গোরকই। মমানা — "করি তৌরে? স্কুলদা নমান্নবগা খৎনরক্লব্রা?" হংই।

মমানা হংবা, ঙাংবা অমত্তা তাদনা মমায়না মোন্দা উপশিন্দুনা লৈখ্রে। ঙাইহাক শাউরবসু মরাইনা ফজখিনি খন্দুনা অতুলনা লৈরম্বা ঙাদু শেম্লগা থোঙনবা তৌরাং তৌবা হৌখ্রে। থৱায় য়াওনা থোঙ-থাকপা লোইরবা কান্দা অতুলদত্তা মমান্নবা রাজিন্দরগা মংলেম্বীগী য়ুমদা সিভিল ড্রেশতা চংলকই। মংলেম্বীগী অচিৎ-অকোম য়েংদুনা লৈবা পাখণ্ড অদুনা নুমিদাংদুদা মংলেম্বীগী য়ুমদা ময়াং সিফাই অনীখক চংখিবা উহৌবদুদা খুদক্তা ইলেকট্রিক পোস্টতা নুংনা কাং-কাং-কাং থীন্দুনা মৈরাপায়বী ময়াম কৌথোকই। মংলেম্বীনা করি থৌদোক থোকপা য়াওরবনো ইলেকট্রিক পোস্ট থীল্লিবসিবো খঞ্জরুই। অদুগদি মৈরা পায়বী ময়াম অমা লাক্লগা মংলেম্বীগী য়ুমদা ওইনা কোয়শিল্লরে। তাঞ্জাদুদা মংলেম্বীদি মচানুপা হেনবা ফমুংদা লৈবদু হৌদোক্লগা চাক পীজনবা কৌগে চংলুবনি। মচানা শাউনা অকনবা মমাদা হায়ব্রোইদবা ৱাহৈ অনী শীজিন্নদুনা চৈরকই। মংলেম্বী নোংমতা মচাদা খুপাক্লা শেৎ থারক্তবা ওসিদি খাংবা ওম্বগী শক্তি লানখ্রমাল্লে, মচাগী ময়ায়দা খুপাক্লা অনীরক থারগা — "নংঙোন্দা কনানা অদুগুম্বা ৱাহৈ মমাদা ঙাংউ হায়না তম্বী" হায়না মচাবু চৈরি।

চাক চারিবা সিফাই অনীদু ইঙক-ঙক্লা — "করিগীনো মমা-মচা খৎনরিবসিবো" খল্লি। মংলেম্বী অমুক মচাগী কাদগী থোরক্লগা অতুল অমদি রাজিন্দরগী অৱাৎ-অপা হংই। থম্মোইদি পুবা য়াদনা ৱাবগুম তৌরে।

অতুল — "ভাইদু! করি তৌরে?"

— "স্কুলদা মমাম্নবগা খৎনরকপদগী শাউদুনা ফমুংদো লৈবদুদা চাক চাররো হায়বদা চারোই হায়রিবনি" খুম্মী। ৱাহৈদো ফজবা ৱাঙাং ঙাংথোক্লগসু থম্মোইনুংদদি মচাগী ৱাহৈদুনা মা কল্লা হৌরে। খুদক্তুদা মৈরা পায়বী মরি-মঙা মাগী ইমুংদো পুন্না চৎলক্রে। মতমদুদা ময়াং সিফাই অনীদুদি চাক চারি। মংলেম্বী নুপীশিংদুনা মপান্দা কৌথোক্লগা, — "নংনা করম্না ময়াং সিফাই অনীসিবু নংগী য়ুমদা পুশিন্দুনা চাক পীজরিবা? মীনা হায়নরিবা নং সিফাইদা নহারোলগী পাউ পীদুনা পৈশা তাল্লি হায়রি। ঙসাই নুংথিন্দসু সিফাই অমনা নংঙোন্দা পৈশা পীরিঙৈদা উহৌবা য়াওই হায়না পাউ ফংই।"

মংলেম্বীনা, — "ময়াম পুন্নমক ঐ অদুগুম্বা থবক তৌজদে, চুন্নগী অতুলনা মচেদা মচেগুম খনবীবদুদা ঐসু ইপ্পাগুম মাগা লোইনবগী ৱানী।

— "মদু য়ারোই ময়াংসি নৎত্রবদি নংগী নৌপ্পা লৈজদব্রা? ময়াম পুন্নমক লাকও মাগী হোটেলসি শিদোক্লগা মৈ থাদোক্লসি" অসি হায়রম্লগা ময়ামদু থুনা চৎথিদুনা মাগী হোটেলদু শিদোক্তুনা থুদেক্রে। খবা অমনা কেরোশিন হৈজিল্লগা মৈ থাবা হৌরে।

সিফাই অনীদুসু চাক মবুক থনবা ঙমদনা মংলেম্বীগী য়ুম থাদোক্লগা মাংলেম্বীদা চৎলগে ফাওবা হায়বা নংদনা চৎখ্রে। মংলেম্বীদি থম্মোই শোক্লা কপ্তুনা লৈহৌবে। মাগী অশেংবা থম্মোইগী মপাউদি আ ... মতাইদা লৈবগুম তৌখ্রে। সিফাই অনীদুনা থোক্লকপগী লম্বীদা চাক্লিবা মৈদু উবদা মংলেম্বীগীদা মখোযনা চাক চারম্বগী মরমগীদমক তৌবীবা শোয়দনা ওইরম্লগনি হায়না খনখি।

তাঙ্গাদুদা মংলেম্বীগী মচানুপা হেনবসু ময়ুম থাদোক্তুনা অহীংদুদা মফম খঙদনা চৎখ্রে। মংলেম্বী অহীং চুপ্পা তুমদনা কপ্তুনা লেপ্লে। ৱানা লেনবা অহীংদু অমুক লোইখ্রে। করম্না কয়া থুনা কনানা পাউ পীরুদুনা খবর খুদিংমক্তা হাপ্লক্লিবা "মংলেম্বী কৌবী মৈতৈ নুপী চহী নিফুরোম শুববী মপুরোইবা লৈখিদ্রবী নামৈরাকপম বীদুরনা লৌরম্বা অসিনা ময়াং সিফাইগা অরোনবা মরী থমদুনা তত্তনা পৈশা

লৌথোক-লৌশিন তৌনদুনা অমদি মযুমদা ফাওবা পুশিন্দুনা চাক পীজদুনা মণিপুরী নুপী সমাজবু লৈখা তাহনবতা নত্তনা নহারোলগী পাউসু পুথোক-পুশিন তৌরম্লে। অসিগুম্বা কয়াসি লৈকায়না খণ্ডলকপদগী মাগী হোটেলদু লৈকায় অমদি মৈরা পায়বীনা শিদোক্তুনা মৈথাদোকখ্রে।"

পাউদু মচা নুপানা অয়ুক্তা অমুক ফোটোগ্রাফকা পুম্না উরুরে। মদু হেক উবদগী হেনবা হিংলদুনা কান্নরবোই লৈকায়গী অমদি স্কুল তম্মিন্নরিবা মমান্নবশিংগী মমাংদা মশক উৎপা ওন্নরোই খন্দুনা ইম্ফাল তুরেলদা চোংথরগা শিরগে হায়না চপ য়ুংনা খনখ্রে।

শোমদা অতুল অহীং চুপ্পা তুম্বা য়াখিদে, মাসু জাৎ তিন্নদবা মৈতে মচেগীদমক য়াম্না ৱাজখি। মচে শকপী মংলেম্বীনা ওইরমগদবা ফিভমদুগী খল্লুবদা মীওইবা মশেন্নিনা মমিত্তগী মপি তাখি। মানা খনখি, — "ঐখোয় সিফাই ওইবসিবু মণিপুরদা মী অমা ওইনা উবা ঙমদ্রিবসি করিগীনো? অদুগা শক-চু খরা খেন্নবা মীওইশিংগী মরক্তা মচিন-মৌপুা ওইকগী মরী থম্বা য়াহ্নদ্রিবসিবু অৱাংবা ৱাখলনি করম্না হায়গনি। মসিদি চাউখৎপগী খুদমদি নত্তে। খুদিংমকসি লান্নদা উনবা মিৎয়েং অমনা শোয়হনবনি।" মাগা মংলেম্বীগা লৈনবা মরীদি মখোয় অনীগী অশেংবা থম্মোই অনীদুতনি খংজরিবা।

নোং ঙান্লে, তপ্না-তপ্না মাগী পুগদবা পোৎ-চৈ বেদিংনচিংবা পুনশিনবা লোইদুনা অতুল দত্তা বেদিং, শুৎকেশ পুরগা মমান্নবা রাজিন্দরদা চংলুখিগে হায়রম্লগা চীংথক্তগী কুমথরকই। নুমিদাংদা ময়াম চংদুনা শিদোক্তুনা মৈ থাদোকপীখ্রবা মচে শকপী হোজাই নিংঙোল লোন খঙনবী মংলেম্বীগী তাঙ্গোই ওনখ্রবা হোটেলগী মফমদু উরুবদা থম্মোই শোকপগী পিরাং তারকখি। অতুলনা মাগী মপি খুদাংগী ফুরিত্তা তৈথোকখিবদো মচে মংলেম্বীনা উজরম্লবদি পোকমিন্নদবা মচিন-মৌপুাগী মরীসে অসুক কনবোইরে খঙজরমগদবনি।

অতুল মণিপুরদা অমুক হল্লক্তুনা মচে শকপী মংলেম্বীবু উনবা পামদ্রে। মচেগী থম্মোই অমুক কায়হন্নীংদ্রে।

রিক্সো অমা ফারগা অতুল মাগী মরমদম অসামগীদমক চৎখ্রে।

মংলেম্বী ঙরাং অহীংদগী তুমদবগা চাদবগা, মচা হেনবা হল্লক্তবগী ৱাবগা মশাদু য়াম্না চোকথরে, ফমুংদগী হৌগৎলক্তে। মীনা মঙোন্দা খনবীরিবা অরানবা

ৱাখল, মিথয়েং ময়ামদুনা মা মপাল থোকপা গুমজদবনি। তাংজবীনি হায়নরিবা নুপীগী মপোক্তা তাংজনবা মনাক্তা কনাগুম্বা অমত্তসু উরক্রে। ইমুংদগী মপাল গুকথোক-থোক্তনা ফমুংদগী হৌগৎতনা অদুম লৈগ্রে। কনা অমত্তনসু মাবু করম তৌরিবগে হায়বা ৱাহং অমত্তসু হংবীরদ্রে। মপান্না দৌর আসামদনি। তোকপ্তাদা য়ুমফম ওইবা পাউগী শক্তিসিসু কল্লিদা মৈতৈ লৈপাকসিদা।

গুসিগীসু নুমিৎ অমুক তাগ্রে। মচা হেনবসু য়ুমদা হল্লিজল্লক্রে, মাসু ফমুংদগী হৌগৎলক্রে। মতম্নদি লেপ্তনা চৎথিবনা অহীং নোংয়াই মতম য়ৌরক্রে। মংলেম্বী মী কনা উদ্রবা মতমসিদা হৌগৎলগা মাঙোল মচিন্দা উখোকতেন্দা ভারগা ভাইহাক্তং ফম্মী। মখারোমগী হুই অনীদু য়ান্না নুংশিনা কনাগুম্বা মরী-মতা কায়নবগী খোঞ্জাংদা উউ-উউ হায়না ফন শাংনা পুন্না-পুন্না খোঙলগা কপ্পদু তারুবদা মচা নুপাদু করি থোক্লিগবা খল্লকই। তপ্না-তপ্না ইমুংদা অমুক চংখি। নোংঙাল্লে, খবরগী লমাইদা ভরাংগী পাউ অমুক মনখিদুনা গুসিগী অনৌবা পাউনা মহুৎ শিল্লক্রে। "ভরাং ময়ান্না মরাল লৈরে হায়দুনা মাগী হোটেল শিদোক্তুনা মৈ থাদোকপীগ্রবা নামৈরাকপম ওংবী মংলেম্বীগী চহী তরামরিরোমগী লোন ওইগদবা মচানুপাদু মমাগী লমচৎ পামজদবগী অমদি সমাজসিবু ইকাইজবদগী ইম্ফাল তুরেলদা চোংথদুনা শিবগা থোঙ্ অমদা পন্দুনা লৈরম্বদগী অশিবা হকচাং ওইনা পুলিসনা লৌখত্তুনা পুবগা বিমসকী মোর্গতা পোস্ট মোর্টেমগীদমক থমলি"। মচা শিবগী পাউ খবরদা য়াওববা ফাওবদা মা মশানা ইমুংদগী শুংথোক-থোরক্তবদুদা নহান মাগী হোটেল শিদোকপা, মৈ থাবা য়াওব্বা মৈরা পাইবী খবদি মপুক্লিং ওনবা যাওবক্রে। মখোয অনী, অহুম হৌনবগা মংলেম্বীগী য়ুমদা চংলকই। মংলেম্বীবু থোং হাংউ, থোং হাংউ হায়বদুদা মংলেম্বী য়ান্না ৱানা হৌগৎলক্তুনা থোং হাংদোবকই।

নুপী খরা অহল অমনা মচাগী পাউদু মংলেম্বীদা তম্মী। পাউদু তাবদা মংলেম্বী লৈমাইদা "ইমাগী ইবুংঙো" হাযবল্লগা ৱাহুখ্রে।

শোমদা লৈকায় ময়াম গাড়ী পুরগা চত্তুনা পোস্টমোর্টেম লোইবা ভাইরগা হেনবগী অশিবা হকচাং লৌরুরগা য়ুমদা পুশিল্লক্তনা তৌর্বান্দা থল্লগা মমা লাকপা ভাইনবি। মমাদি ৱাহুখিবদগী জ্ঞান লাক্তদুনা হোসপিটালদা অমুক পুখ্রে। মখোয়না লাল্লুরবনিনা হৌজিক্তি লৈকায়সু ৱাবে। মংলেম্বী য়াওদনা মচাগী সংসকার তৌখ্রে। হোসপিটালদা জ্ঞান খরা লাকপদা মংলেম্বীনা — "ঐ লান্দে, ঐ লান্দে, ঐগী ইচাবু

লৈকায়না হাৎপনি, ঐ লান্দে" হায়দুনা বানা-চাক্লা মৈচাক খগুলি। অদুবু মাগী থম্মোইগী অচুম্বা পাউদমদু কনানসু চুম্বী হায়না তাবীয় য়াবীদে। বীধাতা, শেম্বীরিবা মপু মখ্রেন্দা চৈবা নত্তনা কনাদা তাইনরুনি। ঝাখলনা হেজিনখিবদগী মংলেম্বী অপ্তওবী ওইদুনা দাক্তরদগী চথখিবদগী অমুক ময়ুমদা হল্লকখিদ্রে।

মতম খরা লৈরগা মৈতৈগী নিংঙোল চাকৌবা মতম য়ৌরক্লে। অতুল মচে শকপী মংলেম্বীগী মফমদা চাকৌবগী খুদোল ওইননবা খাল অমা নীংথিনা পেক তৌরগা চিঠি অমা ইরগা মণিপুরগী গভর্ণরগী মিংদা থারকখি।

ইকায় খুম্নজরিবা মণিপুরগী রাজ্যাপালজি! সারগী মফমদা ঐহাক্লা বাফম খরদং থম্মোই শেংনা পাউদমজরি। ঐহাক অসাম রাইফল্সগী সিপোই অমা ওইনা মণিপুরগী ইম্ফাল সহরগী মতাইদা লৈবা চীং অমগী মথক্তা লৈবা কেম্পতা পোস্টিং লৈজরম্মী। ঐনা অরাম-খৌরাং পোক্লকপা মতমদা চীংদুগী চীংখোঙদা হোটেল ফম্বী ইচে, মিংনো মংলেম্বী কৌবী অমদগী চা-তল তোয়না লৈদুনা চাখি। মংলেম্বী সতিগী গুণ চেনবী, হিংনবগী লানফমদা মমায় লৈদনা চংশিন্দুনা মচানুপা অমা যোকচরিবী মমানি। মহাক্কী কার্গিল লান্দা ইমা লৈবাক ভারতকীদমক মথবায় কৎখ্রবা ভারতকী সিফাই নামৈরাকপম বীদুরগী লোইনবীনি। ইচে মংলেম্বী মণিপুরগী লৈকায়শিংদা তৌনবা শেনখায় মকপ য়াওবদা পৈশা পুংথবগী অবাবা বারী অমা ঐঙোন্দা লীখি। মানসু আসামি লোল ফজনা খঙবদুদা ঐগা তোয়না বারী তৌনবদগী ঐখোয় অনী ইচিল-ইপ্পাগুম লোইনরকই। ঐনা মাগী অবাবগী মতেং ওইনবা পৈশা খবা পীদুনা মীগী শেন্দোল শিংখিবদগী মাগী অবাবা খরা কোকচবদুগী বারী তৌবদু তাবগা ঐ হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইখি। মানা পৈশাদু থা-থাগী লুপা লীশীং অমমম শিংবসু হৌজরম্নবনি। ঐদি ইমা-ইপা, ইচিল-ইনাও, ইচে-ইচল কনাসু লৈজদ্রবা মীশক অমা ওইরুবনা ইচেদুবু হেক পোকমিন্নবা ইচেমক্লি খন্না নুংশিখি। অদুবু অউবা মীনদি লান্না উখ্রমাল্লে, ঐনা য়ুমদা চৎপা তারবদা ইচেগী মফমদা ফি-রোল মোবেগী পোৎ-চৈ খরা লৈনবা পৈশা শিন্নে, ইচেনসু হবাউ-হরাউ লৈবীখি। চৎলমদাই ওইবদুদা ইচেগা চাক চারা অমদি চাম্মিন্নগে খন্দুনা ঙা অমসু লৈবগা ইচেদা পীখি। নুমিদাংদা ইচেনা চাক লোইদুনা নুংশিনা বাবী শানা-শানা মরুপ রাজিন্দরগা ইচেগীদা চাক চারিঙৈদা মৈরা পাইবী ময়াম লাক্লুনা ইচেবু কৌথোকখি। মপালদা কন্না-কন্না লাউনবা তাখি। মাবুসু ফুবীবা য়াওখি। ঐ অমদি মরুপ বাজিন্দব চাক পুক থন্দনা তোক্লগা মপাল থোক্লকখি। ময়াম্না মরম মুন্না খগুদনা ইচে মংলেম্বীগী হোটেল

শিদোক্লগা মৈ থাবীখি। লমলানবা জাতি অমনা অতোপ্পা জাতি অমগী নুপী অমদা ইচে ওইনা খঙ্গবা, নুংশিনজবা য়াদবা সমাজ অমবু ঐনা মশক খঙলুদ্রে। ঐদি মীওইবগী অথ্যাসি অমত্তনি খঙ্গরুবদগী তিন্নজরবনি।

ইকাই খুম্নজরিবা মণিপুরগী গভর্ণর সারুনা মবাল লৈজদবী ইচে অদুবু মীয়ান্না চিংনবীরিবা থাকমদুদগী অমুক্তং চিংনবা কোকহনবীদুনা লমদম তাম্বদগী মৌপ্পা ওইনা ইচেগী নিংভোল চাক্লৌবগী খুদোল তমজখিবা শ্বাল অসিমক্তং খুৎশিন্নবীরবদি পুন্সিগী লম্মন তোনশিঙ্গরে খঙ্গগে?

খ্বাইদগী তোল্লবা অতুল দত্ত আর্মি নম্বর
— তেজপুর, আসাম।

গভর্ণরগী পি এনা চিঠি অমদি পেক্কিংদু ফংদুনা গভর্ণরদা পীশিল্লি। গভর্ণরনা নুমিদাং তুম্নমদাইদা চিঠিদু পাবদা মহাক্কী পুক্লিংদা লৈকায়দুমক্তদা চত্তুনা মংলেম্বীগী অবাবদু কোকহনবীবা পামখি। মথংগী নুমিত্তা মী থাদুনা হংহল্লুবা মতমদা মংলেম্বীদি অঙাওবী ওইনা লম্বী শোরোক্তা চৎথ্রে হায়না তন্নকই। মচানুপা অমত্তা লৈজবদুসু মীয়ামগী থাকৎ পুবা ঙমবদগী ঈশিংদা চোংথদুনা অথ্যাঘাট তৌথ্রে তাবদা গভর্ণর থম্মোই পুবা য়াদনা থাখি। খনখি, গভর্ণর অমনা অসিগুম্বা অচুম্বা থৌদোক অমবু অরানবনা কুপশিনখিবদা করিমত্তা খঙবা ঙমহৌদবসি মাগী অশোনবনি হায়না যাখি। গভর্ণরনা মী থাদুনা হুকুম থোক্তুনা মংলেম্বীবু নুমিৎ কয়ানি চংনা থিহনখি। চাক্লৌবা হয়েংনি হায়বা নুমিত্তা মংলেম্বী অঙাওবী ওইনা থিবা ফংখি। মণিপুরগী হিযাঙ্গৈ থাগী নীনি পানবা চাক্লৌবা নুমিত্তা গভর্ণরনা রাজভাবন্দা শীন্দুনা চাক্লৌনবা থৌবাং তৌখি। লম্বী শোরোক্তা ঙাওদুনা চৎলবা অফংবা মীওই কয়াবু থিহন্দুনা রাজভাবন্দা পুশিল্লগা মবুক থন্না পীজখি অমদি ফি অমমমসু খুদোল তম্বীখি। মযামদুগী মবক্তা মংলেম্বীসু য়াওখি। গভর্ণরনা মংলেম্বীদি মাগী মৌপ্পা অতুল দত্তনা তন্নকপা শ্বালদুনা কুপ্পীখি। অদুবু মংলেম্বীনদি পুন্নমক্তু ভাব তাবা ঙমখিদ্রে।

মথংগী নুমিত্তা প্রেস কনফরেন্স অমা গভর্ণরনা কৌবগা মংলেম্বীগী থোকখিবা থৌদোক্কী মতাংদা কুপ্পা থন্ন-নৈনখি। গভর্ণরনা হায়খি — "হৌরকফম মুন্না খঙদবা তোকত্তদা য়ুমফম ওইবা পাউদা পাউমীশিংনা য়ান্না চেকশিনবা মথৌ তাই, মংলেম্বীনা ঙসি ফংলিবা দযাসি মী কয়াগী মফমদসু তারক্লোই হায়নীংঙাই লৈতে। মাগী পুনসি

লৈখা তাপ্রিবসি অরানবা পাউদা য়ুমফম ওইবা পাউ অমননি হায়বসি ঙসিদি ময়েক শেংলে।” অসুম্না প্রেস কনফরেন্স লোইশিনখি।

মতৌ অসুম্না তোর্বন্দা হৌবা হৈরিৎ পাম্বীদা মহুম শারুবা উরিৎ অমোমগী পুন্সিবু মতমগী কন্নবা ঈচেলগী ঈরৈনা মফম খঙহনবীখিদবগুম মংলেম্বীগী পুন্সিসু মফম খঙদনা ...।

তাং ১৮/১০/২০০৪

# নুপী য়েংবা

অয়ুক অদো ওজা গোপাল গুপ্তা হৌগত্তুনা শুমাং-থেলোং ব্রাই শিত্তোক্তুনা থোঙ্গালদগী হৌনা ঙসিদি ইমুংদো শিং নান্দুনা য়েংবদা য়ান্না নুংঙাইরে। মচানুপী মরি মথং-মথং হৌগৎনরক্তুনা ইমুং-মনুং ব্রাইরম শিংপা-শেংবা, তৈবা মাগী-মাগী মথৌ লোইরদুনা মিংশেল মমাঙদা ফমদুনা মকে শেম্বা হৌখরে। মমা জামিনিসু হৌগৎলক্তুনা মচিন-ময়া শেংবা লোইরগা মচাশিংদা থবক অরাং-অপা লোইশিন্নবা ঙাংই। খ্বাইগী অহল দেবীকা এম এ ইংলিস লোইদুনা সরকারগী কলেজ অমদা ওজা ওইরি; থংনবা দিল্লরানী এম এস সি ফাইনেল ইয়ার তন্নি; অহুমশুবা দিপিকা বীএ তন্নি; খ্বাইগী অতোপ্পী দালিনি তুবেলফ ক্লাস তন্নি।

ঙসিদি মচে অহল দেবীকা নুপা অমগী য়েংবা লাক্কদৌরি। নুপাদু মখোয়না হান্না শক খঙবা নত্তে। মপাল্লমদা সাইন্টিস্ট ওইবনি হায়। হৌজিক-হৌজিক য়ুমদা থোক্লক্তুনা লুহোংনবা নুপী থিরিবনি হায়না তায়। নুপাদু ঙসি অয়ুক দেবীকাখোয়গী য়ুমদা মমান্নবা অমগা শোয়দনা দেবীকা য়েংবা লাক্কনি, শক অমুক্তং খঙনহনসি হায়না অহলশিং য়ান্নখিবনি। শোমদা অয়ুক গুপ্তাদগী লাকপা য়াই হায়দুনা ফন্নবা সোফা, কাগী থোং-থোংনাও, অতৈ অরু-অপান লৈতেংগী পোৎলম কযা শিং নান্না তৈথোক-নানথোকপা লোইরে।

অয়ুক্কী পুং তরেৎ মথায়রোম তারক্লে। মতমদু গোপাল মখোয় লক্কদবা মতম ঙাইহাক ব্রাৎলিমাল্লে খন্দুনা অব্রাংথংবগী যাত্রা হুনফমদা চংখ্রি। ঙাইহাক লৈরগা গোপালগী থোঙ্গালদা মারুটি কার অঙাংবা অমা লাক্তুনা খাল্লরে। কারদুদগী মশা নানবা তাই পুনবা পাখঙ অনীখক কুমথরগা অমগী মখুত্তা বৃফকেশ অমা পায়দুনা চংলকই। পাখঙ অনীদুনা শুমাং য়ৌশিল্লকপা মতমদা মপালদা মী অমত্তা লৈবা উদে। ইমুংদদি লৈশাবী মরিদু মখোয়না ঙাইরিবা নুপাদো লাক্তুনা শুমাংদা লেপ্লরে, কমদৌনি, বাবাসু লৈতে, ইমাসু মনীংলোমদা চংখ্রি হায়দুনা ইপা-পাখংপা উই।

মখোয় মশেল অময়গা অমগা নং থোকউ, নং থোকউ হায়না ইম্নদুনা লৈরে। ময়ামগী অতোপ্পী দাক্লিনিদা তরে। দাক্লিনি থোরক্লুনা — "য়ানি কা শোমদা লেংশিনবীরকসি"!

নুপা অনীদু খোঙউপ লৌথোক্লগা ডারি মথাদা থম্মী। অমুক কাখৎলক্লগা ফমফম কাদা চংদুনা ফম্মী। লুনা-নাম্না শেম্লিবা কাগী লৈতেংশিংদু উবদা য়ুমসি য়াম্না নাম্না পাল্লিদা খল্লি। ইমুংগী কাদা মচিন-মনাও মরিদু — "ইচে নং সিগী মচুসি শেৎলু, কনাগা কাদুদা পুম্না চংমিন্নগনি, চা করম্না পুশিনগনি" হায়বদুদা দেবীকা মিহুল চোংবগুম তৌই। মনাওশিংনা হায়বা খুদিংমক ইন্দুনা মফি-মরোল হোংদোকপা লোইরে। মনাও অহুম চংদুনা চা লোনবা, কপ-প্লেট তকথোকপা লোইদুনা চা হৈরগা ট্রেদা বীসকুট, শেম, অঙ্গুরনচিংবা য়াওবা প্লেটশিংদু হাপ্লগা; দেবীকা ট্রেদু পায়রগা মী ফমফম কাদুদা চংলকই।

টেবল মথক্তা ট্রেদু থম্লগা চা কপ্পু প্লেটতা হাপ্লগা নুপা অনীদুদা মথং-মথং পী। চা পীবা লোইবগা দেবীকা কাদুদগী থোক্কে তৌই। পাখঙ অমনা দেবীকাদা য়েংলগা হায়কই, — "ঐখোয় পাবুংবু লৈবীদব্রা?"

ইকাইরপ তৌনা, — "লৈ, অবাংলোমদা চংখিবনি, কৌহল্লরক্কে!" দেবীকা থাহেদু হায়বা লোইবগা অমুক থোক্কে তৌই। পাখঙদুনা মখা তানা, — "শোমগী মিংবু করি কৌবীবগে?"

— "দেবীকা কৌজে"।

— "পাবুংখোয় ইমাখোয়দি অনা-অয়েক থোইনা য়াওদেকো?"

— "থোইদোকপা য়াওদে।"

বা ভাংনা-ভাংনা বৃফকেশ হাংদোক্লগা প্লাস্টিক্কী খাউ অমা লৌথোরকই।

— "অদু, পাবুংগা ইমাগা অমুক্তং উন্নজরবদি নুংঙাইজগনি, ঐনা পুরক্রিবা খাউসি অমুক্তা লৌশিনবীয়ু!" থাহেদু হায়রগা বৃফ কেশতগী লৌথোরকপা প্লাস্টিক্কী খাউদু দেবীকাদা পী।

দেবীকাসু খাউদু লৌরগা ইমুংলোমদা চংখি। ঙাইহাক কান্নরবা তুংদা মমা জামিনি কাদুদা চংলকই।

পাখঙদু জামিনিদা ওনশিল্লগা, — "ইমা! নচা খুরুমজরি!" হায়রগা জামিনিগী মখোঙদা নোম্থে। জামিনি বা ঙাংদে, পাখঙদুদা তিঙক-তিঙক য়েংদুনা লৈ। ঙাইহাক্তং

মুন্না য়েংলগা — "হেমা! ইবুংঙোবু থৌবালদগী তাদা খোঙনা পোকপা মপান্দা লাইরিক তম্বী হায়বদুরা?"

— "হোয়, মানি ইমা! নচা নহান নোংমাইহক্তিং নুমিত্তা থোকচরকপনি। ঐখোয় বাবানা ইমাখোয়দা অমুক্তা চৎলুচো হায়বদুদা মরূপ শ্যামকুমারগা সুম কোয়থোকচরকপনি।"

জামিনি মখোয়না হান্না খল্লম্বদুগা পুমওন-ওন্নরম্বদুদা, — "ও!" হায়রগা ভাব তারকপগুম তৌই।

ইমুংগী কাদনা লৈশাবী মরিদু পুল্লাং লাংলি। মনাওশিংনা মচে দেবীকাদা নুপাদুবু করম্বনো হংলি। মচেসু খঙদে, ঐঙোন্দা বা হংলকপদু ওইরমগদ্রা, মানদি য়াম্না কোইদনা ঐগী মিংকাসু হংলকই। মমায়দি পংশোন শোনবা নত্তে। ঐদি মায়সি থাঙজুনা মাগী মশক য়েংবা ঙমজরক্তে। মাগী বাহৈশিংদু তাবদদি অদুম নুংঙাই, লোইনববুদি নুংঙাইদৌবা মাল্লি।

মনাও দিল্লরানিনা, —"অদু ওইরদি বাবাসু লাক্লি, মখোয় অনী খরা কুইনা ফমখিদৌ মাল্লি, ওমলেৎ অমমমতং হৌবীরুগে?"

দালিনি, — "ইচে ঐসু য়াওগে?"

— "হোয়, হোয়, ঐখোয় অনী হৌরুসি লাকও!"

— "অদো, ইচে! মখোয় অনী অসে নখোয় অনীগী অমমম ওইবা য়ারেকো!"

— "চরোহে! অসিবু বানেনা!"

— "কনানা খঙনি, অমদুগী জুরা লৈরমদ্রবদি!"

— "মসি অঙাংসি খুবাক চাররনি।"

মচিল-মনাও চাকশঙদা চংলগা ওমলেৎ হৌনবা থৌরাং লোইরে। য়েরুম মরিখক থুগায়রগা তবাদা হৌনবা গ্যাস থাগৎকে তৌরুবনি। গ্যাসতু থারগা স্টৌপতু মৈ থাগৎকে তৌবদা মৈখেৎ মরু য়াওমদ্রে। মৈখেৎ থিরিঙেদা স্টৌপ লৈথবা য়ৌরমদ্রমাল্লে; মৈখেৎ ফংদুনা মৈ চুখৎলুবা মতমদদি গ্যাসতুনা মৈ ভুং লাওনা হৌরকপদা দিল্লরানীগী নারুমগী শম খরগা মনা য়াওনা ওইরোমথংবা মমায়দু মৈনা খরা লামদ্রে। দিল্লরানী খঙহৌদনা মখোল হৌনা, — "হো ইমা!" হায়কগা চপ মান্নলা শ্রেং-শ্রাং লাউবা মখোল তাখি। মনাও অতোম্বী দালিনি, — "ইমা! ইমা!

ঐখোয় ইচে মৈনা চাক্লে।" লাওরিবদু তাবদা জামিনি ইঙ্কিং-ঙ্কিংনা, — "হা!" হায়রগা চাকশঙলোমদা পাখংনো চেনশিনখি। মচে দেবীকা, দিপিকা লোইনা পুন্নরে। পাখঙ অনীদুসু জামিনিগী মতুং ইন্নদুনা চাকশঙ য়ৌনা চংলকই।

রোমেস —"ঈশিং অয়িংবো খরা হৈজিনবীয়ু।"

জামিনি — "ঙাইখো ইবুংঙো। ডাক্তরদা অমুক্তা পুননবা তৌবনা ফরোইদ্রা?"

— "ইমা। অমুক্তা তপথবীখো। ঐখোয় য়েংজগে, ঐ হিদাক লৈরুনবা তৌগে। য়াম্না থীনা শোকপা নত্তে, করিসু তৌরোই, ময়াম ঙাইহাক্তং ঙাইবীরম্মু।"

অসি হায়রল্লগা রোমেস মাগী দারি মপান্দা থল্লম্বা খোঙউপতু উপশিল্লগা খোঙ্গাল্লোমদা থোকখি। য়াম্না থীনা শোকপা নংত্রবসু তুহাও অমদি শমদু খরদি চাকখ্রে। মায়দুসু খরদি মুশিনবগুম তৌরে। ঙাইহাক ঙাইনরবা তুংদা রোমেস কারদা চংলগা লৈরুম্বা হিদাক্তু পুরগা চংলকই। মতাং চানা গোপালসু য়ৌরক্লে। রোমেস গোপাল উবদা — 'পাবুং' হায়না খুরুম্মী। রোমেস হিদাকশিংদু মরুপ শ্যামকুমারদা পীরগা — "মরুপ অমুক্তা খরা চেকশিন্না য়েংবীরম্মু, ঐ পাবুংগা ৱারী শারমগে।" ৱাহৈদু হায়রল্লগা গোপালগা রোমেসকা মী ফন্নবা কাদা চংলগা ৱারী হৌখ্রে। শোমদা ডাক্তর শ্যামকুমার চৌকি অমদা ফল্লগা হিদাকশিংদু পায়রগা য়েংই। দিল্লরানিনা হিপ্লিবা ফমুংদনা মনাও দিপিকানা দিল্লরানীগী মমায়দা ঈশিং অয়িংবা লুপ্লবা ফদি পায়রগা লৈ। মমাসু, মচেসু মনাও দালিনিসু পুন্না ফম্লি।

শ্যামকুমার করিমত্তা কোইদনা — "কদাইনো মেম্মা। অমুক্তা য়েংগেসে?" দিল্লরানি ইকাইজবনা তৌফম খঙজদে।

— "য়ানিদা তামো। ঐ কোন্না তৈজরগে?"

— "অদু , হৌজিক্কানদি অনাবসি ডাক্তর তানদবা য়াদবনি। ইমানা ঙসাই ডাক্তরদা পুসি হায়খিবদাইনে? হোসপিটালদা ডাক্তরনা হায়বা ওইরবদি নং লোইনা ইনবা তাবনি। ঐখোয়সু চহী কয়া চংনা তম্লুরবনিনা অখঙবা খরসে মীওইবগী সেবাগীদমক শীজিন্নরবদি কাম্নফম খঙলোই। সে! অমুক্তংদি য়েংলমগে সেপতিক ওইহৌদনবা"।

ইকাই-ইকাইনা দিল্লরানীদো শ্যামকুমারনা মমায়দা, মনাদা মোলোম তৈবদু য়াবা তাখি। মনাও অনীদু শ্যামকুমারনা তৌরিবা খুদিংমক মুম্না য়েংই। শ্যামকুমার দালিনিদা ওনশিল্লগা — "ইবেম্মা! ঈশিং থক্লবা গিলাস অমত্তা পীবীয়ু!"

দালিনি ঈশিং লৌরুরগা পুরকই। শ্যামকুমার গুলিদু মথুম হাংদোক্লগা দিল্লরানীদা চাহল্লি। নোংমদা অহন্নক চাগদবনি হায়না তাকই।

জামিনি — "ইস! ইচাশিং লাক্লঘসি ওহোক্লা তান চাখ্রে। ঐদি ইবুংঙো অনীবু ডাক্তরনি হায়বা খঙলুদ্রে। তুংদা শ্যামকুমারনা টিতানস তোক্লোইৎ অমুক কাগ্নীরে।

তৌগদবা লায়েং অমদি পাউতাক পীবা লোইরবনিনা ফমফম কাদা অমুক লাক্লে।

শোমদা গোপালগা রোমেসকা ঋারী শাবা লোইশিল্লক্লে। শ্যামকুমার চংলকপদুদা রোমেসনা শক তাকই।

— "পাবুং! মহাক ঐগী মরুপ্নি, মাসু ডাক্তরনি, মিংনা শ্যামকুমার কৌই। ঐখোয় অনীমক পুন্না থবক তৌমিন্নরি।"

গোপাল — "অদু; ইচা অনীবু চাক চারগা চৎলোদনা?"

— "চাজরবোই পাবুং! ইমান্নবা উনগদবা অমসু ঋাৎলি; পাবুংদা শিন্নৌ হায়না পীরকপা শেনফম খরদুসু ইচননুপীদা শিন্নজরন্নবনি। নচাখোয় অমুক চৎনবা তৌজরগে?" অসি হায়রগা কাদুদগী থোরক্লে।

জামিনি — "ইচাশিং পীজনীংদুনা ওমলেৎ হৌরুবদা ইচানুপীঅসে গ্যাস মৈ হৌরক্লুনা চাকপদগী ইচাশিংনা পঙবা ঋাবীদ্রে। ইচাশিং চাক চারগা চৎখ্রবদি ফগদবা?"

— "কোন্না চাজরগে ইমা!"

গোপালনা জামিনিদা — "ইচা অনীসে ডাক্তব ঙাক্তনি, হৌজিক চান্দিগরদা মখোয় অনীমক পুন্না থবক তৌমিন্নরিবনি।"

— "অদু ইবুংঙো! ইবুংঙোগী মিংদুবু ঙসাইগীদুবু শ্যামকুমার হায়বা নৎত্রা? ইপা কাউররোই।"

— "হোয় মানি পাবুং"!

— "অদু ইবুংঙোগী লৈকায়দি?"

— "পাবুং ঐখোয় অনীমক য়ুম্নাক, লৈকায় অমত্তনি।"

— "অদুদি ইচাশিং চাক চান্নসি হায়বসু য়াদ্রবনিনা য়ৌরোকো।"

খোঙউপ উপ্পা-উপ্পা রোমেস — "ইমা ! নচাখোয় অমুক চৎচরগে ?" থোংনাও হাংদোক্লগা য়েংলিবা লৈশাবীশিংদুদা ওনশিল্লগা — "মেম্মা ! চা য়াম্না হাউই, ঐখোয় অমুক য়ৌরগে ?"

দালিনি — "তামো ! হয়েং অমুক লাকপীখোকো !"

রোমেস নোক্লগা — "ইচন্না লাকখো হায়রবনিনা লাকপা তারেদনা !"

দিল্লরানীদি মমিৎ অনী উইশিল্লগা শ্যামকুমারনা মমায়দা করিমত্তা চিংনদনা হিদাক তৈরম্বদু নীংশিংদুনা লৈরি। উইশিল্লিবা মিৎলুদগী পিরাং ওইনা তারকই। মমায়দা শারম্বদুদি হিদাক তৈরবনিনা খরবুদি হঙ্খরে। মখোয় অনী চৎখ্রবা তুংদা মমাদা মচা নুপী দিপিকানা হংই — "ইমা ! হৌজিক লাক্লম্বদুবু কনা কনানো ?" মমানা নোকফেৎ তৌরগা — "নচে য়েংবা লাক্কদবা নুপাদু হৌজিক্কীদু ওইরম্নবদি হেক ফংগদবা !"

— "হৌজিক্কীদুবু ঐখোয় ইচে য়েংবা লাকপা নত্তব্রো ?"

— "নত্তেদা ! থায়না নখোয় বাবাগা স্কুল তম্মিন্নরকপা থৌবালদগী ঐখোয়গী য়ুমসিদা লৈরগা লাইরিক তমখিবা খোম্বা কৌবা অমগী মচানি। মপাদো এল পি স্কুল অমগী হেদ পণ্ডিত ওইরি হায়। মাগী মচানি, ডাক্তর তম্বা লোইরগা চান্দিগরদা থবক তৌরে হায়রে; মখোয় বাবাগা মমাগনা ঐখোয়গীদা চৎলুচো হায়বদুদা লাকপনি হায়রম্মী।"

— "এ ! করিনোনে হায়রিসিবো ? ঐখোয় ইচেদি অমদুনি খন্দুনা ৱাখলদা আ য়ৌরুরিসিদি কমদৌবা তাবা ?"

তশেংনমক দেবীকাদো মখোয় চৎখ্রবা মতুংসিদা কয়া হৈনীংদবগুম তৌহৌরে। দেবীকা রোমেসনা পীরম্বা প্লাস্টিক খাউদা য়াওরিবা পোত্তু য়েংনীংলকই। প্লাস্টিক খাউদু লৌরুবগা মমা-মচা মখোয় মঙা দিল্লরানীনা হিপ্লিবা ফমুংদুদা ফল্লগা য়েংই। খাউদুদা বীসকুৎ পেকেৎ অনীগা, চেনা য়োম্বা ময়োম অমগা এনভেলপ অমগা য়াওরম্মী। দেবীকানা মথং-মথং লৌথোক্লগা য়েংলুবদা চেনা মথক্তা য়োম্লিবা পোত্তু হাংদোক্লুবদদি চামঙা চৎপী বন্দল বেক্ককী সিল কায়দ্রিবা অমা য়াওরম্লে। এনভেলপ হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা মহৌশা ইম্নখিবা দলিনগী কার্বোন কপী অহুম অমসু য়াওরম্লে। লুপা লীশীংতরা তরাগী দলিল্লি। দেবীকানা দালিনিদা চিঠিদু পাননবা অমুক পী।

নুংশিরবা মরুপ!

ঐনা মরুপকী নাক্তা ইচানুপা রোমেস থাজখিবনি। মরুপ অমদি ইচল জামিনিগী মতেংদগী ওসিদি নচানুপাসি মী অমা ওইবা শুমজরে। মহাক ডাক্তর পাশ তৌদুনা মানা তম্নরুপা হোসপিটালদা ডাক্তরগী শিনফমদুদা থবক তৌজরে। মহাক মণিপুরদা থবক ফংবা খরা বাগদবা মরম্না ঐনা রানোমশেন লৈতবগা মতম খরদি মীরমদা লৈজখিসনু খল্লি। করিগুম্বা তান চারবদি ইম্ফালদা মরুপকী খঙেন-চান্নবা মরুপ মপাংগী মচানুপী মখোয়গা চানগদবা লৈরগদি খরা তাবীরম্মু! ঐসু মথংগী হাপ্তাদা মরুপকী য়ুমদা কোয়থোকচরকে।

মরুপ, ইচন্নুপী অমদি ইচাশিংগী থোইদোকপা অনা-অয়েক য়াওরন্রোই হায়না নীংই। লোইজরগে!

নহাক্কী মরুপ

সলাম খোম্বা সিংহ, থৌবাল বাংমা তাবা।

তাং ১১/৬/২০০৪

# লাইবক্লা তম্নকপা

নুমিদাংগী চাক চাবা তোল্লরে। নন্দিনি মখুৎ-মশা হামদোক্লগা কিহোম অমা পুথোক্লুনা খোকই। কিহোমদু মকুবোক, মনেমবোক অনীদা মশুং অমমম পীরম্নগা টিভি য়েংলিবা মপুরোইবা অমদি মচা অনীদা কিহোম পীবা চংলকই। মপুরোইবা জিতেন টিভিদা লাকপা মণিপুরী লীলা অমা থবায় তানা য়েংলি। মচানুপা অনীসু মপাগী মনাক্তা ফম্লি। নন্দিনি মপুরোইবা অমদি মচানুপা অনীদা কিহোম মশুং অমমম পী। মানা কিহোম মশুংদু হেক পীবগা লীলাদুদা নুপীমচা লৈশাবী মশক-মতৌ ফজরবী অমখক ফনেক ফিদোন চিংখত্লুনা ফুরিৎকা অমত্তা য়াওদনা মশম-মনা ইফা-ফানা য়ুমগী মনীং ফাওরগা চেম্ব্লোরকই অতোপ্পা নুপী মৌ অমনা লৈশাবীদুগী মতুংদা নক্লা তান্নরকই। মৌদুগী মতুংদনা নুপা অমসু ইন্নরকই।

নুপাদুনা হায়রকই — "ইতৈমা! মপান্দা গাড়ী স্টার্ট তৌদুনা লৈহৌরনি; মাবু গাড়ীদবু হাপকৎখ্রবদি ঐনা থোকপা ঙম্না-ঙম্নবা হোৎনরগা পুজখ্রগে?" নুপীমচাদু থংনবা ইমুং অমদা চংলগা লোৎখ্রে। ঙসাই তান্নরক্লিবা নুপীদু লৈশাবীদুগী মবুংনা লৌবা মনম্মনি। মানা নুপাদুদগী পৈশা লৌরগা মচন নুপীবু ফারগা নুপাদুদা নমদুনা পীগদবগী হোৎনরিবনি। থংনবা ইমুংদা চংখিবী নুপীমচাদু মনম্মনা ফারগা চিংদুনা পুথোরক্লে। মচন নুপীনা হায়জে — "ইনম্মা! ঐ য়াবা ঙম্লোইয়ে, ঐ য়ুম পাঙখিরোইয়ে, ঐ লাইরিক তমজখিগে কৈদৌবগে, ঐবু অমুক্তা থাদোকপীয়ো?"

অদুবু মানা লোৎলুরিবা ইমুংদুনসু মনম্মা অমদি মবুংদুগা মায় ওনশিন্ননীংদবদগী মনম্মনা চিংদুনা পুবীখ্রবী নুপীমচাদুগী মতেং কনা মত্তনা পাংবীরব্বা ঙমখিদ্রে। গাড়ী স্টার্ট তৌরগা ঙাইদুনা লৈরিবা নুপাদুনা লৈশাবীদুবু মাগী গাড়ীদা হাপ্পগা অদুম পুখিবগী মওং লীলাদুদা উৎলি।

নন্দিনি ঙাইহাক টিভিগী শিন্দু য়েংলম্বদগী খাঙবা ঙম্নক্রমাদ্রে চংশিল্লগা টিভিদু মুথৎলুরে। মপুরোইবা জিতেন্না, — "করিগী মুথৎলিবনো? থারকউ!"

— "অসিগুম্বা লীলাসি ঐদি য়েংবা য়াম্না ৱায়। ঐনা য়েংবা ঙমদবা লীলাসিবু মোইবাবু য়েংবা নুংঙাইবীব্রা ?"

— "করিগীনো নংনা লীলাদা অদুক য়াম্না শাউনীংলুরিবদি ?"

— "খঙদে, পুস্তিসে হৌখিবা থৌদোক্কী মরমদা নীংশিংলুরগা হেন্না খোয়রাং-খোয়সাওনৈ, নীংশিংলুব্রগনা খরা মখে। পুস্তিসে মোইবাগী নুংশি মিৎয়েং অমদি ইমা-পাবুংনা ঙসি ফাওবসিদা ঐঙোন্দা থম্বীরিবা থাজবা, ইমান্নবী ওইনা তিন্নরম্বী ইচন্নুপী লিনথোইগী তৌবীমল কয়াদুবু খল্লুরগা ঙসি ঐনা ইচানুপা অনীগী মমা ওইদুনা মোইবাগী সেবা তৌবা ফংজরিবসে কয়াদা লাইবক ফগ্রবনো ? মসিবু মোইবানা ঐগীদমক লেপ্পীরমব্রবদি ঐগী পুস্তি করি ওইরমগনি। লৈকায় কুম্মৈদুম ওইনরমগনি। ঙসি ওইরিবা ঐগী ইবুং অমদি ইনম্মগী হিংলিবা পুস্তি মহীংসিদা করিমত্তা চিংনদনা মোইবানা ঐবু অসুক লুনা তৌবীবসে ঐগীদি করি অমুক হায়রুগনি।" অসি হায়রগা নন্দিনি হিক্লা-হিক্লা কপ্লগা টি ভি কাদগী থোক্লক্লে। খঙজদ্রিবা মচানুপা অনীদুনা — "বাবা-বাবা ! ঐখোয় 'মানা কপ্লিসিবু করিগীনো" হংজৈ।

জিতেন নন্দিনিগী বাদুদা থোইনা লুনা খল্লুদনা মচা অনীদুগা টি ভি অমুক থারগা মখা তানা য়েংহৌই। নন্দিনিদি মথৱায় নুংঙাইতনা ফমুংদা কাখৎলগা তুমদনা হৌব্রবা থৌদোক্কী ৱারীশিংদু মতোমতা মথং-মথং নীংশিংলকই।

নন্দিনি মমা-মপা অনীমক লৈখিব্রবা তুংদা মবুং অহল রাজাগী মনাক্তা মৌপ্পা কুমারগা ফি শাদুনা, ইমুংগী কুপ্নোম কয়া শুদুনা মশাগী লাইবিক তন্নকই। মবুং রাজা হান্নদগী গুন্দা তৌরকই, লৈকায়গী মীগা তিন্নদে। ফত্তবা মী শঙ্গ তৌবগা মতম চুপ্পদা য়ু থক্কুনা, পার্টি তৌদুনা, জ্বাব শান্নদুনা লৈ। মরক-মবক্তা মীনা ঙাংনববু দুকান ফক্কুনা অহীংদা পোৎ হুরানবগী থবকসু অদুম তৌই হায়নৈ। মাগী নুপী লেম্বীসু মপুরোইবগা ৱাখল য়াম্না চান্নজবনা মীনা কি তুক্কৎচনা লোইনৈ।

নন্দিনি মশক ফজৈ, কুচু ঙৌই, মশা নোয়পেল্লি, থীকথা ফৈ, শেৎতোক-চাথোরকপদা ইপক্তা-পকচৈ। মতমদু মাদি বী এ ফার্স্ট ইয়াব তন্লিবনি। মশানা ফি শারগা মশাগী মহে-মশিং তম্বগী অমদি মৌপ্পাগী খর্চ পুবা ঙম্নবা হোৎনজবনি। মশক-মতৌ ফজবদুনা মরম ওইরগা নন্দিনিবু পামজবা পাখঙসু করিগী লৈরমদনি। ইনখৎলকপা মতমগী চহী মতাংগা ওইবনে, মাগীসু নীংজবা অমদি লৈফম থোকপনি। অদুবু মাগী মবুং রাজাগী য়ুমলৈ-কৈরৈ, লেল্লিবা পুস্তি মরেলসিদা কনাদবু পামজৈ

হায়জরুব্বা ঙমগনি। পুন্নমক থম্মোইদা ফুন্নগা থমজবনা মাগী মথৌ ওইজবনি। নন্দিনি লৈকায় অমদা পুন্না লৈমিন্নবী লিনথোইগা স্কুল কাবদগী হৌরগা কলেজ কারবা মতমসি ফাওবা তত্তনা হৌনদুনা চৎমিন্নে। মশক-মতৌনগা ফজবগা মানা মরক-মরক্তা লিনথোইখোয়গী য়ুমদা লিনথোই হৌবা লাকপদা লিনথোইগী মমা-পাবুংনসু নন্দিনিবু থোইনা চিংনবা পোকপা উদে। মাগী মবুং অমদি মনম্মগী মরমচৎ মুন্না খঙলবসু নন্দিনিবুদি থোইনা ফত্তনা উবা ঙমদে, য়াম্না চন্না খল্লি। লিনথোইগী মবুং অহল জিতেন পুলিসকী এস আই ওইনা ইম্ফাল ৱেস্টকী হেদ ওফিসতা পুরি। মবুং য়াইমদি মীরমদা ইঞ্জিনীয়র তল্লি।

মীগী হৈনখ্রবা শাজৎ কনানসু থাদোকপা ঙমদে। নন্দিনিগী মবুং রাজা অমদি মনম্মা লেম্বী পৈশাদা ঙাওজবা, পৈশাবু ফংলবদি ইয়াদা য়াবা মতৌদুদা নোংমা লেম্বীগা তিন্নবী ইবেচাউবীনা নন্দিনিগীদমক নুপা অমা থিবীরকই। পি দবলিউ দি ওফিসতা এস ও ওইবনি, ইনাক খুল্লি হায়। ময়ুমদি খরা হাইথৈ হিয়াংথাংদগীনি। হান্না নুপী অমা থিরম্নগা মচা য়াওদবদগী খাইনখিদুনা অনৌবা অমমুক থিনবা হোৎনরকপনি হায়। মীনা কয়া খঙলোয়দবা খরা লাপ্পা মফমদগী ওইনা থিনবা হোৎনরকপনি। ইবেচাউবীদি পুন্নমক খঙলবসু নন্দিনিগী মনম্মা লেম্বীদদি নুপাদু পাখঙনি, চহীদবু খরা লিবগী ৱানী হায়বদুদা লেম্বীসু অদুম য়ারে। লুহোংবদা চংগদবা পৈশা পুন্নমক নুপা ময়ুন্না পুথোক্কে, নন্দিনিবু অহানবা য়ানবা ঙাংনবগী লুপা লীশিং তরা পীগে হায়রি হায়বদুদা নোংমা শেখরবু পুরক্তুনা নন্দিনিগী মশক য়েংহনখ্রে। নন্দিনিবু শেখরনা য়েংবা লাকপা নুমিত্তু নন্দিনি মাঙ্গোলদা ফি শাদুনা লৈরম্মী। মাগী মশক্তু হেক উবদা শেখরদি পামজবনা মতিন য়োৎপবু হৌখ্রবনি। মাগী অরৈবা পৈশা তিংলবসু নন্দিনিবু পামজবগী ৱাখলদুনা পাম্মুবা লৈখিদ্রে। নন্দিনিদা মনম্মা লেম্বীনা হায়দুনা শেখরনা থক্লবা চা লোলহল্লি। নন্দিনিনা চা পুথোক্লগা পীবদুদগী শেখর নুংতিগী মফমসিদা নন্দিনিবু য়েংবা লাক্লিংবগী ৱাখল অমা কন্না ফাওরকই।

অহানবা লাক্লম্বা মতুং নুমিৎ নীনি লৈরগা শেখর মাগী নৌনা লৈরম্বা সম্প্রোকার থৌরগা ইবেচাউবীগা লোইননা নন্দিনিখোয়গীদা লাকই। গাড়ীদু থোঙ্গালদা থান্নম্নগা শেখর ইবেচাউবীগা লোইননা চংলকই। মতমদু নন্দিনি পুখ্রি মপালদা চেংহি, শেমপু লুজদুনা লৈবা মতাং হেক ওইরুবে। মাগী অদুক ফজবা ফিভম মুর্ত্তিদু উবদা শেখর নন্দিনিবু পামজবনা পুমঙাও ঙাওখ্রে। মাদি নন্দিনিগী মনাক্তা লেপ্তুনা নন্দিনিবু মমিৎ পেন্না য়েংনীংবা পোক্লি। অদুবু ইবেচাউবীনা পুশিন্দুনা চংখিবনা শুমাং য়ৌখ্রে।

মাঙোলদা ফন্নবা মোরা থারিবদুদা ফন্নমদনা ইবেচাউবীদা — "ইতেমা! ঐ গাড়ীগী শো লোনবা কাউরম্লে, শো অমুক্তা লোঞ্জরুখিগে?" বাহেদু হায়রম্নগা শেখর থোঙাম্লোমদা অমুক থোক্লকই। মানা থোরক্লিব্না নন্দিনিবু মাগী লৈহৌরিবা ফিভমদুদা অমুক্কা য়েংলুগে অসিনি। মী অমনা হুরান্দুনা করিগুম্বা খরা য়েংনীংবগী মওংদু মিথশিং-নাশিংবী নন্দিনিসু করিগী খণ্ডদনি, নংগনগী হাংলিবা শরুক্তু ফদিদুনা থুংনা কুপশিল্লগা চেংহি লুজদুনা মতুং ওহ্লেক্লগা লৈখিব্না শেখরগী নীংজবা পুম্বদি থুংহনবীম্রে। শেখর গাড়ীগী থোংদু অমুক হাংদোক্লগা মখোলদু নন্দিনি তানবা লোনশিল্লম্নগা চংলকই। মখোয় অনীনা লাকপদা ওসিদি নন্দিনিগী খ্বাল অমগা খুদোপ অমগা পুরকই। পোৎ অনীদু ইবেচাউবীনা নন্দিনিগী মনম্মা লেপ্পীদা শিন্নরে। ইমুংদা অকুপ্পা বা তান্নদুনা লোইশিনবা য়ানবা মতাং খন্নরি। লেপ্পীনা হায় — "হয়েং অয়ুক পুং তরেৎকী অদুবাইদা মনীংগী লৈরক্তা কার খান্নগা ভাইররো, ঐনা নন্দিনিবু থবক অমা চথমিন্নরুসি হায়না পুথোরক্লগে; মানা য়াদুনা কারদবু তোংলগদি খরা চৎলগা ঐদি লৈহৌবা য়ারেদনা!" অসি হায়রগা মখোয় অহম মখোল হৌনা নোক্লকই। পুপ্রিদা ইরুজুজরিবা নন্দিনি মখোয়না হরাউনা নোকপগী মখোলদু তাবগা চিংনবা পোক্লম্মী।

শোমদা পুপ্রি মপান্দা নন্দিনি ঈরুজবা লোইরে। ইমুংদগী বারী শানবা লোইন্নদুনা ইবেচাউবীগা শেখরগা থোরক্লে। শেখরনা থোক্লকপদা য়েংলম্বা মিৎয়েংদু উজবদা নন্দিনিনা খলহৌই, — "মখোয় অনীসিনা ঐখোয়গী য়ুমদা তোয়না লাক্লিবসিবু করি মরমগী ওইরিগবা?"

মখোয় চৎখ্রবা তুংদা নন্দিনি ইমুংদা চংলক্লগা মাগী কাদা চংদুনা মশম কংনবা হোৎনরি।

লেপ্পী নন্দিনিগী কাদা চংলক্লগা ওসাই শেখরনা পীরম্বা খুদোপ্তুগা স্বালদুগা নন্দিনিগী ফমুংদা থম্মী।

"ফিসিগা খুদোপসিগা নংগীনি, হৌজিক লাক্লম্বা নুপাদো এস ও ওইবনি, তলবকা য়াম্না চাউরবনি, পাখণ্ডনি, নবুংনসু য়ারবনি, কারকা পুরক্লিবদো মাগীনি। ইনাক খুনগ্রবজাৎনি, নংনা লৈরুবদসু নুংভাইগদবা। হৌজিক্কী মতমদা অফবা নুপা ফংবা হায়বসি য়াম্না লুরবা মতম্নি। হন্দক্কী মতাংসে লাই অমনা শীল্লক্লবনি, নং ইনম্মগী অমদি নবুংগী মায় ভাক্তবা যাদবনিকো!"

নন্দিনি — "ইনম্মা ! ঐ লাইরিক মখা তমজখিগে, য়ুমপানবা ঙমখিরোই, মীগী খুদোপকা, শ্বালগসে অমুক্তা মশাদা হন্দোকপীখো ! ঐ ইমোৎ-মোৎনা অসুম লৈজখিগে ! মীগী মমাওদা ইনম্মগা দাদাগা চোপহনবসু ঐ পামজদে।"

— "হে ! নং অদুগুম্বা ৱাকা ঙাংজনু ! ফজনা হায়রিঙৈসিদা য়াম্রগদি নমদুনা ফারগা পীজখিনি। কনানা করি তৌবা ঙমদোইনো ? নখোয় ময়ামসিগী চানবা হোৎনবদা লু-য়াংসে লোইনা কেল্লবনি"।

— "ইনম্মা ! দাদাদসু হায়বীয়ু, ঐ য়ুম পানবা ঙমখিরোই !"

— "ফৈ-ফৈ, য়েংনবা তারেদনা !"

নুমিত্তু ৱা মখা অমুক তানদনা লোইশিনখ্রে। নন্দিনি চাক্লা অমত্তা চাদনা মমায়-মমিৎ পোম্বা মখৈ কপ্তুনা ৱানা লেল্লি। নুংথিলদা মমান্নবী লিনথোইখোয়গীদা লাক্লগা মনম্মা লেম্বীনা হায়খিবা ৱাহৈশিংদু অমত্তা চিৎথদনা মমিত্তগী মপি তানা কপ্লগা থম্মোই শোক্লা তম্মী।

— "লিনথোই ! নংদি ঐগী লুনা তিন্নবী ইমান্নবীনি, ঐদি পুক্লিংসে চিংনবা অসুম হেজিল্লক্লে। ঐখোয়গী দাদানসু য়ারিবনিনা ঐদি নুপাদুদগী ইনম্মনা পৈশাকা লৌশিল্লল্লগদ্রা চিংনৈ। হন্দক মরকসি য়েঙ্গ্লাং অহাওবা য়াম্না তোয়না চায়; ইনম্মগা মখোয় অনী চংদুনা ঐবু নুপাদুদা নমদুনা পীখিদৌবা মানশিল্লক্লে।"

লিনথোই — "অদুবু হেক্তা য়াম্রনে, লৈকায় পাল্লিবসিদি ?"

— "লিনথোই ! নংনবুদি ঐবু নুংশিবদগী অদুম্না হায়রিবা, ঐদি কিজবনা লোইরবনি, নংনবু ঐবু কনবীবা ঙমগদ্রা ?" অসি হায়না নন্দিনি লিনথোইবু কোল্লগা কপ্পী। মাগী মতৌদুদা লিনথোইসু কপ্লে।

মখা তানা — "অদু লিনথোই ! মখোয়না ফাবা-খোৎপগী ইরাং তৌরক্লবদি ঐ নখোয়গীদা চেল্লক্লগা খরা লোৎকেকো ! নখোয়গী দাদা জিতেন্দি পুলিস ওইবনিনা মানদি ঐগী মতেং খরদি পাংবীবা ঙমগনিকো ?" অসি হায়না মমান্নবী লিনথোইদা থম্মোই শেংনা পাউদমজে। পাউদু তম্লম্লগা মপুক্লিং নুংশিনা নন্দিনি ময়ুমদা হনখি।

লিনথোইনা নুমিদাং চাক চারিঙৈদা মবুং জিতেন্দা নন্দিনিনা থম্মোই শোক্লা হায়রম্বা পুক্লিং নুংশিনিঙাই ওইবা ৱাফমদু পুক্লিং চংনা তম্মী।

জিতেন মচনগী বাদু তারুবদগী শাওরপ্পা — "অদুবু হেক্তা য়াব্রনে? মখোয়না মশানা য়াজদবী নুপী অমবু করম্না ফাগদৌরিবনো? ইবুং লৈরি, মখোয়না করিসু তৌবা য়ারোই, করিমত্তা বারুনু হায়য়ু!" লিনথোই পুক্লিং-বাখল নুংঙাইনা নুম্মিদাংদু তুমখি।

অয়ুক্তা মবুংগী বাদু নন্দিনিদা তমগে খন্না নন্দিনিখোয়দা লাকই। হায়গুম্মদনা অয়ুক্কী পুং তরেৎ চপ-চানা ঙরাং লেশ্বীগা হায়নখিবা মতমদুদা শেখর মাগী সম্প্রোকারদু মশানা থৌরুগা রাজাখোয়গী মনীং মপাদা খামদুনা লৈররে। ইবেচাউবী নন্দিনিখোয়গী ইমুংদা চংলগা লেশ্বীগা উনখ্রে। মতমদু নন্দিনি পুখ্রি মপান্দা মঞ্জুনরবা ফনেক অমা শেৎলগা ঈরু-লুজনবা থৌরাং তৌরম্মী। লিনথোইনা নন্দিনিখোয়গী মনীংদা সম্প্রোকার অহনবা অমদা নুপা অমা ফন্নগা লৈবদু উরম্মী। চিংনবা পোক্তুনা থুনা চংলক্লগা নন্দিনিদা পাউদু তমগে লাকই। নন্দিনি পুখ্রি মপান্দা লৈবা উবদুদা লিনথোই পাউদু নন্দিনিগী নাকোং নক্না তম্লুরে।

— "অদুদি কমদৌনি, ঈরু-লুজদনা নখোয়গীদা লোন্না চেলহৌরসিরা?" অসুন্না খন্নরিঙৈদা মনম্মা লেশ্বী থোরক্লগা — "হে! ঈরুজবদো কোন্না লুজরো! ইনম্মগা অথুবা থবক অমা চত্তবা য়াদ্রে, নফি অমা থুনা হোংদোক্লরো!"

"ইনম্মা! ঐ চৎচরোই।"

"চৎতবা য়াদবা থবক্লি, য়াম্না লুবনি, থুনা চংলকউ!"

ঙাংনরিঙৈদুদা মবুং রাজা থোঙ্গালদগী য়ু ঙাওফিং-ঙাওফিং তৌরগা চংলকই।

লেশ্বী — "মোইবা! নচন নুপীসে বা ঙাংনবা ইয়া য়ারোইদৌরি, মোইবানা য়ানবা খরা হায়বীরম্মু!"

"করিনো, ননম্মনা হায়রিবসি কোক য়াবা য়াদ্রা? পুক্লমক নংগী ফন্নবা শীল্লিবনি।"

"দাদা! ঐ য়াবা ঙম্লোইয়ে"! অসি হায়রগা কপ্পি।

মখোয়গী মতৌদুদা লিনথোইসু পুক্লিং নুংঙাইতনা ময়ুমদা থুনা হল্লক্লগা পাউদু মবুং জিতেন্দা তম্লুরে। জিতেনসু করি তৌসিগে খল্লি। ঙাইহাক্তুদা নন্দিনিবু লেশ্বীনা মখুৎ পায়দুনা চিংলগা মনীংলোমদা পুখোরকই। নন্দিনিগী ফিজেত্তু মঞ্জুনবা ফনেক্তু খক্তনি; য়েংবদা ওস্থোক্না নুংঙাইতবা মতৌনি। লেশ্বীনা য়াম্না নুংশি হৈতনা

তৌবীরিবা মতৌদুদা লৈকায়গী মী খরসু উনবা য়াওরে। অদুবু রাদি অমত্তা ঙাংনদনা য়েংদুনা লৈনে। নন্দিনি মাগী মখুৎ ফারিবা মনম্মা লেম্বীগী মখুত্তু ময়ানা চিকপদগী লেম্বী মখুৎ থাদোরকই। নন্দিনিগী মশমদা অমুক ফায়। হুন্দকমুক্তি নন্দিনি লৈজবী থাদুনা মনম্মগী মখুত্তু ফারগা ময়ানা কন্না হেক্তা চিকখ্রে। "অয়ো শিরে, হিংচাবী!" হায়রগা মখুত্তু থাদোরকই। লৈকায়গী মীগী মশীংসু য়ামখৎলক্লে। অদুবু রাজা অমদি লেম্বীগী থবক্লিনা কনাসু মচিন্দি অমত্তা কাংবা ঙম্নদে।

নন্দিনি নাম্বোক্লগা অশম্বা লম্বী ফাওর-ফাওরগা, শম্বল লিৎলগা চেনখিদুনা উচিন-নাচিন্না লিনথোইখোয়গী য়ুম য়ৌদুনা ইমুংদা চংলগা লোৎখ্রে।

জিতেনসু করি তৌসিগে খন্দুনা লৈরিঙৈদো নন্দিনিনা মখোয়গী ইমুংদা চংখ্রবনিনা উপাই অমদি লৈরে খল্লি। নন্দিনিনা চেনশিল্লকপগী ফিভমদু জিতেন্না উহৌবদা ওম্বোক্লা য়েংবা নুংঙাইখিদে। ইনখৎলকপী লৈকায়গী মচল অমদা মাগী হেক পোকমিন্নবা মবুং অমনা য়েংবীরিবা মতৌদুনে, নন্দিনিগী ফজবা চুং-ফিরাল চাবা শকফমদুনে, মচন লিনথোইনা ঙরাং চাক চারিঙৈদো তমখিবা পাউদুনে; জিতেন নন্দিনিবু উবমক্তা মাগীদমক চপ য়ুংনা লেপ্লগে খনখ্রে।

মিৎকুপ খরগী তুংদা তান্নরক্লিবা ময়ামদু জিতেনখোয়গী শুমাংদা লোইনা থুংলরে। কুম্মৈ য়েংগদবগী ইন্নরকপা মীশু য়ান্না য়াম্লে।

রাজা — "নন্দিনি কদাইদা লৈবগে অমুক্তা পুথোকপীরকউ! ঐ ইমুংদদি কয়া চংনীংদে"।

জিতেন — "মশানা য়াদবা নুপী অমবু ফারগা লৌগনি হায়রিবা মীশক্তুবু কনানো, অমুক্তা মশক খঙজবা য়াগদ্রা? য়ান্নবু থৌনা ফরিনে, ঐখোয়গী য়ুমদা মতু শোনবী ওইনা চংলক্লবনিনা কনবীদবা য়াদ্রে।"

— "ইবুংঙো! বা য়ান্নদুনা কান্নরোই, ইচম্নুপী পুথোকপীরকউ হায়রিসিনি?"

— "ইয়াম্বা ফিংগৎপীখিনু! তাদগা ইতৈমগনা শীল্লিবা থৌরাংদুদা নন্দিনিনা য়ানীংদবদগী নৎত্রা ইমুংসিদা চংলক্লগা লোৎলরিবসে?"

— "ঐনা করি থৌরাং তৌরি হায়বগী মতাংদা ইনাওনা করিসু থিগৎপীফম থোক্তে; মসিদি ঐগী ইমুংগী রানী, ইবুংঙোগা মরী লৈনফম থোকপ্রনে?"

— "এ! তাদনা তাদগী ইচল নন্দিনি মশানা য়াজদবা নুপা অমদা পীনবা থৌরাং তৌবদা নন্দিনিনা য়ানীংদে, অদুনা মাবু পুথোক্নুনা পীবা ঐ শুকগুম ওন্নোই হায়রিবসিনি, তিল্লিবা ময়ামসিনসু য়াবীনীংলন্নোই!" মী থরদি চুম্মী-চুম্মী হায়বা য়াওনরকই।

মখাতানা জিতেন্না — "ফরে, মতিক লৈবা নুপা অমা চংলক্লগা নন্দিনিবু অদুক পুবা ওন্না য়েংজগে, চংবীরকউ!"

রাজা — "অদুদি জিতেন! নংনা ঐগী ইচনসে নংগীদা থন্নগা করি কান্নগদবা লৈবগে? পুন্সিচুপ্পা মাগী অফ-ফত্তা দাইত্ব লোইনা পুবীবা ওন্নগদ্রা? শেংনা-শেংনা হেক্তা ওাংনরসি। মীশু য়ান্না তিল্লে, ঐসু ইকায়; ইচনসি নং লৌবা ওন্নগদ্রা?"

খংবগুম — "এ! তাদগী ৱাসিদি?"

লেপ্লিবা মী ময়ামদু ৱাহৈদু তাবদা শ্বাই লাওনৈ। মমায় ওাংবসু য়াওই, মখোল থোক্লা নোকপসু য়াওই, ৱাখল অমত্তা মান্নদে। মিৎকুপ অমগী মতম ৱাখল তৌরকগা জিতেন্না — "ফরে, তাদা! তাদসু ঐসু লৈকায় অমত্তদা পুন্না লৈমিন্নবা ওাক্তনি। মদু ময়াম্বা অমনা মনাও অমদা হংগদবা ৱাহংদি নত্তে। তাদনা নন্দিনিবু মশানা য়াজদবা নুপা চহীসু লীরবা অমদা নমদুনা পীখিবদা মমিত্তা মপি শিঙ্থ-শিঙ্থনা শাংলবা পুন্সি অমা ৱানা লেল্লুগদবা লৈরবদি ঐ মাবু ঐগী লোইনবী ওইবদা করিসু কায়দ্রে খল্লি। ঐ থম্মোই শেংনা মীয়ামসিগী, লৈকায়সিগী মমাওদা ফোংদোকচরবনি। অদুবু নন্দিনি মশানা করি খল্লিবা, ঐগী ৱাফমসিদা অমুক তাইওন্নবা চৎখিগদবা লৈরগদি ঐগী ৱাফম অমুক হন্দোকচগে? নন্দিনিদা মাগী পুক্লিংগী ৱাসু হংলগা অমুক্তং খঙদোকপীয়ু!"

মীয়ামসু মতাংদু ফজরকপদুদা নন্দিনিনা করি পাউখুম পীরক্কদগে হায়বগী মতাংদা য়ান্না তানীংনা ওাইনৈ।

রাজা — "ফরে, ঐ য়ারে, অদুদি নন্দিনি পুথোরকও, মাগী মচিল হংলসি!" ইমুংদা নন্দিনি লিনথোইনা মাগী ফনেক-ফিরোল, শেৎনা-ইন্নবা লোইনা পীদুনা হোংদোকহল্লগা, ফিমতেক হঙ্গামপাল অমনা মকোক খুন্নে, হঙ্গামপাল ফনেক অমা শেৎলগা জিতেনগী মমা অঙৌবীনা মখুৎ শন্নগা পুথোরক্লে। থোংনাওদা লিনথোই নন্দিনিনা করি হায়না খুন্নকপগে তাগদকপী থৌরাংনো ওাইরি।

নন্দিনি মবুং রাজাগী মনাক্তা চংশিল্লগা খুরুম্মী। "দাদা! ঐ দাদা জিতেন্না হায়বীখিবা পুম্বা ইকোক-নোম্না য়াজরে, দাদানসু অয়াবা অমুক্তং পীবীরম্মু! নচন ঙসিদগী য়ুমসিদা লৈজহৌরগে?"

তিল্লিবা মীয়ামদু মাইকৈ খণ্ডনা খুবাক পাংখুদা খুনরকই। মমা ওইবীগী চহী মতাংগী নুপী থরদি মমিত্তগী পিরাং থিংবো ঙমদবা য়াওনখি। মীয়াম্না পান্নখিবা পাউখুম ফংলবনিনা পেল্লমাল্লে, মীয়ামদু তপ্না-তপ্না কায়নখি।

তাঞ্জাদুদা মনম্মা লেম্বী চেনশিল্লক্তুনা শাওমনখিবদগী নন্দিনিগী মশম ফেইররে। জিতেনগী মমা অঙৌবী ইল্লিবা ইন্নফিদুনা খ্বাংচেৎ শেৎচিল্লগা — "হৈ! মদু তৌগনু! নখোয় অমত্তনা ইমৌগী মশা শোকপা য়াররোই, হৌজিক্তি নন্দিনিসে ইচা জিতেনগী ইমৌ অহল ওইরবনি।"

মা তারম্বা জিতেনবু পোকপা চাউভল হৌগৎলক্লগা — "হৌজিক্তি ঐসু ইমৌগী মীচংদা লৈরে। ময়াম পুন্নমক বীচার লোইরবনিনা য়ুম-য়ুমদা নুংঙাইনা পোৎথাবীরম্বনা ফরগদ্রা?"

রাজা মচন নুপীগী মকোক্তা নানবীরগা — "ঙসিদগী ইচন্না নীংবা পুন্নমক থুংজরো, নুংঙাই য়াইফনা নচানুপা-নুপী পোক্তুনা পাল্লুকো!" নোংঙানবগা জিতেন অমদি নন্দিনি অনীগী লুহোংবগী থৌরম নুপা ময়ুমদা নুমিদাংদা পাংথোকখি। নন্দিনি হৌজিক হায়স্কুলগী ওজা ওইরি। ঙসিগী টিভিগী মান্নবা লীলা মতেক অমখক্লা নন্দিনিবু মাগী হৌখ্রবা পুন্সিগী লুরবা মতাংদা থেংনখিবা মরুওইবা থৌদোকশিংদু মকোক্তগী হৌরগা লোইবা ফাওবা নীংশিংহনখি।

তাং ১৫/৮/২০০৪

# ভারাগী য়ুম

পামজবা হায়বসিসু পামজবা জাৎনি। ঈশৈ-নোংমাইদা পুক্লিং লুপচবা রাঘুবীর ময়ুম খুঙ্গংদগী ইম্ফাল কারক্তুনা ঈশৈ তম্বা লাকই। ভারাগী কা অমা ফংদুনা কাদুদা মতোমতা লৈবা তারি। মানা লৈগদৌরিবা ভারাগী কা পরেংদুদি অয়াম্বনা রিক্সো থৌবা, কারবার মচা-মচা তৌবা কাংবুনা অয়াম্বনি। কাদুগী থাগী ভারাদি লুপা চনীনি। মা থা অমগী অহানবা লুপা চনী পীদুনা কা অমা লৌরগা মাগী য়ুমদগী য়াওরকপা ফি-রোল খরা থাদুনা ফমুং শেল্লে। মানা লুনা খঞ্জবা হারমনিয়ম অদুসু সরস্বতিগী মুর্ত্তি মচা অমগী মনাক্তা থমদুনা ধুপ থাদুনা খুরুমজে। চাক-ঈশিং চাদবদি য়ারোইদবনিনা মদুগী মপোৎ-মচৈ খরসু লৈজরুরে। লৈফম-চাফম লৈরবনিনা ঈশৈগী ওজা লালমনিগী ময়ুমদা চত্তুনা গুরু উনরুরে। রাঘুবীর নুংতিগী অয়ুক্তা ঈশৈ তম্বা চৎলি। হল্লক্লগা মাগী চাক -ঈশিং থোঙ-থাক্তুনা চারগা লনাই থবক শুবা অমুক চৎপা হৌরে। ময়ুম খুঙ্গংদনা মচন নুপীগা মমাগা লৈহৌরি।

শোমদা মানা গুরিবা থবক্তি চেক শুবগী জোগালি ওইবনি। নোংমদা লুপা ৫০-৬০ দগী হেল্লা ফংবা নত্তে। মদুসু চাং নাইনা ফংবসু নত্তে। অসুন্না বানা গুরগা ময়ুমদসু পৈশা খরা খরা থাজে। মাগী চানবা, য়ুম ভারা, ঈশৈ তম্বগী ফী লোইনমক কোম্লনবা শীঞ্জবনি।

অয়ুক্কী ঈশৈ তম্লুবা হল্লক্লগা চাক থুনা থোঙলগা চাক চারগা মশাদি য়াম্না নাম্না খাউ অমা য়াল্লগা অদুম থোকখি। নুমিদাংৱাই হল্লকপদসু মশা নাম্না খাউদু য়াল্লগা অদুম হল্লকই। অসুন্না থা মঙা তরুক য়ুম ভারাসিদা অৱাৎ-অপা য়াওদনা লৈরকই। থরায় খরা নুংঙাইবা নুমিত্তা মানা তম্লুবা ঈশৈদো নুমিদাংদা মাগী হারমনিয়মদু পুথোক্লগা ঔরাইবসু য়াওই। খোলৈ-খোন্দা নুংশিবা মাগী ঈশৈদো তারুরগা ঈশৈদা ঙাওজবী য়ুম ভারাগী ইমুংগী লৈশাবী রমনি রাঘুবীরগী ঈশৈদা পুক্লিং চংনা তাজে।

নোংমা থাবক ফবা নুমিদাং অমদা খণ্ডহৌদনা রাঘুবীরনা মাগী হারমনিয়ম য়াওনা তাল অমদা মাগী কাদা মখোলদি কয়া হৌদনা নুংশিরবা ঈশৈ অমা শক্রম্মী। রমনি ঈশৈদু তারম্বদগী ফুক হৌগৎলগা রঘুবীরগী কা মনাক্তা চংলগা — "দাদা! ঈশৈদুবু খিত্তং হৌনা শকপীবা য়ারোইদ্রা ?" হায়জিল্লুরে।

ইকায়রমান্লে, রাঘুবীর মাগী হারমনিয়ম থমজিল্লগা ফমুংদা অদুম চংখ্রে।

রমনিনা খল্লি — "অরেম্বগী হায়জরুরে, হায়রমগ্রসু ফগদবা। অমুক হন্না শকউ হায়জবসু ঙমজদদুনা মখা তাদনা অহীংদু ৱানা লেনখি।

নোংডাল্লগা তোটি মখোঙদা ঈশিং য়াফমদা সনাবুল ময়াম অমা পরেং লেংদুনা লৈশাবী ময়াম ঈশিং য়াদুনা লৈরম্মী। রাঘুবীর ঈশিং য়াবা থোরকই। মা পাক হেক চংবদি ঙমদ্রে। রমনিনা মাগী ইকাইজবা মতৌদুদা — "ঐ য়াবীরক্কে" হায়রগা মাগী বালটিন্দু হান্না য়াবীরগা রাঘুবীরদা পীরগা পুহনখি।

নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা রাঘুবীরগী ওজা লালমনিগী মমা সংসার থাদোকখিরম্মী। মাগী ওজাগী মমাগী সংসকারগী থবক য়াওরব্বদগী নুমিত্তু রাঘুবীর ভারাগী য়ুমদা থেংনা হল্লকই। রমনিনা খল্লি — "দাদাদুবু ঙসিসি কদায় তানা চৎগ্রবনো, হৌজিক ফাওবা হল্লক্লিবসিবো ?" রমনি মাগী চাক শরুক্তু চাদনা থম্মী করিগুম্বা মানা হোরেন হল্লরুগা থেংনা চাক থোঙলরগদি থোঙলুরনু মানা হাপ্লে হায়রগা মাগী চাক্কুক্তু পীজরগে খল্লি। পুং বারো তারকপা মতমদা রাঘুবীর হল্লক্লে। হল্লকপগা ফমুংদা লোংনা ৱাদুনা ঙাইহাক্তং পোৎথাদুনা লৈ। মতমদু য়ুমগী মপান্দা য়ান্না চিক্লম্মী। ভারাগী য়ুমগী মী অয়াম্বা চাক তোক্লরবা তুংদা মাগী-মাগী কাদা রেদিও দ্রামা তাদুনা লৈনরি। রমনি মীরক-নারক য়েংলগা মাগী চাক শরুক্তু পুরগা রাঘুবীরগী কাদা চংখি। "দাদা নং কদায় চৎলুরে ? য়ন্না ৱারম্লগনি, ঐনা দাদাগী চাক হাপ্লবনি, ঙসিদি চাক থোঙলুরনু, ঐনা পুরক্লিবসি ওইনা চাবীরো"।

রাঘুবীর ইকাইজদুনা — "য়ারেদা মেম্মা! ঐ চাকসু থোইনা লামদ্রে, তনকাসু চাশিল্লকপদুদা চাক থোঙদবনি।"

— "দাদানা নচলবু লাম্না লৌবীবগী ৱারা ?"

— "অদুগী ৱা নত্তেদা!"

— "অদু ওইরবদি চাকসি চাবীরো!"

অসি হায়রন্নগা রমনি চাক্কুত্তু থনন্নগা রাঘুবীরগী কাদুন্দগী থোকখি।

রাঘুবীর রমনিনা পীজনীংনা থিন্নক্রব্বা চাত্তু চারগা কোল-লিক ফেংলগা রমনিদা শিন্নখি।

ঙসিসিদি রঘুবীর রমনিগী মবুক্লিং পেলহল্লগে খল্লকই। মানা নহান নোংমা খরা হৌনা শকপীউ হায়খিবা ঈশৈদু খরা হৌরগ্গা নুংশিনা নহানগী পুংফমদুমক্তদা তান চানা হারমনিয়ম খোঙদুনা শক্লে। রমনিসু পুক্লিং চংনা ঈশৈদো দারি মপান্দা মখোঙ অনী থন্নগা মখুৎনা খদাং শৌরগ্গা খোঙবী নোমদুনা তান থারগা ঈশৈ তারি।

রাঘুবীর ঈশৈ অদুমখক্তং শক্লন্নগা অদুম তোকখ্রে। রমনিসু মখা শক্লক্রবদুদদি ফম্নব্বদগী তুমিন হৌগৎলগা তুব্বা চংখ্রে।

অসুন্না মরক-মরক্তা রমনিনা রাঘুবীরগী ঈশিং শোকপীবা, চাক হাপ্পীবা তৌদুনা ইমুংদুদা রাঘুবীরগা রমনিগা পুক্লিংগী মরী তগ্গা-তগ্গা লৈনবা হৌরকই। অদুবু পুক্লিংগী ব্বাখলদু চিন্বালথোংদদি নোংমতা কাংথোক্লদ্রি।

চীংজিল থা য়ৌরক্লে। নোং কল্লা চুবদগী ইম্ফালদা ঈশিং চাউদুনা চেক শুবগী থবকসু অয়াম্বা লেপ্পরে। ঈশিং চাউবদুদা রাঘুবীরগী ঈশৈগী ওজা লালমনিগী য়ুমসু ঈশিং থুম্বদা য়াওখ্রে। চাদবদি য়াদে, য়ুম ভারাসু পীদবা য়াদ্রি, য়ুমদগী অৱাৎপা পৈশা থাবীরক্লবসু লৈবা নত্তে। শোমদা রমনিগী মমা পীশকসু ভারা থৌবা য়াল্লা কল্লি। মতম চানা ভারা পীদবগা য়ুম থাদোক্লো হেক্তা হায়। রঘুবীরদসু ভারাগী পৈশা থৌবা হৌরক্লে। রঘুবীর থবক শুফম খঙদ্রে। মানা হৈনবা চেক শুবগী থবক নৎত্রবদি অতৈ থবক্তি করি শুরুগনি? মখুত্তা লুপা চাম্মগা য়াংথৈদগী হেন্না লৈত্রে। মমান্নবা মাগা থবক শুমিন্নবশিংদা থবক মফম অনৌবা লৈব্রা তোয়না হংজে। হয়েংদি নোং খরা হাংবদগী ৱাংথৈদা থিকাদার রতনগী য়ুম শাৎ হৈগনি, মদু য়াওবা য়াগনি হায়ররে। মথংগী অয়ুক্তা ঙস্তানা মাগী খাউ ময়োমদু পুরগা থবক মফম তান্না চৎখ্রে। রতনগী য়ুম য়ৌরগা রাঘুবীর থবক শুবগী ফি হোংদোক্লগা ময়াম মবক্তা থবক শুবা য়াওরে। কদোমদগীনো রমনি কলেজগী মমান্নবী কমলানা মখোয়গী য়ুম শাৎ হৈবগী বামোন অনীনা চাক থোঙগনি, মাবুসু য়েঙ্খাং শেম্বা খবা য়াওমিন্নসি হায়বদুদা মাসু মাগী কাইনেটিক হোন্দা তোংলগা মমান্নবী কমলাখোয়গী য়ুমদা ঙস্তা য়ৌরক্লে। মানা শুমাং য়ৌরকপদা রাঘুবীর থবক শুবা য়াওদুনা লৈরম্বদু

হেক উরুরে। রমনি মমায় ঙাংশং ঙাংশিনখ্রে। রাঘুবীর রমনি উবদা ইকাইবদি ফাওই, অদুবু করি তৌই হায়বগে, খঙগে খঙজসনু খল্লগা রাখলদদি ইনুং-হেক নুংঙাইজদে। রমনি মমান্নবী কমলা উনরে অদুবু মানা মফমদুদা লৈরগা রাঘুবীরনা করি খনখিগদগে খল্দুনা অমুক ময়ুমদা হল্লসিরা খল্লকই। ঙাইহাক খঞ্জানরুরবা তুংদা "ফরে, ঐ চৎলরোইদা, মাগী পুক্লিং থৌগৎপা ওইনা মখোয়গী চা লোন্দুনা চান্নবা শেম-শাদুনা লৈবনা চুমগদমাল্লে।" রমনি ইমুং চংলগা মমান্নবা কমলাহোইগী থবক-ইনখাং নোম্বা য়াওদুনা লৈরে। রমনি কমলাগী মফমদা রাঘুবীরগী বা অমত্তা হৌদোক্তে।

ময়াম পুন্না লেপ্তনা শুবনা নুংথিল পুং অনীদা শাৎ-হৈবা লোইরে। থবক শুবা ময়াম ঈরু-মায়থজবা লোইরে। রাঘুবীর মখুত্তু য়োৎপাক পায়দুনা নুং-লৈঙোই থিৎলুবগী লোইনা পোকথোক্লে। হংগামথাও খরা নীরগা মখুৎশিংদু তৈনৈ। শোমদা চাক্লুক থাদুনা ময়াম কোয়না ফমদুনা চাক চান্নবা লাংখ্রে। বানা শুরুবগী লান্নরবা ঙান্নিনা ঙাইহাক তুমিন-তুমিন মবুক থন্নবা চানৈ। চাবা লোইরবা তুংদা রতন্না শাৎ হৈবগী নুমিত্তুগী অতাবা পৈশাদু বর মিস্ত্রিদা শিন্নরে। বর মিস্ত্রি কুল্লনা থবক শুবা ময়ামদা মানা-মানা ফংগদবা শরুক শুনা য়েল্লি। রঘুবীর লুপা ১৫০ খক ফংলে। মানা পীগদবা য়ুম ভারা লুপা চনিনি। মাগী হান্নগী লুপা ১৫০ অমগা পৈশাদু লৈরবদি য়ুমদা হনবগী গাড়ীগী ভারাসু কোন্নরনি খল্লি।

থবক মফমদগী থুনা হল্লক্তুনা ভারাগী য়ুম য়ৌরগা রমনিগী মমা পীশক্তা লুপা চনিদো পীরে।

— "ইমা! নচা মতম খরা য়ুমদা চৎলুখিগে? নচানা খরা য়েৎচরল্লে, বারৌবীবা য়াদে।" বাহৈদু হায়রল্লগা মাগী কাদা চংলগা মপোৎ-মচৈ পুন্নমক থুনা লোইশিল্লগা ঙাইদুনা লৈরিবা রিক্সোদুদা মপোৎ-মচৈ হাপ্লা লোইরগা রিক্সো তোংলগা বস পার্কিং তান্না চৎখ্রে।

অশোমদা রমনি মমান্নবী কমলাগা থবক শুবা ময়াম পীজবা লোইরগা মখোয়সু কোন্না চাক চাহৌবনি। মাসু চাক চাবা লোইবগা ময়ুমদা থুনা চৎনীংবা পোক্লকখি। কাইনেটিকতু ফনা কন্না থৌরগা লাকপনি। মানা ময়ুম য়ৌবা মতমদদি পুং ৩.৩০ রোম তারল্লে। শঙ্গোয়দা গাড়ী ইনশিল্লল্লগা ইমুং-চংদুনা মফি-মরোল হোংদোক্লগা থোরকই। রমনিগী মমিৎ অনীদু রঘুবীরনা লৈরম্বা কারোমদা হাইফেৎ লৈদুনা য়েংলুই।

মচিন্দা ঈশৈসু হুঁ হুঁ হুঁ হুঁ হুঁ ... শক্তি। মোন্দা নুংঙাইবদি মাল্লি। অদুবু রাঘুবীরনা লৈবা কাদুগী থোংদা শো অমা লোল্লগা য়ান্দুনা লৈবা উই। মবুক্তা খল্লি, “দাদাদু হল্লক্লিবোইরে, মাবু ঙসাই ঐনা থবক শুরিঙেদা উখিবদুদা য়াম্না ইকাইরম্লগদ্রা? মানা শুরিবা থবক্তুদি ঐখোয়বু খঙহন্নীংলম্লোই। মাবু ভায়াগী য়ুমসিদা হঞ্জিল্লকপা ইকাইদুনা মমাম্লবা অমগীদা লৈথোক্লবজাথলা? ঐদি মাবু পুক্লিং থৌগৎকে খল্লিবনি”। মানা অসুম্না পুক্লিংদা মওল-মওল খল্লিঙৈদো মমা পীশক্লা — “কা অমসি হাংলবনিনা নহান য়ুম ভারা হংলম্বা নীপাদো ঙসি লাক্লবদি ফংগনিদা!”

রমনি হাইফেৎ চিংনবগুম তৌনা — “করম্বা কা হাংলবগে ইমা?”

— “হো ঈশৈ তম্বা রাঘুবীর হায়ব্রা কৈনো অমা লৈরম্বদো, চৎখ্রেদনা!”

রমনি — “হা! মাবু চৎখ্রবো, করমকান্দা?”

— “করি তৌরে, নংনা অদুক পাখৎলিদুবো?”

রমনি মিৎলু নাপোম অনীদা খঙহৌদনা ইগ্রা নোং মংবগুম মমায়-মমিৎ লোইনা মকশিনখ্রে। মা মশা খঙজদনা মিৎলুগী পি য়েৎ-ওই অনীদগী মতুম অনীখক লৈমায়দা পোপ-পোপ তারকখি। মদু উবদা মমা পীশক্লা য়াম্না ঙক্লা মচাদা য়েংখি।

তাং ২০/৮/২০০৪

# অঙাংদুবু কনানো

ইম্ফালদগী শুগনু চেনবা গাড়ীদু কৈসামপাৎ পার্কিংদা থাবা মতম য়ৌরক্লুনা মী অয়াম্বা কানরে। চাউথোই স্কুলদগী ছুটি হৌরল্লগা অসুম লাকপনা কৈসামপাৎ পার্কিং য়ৌরক্লে। গাড়ী থাগদবগী স্টার্ট তৌদুনা লৈরবা ইম্ফাল শুগনু চেনবা গাড়ীদুদা কাখৎখ্রে। খ্বাইগী মনীংগী সিৎ পরেংদা ফমফম অমা ফংদুনা মদুদা ফমথরে। ঙাইহাক লৈরগা গাড়ীদু থৌবা হৌরে। অসুম থৌরকপনা সহরগী মফম লোইরক্লুনা লমহাং-তুহাং, চীংয়া-তময়াগী লম মথং-মথং উবা হৌরক্লে। চাউথোইগী পুক্লিংদা নোংচুপ থংবা চীংয়াদা চংখিগদবগী ঙাইদুনা লৈরিবা ঙাঙ্গানবা নুমিৎনা মাবু য়েংলগা হায়রকপগুম খল্লুরি — "ইতাও নং লৈহৌরোকো ঐদি চৎলগে"! মদু খল্লুরগা পুক্লিং ৱাবগুম তৌরকই। মী অমগী মথংদা অমা মাগী-মাগী পম্বুংফম য়ৌদুনা মথং-মথং কুমথনখি। চাউথোই মাগী ফুরিংখাউদগী লুপা কুন্দু লৌথোক্লগা কন্দক্তরদুদা পী।

— "ইনাওবু কদায় য়ৌগদবনো?"

— "ঐ খঙদে, গাড়ীনা য়ৌবা মফমদু ফাওবা য়াওজগে?"

অসুম্না লেপ্তুনা থৌরকপা গাড়ীদু শুগনু বজার য়ৌদুনা খাল্লে। মী অয়াম্বা কুমথনদুনা মাগী-মাগী ময়ুমদা চৎনখ্রে। চাউথোইদি গাড়ীদা কুমথদনা অদুম লৈ।

চহী য়াংখৈগী লোনগী নুপা অমথক থেলাগী মওংদা চনবা রিক্সো অমা থৌরগা লাকই। বসকী মনীংগী থোং মনাক্তা খাল্লগা ওসাই অয়ুক ড্রাইভরদা শিন্নখিবা বেসন, অতা অমদি আলুগী বেগতু লৌবা লাকপনি। কুল্লা হেন্দিমেন কৌরগা মাগী মতেং পাংনবা হায়রি। চাউথোই ফুক হৌগৎলগা নুপাদুগী পোত্তু মাসু থাংথবা য়াওগে হায়রে। মানা মতেং পাংদুনা পোৎশিংদু গাড়ীদগী থাংথরগা রিক্সোদা হাপমিন্নরে। কুল্লনা অঙাংদুনা স্কুলগী ইউনিফোর্ম শেৎলগা খাউ অমদা লাইরিক খরসু য়াওবা উবদুদা চিংনদুনা হংলকই।

— "ইবুংঙো ! নংবু কনাগী অঙাংনো, ইপাবু নংবু ঐখোয়গী অসিবাইদা হান্না অমুক্তা উখিদ্রি ?"

চাউথোই তুমিন বা অমত্তা খুমদনা লৈ। মাগী মতৌদুদা কুল্লনা অমুক্কা হন্না — "নংবু স্কুলদগী হল্লকপসু মাল্লি, করি লমদগীনো, কনাগীদা লাকপনো, ইপাদা চিংনদনা হায়য়ু!"

চাউথোই — "বাবা ! ঐ ইম্ফালদগীনি।"

— "অদুদি নংদি ঙসিদি কনাগীদা থুংগদবনো, লমসিদা নংগী খঙনবা লৈব্রা ?"

— "লৈতে বাবা !"

— "অদুদি নং অহীংসিদি কনাগীদা লেক্কনি ?"

— "খঙদে।"

— "নত্তে, নংবু য়ুমদা ইমা-বাবাগা খৎনরক্লব্রা ?"

খুমদে।

— "ফরে, অদুদি ঙসিদি ইপাগীদা লৈরূরসি লাকও চৎলসি" ! অসি হায়দুনা কুল্লনা রিক্সোদু ইনবদা চাউথোইসু তুংদগী রিক্সো ইল্লগা মখোয় অনী কুল্লগী য়ুম তানা চৎমিন্নখ্রে। কুল্লগী দুকান্দি মযামগী বজারদা ফম্বা দুকানগুম্বা নত্তে। আ লৈরক মনুংদা ফম্বনি। কুল্লগী দুকান য়ৌবা মতমদদি মমদুনা মৈ থানগৎনরে।

কুল্লা মাগী নুপী কেতুকী কৌথোক্লগা — "ইবুংঙো ! লাকও ইমুংদা চংলসি" অসি হায়রগা চাউথোইবু ইরেন পুশিনখ্রে। কেতুকীনা খল্লি, "অঙাংসিবু মোইবাগী মরুপকী মচাকা ওইরমগদ্রা ?"

চাউথোই মমা কমলানা লৈশাবী ওইনা মীরোল্লগা পোকখিবা মরাইবক থীরবা নুপামচানি। মাগী অশেংবা মপাদি লানঙম্বনি। লালহৌলুপ অমগী সর্জন মেজব ওইরম্বনি। কমলাগা লোন্না নুংশি মরী লৈনরক্লনা থম্মোই-থম্মোই শিন্নখোকখিবনি। কমলানা মীরোনবা থা অহুম হায়রকপদা লালঙম্বনা কমলাবু ময়ুমদা শোয়দনা পুশিল্লগে বারূরনু হায়রম্বনি। অদুবু মোরে লম্বীদা আসাম রাইফসকা কাপ্নবগী থৌদোক অমদা লানঙম্বা লৈখিদবনি। লানঙম্বগী আস্টি অমদি শোরাৎ কর্ম্মদা কমলা লানঙম্বগী য়ুমদা চত্তুনা থবক-ইনথাং অমা-অমা য়াওখি। লানঙম্বগী ইমুংগী মীশিংসু কমলাগী পীবুক্লুংদা লানঙম্বগী ঈগী অঙাং অমা নাওপুরে হায়বসি কমলানা

লানঙম্বা শিবা মতমদা ওন্ন-থোইনা কপখিবদগী খঙবগুম তৌখিবনি। কমলাবু পোকপী মমানা অঙাংদু ডাক্তরগা তান্নরগা লৌথোক্লসি হায়বদা কমলানা য়াখিদে। অমরোমদা লানঙম্বগী মমা-মপা, মচিন-মনাওশিংনসু কমলানা মীরোল্লিবা অঙাংদু লানঙম্বগীনি খঙলবসু লানঙম্বা লৈখিদ্রবনিনা লৌশিল্লুবগী থোইনা কান্নরবোই খনখি। খরা লৈরগা নুপা অমদা ময়ুম পানগে হায়রক্লগা থোইনদুম ইমুংদা মথা শানবনি খনবীখি।

অসুম্না কমলা থা তরা নাওপুদুনা চাউথোই পোকখিবনি। চাউথোইনা চহী-অহুম হায়রকপা মতমদা কমলা প্রাইভেৎ স্কুল অমদা ওজা ওইরে। নুংতিগী কেনা, ফিজেৎ নান্না শেংলগা স্কুল চংলবনিনা অউবা মীনা মশক মতৌনগা ফজবগা কমলাগীদমক ৱারীবা হৌরক্লে। নুপীনা নুপা অমগী মতেং য়াওদনা করন্না হিংগনি; মপু অমা পান্নবা তৌরসি হায়বা ৱাহৈসি মাইকৈ কয়াদগী হায়বা অমদি হংবা তোয়শিল্লকখি। কমলা অহানবদা মীগী ৱাদু থোইনা লুনা লৌরমদ্রগসু নুংতিগী হায়বা অমদি তকশিনবা য়াম্মনবদগী গোপালগা শকখঙনবা হৌরকখি। গোপালসু মচানুপা অমা পোক্লগা মাগী নুপীদু গাড়ী এক্সিদেন্টতা লৈখিদবদগী নাম্মা হাংদুনা লৈরকপা চহী অনীরোম ফারক্লে। মচাসু হৌজিক্তি চহী অনীরোম শুরে। গোপাল অমদি কমলা নাম্মা হাংলবা পাথ্রা অমদি লুখ্রা ঙাক্তা ঙাইনরবনিনা অনীগী লম্বা শাবদি য়াম্না চান্নবগুম থোক্লে। অদুবু য়াম্না লুবা অমদি মচা লোন্নবগী মতাং অমা লাক্কদৌরিবসিনি। হায়নবসু লৈ “তুরোন্নবদগী চারোন্নবনা হেন্না লুই”। চাউথোই অমদি গৌতম মপাসু পুন্দবা, মমাসু পুন্দবা ওইনা থোক্কদৌরি। মচাশিংগীদি কোন্ন-কোন্নগী থোকঅ-থোকঅবা লাক্কনি হায়না য়াম্না লাইনা খনবদগী গোপালগা কমলাগা কৈন্য কত্তুনা কমলা মচা চাউথোইগা পুন্না গোপালগী য়ুমদা লাক্তুনা লৈরে। চাউথোই অহানবদদি মীগী য়ুন্নি হায়বগী ৱাখল খর-খরা খঙলকপা মতম য়ৌনা চাউরবনিনা নুমিৎ তারকপগা য়ুমদা চংলসি, য়ুমদা চংলসি হায়রকই। অদুবু নুমিৎ মশীং অসুম য়ামশিল্লক্রবনিনা অকাউবা হায়বা ৱাখলদুনা চাউথোইগী ময়ুম চৎচনীংবগী অপাম্বদুসু মতম্না তপ্না-তপ্না পুবীখ্রে।

ঙসিদি হৌখিবা ৱারী ঙম্না কাউখিদুনা চাউথোই মশানা লৈরিবা য়ুমসি মাগী অশেংবা য়ুম ওইরবোই খল্লক্লে।

গৌতমদি মমাগী মপাম খুৎ য়াম্না লিংই। মমা পোকপা মবুবোক অমদি মবেনবোক অনীনা মতম-মতমগী শান্নপোৎ, সাইকল মচা তোংনবা মখল-মখল

কয়া তত্তনা লৈবীরকই। অদুবু মমাগী মপামগী মীওইশিংনা কমলা অমদি কমলাগী মচা চাউথোইবুদি নোংমতা নীংথিনা কৌবীবা অমদি লোইনবীবা উদে। করিগুম্বা কান্দা চাউথোইনা গৌতমগী সাইকল মচাদু লৈমিন্নরবনিনা থৌবা য়াওরবসু গোপালগী মনাও কেশো অমদি গোপালবু পোকপা গৌতমগী মপু-মবেন্না গাড়ীদু ভেঙ্কনি হায়দুনা তোংহন্দে। চাউথোই কপ্পুনা মমাদা তম্বা কয়াসু য়াওই। ইমুংগী মীনা চাউথোইবু লূনা তৌবীদবসি কমলাসু খঙই অদুগা চাউথোইসু ভাব খর-খরা তারকপগুম ত্তৌরক্কে। গোপালদি কমলাবু মাগী নুপী ওইনা লৌরুরবনিনা মদুদা থোইনা খঞ্জিল্লুদে। মসি ফন্নমক ওইদুনসু কমলা অখাঙ কন্না হোৎনদুনা পুন্সিদা অশোয়বা অমা থেংনগ্রবনিনা ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনদুনা লৈবনি।

অসুন্না গৌতমগা চাউথোইগা চাউথোইনা চহী অমা হল্লবসু গৌতম্বু খরা অচাওরম কাহন্না য়োকপীবসিনা য়ুম অমদা লৈমিন্নবদা হৈরোংগুন্না মশুং নাইরকই। ইমুংগী মীনা গৌতমগী মীচংদা অয়াম্বা লৈরবনিনা চাউথোই তুফক-তুফাই ইচন-চনবগুম তৌজে। নোংমা অয়ুক অমদা ক্রিকেট বেট মুন্নবগী মতাংদগী মচিন-মনাও কন্না খৎনরম্মী। মমা-মপা অনীসু পুন্না গাড়ী মচা অমদা তোংলগা অরুবা থবক অমা চৎমিন্নখি। মখোয় অনীগী চানবা চাক্তি মমানা ঙন্তানা থোঙবীরগা থম্নল্লবনি। হান্নদগী মাগী মীচং লৈজদবা চাউথোইবু গোপালগী মনাও কেশোনা গৌতমগী মীচং চংদুনা গৌতম্বু ইনশিন্দুনা মমায়দা কিন্না থিলহল্লি। চাউথোই শাওবদগী অমুক হন্না গৌতম্বু কিন্না অনীরক থিল্লকই। কেশোনা চাউথোইদা খুপাক্লা অনীরক থারগা — "হৈ! মসিগী অঙাংসি লম য়ান্না হেল্লক্রেদা! নং হাৎতোকউরা? নংগা অঙাংসিগা মান্নবা য়াব্রা? নংদি নপা মশক খঙদবা মচানি, য়ুমসিসু গৌতমগীনি, নং হয়েংখৈ অদুন্না তৌরবদি য়ুমসিদা লৈবা য়ারোই খঙগব্রা? ঐনা ফুই হায়দুনা নমাদা তল্লবদি নং হাৎকদবনি।"

অসুক কুইবসি ময়ুন্নি খন্না লৈজরক্লবনি। অদুবু ঙসিগী মখুরা কেশোগী অকনবা বাহে খরদুনা জ্ঞান ফজনা তারবা ক্লাস সিক্স তম্নবা চাউথোইগী মকোক্তা য়াম্না নুংঙাইতবা শাফু অমা পীবগুম থোকখ্রে।

চাউথোই কপ্না-কপ্না মখোঙ-মখুৎ মোৎলিবদু হামদোক্লগা স্কুলগী ইউনিফোর্ম শেৎচিল্লগা মমাগী মোমপাক মখাদা কাংখত্তুনা পৈশা থিরকই। লুপা কুনচৎপী অমখক তাশিল্লগা লৈরম্বদু ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লগা লেংবান্দা লাইরিক খাউ য়াল্লগা য়ুমদগী স্কুল কাবা ওইনা থোকখিবনি।

গোপাল অমদি কমলা য়ুমদা হল্লকপা মতমদদি মচা চাউথোইদি লৈরমগ্রে। গৌতমসু মমায়দু ইপোম পোল্লম্মী।

কমলা — "ইবুংঙো গৌতম করি তৌরে নমায়দু পোম্নিবদি, নয়াম্বদি স্কুল ওস্তানা চংথিব্রিবদি করিগীনো? মাদি চাকসু চাখিদ্রমাম্রে, নখোয় অনীবু খৎনরব্রা হায়বনি?" গৌতম মবুক্লিং নুংশিরুরমাম্রে, কপ্পা-কপ্পা — "দাদানা ঐবু ক্রিকেট বেট পীয়ু য়াদবগী ফুরিনিনে। ঐগী মায়দসু কিল্লা অনীরক থিল্লিনিনে। বাবা, বাবা! দাদাদি য়াম্না ফত্তজাৎনি।"

গোপাল — "এ! মা হোরেন লাকখিসনু বাবানা মাবু ফুগনি।"

কমলাসু খল্লি, "মচা চাউথোইনা গৌতমদগী খরা চাউবা হেনবনিনা ফুবীরম্বা তারে, হোরেন হল্লক্লগা চৈগে।" অসি হায়না গৌতম্বু থেমজিনবী। মমান্নবাময়াম স্কুল কুম্নরকপা মতম য়ৌরফাওবদা চাউথোই য়ুমদা হল্লক্রে। মাগা তিন্নবা রাজেনখোয়, তোম্বখোয়দা হাংবদসু মাদি হাপ থারকপা মতমদা হনখ্রবনি খুম্মী।

কমলা সন্ধ্যা মতম য়ৌরক্লুনা ষণ কানরক্লবা, উচেক-বায়া পুন্নমক মহুম-মহুমদা চংনখ্রবা মতমসিদা মচা উরক্লবদা হেন্না নুংশা থীরকই।

গৌতম্বু নুংশিনা কোল্লগা — "ইবুংঙো গৌতম! নংগী দাদানা নংঙোন্দা কয়াম থীনা ফুবগে? মানা নংবু ফুবদা নংগী মীচং কনানা চংই?"

— "ঐখোয় কাকানা দাদাবু অমুক ফুবনি, নয়ুম নত্তে, নংনা গৌতম্বু ফুরদি নং সিদা লৈবা য়ারোই হায়বনি।"

মচা গৌতমগী মচিন্দগী থোরকপা ৱাহে খরদুনা কমলাগী থম্মোই তংখায় তানা কায়হনবীরে। কমলা ভাব তারক্লে, মদুদি মচাবু মখোয়না তানথোকপীখিবনি। ৱারোল পুন্নমক শেংনা খঙলবা তুংদা মপুরোইবা গোপালগী মফমদা ওইনবা ৱাহৈনা হায়জরকই — "মোইবা! মোইবানা পোকপা ইচা নত্তবনা ইচা চাউথোইবু নুংশিবীদ্রবসু ঐগীদি থা তরা নাওপুদুনা পোকচবা ইচানিনা ঐদি ইচাবু নুংশি; ঐসু য়ুমসি থাদোক্লুনা ইচা থিজরুবা তারমাম্রে?"

— "করিনো কমলা! নং অমুক্তা তপথখো! হয়েং নোংঙাল্লগা মণিপুরগী মফম শীনবা থুংনা খবরদা, পুলিসতা অমদি রেদিওদা পাউ পীদুনা মাবু ফংনবা থিদবা য়াব্রা?"

— "মোইবা! ইচাদো য়ুমসিদা অমুক হল্লক্কুনা লৈয়ু হায়বসু য়াগনি নীংদে, মাবু পোকপা মপাদুসু মরিল য়াম্না খায় হায়নে। ইচাদু মপানা য়াওরম্বা নীংতম লালহৌগী লম্বীদা শোয়দনা য়াওখ্রগদ্রা খল্লি। হৌজিক মখারোমদা মখোয়গী চহী মতাংগী অঙাংশিং য়াম্না নীংতম লালহৌগীদমক চংনরি হায়বা পাউ তায়।" অসি হায়বগা কমলা হিক্লা-হিক্লা মচা কৌদুনা কপখৎলক্লে। মমানা কপ্পদু উরগা গৌতমসু ঙসাই অয়ুক মখুরা কেশোনা ময়াম্ববু ফুরগা হায়খিবা বাহৈশিংদু নীংশিংলুরগা হৌজিক ময়াম্বা হল্লক্লবা মতমসিদদি ময়াম্ববু নুংশিরকই।

অশোমদা শুগনুদা চাউথোই কুল্লগী য়ুমদা কেতুকীনা হারউ-হরাউ তৌবীদুনা নুংঙাইনা চা-থক্কুনা অহীংদু লেল্লি। অদুবু তুম্বা চংখ্রগা ফমুংদা অপোকপী মমাবু নীংশিংলক্কুনা হিক্লা-হিক্লা কপ্পী। কপ্পম্বদগী তাইবং শেম্বীবা মপুনা তপ্না-তপ্না শুম্বীখ্রে।

তাইবং শেম্বীবা মপুনা চাউথোইবু শুগনুগী কুল্লগী য়ুমদা অহীং অমা লেক-চাদুনা লৈহনবসিদা চহী খরগী মমাঙদা চাউথোইবু পোকপা সর্জন লানঙম্বসু চাউথোইনা ঙসি তুল্লিবা ফমুংসিদা তাঞ্জা অমদগী তুমখিবা ফমুং ওইবল্লে। ফমুংদুদা শিথ্রবা মপা ইবুংঙোগী বাখলগী মমি খরদি লৈহৌরবোই। চাউথোইগী মঙলান্দা অমুক্তা মশক উখিদ্রিবা মশক মতৌ ফজবা নুপা অমা লাক্লগা মঙোন্দা হাযবে। "ইবুংঙো! ঐ নংগী শুরুনি, ঐ নংগী চৎকদবা লম্বী অমা তাকপীগে। নংনা অহীং লেক্লিবা য়ুমসিগী হেক মনীংদা ইম্ফাল তুরেল লৈবনি। তুরেল মখাদা হিদেন তাফম অমদা হি অমা লাক্কনি। নং হিদুদা তোংলক্লিবা মীশিংদুদা নংগী নতেং খরা পাংবীযু হায়য়ু। মখোয়না নংগী তুংগী চৎকদবা অচুম্বা লম্বী শোয়দনা তাকপীগনি। ঐ চৎলে, নং পুক্সিদা মায় পাকপা ওইয়ুকো।"

চাউথোই মিৎকপ খংথোক থোক্লকই। খল্লকই — "হৌজিক ঐগী মঙদা লাক্লম্বদুবু লাই হায়বদুরা? উপাই লৈত্রবা ঐগী মঙদা লাক্লম্বা নুপাদুবু ঐগীগুরুনি তাকপীরম্মী। মহাক অদুবু ঐগী অশেংবা ইপাদুগী থবায় ওইরমগদ্রা? ও! ঐনা চিংনদুনা লৈরম্বা ঐগী ইপা ইম্ফালগী গোপাল ঐবু পোকপা মান্দে খনখিবা, ইমাগা বাবাগা মরুক-মরক্তা বারী শারিঙৈদা ঐনা চংলুবা মতমদা মখোয়গী বারী লেপখিবগী অর্থদু চুম্বা তাববা।" অসুম খল্লিঙৈদা নোংঙাল্লকপগী উচেক খোঙলকপা তারক্লে। ঙন্ত্র হৌরগা মচিন-ময়া শেংবা, মখোঙ হাম্নবা মনীংলোমদা থোক্লবদা ইম্ফাল তুরেলগী হিদেন তাফমদু হেক উরুরে। খল্লকই — "ঐগী মঙদু চুমগদৌরে।"

মচিন-ময়া শেংবা লোইরগা ঙরাং মানা শেৎলকপা ফি-রোলদু হোংদোক্রে। মাগী লাইরিক থাউদুদি ইমুংদুগী নুপী মচাদুগী ওইজরসনু খন্দুনা থনম্রে। ইমুংগী মী অয়াম্বা হৌনম্রিগৈদা তুরেলগী তোর্বান্দা কুমথরগা লেপ্লিগৈদা মণ্ডদা হায়রম্বগা চপ মান্ননা হি অমখক তুরেলদুদা অসুম-অসুম মানা কৌবগুম নকশিল্লক্রে। তশেংনমক হিদুদা য়াওরিবা কাংবুদু মাগী চহী লোন ওইগদবা নুপামচানা অয়াম্বনি। মণ্ডদা হায়রম্বদুমক অচুম্বরা খন্দুনা বাফম থরা হংলুবনি। — "সার! ঐবু অদোম্না পুল্লিগী লম্বী অচুম্বা শোয়দনা তাকপীগদ্রা?" বাহংদু তাবদা — "নংবু ঐখোয়গী মরমদা হান্না পাউ তাবা লৈখ্রবা?"

— "হোয়! ঙরাং ঐগী মণ্ডদা নুপা অমা লাক্লগা সার মফমসিদা লাক্কনি, সারদা ঐগী অপাম্বা লোইনমক হায়য়ু তাক্লম্মী। ঐবু সারনা অমুক্তা লমজিংবীয়ু!" "অদুদি নং হিসিদা তোংলক্লো। নংগী লম্বী তাকপীরগে"। অসি হায়না চাউথোইবু মণ্ডগুম্না হিদুদা কাখৎহল্লগা পুদুনা মখা পাংনা চৎখ্রে। চাউথোই মানা লৈরম্বা ইমুংদা মানা চৎলগে তাক্লমদবগী নুংঙাইতবা পোক্লক্কুনা হিদগী মমায় লৈরগা হন্না য়েংলকই। ইমুংগী অহল অনীদু মচানুপীগা লেপ্তুনা মাবু য়েংদুনা লৈরম্মী। চাউথোই মখুৎ মচাদু হাইনা-হাইনা মখোয়বু বিদাই তৌরম্মী। হিদু অসুম-অসুম লাপথোকখিদুনা মিৎয়েংগী বাংমা লানখ্রে। মীওইবা মশেলনিনা থম্মোইগী মরী অমদি লৈনরুরবনিনা পুক্লিংদা মতম চুপ্পগী বাহং অমদি হংদুনা লৈহৌরে "অঙাংদুবু কনানো?"

তাং ২৫/৭/২০০৪

# স্কুল ইউনিফোর্ম

নেসনেল হায়বেগী মনাক্তা চীংনা ইকোয়-কোয়সিল্লগা পাৎ মপান্দা তাবা খুঙ্গং মচা অমগী বাল্লীনি। ইম্ফাল সহরদগীদি কিলোমিটর কুনমুক লাপ্লমগনি। য়ুম্লাক য়াম্খে হুমফুরোমতমক ইচাই-চাইনা তাবনি। অঙাংশিং লাইরিক-লাইশু তম্নবা সরকারগী প্রাইমারি থাক ফাওবগী স্কুল অমদি লৈরে। স্কুলদুগী হেদ মিস্ট্রেসনা ইম্ফালদগী ওজা মেমচৌবীনি। ওজা মেমচৌবীনা স্কুলদুদা ওজা ওইরকপসি চাউরাক্লা চহী কুম্নীথোইহরোম শুরক্রে। মতম শাংনা স্কুলদুগী ওজা ওইবকপনা খুঙ্গংদুগী য়ুম্লাক-শাগৈ, ইমুং-মনুং, য়ুমলৈ-কৈবৈ অমদি তোঙান-তোঙানবা যুম্বালগী মরমদা কুপ্না খঙলে। অয়াম্বা মীগী মমিং-মথাসু খঙলে হায়বা য়ারে। শম্না হাযরবদা মশাগী লৈকায়গুম্লে।

পাৎ মপান্দা তাবা খুঙ্গং ওইবনা লমদুগী মী অয়াম্বা পাংকী ঈশিংনা পুম্রিগুম্না চান-থক্লবা, ঈরু-মায়থজবা অয়াম্বদা শীজিন্নে। ঙা ফাবা, লাং থাবা, খোই চোপ্পা, চীংদা কাদুনা শীং চনবা, য়েঙ্খাং-নাপী থিবনা মরুওইবা শিনফম ওইনা তৌই; লৌ উফমদি লৈতে। লায়রবনা নম্না তাবা খুঙ্গং ওইবনা স্কুলদা লাইবিক তম্নবা মিং চনবা ঙমদবা, লাইরিক শুনা লৈবা ঙমজদবা ছাত্র-ছাত্রিনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। ওজা মেমচৌবী খুঙ্গংসিদা মাগী ওজা ওইবগী শিনফমগা হৌদোকমিন্নরকপা ওইবদুদা ইম্ফালগী মাগী য়ুমগী মনাক নাকপা স্কুল অমদা ট্রান্সফর তৌগে হায়বগী বাখল থোইনা তৌরুদ্রে। মানা মহৌশা তম্বীখিবা ছাত্র-ছাত্রিগী মরক্তা ময়ুম-মকৈ পান্দুনা অঙাং লৈনবসু য়াওরে। মখোয়শিংদুগী মচাশিং অমুক স্কুলদুদা লাইরিক তম্বা হৌনবসু য়াওবে।

নোংমা অঙাং অমা মমানা স্কুল কাবা অহানবা থিল্লকপদা থাযনা ওজা মেমচৌবীনা তম্বীখিবী ছাত্রি অমগী মচা ওইরম্বদুদা ওজা মেমচৌবীনা হংই — "ইবেম্মা! নংবু ঐগী মহৌশাগী ছাত্রি নৎত্রো? নমিংদুবু?"

মমাদু ইকায়জদুনা মরু হাইফেং লুকথরগা, — "মানি ওজা, ঐগী মিং মেমচা কৌই!"

— "হোয়নে; মেমচা হায়বনিনে, নংদি অঙাংদি কয়া শুরে?"

— "অঙাং অহুম শুরে, ওজা!"

— "ফরে, ফরে, নংগী নচাশিংসে ঐগীদি ইশু তারেনে!" অসি হায়রগা ওজা মেমচৌবী নোক্লা-নোক্লা অঙাংদুবু মখুৎ শল্লগা স্কুলগী কাদা চংমিল্লখি। মমিং-মথা রেজিস্টারদা ইদুনা অঙাংদুগী মমিং চনবীরে। খুঙ্গংদুগী স্কুলদুদা তম্লিবা অঙাং অয়াম্বা বয়, কলম, পেনসিল শুনা লৈবীবা, ইউনিফোর্ম ফজনা শেৎহনবা ঙম্বা মমা-মপা কয়া য়াওদে। ওজা মেমচৌবীনা বয়, কলম, পেনসিল অমদি অৱাৎপা লাইরিক্লচিংবা মরক-মরক্তা লৈবীদুনা অৱাৎপশিংদু পীবীবা য়াওই। য়ুমদা মচাশিংনো পীক্লৈঙৈদা শেৎলম্বা ফুরিৎ-খোঙগ্রাও, স্কৎনচিংবা লৈবদু পুরগা মফি শেগায়বা শেৎলকপা অঙাংশিংগী শেৎচনবা পীবী। অঙাংশিংদুসু ফিশিংদু পীরগা শেৎহনবদা হরাউজবা পোকই। মখোয়না মখোয়গী ওজা হেদ মিস্ট্রেস অসিবু য়াম্না লুনা খঞ্জে অমদি কিন্সু লোইনজে। চহীগী কালেন ছুটি থানরকপা মতমদা বস অমা ৱায়রগা ওজাশিং, স্কুলদুগী ছাত্র-ছাত্রিশিং লোইনা পুরগা লময়েংবা পুবী। চান-থক্লবা য়ুমদগী ঙস্তানা থোঙ-থাক্রগা ওজা মেমচৌবীনা পুদুনা চৎকনি। মানা অদুগুম্বা থৌরম শীনবদা মঙোন্দগী পৈশা পুথোকখিবদা থেইনা লুনা থল্লুদে। নুপী ওইজরবসু পুকচেল চাউনা স্কুল অসিবু মায়রোং য়ানা হোৎনদুনা খুঙ্গংসিদা থবক তৌরকই। 'মিদ দে মিল স্কিম'গী মখাদা পীথরকপা চেংসু ছাত্র-ছাত্রিশিংদা মতম চানা লৌরুরগা চাং নাইনা য়েল্লি। হয়েংদি চেং য়েনগনি হায়রবদি স্কুলদুগী ছাত্র-ছাত্রিশিংসু নোংমা ৱাৎলিঙৈদগী অয়াম্বা কানরক্কনি, চেং ফংহৌনবা।

অসুম্না লায়রবনা নম্না খুন্দাবা খুঙ্গংসিদা ওজা ওইবসিদা অৱা-নুংঙাই পুন্না থৌদাং লৌদুনা ওজা মেমচৌবী থবক তৌরকপনি। মানা তম্বীখিবী ছাত্রি মেমচাগী মচাদু ঙসিদি পুংকক চাউরক্লে। মমিংনা রাজু কৌই। মরক-মরক্তা ওজা মেমচৌবীনা ময়ুমদগী অচাপোৎ পুরক্কুনা পীজবা, করিগুম্বা কান্দা হাপ্তা মনাক্তা লেপ্লগা য়েংলরবদি লুপা মঙাচৎপী অমা বেগতগী লৌথোক্কুনা সে-সে, অচাপোৎ লৈজরুবো হায়না পীগনি। তশেংনমক রাজু ওজা মেমচৌবীগী মচা নিংঙোলনা পোকপা মশুনুপা অহনগুম তৌরে। মমান্নবী ওজা অতৈদা — "য়েংউ! ঐগী ইশুসে, মমাসু ঐনা

হান্না স্কুলসিদা তম্বীখিবনি। খুঙ্গংগী পুন্সি হায়বসিমক্তবু মমা অসে লাইরিক মখা তমথদনা ক্লাস ফাইভতা তোক্লগা চহী তরামঙাদা ময়ুম পাল্লবনিনা হৌজিক্তি মচা অহুম শুরে; মচাসু ফন চাউবা য়াওরে, করিবু শুরগা মচাশিংসে থাক্কদৌরিবনো খঙদে। মানা হয়েং চহী নিফু শুরকপা অদুবাইদদি মচা তবাদি শুগদৌরিবনি; য়াইফ-য়ুম্বালগী থৌরাং পায়খৎলিবা মীশিংদুগা নৎত্রগা ডাক্তরগা তাম্নবসু মান্দে। হৌজিকমক্কী ওইনদি মানা খরা হোৎনবা, নুপানা সহরদা চত্তুনা নুংতিগী রিক্সো থৌরগা তাম্লুদুনা মবুক্তি থন্না চাজরিমায়ে।"

রাজু ঙসিদি ক্লাস তু তমলে। মানা মখোয়গী ক্লাসকী রোল নম্বর বান তারি। ওজা হেদ মিস্ট্রেসনা নোংমা পরিক্ষা হৌদ্রিঙৈদা হায়খিবা বাহে — "কুমসিগী পরিক্ষাদা ক্লাস-ক্লাসকী ওইনা ফার্স্ট দিবীজনদা পাশ তৌবগা লোইননা মকোক তাবা ভম্বা স্কুলসিগী ছাত্র-ছাত্রি য়াওরবদি মথংগী ক্লাস অনৌবা কারকপদা ইউনিফোর্ম অহনবা অমা প্রাইজ ওইনা পীগনি, লোইননা লাইরিক লেন্না পীগনি, মিংজল শেনসু লৌরোই।"

রাজু অঙাং ওইরবসু ভাব নীংথিনা তারে। মা য়াম্না কন্না লাইরিক ওরাইদুনা হোৎনৈ, মনাসি মানা লৌগে হায়না চপ য়ুংনা খঙ্গে। চহীগী পরিক্ষা থাবা লোইখ্রে। নুমিৎ মরিনি চুপ্না চৎথখিবা পরিক্ষাদু রাজু য়াম্না ফজনা পাউখুম পীখি। মানা নুংতিগী খঙবা বাখলদি মখোয়গী স্কুলগী পরিক্ষা কৈদৌঙৈ হায়দোকনি হায়বসিনি। মসিগী বাখলসি ফার্স্ট তারক্কদবা খরা ফবা অঙাং খুদিংমক্কী লৈনবা বাখলনি। রাজুনা য়াম্না লাংতক্লনা ঙাইজরকপা নুমিৎতু লাক্লে, মখোয়গী স্কুলগী চহীগী পরিক্ষা হায়দোক্লে। স্কুলদুগী ওইনা ফার্স্ট দিবিজন্দা পাস তৌবা ভম্বা ছাত্র রাজুখক্তমক ঙাইরে। মানা লাংতক্লনা ঙাইজরকপগী মরুওইবা মরম অমসু লৈরি, মদুদি পীশক-পীক্লিঙৈদগী অমুক্তসু স্কুল ইউনিফোর্ম অহনবা শেৎপা ফংজরক্তবা অসিনি। করিগুম্বা হন্দক্কী চহীসিদা মানা ফার্স্ট তারবদি মা শোয়দনা ইউনিফোর্ম অহনবা শেৎপা ফংলগনি। পরিক্ষা হায়দোকপগী পাউদুনা রাজুগী পুক্লিংবু মথুম-মবাং হৌহনবীখি।

ওজা মেমচৌবীনা মনাদি চহীগী মিংচনবা অমদি স্কুল কাবা হৌবা নুমিত্তা স্কুল এসেমব্লিদা পীনবা লেপলে, অদুগা স্কুল কাবা হৌগদবা নুমিৎসু লেপলে। ওজা মেমচৌবীনা রাজু কৌরগা মাগী ইউনিফোর্ম লৈনবা নাপ-নুং লৌবা লোইখ্রে। খ্বাইরম্বন্দ বজারদা চত্তুনা স্কুল ইউনিফোর্ম য়োনবা দুকান্দা চত্তুনা রাজুগী নাপ পুরগা

ইউনিফোর্ম অহনবা অমা তাইগা কোন্ননা লৈবীরে। ক্লাস থ্রিদা তন্নবা লাইরিকসু শুনা লৈরে। ওজা মেমচৌবীগী বাখলদা প্রাইজ অদু স্কুল কাবা হৌবা নুমিত্তা অঙাংশিং অতৈদুগী মমাগুদা পীরবদি মথংদা অঙাং অতৈসু মতৌ তমদুনা লাইরিক্তা পুক্নিং চংনবা পান্দম ওইনা খঞ্জরম্ববনি।

নোংমা-নোংমা হৌখিবনা হয়েংদি স্কুল কাবা হৌবা নুমিৎ লাক্কে। রাজু অহীংদু তুম্বা য়াদনা নুংঙাইবগী বাখলতমক খল্লি। মানা শেৎকদবা ইউনিফোর্মদু করি মচুগী ওইরিগবা, মমল কয়াম পীরমগনি, লাইরিক অহনবশিংদুনা কয়াম য়াম্লমগনি খাউ অহনবা অমসু য়াওগনি হায়বনি।

শোমদা ওজা মেমচৌবী বজারদগী লৈরুবা ইউনিফোর্মদু নীংথিনা পেক তৌরগা মথক্তা রিবোন্না পুল্লগা রাজুগী য়ুম্নাক অমদি মিং নীংথিনা ইরগা খাউ অহনবা অমদা লাইরিকসিংদু হাপ্লগা হয়েং অয়ুক্কী স্কুল চৎপদা পুনবা থম্মী।

স্কুল কাবা হৌবা নুমিৎ লাক্কে। ওজা মেমচৌবী অয়ুক্কী পুং মাপল তাবদা শেম-শাদুনা থন্নবা পোৎসিংদু পুরগা বস তোংদুনা স্কুল কারকই। মাগী খুঙ্গংদু য়ৌদুনা বসতগী কুমহৌরে। হোরেন এসেমব্লি লোইরকপদা ময়াম মমাঙদা কৌথোক্লগা পীগে খনবা পেকিংদু পায়রগা স্কুল তম্না চৎপা হৌই।

রাজু ঙসিদি স্কুলদগী ওজা হেদ মিস্ট্রেসনা পীবা মনা লৌগদবনি, ঙন্তা ঈরুজরগা স্কুল চৎকে খন্দুনা মখোয়গী হিদেন্দা ঈরু লুজদুনা লৈ। ঙাইহাক্কুদা রাজুগী মমান্নবা বীক্রমসু ঈরুজবা কুমথরকই। মখোয় অনী পুন্না লুজমিন্নে।

রাজু — "বীক্রম! ঙসিদি ঐ ফার্স্ট তাবগী মনা লৌদোইনি, ওজানসু ঙন্তা লাকউ হায়বনি, থুনা লুজসি!"

বীক্রম — "হেরা অঙাং নংনা লাইরিক্তা ফার্স্ট তাজবগী বানি, ঈশিংদা ঈরুপ্পা শানবদদি ঐনা হেনবীরিদুদি?"

রাজু — "নংনা করম কান্দা হেল্লিবা?"

— "নহানমুক হেল্লিদুদি!"

হেল্লি, হেন্দে হায়না কন্না মরৈ তৌনরক্লে। অঙাংনিদনা! অসিগুম্বসিদি মহৌশানি। অদুদি হৌজিক অমুক্তা তান্নসি হায়বদগী বীক্রম হান্না লুপখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা বীক্রম ফাওগৎলক্লে। রাজু অমুক লুপ্লী। মখোয় অনী চপ মান্নরে। অদুবু

বায়েনবীনবা লৈতবদগী মাম্নে, মাম্নদে অমুক তৌনরে। হুন্দকমুক্তি রাজুনা হান্না লুপ্ন হায়বদগী রাজু ঈরুপ্পা শানবা তান্নবদসু মানা হেন্নগে খনবদগী ঈশিং মনুংদা লৈজবী পাঙ্গল ফুদোক্লুনা লৈমায়দা মখুৎনা খোক্তুনা চথখিবনা কবোকংনা ফুম ওল্লবা মখাদুদা চংখ্রে। রাজু ঈমায়দা ফাওগৎপা ঙমদদুনা লৈখ্রে।

শোমদা রাজুনা মিনিট মঙা-তরা ফাওগৎলক্লবদুদা বীক্রমসু কিরক্লুনা থুনা কাখৎলগা রাজুগী মমা মেমচাদা পাউদু তম্লুরে। পাউদু তাবদা ময়াম মফমদুদা চোংথদুনা থিবা য়াবা থিবদা রাজু থিবা ফংদ্রে। ময়াম্না খল্লুবনা লাইনা লৌবা ওইরমগনি হায়না মফম অনকপা অদুবাইদা য়েংবনি। পুংমুক হৌখ্রবা তুংদা মনাক্কী কবোকং ককথক্লুনা মথং-মথং থিরকপদদি রাজু কবোকং মখাদা ঈশিংদা ফাওগৎপা ঙমদনা লৈরম্লে। থব্বায় য়াওদ্রবা রাজুগী হকচাংদু লৌখৎলগা ফি অঙৌবা অমনা কুপ্লগা খাঙেনফমদা থম্লে। মচাগী মনাক্তা মেমচা মখোল হৌনা মচাবু কৌদুনা লাক্ল-ফানা ঙমদনা কপ্লি।

ওজা মেমচৌবীনা বসতগী কুমথরগা স্কুল তম্না লাকপগী লম্বীদা মী ময়াম অমা পুল্লিবদু উবদা চংদুনা করি পাউ লৈবগে হংগে খল্লুবনি। অদুগদি মাগী মশু ইবুংঙো ঙসি মানা মনা পীগদবা রাজু শিনা লৈরম্বা থেংনরুরে। ওজা মেমচৌবী ঙাইহাক জ্ঞান মাংদুনা লৈমায়দা মকোক পায়রগা ফমথখি। মা তশেংনা জ্ঞান তাদবগুম তৌরে। ঈশিং-ঈশিং হায়নরকপদা লবাইদা ঈশিং খরা থাবদুদা জ্ঞান খরদি তারে। মেমচাদি অঙাওবীগুম মখোল হৌনা লাউদুনা কপ্লি।

বজারদা মী থাদুনা থিহল্লুবদগী রাজুবু পোকপা থোইবসু মফমদুদা য়ৌরক্লে। চেনশিন্দুনা ওজা মেমচৌবীগী মখোঙ কোন্দুনা কপ্লি।

হৌনবী মতুং ইন্না রাজুগী সংসকারগীদমক কুনচিংবা চনবা লোইরে। ওজা মেমচৌবী ইউনিফোর্মগী পেকেত্তু ফক্কাইরগা স্কুল ইউনিফোর্মদু রাজুগী মথক্তা ফুরিৎ-খোঙগ্রাও শেৎপগী মওংদা থম্নগা কুদা কোম্নগা হিক্লা-হিক্লা কপ্লি। অউবা পুম্নমক মিৎলুদগী পিরাং শিঙ্খিদবা অমত্তা য়াওখিদে। লাইরিক য়াওবা খাউদুসু কুদুগী নাকন্দা থম্লে। মাগী হৌখিবা পুন্সিদা অমুক্তা শেৎপা ফংখিদ্রবা অহনবা স্কুল ইউনিফোর্মদু শেৎপা ফংদনা মপু মানা রাজুবু সংসারসিদগী মুনবীখ্রে।

সহরগী মতাইদা থোকপা থৌদোক মচাসিনা স্কুলগী ওজা মেমচৌবীগী থম্মোইবুদি মচেৎ তানা কায়হনবীরম্লে। মণিপুরগী চীং অমদি তমগী লায়রবা

খুঙ্গংশিংদা খুন্দারিবা প্রজাশিংগী মচা-মশু কয়া অমসু রাজুগুম্না মপুন্সিদা স্কুল ইউনিফোর্ম অহনবা অমুক্তা শেংপা ফংজদবা কয়া লৈরমখিগনি। মখোয়সু নোংমা নথ্রগা নোংমদি লমদমসিগী অশেংবা মচানিনা তুংগী জাতিগী যুম্বীরেল ওইরক্লোই হায়নিঙাইদি লৈতে। অদুবু গুসিগী মখোয়গী অৱাংপগী অমদি অৱাবগী ৱারীবুদি কনানা তাবীগদগে? ওজা মেমচৌবীগী ৱাখলদা নীংখিনা মখোঙদগী শেংনা শেম্বীরবদি রাজুগুম্বা অফবা অঙাং খরদি শোয়দনা তুংদা লৈবাক্কী মপী-মপা ওইরকপা য়াবগী আশা থমজরম্বা য়াই। মাবু ৱাখল ৱাংবী ওজা অমনি হায়বসিনা কনানা খঙবীগনি? পুন্নমক সহরগী মতাইগী লায়রবা খুঙ্গংগী নুংঙাইতবা ৱারী ওইনা রাজুগী ৱারীসু অদুম লোইগ্রে। অসিগুম্বা মাম্নবা থৌদোক অতে মণিপুরগী কাচিন-কোয়াদা অনীশুনা থোক্লমদবা ওইসনু।

তাং ১৯/৭/২০০৪

# পামজবা মিংদি থোনখি

চীংখৈঙানবা মচানুপা কোরৌহনবা পুদুনা খুম্বোংদা লৈবা নবদয়া বীদ্যালয়দা মচা মিং চনবগী পরিক্ষা য়াওহনবা লাকমিয়ে। মচানুপা কোরৌহনবা ক্লাস সিক্সতা মিং চনগদবনি। ময়াম পুন্নমক পুল্লাং লাংই। ওজাশিংনা মিং চনবগী পরিক্ষা য়াওগদবা অঙাংশিং মথং-মথং ফমফম শীল্লি। চীংখৈঙানবগী মচানুপা কোরৌহনবা ওজা বীনানা মখুৎ পায়রগা মাগী এদমিৎ কার্দকী রোল নম্বর অমদি মমিং য়েংলগা ফমফম থিরগা ফমহল্লি।

— "ইবুংঙো! নংগী নমিং কোরৌহনবা কৌব্রা?

— "হোয় ওজা!"

— "কনানা থোনবীবা মিংনো?"

— "ঐখোয় বাবানা থোনবীবনি।"

— "ইমাগী মিংদি করি কৌবা?"

— "ওজা ঐগীদি ইমা লৈত্রে, ইমাগী মিংসু খঙদে।"

অঙাংদুগী বাহৈদু তাবদা বীনা নুংঙাইতবা পোকই। অঙাংদুগী মমিং কোরৌহনবা কৌরম্বদুদা চহী খরগী মমাঙদা কনাগুম্বা অমগা মাগা বাশক্লখিবা মতাং অমা খংনীং নীংশিংলকই।

মখা তানা হংলকই — "বাবাগী মিংদি করি কৌবা?"

— "ঐখোয় বাবাগী মিংদি চীংখৈঙানবা কৌই ওজা!"

— "ও!"

বীনাগী বাখলদা মিৎকুপ্পুদা শোয়্নরোইদবা মীশক অমগী শক্তম অমা উরকপগুম তৌরকই।

মখা তানা — "ইবুংঙো নংবু করি লৈকায়দৈনো?"

— "শিংজমৈ মখা নাওরেম লৈকায়দগীনি ওজা!"

— "ও! শোয়ব্রেদনা!"

— "করিবুনো ওজা?"

— "হুঁ! করিসু নত্তেদা, সে! চেশিদা নশাগী মিং, রোল নম্বর চুন্না ইরোকো! অদুগা কোইসন হেক য়েল্লকপগা মুন্না খল্লগা চুন্না খুন্নবা হোৎনৌকো!" অসি হায়রল্লগা থংনবা অঙাংশিংদা চে মথং-মথং য়েনবা চৎখ্রে। পুক্নিংদদি হৌখ্রবা থৌদোকশিংদুগী মরমদা মথং-মথং লেপ্তনা খনবা হৌরকই। "মাবু ঐগী হৌজিক ওইরিবা পুন্সিগী তাক্ককসিগী বারীসিবু খঙজল্লগদ্রা? মানা খঙলগনা কান্নববু লৌখিগদ্রা? ঐসু মাগী হৌজিক ওইরিবা পুন্সিগী মরমদা করিসু খঙদ্রে। অদুবু অঙাংসিনদি মাগী মমা লৈত্রে হায়রি। মাসু ঐগুম্না নাম্ম হাংলবা পুন্সি অমদা লেল্লম্লবা!" চে য়েনবা লোইরগা কোইসন অমুক য়েন্দুনা পরিক্ষা হৌখ্রে। অঙাং পুন্নমক পরিক্ষা হৌখ্রবনিনা ওজা বীনা মপান্দা অমুক্তং থোক্লগা অঙাংশিংগী গার্দিয়ান ময়াম ঙাইনরিবা মাইকৈদুদা য়েংথোক্লুই। বীনা চীংখৈঙানবা য়াওব্রা য়েংবনিনা মাগী মমিৎ অনীদুনা মী অতৈদুবু উদবগুম, চীংখৈঙানবা খক্তগী মায়থোঙ থিরগা চেপথ চেপথদুনা য়েংলকই। মমৈদা উরে, আদা লাপতক্লা উখোঙ অমদা স্কুটর অমগী মথক্তা ফমদুনা অতোপ্পা নুপা অমগা মায় ওনশিন্নদুনা বারী শানরিবদু। মতম অমদা মাগা নুংশিগী লীপুন অমনা পুন্না চেনমিন্নবগী থৌদোক অমদা উনখিবদগী উরক্লিবা মহাক্লি। শকফমদি য়াম্না ওল্লম্লে; য়াম্না লেম্বগুমসু তৌরম্লে। চহীদুনা মপা অমগী চহী মতাং ওইবদুনসু ওইরম্বা য়াই। বীনা মানা উরিবা মীশক্নুনদি মাবু উব্রা উদব্রা হায়বা অশেংবা খঙদনা য়াম্না থুনা অঙাংশিংগী পরিক্ষা হোলদা অমুক চংখ্রে। চীংখৈঙানবগী মশক উরুবদগী হৌখ্রবা মাগী অমদি চীংখৈঙানবা অনীগী মরক্তা থোকখিবা থৌদোকশিংদো মথং-মথং নীংশিংলকই।

মখোয় অনী নুংশি মরী লৈনদুনা চেনবা মতমদো মখোয় অনীগী চহী মতাং য়াম্না নৌরি। চীংখৈঙানবসু চহী কুনতমক ঙাইরি অদুগা বীনানা চহী তরাতরেৎতমক ঙাইরিবনি। অহল-লমম্না য়ানদ্রগদি লুহোংবা আইন্না য়াদ্রিবা চহী মতাংনি। বীনাদি মপা গোপালনা আশা চাউনা ডাক্তর তমহন্নগনি হায়না মমাল্লবশিংগী মমাঙদা ইতৎ-তত্তনা হায়দুনা লৈরিবা মতম্নি। মতমদু বীনা ক্লাস তুবেলফ তম্লিবনি, চীংখৈঙানবসু ক্লাস তুবেলফ লোইরগা মণিপুর কলেজদা বী এস সি তম্লিঙৈদনি। চীংখৈঙানববু

পোকপা মালেমঙানবা/শাফবা নীংতম লালহৌগী মমিং লৈবা মীশক অমা ওইবনা সিফাই অমদি পুলিসকী মীওইশিংনা অহীং-নুংথিল লেপ্তনা মখোয়গী ময়ুমদা নুংতিগী থি-হুম্বগী থবক মথং-মথং চৎথরকপদগী চীংখৈঙানববু পোকপী মালেমঙানবগী নুপী থোইথোইবীগী মপাম মোইরাংখোম খাইজম লৈরক্তা মতম থরা মচানুপাগা লোইননা লাক্তুনা লৈরে।

য়ুম্লোম্নবদা লৈবা গোপালগী মচানুপী বীনাগা নক্লরবনিনা শক খঙনরক্তুনা নুংশি মরী চেৎশিন্নরকখি। "উরীনা মনাক-নকপা উপালদা য়েৎলি" হায়নবগুম বীনা মানা চাগদবা অহাউবা পোৎশক অমত্তুং লৈবদা লোম্না চীংখৈঙানবদা পীবা নথত্রগা চামিন্নবা তত্তনা তৌরকই। অসুম্না বাখল মপুং ফাজদ্রিবী বীনা চীংখৈঙানকগী মফমদা নুংশিকগী ঈচেলগী পম্বুংফম ওইজনীংখি। মপা ইবুংঙোনা, মমানা, মবুংনা মাগীদমক খঞ্জবা পুম্বা মতাইদা লোইনা হন্দোক্লল্লগা চীংখৈঙানবগা লোম্না চেনখি। চীংখৈঙানবগী মমা থোইথোইবী মপুরোইবগী অবা-মৈশাগী লাম্লক্তুদা মচানুপানা মীগী মচা চেল্লুবগী অবাবা কোকথোঙ পুজবা তাখি। য়ুম্লোম্নবা গোপালগী মীচৈ, অমদি খোনফম তাবদা থোইথোইবী য়াম্না বাখি। বারিঙৈ তাঞ্জাদুদা অঙাং অনীমক পুলিসনা থিদুনা ফারগা কোর্টতা পুথোকখি। চহী শুদবনা মরম ওইরগা মখোয় অনীবু থাইদোকপীখি। বীনা মাবু পোকপা ইনাকখুনবা গোপালনা পুদুনা বেঙ্গলরদা থমদুনা মখা তানা মহে তমহনখি। বীনা মপাবুংনা নীংজবা ডাক্তরগী আশাদুমদি কায়খ্রে। মাস্টর লোইরগা মমা-মপানা হায়বা ইন্দুনা খুম্বোংগী নবদয়া বীদ্যালয়দা ওজা ওইবা ইন্দুভুষনগা লুহোংবনি। মরাইবক লৈতবা হায়গদ্রা ইন্দুভুষন নোংমা স্কুলদগী বজারদা স্কুলগী পোৎ-চৈ লৈবা কারকপদা শোরোক লাম্থোকপদা আর্মিগী গাড়ী অমনা থোম্বদগী খুদক্তা লৈখিদবনি। ইন্দুভুষন লৈখিদ্রবা তুংদা বীনা মচানুপী অমা পোক্লে। মানা মতম অমদা অঙাং ওইনা চীংখৈঙানকগা চেনবা নুমিত্তুগী অহীংদা চীংখৈঙানবগী মফমদা ফোঙদোকখিবা বাফম "ঐখোয় অনী চেল্লবনিনা শোয়দনা লুহোংলনি, লুহোংলবদি মথং চহীদদি ঐখোয় অনীগী ইচা লৈরনি। অদো অঙাংগী মিংসিবু করি থোনসিগে?"

— "নুপা পোক্লবদি ঐনা থোনবা তাবনিনা 'কোরৌহনবা' অদুগা নুপী পোক্লগাদি নংনা থোঞ্জবা তাবনি।"

— "ঐনা থোনবা তারগাদি চীংখৈঙানবী" য়াররা?

— "য়ারে, য়ারে"।

মানা পোকচবী ইন্দুভুষনগী মচাসিবু বীনানা অপোকপা মপা লৈথিব্রবা তুংদা হৌগ্রবা পুন্সিগী অহানবা নুংশিগী ৱাহং-পাউখুম ওইনখিবা মিংদুবু নীংশিংলগা থোঙ্জখিবনি। অদুননি ঙসি মানা চীংখৈঙানবগী মচানুপা কৌরৌহন্নবগী মমিং হংলুবদা খঙহৌদনা হৌগ্রবা অশাংবা ৱারী অমা মকোক্তগী নীংশিংলুরিবা। চীংখৈঙানবদি মমানা মপামগা থংননা লৈবা গোপালগী মীঁচে তাবা কিজবদগী হৈরাঙ্গোইথোঙদা মন্দোমচাগী মনাক্তা অমুক লৈদুনা মচা শেমজরকখি। চীংখৈঙানবা বীনাগা কায়নগ্রবা তুংদা মমাগী মনাক্তা লৈদুনা বী এস সি লোইশিন্নে। মাদি মতমদুদা বীনা উদ্রবনিনা অদুগী মথক্তা বীনাগী মপাবুংগী অথীবা খোনফম কয়াদুনা বীনাবু পামজরগসু তপ্না-তপ্না কাউবা ঙম্নবা হোৎনবা তাখিবনি।

চীংদা ওজাগী ফম অমা হাংই হায়বদুদা অথাপ্পা উখ্রুল দিসট্রিক্টী মনুং হুঞ্জিনবা ফাইবুংদা ওজা ওইরুবনি। মফমদুদা লৈরম্বী তাংখুল লৈশাবী সোফিয়া সিমরেগা অমুক খঙনদুনা নকশিন্নরকখি। অদুবু চীংখৈঙানবনা সোফিয়া সিমরেগী মফমদা মাগী নুংশিবী বীনা কৌবী অমগা মাগা য়াম্না নুংশিনবদগী মখোয় অনী চেন্নুরবনি হায়না অশেংবা ৱারী লীদুনা তাহ্নখি। ঙসিসু বীনাবু নীংশিংলি, মা নোংমদি শোয়দনা ঐগা অরেপ্পা ৱা ঙাংনখিগনি; ঐ মাগী পুকচেলদু হোংলমগদবা মান্দে হায়জবনি। মাগী ৱারীদু তারগা সোফিয়ানা চীংখৈঙানববু নুপী লৈরবনি খন্দুনা মাবু পামদনবা হায়রুব্রা হায়ববু অহোইনদুম নুংশিবা হেঞ্জিন্নকপগুম তৌরে।

— "ইবুং ঐবু নংনা বীনাগুম নুংশিবীবা ঙম্লোইদ্রা ? ঐ নংগী বীনাগী ৱারীদো হন্না-হন্না তানীংবগুম তৌই। ইবুং ! নংগী ৱারীদো মখা লৈত্রব্রা। ঐসু বীনানা নংবু মানা চাগদবা অহাউবা পোৎ অমদি য়েঙ্খাং পীজবগুম নুংতিগী পীজগে" হায়জিন্নক্লে।

অসুম্না নুংশিবা অমনা নুংশিবা অমগীদমক উৎলিবা মরাল লৈজদবী চীংনুংদা তাম্না কনা উদ কনা খঙদা অরূবা ঈচেলগুম্না মাগী মনাক্তা নক্না চেন্নবদুনা চীংখৈঙানবা ঈচেলদুগী ঈশিংদুবু উরগা হেন্না খৌরাংলকপগুম তৌরক্লে। হান্না চাখ্রবা য়েঙ্খাং অমগী মহাওদু কাউথ্রবগুম মমাঙদা তেংকোত্তা থেন্দুনা থম্লবা য়েঙ্খাংদুনা হেন্না মহাউ লৈগদবগুম্ম থম্লক্লে। সোফিয়াবু মাগী ওইনা ময়ুমদা লোম্না পুদুনা অমুক চেন্নকখি। মসিরা মীওইবশিংগী নুপা ওইবগী লীচৎ হায়বদো ?

মতমদো বীনা লাইরিক তম্বা লোইদুনা ময়ুমদা লৈরবা মতম ওইরম্মী। কদোমদগী পাউনো মশক উনদ্রবসু বীনা চীংখৈঙানবনা চীংমী নিঙোল অমা পুরক্নে হায়বগী পাউদু তারবসু মা মখাদি তারুদ্রে। বীনা মিৎলু পিরাং মরক্তা নীংঙমদা নীংঙমদা মমা-মপানা হায়বা ইন্দুনা মাসু ইন্দুভূষনগা লুহোংখি।

শোমদা মরাইবক্না তম্লক্তবা হায়বা তারে, চীংখৈঙানবা সোফিয়াগা য়ুম্বানবগী মরী লৈনদুনা ফাইবুংদা অমুক চক্নুনা মখা তানা ওজা ওইদুনা লৈরবনি। অদুবু মচানুপা কোরৌহনবা মীরোল্লিংঙেদা খোংদগী ঈশিং শোকপা চৎপদা চীংগী অঙম্বদা ঈশিং সনাবুনগা পুন্না সোফিয়া তুবনি। মশা খরা শোকপদগী কুম-থাগা শুরকপগা চীংখৈঙানবনা ইম্ফালগী রিমসতা পুখৎলক্তুনা লায়েংখি। ওপরেসন তৌবা তাখি। ওপরেসন তৌবদা ঈ চাং হেন্না থোকপদগী অঙাংদি হিংলগা মমা সোফিয়াদি শিরে। চীংখৈঙানবা উপাই লৈখিদে। মহাক চীংগী খুন্দুদা সোফিয়া য়াওদনা মিৎকুপ অমত্তং চোঙ্না লৈনীংলক্ত্রে। মহাক তমপাক্কী স্কুল অমদা ভাংনদুনা ট্রানসফর তৌহল্লকখি।

মমা য়াওদনা অঙাং অমা য়োকপা হায়বসি কয়াদা অবাবগী মশক্নো? চীংখৈঙানবগী মমা থোইথোইবীনা মশু কোরৌহনববু নুংশিনা য়োকচরকপনি। ঙসিদি মচানুপা কোরৌহনবা ক্লাস সিক্স তমদুনা নবদয়া বীদ্যালয়দা অমুক তমহন্নবা পরিক্ষা থাহনবনি। পুং অমা চংনা পাঙথোকপা পরিক্ষাদো লোইরে। বীনা কোরৌহনবগী মনাক্তা চংলক্লগা — "ইচাবু পরিক্ষা ফজনা তৌরম্বা নৎত্রো?"

— "ঔ ওজা!"

— "ইচাবু বাবানা লুনা তৌবীবা নৎত্রো?"

— "ঔ ওজা!"

— "অদুদি নং চৎপা তারেনে? হয়েং খল্লবা কান্দা অমুক উনসিকো!"

কোরৌহনবা কাদুদগী মপান থোকখ্রে। চীংখৈঙানবা অঙাং ময়াম পরিক্ষা লোইদুনা থোক্লরকপা উবদা মাসু মচানুপা য়েংবো চংলকই। মচানুপা থোক্লক্তুনা মপাগা উনরে। মচানুপানা — "বাবা! ওজা নুপী অমনা ঐবু য়াম্না লুনা তৌজাৎনি, মানা ঐগী মিং, লৈফম, বাবাগী মিং লোইনা শুনবা হংজাৎনি।"

— "কনানোনে? নংদি মাগী মমিংদি হংলকপ্রা?"

— "হংলক্তে, মানা হায়রিবা, হয়েং খল্লকান্দা উনসি হায়হৌরিবা!"

বীনা চীংখৈঙানবনা মাবু উহন্নীংবগী বাখল অমনা হুমদুনা পুরকপগুম ঙসাই কৌরৌহনবনা থোকখিবা থোংদুদা থোরকই। কোরৌনবনা হন্না য়েংলুবদা ওজা বীনানা কোরৌহনবদা খুৎ হাইরকই।

— "বাবা! ঐনা হায়বা ওজাদু আদেসিনি।"

চীংখৈঙানবা মচাগী বাহৈদুদা খংয়েং য়েংথোক্লুই। মা বীনাবু উবদা খঙহৌদনা তু চুংবগুম তৌখি। খনখি — "করন্না মাদি মফমসিদা? মাগী মরা-মপাওদি ঐদি তাখিদবা কুইরে। মাবু করম লেপ্লিগবা?" বীনা মপুরোইবগী দাই-ইন-হার্নেসতা স্কুলসিদা চংখিবনি।

বীনাসু চীংখৈঙানবনা মাবু উখিবদা হায়ফম-তৌফম খঙজরমদে। বাহং চাম্ম-চাম্মনা মখোয় অনীবু মফমদুদা ফাজিনবগুম তৌহনখি। পাউখুমদি অমত্তা ফংনখিদে। তিঙক-মাইঙক্করিঙেদা নবদয়াগী প্রিনসিপাল লাক্লুনা বীনাদা — "ওজা চে খোম্বা লোইরবদি মনুংদা চংনবা তৌরসি!" বাহৈদু হায়রকপদা বীনা জ্ঞান লাকপগুম তৌখি। চীংখৈ মিৎকুপ্তা হংখিবা বাহং কয়াদুগী পাউখুম ফংদনা মচানুপা পুরগা ময়ুম য়ৌরকখি। অদুবু নুপী ওইবীগী পুকচেলনা খরা নৌবা হেনবনা মতম কয়াগী তুংদা খংহৌদনা উরুবা চীংখৈঙানবা অমদি মাগী মচাগী বাখলদুনা বীনাবু অহীংচুপ্পা তুম্বা য়াহনখিদে। নোংদম্বু হন্না-হন্না মাগী থম্মোইনা চৈজবা নত্তনা বীনাগী উপাই লৈখিদে। মিৎলুদগী শীঙ্করকপা পিরাংদু মনীং তম্না মোলাং মথক্তা মমুল ফারবা হৈরাংনা মচোই-মচোই লৈমায়দা কেনবগুম লেপ্পনা তারকখি। মাগী অহানবা পোকচবী মচানুপীগী মমিং চীংখৈঙানবী থোনখিবগী বারীদি চীংখৈঙানবগী মফমদা বারী ওইনা লীদুনা তাহন্নবা তাঞ্জা ফংখিদ্রে। মানদি চীংখৈঙানবগী মচানুপা কৌরৌহনবা কৌই হায়বসিমদি চপ-চানা খঙগ্রে। মখোয় অনীগী মচা অনীদুনা চপ মান্নবা লৈরাংগী পাম্বী অমদা পুন্না শাৎচবা লৈরাংশিং ওইরন্নবদি পাম্বী মশক তাকপদা হেন্না লাইরমগদবনি। অদুবু পাম্বী তোঙানবদা শাৎলম্বা লৈরাংশিংগী বারীনিনা লৈপানগী মপুসু তোঙানবা তাখি। মিংলেনবুদি বাখলনা শাগৎনরগা মান্নরগসু ঈগী মরীদি তোঙান্নখ্রেদো! হে! তাইবং মপু! নংগী থৌইনশিনসিসু ইন্দবদি য়াদবনিকো!

তাং ৫/২/২০০৫

# তেলঙ্গা

চহী মরিফুতরামগী শুরবা মহাপুরুষ অমথক লৈরম্মী। তেলঙ্গা পাইবা তাম্নবগী কুম্মৈ অমত্তং মাগী পুন্সি লোইরমদাইসিদা পাংথোক্লমগে হায়না খনখি। মানদি খ্বাইদগী হৈবা নুপাদুদা য়াম্না চাউবা মনা অমদি পীনীংই। মনা পীনবা পৈশাদি মাগীদি লৈজদে। মমৈদা ভাব তারকখি, মনা হায়বসিদি পৈশানা ওইগদবা নত্তে। লৌশিং অমথক্কী তুংগী জ্ঞান পীবম্বদুনা খ্বাইদগী চাউবা মনা ওইফম থোকই। অসি খন্দুনা মানা লৈবা লমদম অদুগী লৈবাক ঙাক্লিবা নিংথৌ অদুগী মনাক্তা লাকই। মনাই-মশল কয়াদা হায়জদুনা নিংথৌগা উনবা ফংলে। নিংথৌগী মফমদা মানা পাংথোক্লিংলিবা তেলঙ্গা পাইবগী কুম্মৈ, মদুগী পাংথোকফম, পাক-চাউবা, পাংথোক্কদবা নুমিৎ, পুংফম পুম্নমক খ্বাবী শানদুনা ভাব তাহল্লে। মনা পীবগী মতাং যৌরক্লে। মহাপুরুষ অদুনা হায়রকই — "হন্দক্কী মনাসিদি ইনিংথৌ ইবুংঙো। ঐগী ইফমদদি খ্বাইদগী চাউবা ঐগী পুন্সিসিদগী হেন্না মমল য়াম্বা মনানি, ঙসি ফাওবা চহী মরিফুতরামডাবোম হিংজরক্পসিদা ফংজরকপা, তাঞ্জরকপা ঐগী শমপত্তি অদু পুম্নপ ওইনা পীজরগে"।

নিংথৌনা খল্লি — "মী অমগী পুন্সিদা পোকপদগীনা চহী মরিফুতরামঙা চংনা তাম্লক্লবা শমপত্তিদি কয়াম য়াম্নমগনি?"

অহন্দুনা মখা তারকই — "মহারাজ ইবুংঙোনা হন্দক্কী তোম্লবা ননাই ঐনা খঞ্জরিবা খ্বাখলগী থৌরাং অসিমত্তংদি মপুং ফাহনবীয়ু। মহারাজনা চানবীদুনা পাংথোক্কদৌরিবা তেলঙ্গা পাইবা চাংদম্নবগী থৌরম অসিদা অথোইবা মীথুংলেন ওইবীদুনা মনা অসিমত্তংদি পীবীয়ু। মসিবু ইনিংথৌনা য়াবীরবদি ননাই ঐহাক পোকপগী মহয় য়াম্লে খঞ্জগে?"

অথোইবা লৈবাক্লা শকখঙলবা মহাপুরুষ অমনা হায়বা ওইবনা নিংথৌসু হরাউনা য়াবীবে। অদুবু মবুক্তদি খনখি — "লৈঙাং শেংলবা মালা চংলবা অহল অসিনা লৈরমগদবা মাগী শমপত্তিসিবু?"

নিংথৌনা য়াবীরবনিনা লৈবাক মীয়ামদা খঙহল্লে। মদুদি তেলঙ্গা পাইবগী কুম্মৈ অমা লাক্লিবা দিসেম্বরগী তাং ৩১ দা লৈবাক্কী খ্বাইদগী চাউরবা নীংথিনা কোয়শিল্লবা কাংজেবুংদা নুংথিল পুং অহুমদগী মরি ফাওবদা পাংথোকচগনি। অঙাং-অহল, নুপী-নুপা, শাক-চু, জাৎ-বীজাৎ খেন্নবা থম্মোই, লোইনা য়াওবা য়াগনি। তেলঙ্গাগী মওংদি চেনা শাবা ওইগদবনি, মমৈ পানবা, পান্দবা অনীমক য়াগনি; মচুগীসু খেন্নবা থম্লোই। লংদি লশিং লংদা শেম্নীংবা মওংদা মান থাদুনা শেম্বা য়াগনি; মতমদি পুং অহুমদা চপ-চানা হৌরগা পুং মরি তাবা মতমদা চাপ-চানা লোইশিনগনি। মদুদা মতোমতা তেলঙ্গা পাইহৌবা ঙম্বা মীশক্তুদা মনাসি পীজগনি। অনীশুবা অমদি অহুমশুবা মনা লৈজদে। মনাদি ঐনা ঐগী পুন্সিদা চহী মরিফুতরামণ্ডা চংনা তাঞ্জরকপা শমপত্তি পূন্নমক্কী মপু অহেনবা মহাক অদুনা ফংবীগদবনি।

মতমগী পাউজেল — খবর, রেদিও, টিভিদা লোইনমক মরিক চুন্না খঙহনবা লোইরে। হৌজিক তেলঙ্গা পাইবগী কুম্মৈ তৌগদবা নুমিত্তা ঙাইশিল্লক্লে। পীথিবা ব্বারোলগী মতুংইন্না তেলঙ্গা পাইবা য়াওগদবা মীগী মশীং অঙকপদা লাক্লগ্রে। রেজিস্টারদা মমিং-মথা, লৈফম শেংনা-শেংনা ইরগা শেম্বা লোইরে। তেলঙ্গা পাইগদবা পুংফম য়ৌরক্লে। লৈবাক্কী খ্বাইদগী চাউবা কাংজেবুংদু মীতনা ফিঙৌ ফৌবগুম তিল্লরে। ফমফম অমত্তা হাংথিদ্রে। নিংথৌসু মতম চানা য়ৌরক্তুনা ফমফম লাংদা ফমখ্রে। মাগী মখাদা লৈবা অঙম-অথৌ ময়ামসু কুম্মৈদু অমুক্তা মমাঙদা তৌখিদবনা কমদৌবগে য়েংলুসি হায়না লোইনা লাক্লদুনা তিল্লরে। হান্না ফাগিগুম খল্লুরবসু তিল্লিবা মীয়ামদু উরগা নিংথৌ অমদি অঙম-অথৌ ময়ামদুগী পুক্লিংদসু নুংঙাইবা পোকই। ময়ামদুগী মরক্তা খ্বাইদগী নুংঙাইজবদি চহী মরিফুতরামণ্ডা শুরবা অহল অদুনি। মানা কুম্মৈ অমখক মাগী পুন্সিগী অরোইবা মিৎকুপ্তা শীনবা ঙমজবা, অমদি মদুদা লৈবাক নিংথৌ য়াওনা অসুক য়াম্বা মী তিনবা অসিনি। মাদি মীয়ামদু উবদা পেঞ্জদুনা মমিত্তা মপি তানা কপচৈ। পুং তারক্তুনা এরেনা মনুংদা তেলঙ্গা পাইবা য়াওগদবা মী মথৈ থাজিনখ্রে। মাগী-মাগী লংনচিংবা জর্জশিংনা চেক তৌবা লোইখ্রে। নিংথৌনা ফিরাল অঙৌবা হাইরগা তেলঙ্গাগী চাংয়েং পরিক্ষা হৌখ্রে। মাগী-মাগী তেলঙ্গা থাগৎনবা হৌরকপদা অমগা-অমগা পঙকোত্তা কোৎনৈ, পাঙথত্তা থদৎনৈ। চুম্না পাইবা খন্দোকফম খঙদে। নিংথৌগা থংননা ফন্নিবা চহী মরিফুতরামণ্ডাগী অহন্দুনা হায়রকই — "য়েংবীয়ু মহারাজ ইবুংঙো! মসিনি হৌজিক্কী ঐখোয়গী প্রজা পূন্নমক্কী ব্বাখল; তেলঙ্গা পাই বদা নীংথিনা পাইদবা, অমগা-অমগা মীগী থদৎলগা মাগী লৈহৌনবা হোৎনরম্বদা মাগীনা হান্না তৎলিবসি"।

নিংথৌসু মুন্না তায়। মফমদুদা তিল্লিবা মীয়ামদু লাংবনা, মাগী-মাগী মীচংনা হেন্নবা হায়দুনা লাউনবদা কাংজেবুংদু পোকখায়গদৌরে। তেলঙ্গা অয়াম্বা পুংখায়মুক্কী মনুংদা লোইনা তৎনদুনা পাইবা তোক্লগ্রে। মখোয় অয়াম্বা পুং অমা ফানা পাইবা ঙমখিদ্রে। শুপ্নগী হৈ-শিংবা বাখল মুন্না খনবা ঙম্বা মখোয় অনী অহমদা ঙাইশিন্নক্রে। মীয়ামগী পুক্কিং পাইহৌরিবা খরদুদা অকনবা মিৎয়েং থম্নরকই। লৌশিং তৌ-তৌদুনা অমনা অমগী থদৎনবা হোৎনরকপনা মমৈদা ময়ামগী মতাইদা পাইবা তেলঙ্গা অমখক্তা ঙাইহৌরে। পুং তাগদবা মিনিট অমখক্তা ঙাইরবা কান্দা ময়াম মরক্তগী খ্বাইদগী হৈবা মীশক অমা য়াওরে। ময়াম লাওনরকই, মানা মনা ফংলনি। মশা-মউ ফৈ, ইনখৎলকপা মতমগী খ্বাইদগী শিংবা, কনবা ওইরম্বসু য়াই। ময়ান্না অমুক লাওনরকই — "কদাই মনাদি?" মখোয়না পাল্লিবদি অতৈ নত্তে, তেলঙ্গা পাইবগী অচৌবা মনাদুনি।

মীয়াম মরক্তগী অহল ওইরবা মমায়দা চন্দোল ঙৌরোক-ঙৌনা পাক্না থিল্লবা লম্বোইবগী লৈঙাং-মচুগী ফিজোল শেৎলবা, মালা চৎলবা মহাপুরুষ অদুনা হৌগৎলগা মাগী নাকন্দা য়াল্লিবা মালা খাউদুদগী চে মচেৎ অমা লৌথোক্লগা নিংথৌদা খুৎশিন্নে। মদু মনা ওইনা মীয়ামদা লাওথোকপীয়ু হায়রম্নগা ময়াদা লিক্লিদগী মহী অমা কুৎ থকচিল্লগা লৈমায়দা বোম লাওনা হাইথরকখি।

মীয়াম বা-বা লাংনেরকখি — "অহন্দু শিরে, অহন্দু শিরে।" নিংথৌনা লাংলম্বা প্রজাশিং মিৎকুপ অমা তুমিন লৈবীনবা পাউতাক পীখি। ময়াম পুন্নমক তুমিন ঙাইহাক লৈখি। নিংথৌনা চেজেত্তুদা ইরল্লিবা অহন্দুগী বাহৈ পরেংদু পাথোরকখি।

— "ঐখোয লোইনমক তেলঙ্গানি। তেলঙ্গাগী থৌরিনা ঐখোয়গী থবায়নি। করিগীনো নংনা মীগী তেলঙ্গাগী থৌবি অদুক য়াম্না থদৎনীংলিবা? মাসু পাইসনু, নংসু পাইয়ু, ঐসু পাইগে অশুক চাউবা কাংজৈবুংসিদা পাইবা চন্দবসু নত্তনা?"

নিংথৌনা বাখল মুন্না তৌরগা মাগী দিস্কসনরি ফন্দগী মতিক চাবা মনা অমা তেলঙ্গা পাইবা খ্বাইদগী হৈবা নুপাদুদা পীখি। অহন্দুবু হৌনবী মতুং ইন্না মাগী মথৌ-মঙম পাঙথোকহনখি। নিংথৌদু অহীং চুপ্পা থৌদোক্তুনা তুম্বা য়াদনা খলহনখি। মা তেলঙ্গাগী পারা অমা ফাবগুম তৌখি। মথংগী চহীদগী কাংজেবুংদুদা নুমিত্তুমক্তদা অহন্দুগী মিংদা তেলঙ্গা পাইবগী কুম্মৈ অমা লেপ্তুনা শীন্নবা বারেপ অমা লৌখি।

তাং ৬/১/২০০৪

# ঐসে নংগীনি

ঙসি রামেশ্বরগী লুহোংবা নুমিৎনি। লুহোংবা লোইদুনা নুপা ময়ুমদা মৌ থিল্লক্তুনা রামেশ্বরগী কাদা নৌনা লুহোংলক্লবী য়ুমগী মৌ পদ্মাপতি চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা ফমুংদা তুম্বা চংখ্রে। পদ্মাপতি চংখ্রবা তুংদা রামেশ্বর তপ্না-তপ্না মাগী কাদা চংলক্লগা মোরা অহনবা অমা লৈরিবদুদা ফল্লগা মাগী আর্টিফিসেল লিম্বগী মখোঙ ওইথংবদু লৌথোক্লগা থম্মী। মতমদুদা পদ্মাপতিনা ফমুংদা বা অমত্তা ঙাংদনা ফম্মী।

রামেশ্বর তপ্না পদ্মাপতিগী মফমদা বা হৌদোরকই — "য়েংউ পদ্মাপতি! ঐগুম্বা নাম্ম শোয়রবা মীশক অমদা নশক-নতৌ অদুক চংখোল্লবী, নগুণসু বাত্তবী, কলেজ ওজা ওইরিবী, ইমা-পাবুং, ইবুং-ইপ্পা কোনুংগুম্না নুংঙাইরবা ইমুং অমগী নাইতোম য়াওজবী রাজকুমারীগুম্বী নংবু লুহোংদুনা লৌরগা ঐগী য়ুম য়ৌরকখিবসে ঐ খঙ্জিল্লুরগা মঙলা হায়না খল্লকই। ঐ হৌজিক্তদা মসিবু করম্না ওইথোকখ্রিবনো খল্লুবদা পুক্নিংসিদা থাজবা ঙমদে। মসিবু ঐখোয় অনী নহালমুক্কী মপোক্তা থুংনসি হায়না বাশরুখিবা লৈখিবজাংলো? মসিবু অখঙ-অহে কনাদা হংলগা খঙবা ঙমগনি? ঐদি নংগী মমল নাইদ্রবা পুন্সি অমা মাংহন্নবগীদমক মায়সে থাঙ্গত্তুনা চংপা ঙম্লরোইদ্রা খল্লক্লে। ঐ য়াম্না লানখ্রে, নংগী থম্মোইনা ঐগী থম্মোইব্রু য়াম্না করাম চাউবা থম্মোইনি শোয়দনা হায়রমগদবা মাল্লি। ঐদি মীমান্নদ্রবা, মীয়ামগী মিৎয়েংদগী নাথৈরগা লোত্তুনা হিংজবা পাম্বা মীশক অমা ওইনা হিংজরম্লবনি। অদুবু ঐখোয়গী বাবাগী মরুপ পঞ্জাবী অমখক্লা ঐগী শকফম খরা য়েংবা নুংঙাইবদুদা মাগী লেদিজ গার্মেন্ট য়োনবা দুকানগী পৈশা লৌথোক-লৌশিন তৌবগী শিনফমসিদা থবক তৌহনখিবনি। ঐগী ওইথংবা খোঙগী লিম্ব অসিসু মানা হাপ্পীখিবনি; ঐগী দুকান্দা শেৎপা শুৎ-তাই মানা লোইনমক থোনবীবা ঙাক্তনি। খঙদে, নুপীনা মশীং য়াম্না চংবা দুকান ওইবদুদা ঐঙোন্দা কাইহৌবীরম্বা, অথুম-অহাও লৈরগা থম্বীরম্বা নুপী মশীং য়াম্না

লৈখি। তোয়না লাক্লগা পিকনিক চৎশি, নোংমতংসু কারদা কোইমিন্নসি হৌরম্বা শকহেনবী কয়া মমাঙদা লৈস্লে। ঐনা ইশাগী অশোয়বা অমা চাউনা লৈবনিনা পুন্নমক থম্মোই মনুংদা ৱাখলবু চেৎনা ফাজিল্লগা মখোয়না তুংদা ঐগীদমক নীংঙম্লক্লোইদবদু খল্লুবদা য়াখিদে। অদুবু ঐসু ইনখৎলকপা নুপা অমদি ওইরুবনা অহীং কয়া তুমদনা কপ্পুনা লেনবা য়াওখি। ঐগী শকফমদা মখোয়না য়েংবা নুংঙাইবগুম ঐগী অশোয়বা হকচাংগী শরুক্তদি য়েংবা নুংঙাইরোই। মদুগী চপ চাবা পুংফমদু নংগী নফমদদি লাক্লে। করিগীনো খঙদে, মশক-মতৌ ফজবী কয়া অমনা হৌরকপদা য়াখিদ্রগা নংগী মরুপ অমনা হাযরবা ৱাফমদনা ঐনা হরাউনা য়াখ্রিবা। মদুনি ঐগী ৱাহং ঐখোয় অনীসি নহানমুকী মপোক্তা থুংনসি হায়না ৱাশক্লখিবা লৈব্রা খল্লক্লিবসি। ঐ ঐগী হৌখ্রবা খুদোংথীবা থৌদোক্তুগী মবমদদি নঙোন্দা অমুক লীদুনা তাহল্লরোই। ঐনা খনখি, নংসি পুকচেলদি হাইফেৎ চাউবজাৎনি, থম্মোইসু হাইফেৎ কনবজাৎনি। মরমদি নংনো ঙসি ঐগী ওকশমদা কুন্দো পরেং হকপা মতমদা নংগী নীংথিরবী মায়থোঙদুদা চিংনবা শকফম মচেৎ অমত্তা উবা ফংখিদে। অদুবু অদোম্না করিসু লৈতবা ঐগী ইফমদা শুপ্নগী মায়থোঙ খক্তমক উবীরগা ৱারেপ লৌবীখিবদো হৌজিক নীংঙমদবা পোকপীরক্লা? ঐগীসু থম্মোই অমদি পাল্লিবা কৌবনিনা ইশাগী অশোনবা শরুক্তু ঙাইহাক মিৎকুপ খরদং কাউথোক্লগা নংগী ফিরেপ্পুদা য়াখিবনি। হৌজিক্তি শীংনবা অমগা লোইননা খা চিক্তুনা খাঙলগা নংগা লুহোংনবা লুহোংফম অমদা পুম্না ফমিন্নদুনা ঐখোয় অনী পুন্সি লৈপুল শেম্বা লোইখ্রে। ঐনা খল্লিবসি নখোয়গী ইমা-বাবানা নখোয়গী শুমাংদো য়ামথ্রবা মীয়ামদুগী মমাঙদা ঐগী অশোয়বদুগীদমক শীঙ্খিবা পিরাংগী মমল অদুগী মরমদনি। মখোয়না কৈদৌঙেদসু ঐবু মমাক ওইবদা পেল্লম্লোই। মীয়াম্না ঙাংনরমগনি ঐনা নংবু মাংহনবীরে, নংগী ইমুংবুসু সমাজসিগী মমাঙদা লৈখা তানা চিংথবীরে হায়না। হান্না কুপ্না পাউ লৌদবদগী শোয়খিব্রা হায়বা ৱাহংসিমসু শোয়দনা হংবীরমগনি। পদ্মাপতি। ঐগী হকচাংসে থৌনা, পাঙ্গল, শক্তি পুম্নমক অনৌবা থুংঙবা ৱাখল অমখক্লা লোইনমক মতু-মমান খিঙবা ঙমজদ্রবা মশা পুম্বা উনগী ঈশিংদা তাশিল্লুরবা উচেক্লুম্লে। ঐবু ব্রহ্মাচারি হায়বা মিংথোলদু লৌরশিবা?" অসি হায়রগা রামেশ্বব মোরাদুদা ফম্নগা পিরাং মতুম-মতুম শীঙ্খরকই।

পদ্মাপতি ৱারীদুদা মাসু ৱাখলগী ঈপাক অমদা তপ্না-তপ্না মতোমতা কুমথবকপগুম তৌরকই।

পদ্মাপতি অঙাং পীশক ওইরিঙৈদগী য়াম্না হৈথোই-শিংথোইবা মীনা হেনবদা খাঙবা ঙমদবা মীশক অমা ওইনা হৌরকই। মানা য়াওরুবা কমপিটিসন অয়াম্বা মাতনা মকোক ওইরকই। লাইরিক তম্লকপদসু মানা পুন্নমক্তগী মকোক্তা তারকপনা মাগা তম্মিন্নরকপা নুপী-নুপা পুন্নমক মাবু য়াম্না কিন্না, হঙোইনা লোইনৈ। মসি পুন্নমকসি মা মশাসু খঙজে। ইনখৎলকপা মতম য়ৌরক্রবদা মশক-মতৌ ফজবী, ঋান্ত-পাদবা ইম্নুংগী মজাইবেম্মগুম য়োক্লকপনা মীসু কয়া থানরমদে। নুপা অমত্তবু মানা মাগা য়ুম পানমিন্নবদা চান্নগনি খনখিদে। মতম চুপ্পদা হীরম অমা-নৎত্রগা অমদা মঙোন্দগী হেনবা নুপা অমগা লুহোংগে খনখি। অদুবু মানা করিগুম্বদসু মাগী খঞ্জবা অমদি নীংজবদু মতমদু ফাওবদদি থুংবো ঙম্লক্তবনি। লাইরিক-লাইশু তম্বা লোইদুনা কলেজগী ওজা অমা ওইরবা ফাওবদা মাগা চানবা নুপা থিবা ফংদ্রে। মাগী মী থানদবা মতৌসিদা মাবু তৎপমখৈ পামজবা পীক্রিঙৈদগী তত্তনা পদ্মাপতিবু শেন্নজরকপা জুগেশ্বর পদ্মাপতিগী হন্দবা মতৌসিদা কোন্নথংদা মায়থিবা পীবনা ফরমান্নে খল্লকই। নোংমা জুগেশ্বরনা মশক-মতৌ য়াম্না ফজবা শুৎ-তাই পুল্লগা পঞ্জাবী অমগী নুপীশিংগী গার্মেন্ট য়োনবা দুকান্দা দুকান ফম্বা য়াওবা রামেশ্বরবু উরুবনি। রামেশ্বরগী মমিং-মথা, লৈফম হংলুবদা দুকান ফম্বা য়াওবা অমনা রামেশ্বরগী হকচাং শোইনাইবা য়াওনা লোইনা তাকথোরকপদগী খঙখিবনি। পদ্মাপতিগী নীংবা থুংনবা হোৎনবদা রামেশ্বরগী খ্বাং মথক্কী শকফমদু ফোটো লৌরগা ফোটোদু পদ্মাপতিদা কলেজদা চংলক্তুনা য়েংহনখি। কদোমদগীনো পদ্মাপতি রামেশ্বরগী ফোটোদু উরুবদা পুরা ঙাওখ্রে। অশুক ফজবা নুপাগী শকফম মাগী পুক্নিদা অমুক্তা উখিদ্রিবগুম খনখ্রে। কনাগী মচানো, করি লৈকায়দৈনো, করি থবক তৌরি, করি কালিফিকেসন্নো অমত্তা হংদৌদনা "ঐ য়ারে" হায়দোকখ্রে। হায়থ্রগদি ঋা হোংগন্দবী ওইবদুদা জুগেশ্বর মাগী থৌরাং মায় পাক্নে খনখি। পদ্মাপতি তুম্বা, চাবা, চৎপা খুদিংমক্তা নুপাদুগী অবাংবা, অচৌবা, নুংঙাইবা আশা ঙাক্তা শাগত্তুনা লেল্লকই। মরক-মরক্তসু নুপাদুগা মমঙদা চৎমিন্নদুনা ঋারী শানবগী মঙলান কয়া মঙলক্নে। নুপাদু মাগীদমক ঈশ্বরনা শেম্বীরকপনি হায়না পুক্নিংদা চপ য়ুংখ্রে। জুগেশ্বরদি পদ্মাপতি উনবা লাকখিদ্রে। নোংমা পাদ্মাপতিনা জুগেশ্বরগীদা লাক্লুনা ইকায়-ইকায়না, — "ওজা! নহাকগী ওজানা উহনবীরম্বা ফোটোগী নুপাদুবু কমদৌগ্রবগে?" জুগেশ্বরসু নীংহম্নবগী শকফমদা — "ও হো! মদুবু সি এমগী য়াম্না নক্নবা মরী-মতাগী নুপীমচা মশক-মতৌ ফজবী অমা য়েংলি হায়বগুম তারি।" পাদ্মাপতি সি এমগী মরী-মতাগী

মশক-মতৌ ফজবী মচানুপী লৈব্রা হায়না থিগৎপা হৌরকই। নোংমসু জুগেশ্বরগীদা লাক্লগা নুপাদু অমুক্তা উনজবা য়ারোইদ্রা হংলরে। জুগেশ্বরনা — "য়াববুদি য়ায়, অদুদা মশাদা হেক ফোংদোক্লবদি থুমনগদ্রা খঞ্জবগী বানি।"

জুগেশ্বরনা রামেশ্বরবু মাদি মশাগী দুকান শেন্নরমগনি হায়বীরে। পদ্মাপতিবু রামেশ্বরনা য়াওবা দুকান তানা পুরক্লগা দুকানগী মপাদা লাপ্তক লেপ্লগা য়েংহল্লি। হায়গুম্নদনা ভসিনা অমুক্তা হেন্না লেম্বসু হেনবগুম তৌরে। অপাম্বা হায়বসিসু পাম্বা জাৎনি। অচুম্বগীসু মখোয়গী দকান্দু রামেশ্বরনা ফম্বদগীসু হেন্না পোৎশিং ফবগুম তৌরিবনি। অদুবু মাদি হুইল অবাংবদা ফম্বনি। লৈশাবী পরেং-পরেং চংনরিবশিংদু উরগা পদ্মাপতিসু পোৎ অমদি লৈনীংলকই।

পদ্মাপতি ভাইহাক রামেশ্বরগী সিনেমাগী হীরো মানবা শকফমদুদা ভাওজদুনা য়েংলগা অদুম লৈনীংবা পোক্লরমাল্লে, ভাইহাক য়েংদুনা লৈথোক্লরে। জুগেশ্বরনা পদ্মাপতি হায়রকপদা ভাব তারকই। নুপীগী ফি অমা লৈরগা রামেশ্বরদা মখুৎনা পৈশা পীবদু রামেশ্বরগী মখুৎনা লৌহৌবদুদা হেন্না নুংঙাইজবা পোকচৈ। পদ্মাপতি নুমিত্তু য়ান্না পুক্লিংপেন্না দুকান্দগী থোক্লকই।

জুগেশ্বরগা রামেশ্বরগা বারী মতেক অমা চংশিল্লগা শনখিবদু পদ্মাপতি মাগী মরমগী ওইরমগদ্রা খঞ্জরুই।

হল্লকপগী লম্বীদা জুগেশ্বরনা হাযরকই — "ফবে নংনা থম্মোই শেংনা মাবু পাল্লবদি ঐ য়ানবা শীল্লগে নংগী ফোটো ফজবা অমদি মঙোন্দা পীখিনবা ঐঙোন্দা পীবা তারে অদুগা ফোটোদুগা কোম্ননা চিঠি অমগা পীখিসি।"

পদ্মাপতি পামজবনা ভাওখিবনা মাগী ফোটো অমা পীবদা নুংশি চিঠি অমসু লোইনদুনা পীখ্রে। — "অদোম্না য়াবীরবদি ঐগীদি অদোমগী মফমদা পুন্সিগী লোইনবী ওইবগী অয়াবা থবায়সিগা লোইননা কৎথোকচরগে লেপচরবনি।"

অসুম্না জুগেশ্বরনা রামেশ্বরবু হঞ্জিল-হঞ্জিল য়ানবা থেম্বদগী রামেশ্বর মমৈদা পদ্মাপতিগী নীংবসিমত্তংদি থুংহনবীরগে খন্দুনা য়াখিবনি। অদুবু ফোটোগী মশক য়েংলগা লুহোংবগী বা লোইশিন্নবগী নাকন অনীমক্কী দাইত্ব লৌখিবা জুগেশ্বরদি লুহোংবা নোংমা বাথলিভেদগী মশক উখিদ্রে। বর লাকুনা বব শেন্নবনা থোঙ্গালদগী বর পুশিল্লকপা মতমদদি বরদু শেন্নবনা কোল্লগা তপ্না-তপ্না মখোঙ থাংহল্লগা

পুশিল্লক্লগা বরগী ফিদাদা ফমখ্রে। ইমুংদা পোৎলোই শেৎপীনা পদ্মাপতি পোৎলোই শেৎপা লোইশিল্লক্লে। মাগী পুক্কিংদা বরগী অশোয়বগী পাউ তারবা ফাওবদা করিমত্তা চিংনবা, নুংঙাইতবগী শকফম অমত্তা উত্তনা লৈবা উই। অপোকপী মমা অমদি অপোকপা মপাবুং অনীদি পিরাং তত্তনা শিন্থবা হৌরে। মমান্নবীশিংসু তুম্মিন-তুম্মিন, মুশুক-মুশুক লোন্না নুপাদুগী মরমদা ৱারী শানৈ। পদ্মাপতি ভাব তারকই — "ও! জুগেশ্বরনা ঐবু কুইনা শেন্নবম্বদগী ৱাখল অমরোমদা ওনখিবদো মানা ঐবু মায়থিবা অমক্তুং পীগে খল্লম্মোইরে।"

নুংশিবা বেনগী মখোলদা বর থোরক্লে। ঙসিদি বর শেন্নবা খরা হেন্না ৱাজরে। রামেশ্বর লুহোংফান্দা ফমখ্রে। লুহোংফান্দা ফম্বগী রামেশ্বরগী শকফমদুনা ফজবদি করিদা প্রমান তৌরসিগে? অদুবু মনুংদা লোৎলিবা অশোয়বদুমদি হৌজিক্তি উবা ঙমদ্রে। কৈন্যাগী মপা-মমানা খঙ্গে — "অশুক ফজবা শকফমসি মখোঙ অসি শোয়রম্বসিনা মাংলেদো!"

কৈন্যাসু থোরক্তুনা নোকমি-নোকমিবা শকফমদুদা শীংনবা অমা য়াওনা মানা পান্না খঞ্জরম্বা ববসিদা লৈ হুকখি।

জুগেশ্বরদি নীংবা কায়না পদ্মাপতিগী ৱাখলদা য়ু থক্লগা অৱাবা খাংদুনা পদ্মাপতিগী ফোটো য়েংদুনা লেলহৌরে। লুহোংবা লোইদুনা কৈন্যা থিল্লম্লগা নূপী ময়ুমলোমগী মী হন্নগ্রবা মতুংদনি, ৱামেশ্বরনা পদ্মাপতিদা ৱা হৌদোরক্লিবসি। পদ্মাপতি ৱাখলগী ঈপাক্তগী কাখৎলক্লগা পুক্কিংগী চাইথোক্লুরবা, ৱাখল পূন্নমক তপ্পা-তপ্পা ফাজিঞ্জরগা রামেশ্বরগী মনাক্তা চৎলক্লগা মিৎলুদা পিরাং শিন্থদুনা লৈরম্নবা রামেশ্বরগী উনগী ঈশিংদা তারুবগুম ইংথরুরবা হকচাংবু তপ্পা-তপ্পা শাগৎহনবীখি।

থম্মোই শেংনা ফোংদোরকখি — "ঐসে নংগীনি"।

তাং ১২/১১/২০০৪

# নৈরবা ঈশিং

ঙসিদি য়াওশঙ নুমিৎনি। রাজেন হন্দকী য়াওশঙদি ময়ুমদা চৎত্রে। মা ইম্ফালদা লৈবসি হৈনরকপগুম তৌরে। অয়ুকী পুং নিপাস্রোম তারম্লগনি। রাজেন ইমুংদগী মফি হোংদোক্লগা থোরকই। মতমদুদা অবাংথংবগী বালা তোটি ঈশিং য়ারি। ফি খরসু মনাক্তা শুননবা পুথোক্নুনা থম্বা উই। রাজেন্না খরা কেনা থোরকপা উবদা বালানা রাজেন্দা য়েংলগা হায়রকই — "তারাজেন! ফিজেৎ নাল্লিকো! য়াওশঙ য়াওরুদোইরো?"

— "অশ্বাইফাওদং ইমান্নবা অমা উনরুগে তৌবনি।"

— "তারাজেন অদু, ঙসিদি য়াওশঙনি, কৈনো অমদি পীজবা য়াবনি; নংগী ফি শুগদবা লৈরগদি ঐগী শুবসিদা য়াওবীগে পীরম্মোদনা?"

— "অওইবেরো? ইথা হেক থাজদনা! ঐদি হোরেন হল্লক্লগা শুগে খল্লিবনি, নংনা শুবীগে হায়রবনিনা ঐ লৌথোক্লম্লগে?"

— "পুথোরক্লোনে! অদো, লৈরক মচিন্দগী ইনে ইন্দুগী হোটেলদগী হোরেন তাবাজেন্না হল্লকপদা কাংঙৌ-বোরাদি শোয়দনা লৈরকউকো!"

— "হোয়নে-হোয়নে! নংনবু কয়াম চাবা ঙন্নি-গে?" অসি হায়রম্লগা রাজেন ইমুংদা মাগী শুগদবা ফুরিৎ খোঙথ্রাও লৌথোকপা চংখি। অমুক থোরক্নুনা ফিশিংদু বালাদো শীন্নরম্লগা বাখল খরা নুংঙাইনা থোঙ্গালদগী থোকখি।

য়াম্না চন্না মচল-মবুংশুন্না লোইনরম্বা অনীদো অশেংবা মচিন-মৌপ্পা মক্তি নত্তবনা য়াওশঙ মতমসিদা ইনখৎলকপা চহী মতাং ওইবদুদা পুক্লিংদা অনৌবা শাবী-শানৌগী বাখলগী মাইওম্রোমদা হোংলকপগুম তৌই। বালাসু মপুং-মরৈ ফারকপগী মশকসু নোংম-নোংমগী ফজবা অসুম-অসুম হেনগৎলক্লি। রাজেনগী পুক্লিংদসু বালাবু মী অমগী ওইখিদৌবা পাম্মুরকপগুম তৌরকই। রাজেন ঙসাইগী

বালাগী হোংলকপা ৱাড়াং অমথক্কা মমান্নবা উনবা তোক্লগা থুনা অমুক হন্নগা বালাগা ৱাহে অমনীদং ঙাননীংবা, মানা চানীংই হায়রৌবা কাংঙৌ-বোরাদু পীজনীংবা পোক্লকই। মা পঙলাপ লাপ্না চৎতনা হন্নক্লগা ইনে ইন্দুগী হোটেলদগী কাংঙৌ-বোরা ফনা য়াম্না লৈরগা পুরকই।

বালা মমান্নবী রোমাগা ফি শুফমদা য়াওশঙ থবল চোংবগী ৱারী শানদুনা লৈরম্মী। রাজেন কাংঙৌ-বোরাদু বালাদা পীরে। বালা মখুৎ শেংনা হামদোক্লগা রোমাগা ইমুংদা চংলগা কাংঙৌ-বোরাদু রাজেনগী খরা খাইদোক্লগা প্লেট অমদা পীরুরে। রোমাগা মখোয় অনীসু ৱারী শান-শানদুনা রাজেন্না লৈরকপা কাংঙৌ-বোরাদু চামিম্নে। কাংঙৌ-বোরা চাবা লোইরগা মখা তানা ফি অমুক শুরুরে। শুবা লোইরবা ফিশিংদু পোলাংখোক্তা নীংথিনা ফৌদোকই। নুমিদাংৱাইদা রাজেনগী ফুরিং-খোঙগ্রাওদু লোকশিন্নগা বালানা মনে ৱাবিদা পীশিন্নম্মী।

ৱাষিনা ৱাহে অমনা — "য়াওশঙ মতমসিদা পাখঙ লৈশাবীসি চান্নরেদা?"

য়াওশঙ নুমিৎতু হৌখ্রে। ঙসিদি পিচকারি নুমিৎনি। য়াওশঙ মনুং হায়বসিমক্তবু নহা-অহল খাক্তনা মথুম-মরাং হৌনরিবনি। খরা ইথক-ইরাং কনবা পাখঙ-লৈশাবীশিংগীদি চহী অমগী মনুংদা খৌরাংনা ঙাইনরিবনি। বসন্তদা খোইমুশিংনো লৈরাং শাৎফম থিবগুম পাখঙশিংসু চানবা লৈশাবী থিনরিবনি। বালাগা রাজেনগসু করিগী য়াওশঙ লাকপা পাম্লোইদগে?

রাজেন পুখ্রি মপান্দা খুঁদে অমা শেৎলগা ফদি, শাপোন মনাক্তা থম্লগা ঈরু লুজনবা থৌরাং তৌদুনা লৈ। ঈশিং অইংবনা ঈরুজবা হাইফেৎ তনবগুম তৌবদুদা পুখ্রি মপানগী থোঙখ্রাদা মতুং ওম্মোক্লগা ফমদুনা নুংশা য়াইদুনা লৈবনি। বালাগা রোমাগা হৌনবগা রাজেনবু মতুংলোমদগী পাউদর খুবাম অমা পায়রগা রোমাবু হান্না তৈহল্লে। রাজেনগী মমায়দু পুমৱাও ৱাওরে। রাজেন বালাগী মখুত্তা য়াওরিবা পাউদরদু খরা নিরগা রোমাগী মমায়দা তৈরুরে। বালা রাজেন্না রোমাগী মমায়দা পাউদর তৈবদু উবদা মাবুসু তৈহন্নীংবগুম তৌই। "সে-সে! নখুৎ পেন্নবা তৈজরো হায়দুনা বালানা রাজেনগী মখুত্তা পাউদরদু খুবাম থন্না হৈরে। হৈবা লোইফাৎত্রিঙৈদা রাজেন বালাগী মমায়দা মখুৎ অনী চংদুনা পুমঙৌ-ঙৌনা তৈশিন্নে।

য়াওশঙদা পাউদর তৈনরব্দগী অমুক্কা হেন্না রাজেন অমদি বালাগী ৱাখলদা অপাম-নুংশিগী অনৌবা ইনোৎ অমমুক হাপকৎপগুম তৌরকই।

য়াওশঙ লোইখিবা ইকুই-কুইগ্রিঙেদা রাজেন্না তম্লিবা কলেজগী কোলকটাদা এক্সকর্সন অমা চৎলি। রাজেন বালাগী তোংনেনবা খুনীংবাংবী খোঙউপ অমগা লৈশাবীশিংনো ইম্ননবা শ্বাল অমগা লৈরকই। রাজেন্না থুংলবগা বালাসু চংলক্লুনা; "তারাজেন ঐগী করি-করি লৈবীরকই" হংলে। রাজেন হরাউনা খোঙউপ্তুগা শ্বালদুগা লৌথোক্লগা বালাদা শিন্নে। রাষিনা খল্লি — "পাখঙ লৈশাবীনি করিবু কায়বগে?" বালাগী মমা-বাবাসু করিসু থোইনা নুংঙাইতবা তৌরুদে। মখোয়সু রাজেনগী মরম-ওকপা, ইংবা তপ্পদুদা অফবা অঙাংনি হায়না অদুম খল্লি।

বালা নুমিত্তুমক্তা মমাগা হৌনরগা রাজেন্না লৈরকপা খোঙউপ্তু তোংলগা মমান্নবীশিংগী মমাঙদা লেন্নদুনা ফিজেৎনান্না শেৎলগা থোকখিবা উই। বালানা মানা পামজনা লৈজরকপা খোঙউপ্তু তোংলগা কেন্না থোকখিবদু উবদা রাজেনসু থোইনা হরাউজখি। বালা নুমিদাংদা রাজেনগী য়েঙ্খাং লাল্লকই। মনে রাষিনা ফাগি ওইনা — "ইমৌগীসিবু মবুং ওইনরা নৎত্রগা অমদু ওইনবা, নংনা লাল্লক্লিবা য়েঙ্খাংগী মরোলসি ইনেসু খঙনীংইদা।"

বালা — "ইনেসিমা" হায়রগা ইকায়জবগুম তৌখি।

রাজেনসু বালাগী পুকচেলদুবু থাজবগুম তৌরুদুনা নোংমসু অঙৌবা মচুগী চরিক পরেং অমা লৈরক্লগা বালাদা শিহল্লি। বালাসু চরিক্তু শিরগা মোমোন নোক্লুনা রাজেন্দা য়েংলকই। হরাউ-কুম্মে মথং-মথং চৎখিদুনা ইঙেনগী কাং লোইখ্রে। ঝুলোন মনুংদা লৈকায়গী মন্দোবতা ঝুলোন হে। ঝুলোন লোইবা নুমিত্তা মন্দোবতা শুমাং লীলা অমা তৌই। বালা রাজেন্না মঙোন্দা পীখিবা চরিক পরেংদু শিরগা মমাঙ পরেংদা ফমদুনা লীলা য়েংই। মরক-মরক্তা মখোয় অনী হেক-হেক মিৎচানৈ।

নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা দেবান ইস্ফালদা মনে রাষিগী য়ুমদা লাকখি। দেবান রাষিগী মৌপ্পাগী মচানি ময়ুল্লা শেকমাইজিন্দগীনি। মহাক সেক্রেটরিএটতা ক্লার্ককী থবক অনৌবা অমা খনবদগী ইস্ফালগী মনে রাষিগীদা মতম খরা লৈগে হায়রবনি। ইমুংদদি রাজেনসু লৈবনিনা চিল্লে, শঙ্গোয়দা খারগা তোঙান খোঙদুনা চারগা লৈবদা য়ানরে।

রাজেনদি লাংমৈদোংদগীনি। মানা লৈরিবা য়ুমসিদি রাষিগীনি। রাষিগা রাজেনগা মরী অমত্তা থোক্লবা নত্তে। রাষিনা লুখ্রাবী ওইনা মতোমতা লৈবদুদা রাজেনবু মচাগুম্না লাইরিক-লাইশু তম্বগী মতম খরা লৈহনগে হায়রবদুদা য়াবীখিবনি। চহী অমগী

চাননবা ফৌ পুখত্তুনা লৈরকপা চহী অনীরোম হায়রক্লে। রাযিনা রাজেনবু হেক পোকচবা মচাগুম্না খল্লি; রাজেন্সু রাযিবু মমাগুম্না খল্লি। নৌনা লাকপা দেবান মমায় কল্লি; ইকায়বসু কয়া খঙদে। থবক তৌদুনা তলব চারবনিনা লৈশাবীশিংনসু মাগী মরমদা তলব কয়াম চাবজাৎনো, মসিবু লোইনবা নুংঙাইগদ্রা অসিনচিংবো ঙাংনৈ। মৌ খরদি দেবান্দা লৈরবদি চাবদি রাৎলরোই হায়না ঙাংনবা য়াওই। লৈশাবীশিংসু মৌ খরনা ঙাংনবদুদা মবুক ওনবা য়াওরকপগুম তৌরকই। মদুগী মনুংদা বালাসু য়াওরে।

থা ফাবগী তলব অহানবা ফংলকপদা গব-সব তৌদুনা বালাদা ওনশিল্লগা — "মেম্মা! করি চানীংবগে? ঐগী তলব ফংলে।" হান্নদগী মমায় খরা হাইগৎলপ চৎপী বালা মীনা লেম্না পীজবা পোৎ চাবা পামজবগা নৌনা লাকপা দেবানগী ইরাং-ঈঙ্গিত্তুদা মীহৌবা পোকপগুম তৌরুরে। দেবান লুপা চাম্মা চৎপী প্রেক-প্রেক লাওবা অমা শৎলগা — "সে-সে! শিংজু চাগেরা, বোরা চাগেরা, চানীংবা অমা চাজরুরো!" বালা হরাউনা পৈশাদু লৌখি।

অসুম্না বালাদো দেবান্না শিংজু-বোরা পীজবগী লৌশিংদা মখোয় অনীগী নহা ওইবগী মরীসু নকশিল্লকপগুম তৌরকখি। ঈশিংনা অতোংবদগী অকুৎপদা চেনথৈ; তাইবং মীওইবনা পৈশা লৈবা মফমদা মমায় ওল্লকই। ঙাইহাক লৈতনা বালা দেবান্দা লুপা য়াংখৈদা পুগে হয়েং শিংবীগে, লুপা চাম্মদা পুগে করিনো মস্তা লৈগে তৌবনি, কোম্না অমুক হঞ্জিনগে তোয়না হায়বা ঙম্নক্লে। মসি পুন্নমকসি উরুবদা রাজেন্দি থম্মোই পুবা ঙমদনা বাজৈ। খল্লকই — "ঐসু দেবানগুম্না থবক মচা অমত্তং তৌরম্লবদি বালানা ঐবু থাজবদু মাংলমলোইদ্রা?" করিগুম্বা কান্দা দেবানগী তোঙান্না লৈবা শঙ্গৈইগী কা মচাদুদা বালা মতোমতা মীরক-নারক য়েংলগা চংখিবা রাজেন্না উবা য়াওরকই। রাজেনগী থম্মোইদা মদুবু উরগা লৈতাফম খঙদনা বাজৈ। বালাসু তশেংনা ঙসিদি নৌনা লাকপা দেবানবু রাজেন্দগী হেন্না থাজবা অমদি পামজবা অনীমক পুনখিবগুম তৌখ্রে। বালা ঙসিদি রাজেন্না মঙোন্দা শিংহন্নীংদুনা পীখিবা চরিক পরেংসু শিবা উখিদ্রে অদুগা খোঙউপসু তোংবা উখিদ্রে। বালাগী পুক্কিংদা খঙহৌদনা হোংলক্লিবা মতৌদুদা রাজেন বালাবু খরদি বারৌবগুম তৌরে। অদুবু মানা করিদি হায়জরুবা ঙমগনি। ইনখৎলকপগী অফ-ফত্ত নীংথিনা কুপ্না নৈনজবা ঙমদ্রিবী নুপীজা ওইবীগী তুংগী অকায়বগী শক্তম উজবা ঙমদ্রিবী বালানা কদায় য়ৌনবুদি খঙ্গরুবা ঙম্নুদগে?

অমরোমদা দেবান্দি নুপী-ফাবা হৈবগী মন্ত্র ফজবা অমসু চিনফা পুবগুম হৈরম্লে। অনৌ-অনৌবা রোমান্সকী নোভেলশিং তোয়না লৈরক্নুনা বালাদা পাহল্লি। বালা তুম্বা-চাবা চংদনা নোভেলদা লাইচুরে। মাগী স্কুলগী লাইব্রেরিক্তি হন্না ফাওবা য়েংলুদ্রে। দেবান্না পাহল্লিবা নোভেলদুগী মতাং-মতাংদু কন্দায় য়ৌরে, মতাংদু ফজদ্রা হায়বনচিংবা তোটি মখোঙদা বাহং-হাংনদুনা পাউখুম পীনরি। মখোয় অনীনা তোয়না তোটি মখোঙদা বারী শান্নবদু উরগা রাজেনসু লাইরিক ঔরাইবা য়াদদুনা লোন্না মখোয় অনীগী মতৌ য়েংবনা মরুওইবা মথৌ ওইরক্লে। হান্নদি মাগী ওইরগদবগুম তৌরম্লবী মহাক অদুনা বাখল, পুক্লিং, মিথয়েং অমদি ফিজেৎ লোইনমক দেবানগী অপাম্বদা ঙন্না চৎপ্রবদবু করিগী মাদি ঙাওরোইদগে? ঙসিদি বালানা দেবানগী মফি-মরোল, অমোৎপা শুম্রে, রাজেন্দদি অদুগুম্বগী বাহং হংখিদবা কুইরে। ফি শুবীদবতা নত্তনা রাজেনবু মিথচিনা ফাওবা য়েংবীরক্লে, তারাজেন হায়না কৌখিদবা কুইরক্লে। রাজেনগা বালাগগী মরীদি মপুং ফানা তথখিবা কুইরে। মখোয় অনী করিগুম্বা মরম অমদগী খৎনখিবগা চপ-মান্নরে। রাজেন থম্মোই কায়বতা নত্তনা মী ফুনীংবা অমসু য়াওক্লে। বালাগী হোংথ্রবা পুকচেলদুনা মঙোন্দা পীরল্লিবা চৈনাদুগী মরমদা খনবতনা মরুওইবা মথৌ ওইরকই।

নুংশিবনা মীরাইবীরবা অম্বাবা পোৎলুম পুবা ঙমজদবা নুপা হায়বদু রাজেন্দা চপ-চানা থোক্লরে। রাজেন ঙসিদি মাগী অশেংবা ময়ুম লাংমৈদোংদা লাকই, মানা খ্বাইদগী পামজবা মচুদি হিগোক ফনেক্নি। মদুসু অতৈনা শেৎপদা উখিবা নত্তে। বালানা নোংমা পুখ্রিদা ঈরু-লুজবা লোইরগা হিগোক ফনেক অমা হোংদোক্লগা ঙৌরবা মাগী ঙকশমদা সনাগী মরী অমা য়াম্থরগা চংলকপা উখিবনি। "বালাসি শক ফজবী হায়বীদুগী মনুংদি চনবজাৎনি; নোংম-নৎত্রগা নোংমা মানা ঐগী ওইদুনা ঐখোয়গীদা লৈরগা ঐগী নুপী ওইনা অসুন্না ঈরুজবা কারক্লবদি ঐনা মাবু ঐগী ওইনা খঞ্জবদুগী তাঞ্জাদুমদি ফংগনিকো! মাগীদমক ঐনা ফি অমা থোনবা তারবদি হিগোক ফনেক অমদি থোল্লগে"। ময়ুম য়ৌদ্রিঙৈদা ককচিং কৈথেলগী নুপীগী ফিয়োনফমদা চংদুনা মানা পামজবা হিগোকতা মপান অঙাংবনা চনবা ফনেক অমা খল্লুরে। নুপা পাথঙনা ফনেক লৈবদি খরা তাংনা থোকপদুদা ফিয়োনবীদুনা হংলকপনি — "কনানা শেৎনবনো ইবুংঙো?" মাসু ইচে অমখক লৈ, মাবু শেৎহনগে তৌবনি হায়না অদুম খুন্নম্মী। খবর অমনা চেৎনা য়োল্লগা বেক্তা হাপচিল্লে। মানা খল্লি — "করিগুম্বা ঐনা পামজবা মচুগী ফনেকসি বালানা শেৎপদু অমুক্তংদি য়েংনীংবনিদা"!

ময়ুমদা চৎলুরগা অমুক ইম্ফালদা হল্লকপদা মানা পুরকপা ফনেক্তু ইম্ফালগী য়ুমগী মাগী উপু মচাদুদা নীংখিনা থম্মী। মানা ফনেক্তু বালাদা পীবদি ঙমদ্রে। মহৌশাগী মরী ফরিঙেগীদু ওইরগবুদি ঙম্লম্বসু ময়াবনি। মখোয় অনীগী মরী কৎখিদ্রিবসি বালানা মাগা রাজেনগা হাম্না মরী থরা লৈনরম্মী হায়বসি দেবান্দা খঙহন্নীংদবদগী ওইরম্বসু য়াই। অহোইনদুম বালাদি লেন্নবগী মওংদো দেবানগী কাদা তোয়না চংদুনা মানা থোঙবা য়েঙ্খাং ফাওবা তেংকেত্তা হাপ্লগা পীবা উরি। নোংমসু বালা তুমিন্না মী কনা লৈতবা মতমদা দেবানগী কাদা চংখিবা রাজেন্না উহৌরে। কাদুদা চংখ্রগা ঙাইহাক লৈরগা দেবানগা পুন্না নোকমিন্নবগী, পোৎ অমা মুন্নবগী মখোল তারে। বালানা শঙদুদগী থোরকপা মতমদুদা বালাগী হৈয়াই অমুনবা মানবী য়েৎ থংবগী খজাইদুদা য়াগী দাগফম অমা পরেং শানা তাদুনা লৈবা রাজেন্না উরে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা বালানা কাদুদগী 'অয়ো শিরে, হিংচাবা' বাহৈদুগা, মমায়দা তারল্লিবা দেবানগী য়াগী মমিদুনা রাজেনগী থম্মোইবু পতাল য়ৌনা পুথবীখ্রে। মা খাংবা ঙমদদুনা ফক্লাংদা খুত্তুন্না মতোমতা শুজখি, মপি তানা কপখি। নুমিতুদগী রাজেন্না বালাবু চিংনবগী থাক খংবাং-বাংখৎলকখি। দেবানবু উবদা পুক্লিং ফাথবা ঙমদদুনা রাজেন খৌদেম্লগা 'খাক – থু' হায়না মতিন শিংখি।

রাজেন ইম্ফালগী নুংশিবী মমা রাখিগী য়ুমসি থাদোক্লগা বালাবু অমুক হন্না উররোইদবা মফম অমদা চংখ্রগে চপ-য়ুংনা খল্লকই। ময়ুমদা অমুক কুম্লগা মপাল্লমদা চংলগা মহে মখা তানা তন্নুরগে খল্লকই। য়ুমগী মীগা তান্নরুবদসু য়াবীরক্রে। রাজেন থুনমক চান্দিগরদা মখা তমথবা চংননবা থৌরাং লোইরে। থম্মোইদদি বালাবু শেংহনজনিংবা হিগোক ফনেক্তু বালানা শেংপগী শক্তম অমা শাগংলগা মতম খরগী মমাঙদা কাংত্তৌ-বোরা লৈরুরগা চামিন্নখিবা, য়াওশঙগী মতমদা মাগী মমায়দা বালানা পাউদর তৈথিবা, মানসু মখুৎ অনী চংদুনা বালাগী মমায়দা তৈথিবশিংদু অমত্তা চিংথদনা নীংশিংলকই। থংনবা য়ুম অনীগী মরক্তা থোকপা থৌদোক্লিনা উরোই হায়বসু য়াদে। অসুন্না রাজেন চান্দিগরদা চংখ্রে।

রাজেনবু লুনা তৌবীবা ইম্ফালগী মমা রাখিসু মচানুপানা হন্দক মপান্দা চংখিবগী মরমসি বালাগী মরমদগী ওইগদ্রা হায়বগী চিংনবা খরদি ফাওখিবনি। রাজেন্না ইম্ফালগী য়ুম থাদোক্লগা চান্দিগর চংখিবগী নোংঙানবদা বালা দেবান্দা চেনখ্রে। বালাবু পোকপা মপা রাবে অমদি মমা তোম্বীনদি রাজেন্দা মচা বালানা লৈজরবসু কয়দে খঙ্গরম্বনি। অদুবু ওন্না-তৈনা দেবান্দা চেনখিবদুদা য়ান্না শাউনখি।

নুপা ময়ুম্না লুহোংনবা কন্না হায়জবদা য়াখিদে। বালাবু ইমুংগী মী অমত্তা য়াওদনা নুপা ময়ুমদা দেবানগা লুহোংখ্রে। দেবানগা বালাগা লুহোংখিবগী পাউসি রাজেনগী মমান্নবা শ্যাম্না ইরকপা চিঠি অমদগী রাজেনসু খঙখি। মা থোইনা লুনা খনখিদ্রে। অওং-অউন অমত্তা তম্লক্তবগা, লৌখৎপগী থাকাসু হৌদোরক্তবা নুপীময়ুমগী মতৌদুদা বালাদু নুপা ময়ুমগী মীনসু কয়া পামদবগুম তৌরকই।

থা খরা লৈরগা বালা ময়ুমদা হল্লক্তুনা থাইনবগুম লৈররে। রাজেন বী এ অহানবা পরিক্ষা পীরল্লগা য়ুমদা থোক্লকই। ইম্ফালগী মমা বাখিগী য়ুমদা চংলমগে খন্দুনা রিক্সোদা লাকপনি। মানা থোঙালদা চংলকপা মতমদুদা বালাদো তোটি মখোঙদা ফি শুদুনা লৈরম্মী। মৌ ওইদুনা মীগী ময়ুমদা লৈক্ববনিনা ইকায়বসু কয়া খঙলক্তবগুম তৌরে। ফিদোন চিংখৎলগা ইন্নফি অমত্তা যাওদনা মীসু কনা মত্তা লৈতবা মফমদুদা কনাসু লাক্রোই খন্দুনা ফি শুদুনা লৈরম্মী। মাশাদু হান্নগী লৈশাবী ওইরিঙৈগী ইপা-পাবদুসু নৎত্রে। নোয়-পেন্না মমায়দু ইথন-থন্না য়েংবদা যাম্না নুংঙাইরে। রাজেনসু বালাদা মিৎথমফম হেক ওইরুবে। বালানসু রাজেনবু ফৎ লৈদুনা য়েংলকই। মিৎয়েং অনীদু মহৌশাগী নুংশিবা হৌবকঙৈগী মিৎযেংদুগী মমি খরদি হঞ্জিন্নরক্কে তৌখি। অদুবু থংনবা মিকুপ্তা বাজেন্না অনৈবা, থক্লীংবা পোক্লরোইদবা ঈশিংগী মচু অমা বালাগী মফমদা উবকপগুম তৌখি। বাজেন বালাবু মমিং ফাওবা কৌরমদনা ইমুংদা চংখি। মাদি বালানা অদুন্না মপামদা লৈবমগনি হাযবসু খল্লুদে। বালাদু রাজেন্না মাবু কৌবমদবদুদা পুক্নিংদা নুংঙাইতবা অমদি পোক্লকই। মহৌশাগী মতৌগুম্না মাগী কবিগুম্বা অমদি লৈবক্লমগদ্রা খঙ্গরুই। ফি-শুরম্বা লোইশিল্লগা ইমুংদা চংলগা অহনবা ফনেক শেৎলগা মতম অমদা বাজেন্না থোনবীখিবা চরিকতু শিরগা শ্বালদুসু ইল্লগা ইনে রাখিগী যুমদা চংলকই। মতমদু রাজেন পুখ্রিদা মনীংথোংদগী বালটিন অমগা ফদি, শাপোন পুবগা মমায়-মমিৎ তাথোকপা থোকখি।

বালা — "ইনে। তারাজেনবু পরিক্ষা লোইরবজাৎলা? মাবু ইনেগী করি-কবি লৈরকপগে?"

— "অচাপোৎকা য়াম্না লৈরকই; চারো লাও-ও!"

বালা মোরাদা ফমথখ্রে। রাখিনা রাজেন্না লৈরকপা শেম, অঙ্গুর পুথোক্লগা বালাদা পী।

রাষি — "নং ইচা রাজেন্দা লৈজরম্লবদি, ঙসিগী নুংঙাইতবা থেংনরিবদু লৈরম্লোইদো।"

বালা — "ইনে! অদু হৌজিক লৈগে হায়বা য়াররোইদ্রা।"

— "হৌজিক্তি কদাইদগী য়ারনি, ইখৎ-খৎনা ঙন্তনা চেল্লুবদগী মাংজবেদো!"

বালা শেম অমা পায়রগা চারম্বদো চপ লেপ্লী।

রাষিগী ৱাহৈদগী বালা ইকাইবগুম তৌদুনা শেমদু পায়রগা হৌগৎলগা থোকখ্রে।

ইস্ফালগী মমা রাষিগা বালাগা ইমুংদা ঙাংনখিবা ৱাহৈ খরদু রাজেনসু মনীংথোংদা চংলকপদা মপা চারুদুনা তাহৌরে। মিৎলুদা পিরাং ইহৌরকপগুম তৌনা রাজেনগী পুক্নিংদা অমুক হল্লক্লরোইদবা পুক্নিগী অহানবা থৌদোক খরদুবু নীংশিংখি। রাষিনসু ৱাহৈদু বালাদা মশাগী অশোয়বদু খঙজনবা হায়খিবা মাপ্লি। বালানা চরিক শিরকপা অমদি শ্বাল ইল্লকপা উবদুদা রাজেনবু বালানা মাবু অমুক হন্না পামজরে হায়বদুমদি ময়েক শেংলে। বালা থোকখ্রবসু রাজেনগী ৱারীদি মকোক্তগী নৌনা হৌরকপগুম তৌহৌরে।

রাজেন মমা রাষিগী মনাক্তা চংলক্লগা — "ইমা! বালাসি মপামদা হল্লক্লব্রা?"

— "হল্লক্লে! ইমুংনা লুহোংবীদবগা, লৌখৎপীদুনা অউনপোৎ খরা তম্বীবসু তৌদবদুদা লৈবা নুংঙাইরক্তদুনা হল্লকপা মাপ্লি। ইমানা নং ইচা রাজেন্দা লৈজরম্দি ঙসিগী নুংঙাইতবা থেংনরিবদু লৈরম্লোইদো হায়রুবদা; মানা হৌজিক ওইনা লৈরগে য়াগদ্রা হায়রম্মীনে, ইকায়খঙদবীসে! ইমানা নপাদগী য়ারনি ইচাবু মৌ লৌহনবদি ঐ য়াবা ঙম্লোই হায়রম্বদগী হৌগৎলগা চৎখ্রিবনি।"

রাজেন — "ইমা! ঐনা য়াম্না পামজবা ফনেক অমখক ঐগী উপু মচাসিদা থম্লিয়ে! ঐদি মাগী লুহোংবদসু য়ুমদা লৈতবনিনা করিমত্তা পীহৌদে। ইমানা মঙোন্দা ফনেকসি অমুক্তা পীবীখো! ঐনা মাবু শেৎহম্নীংবদগী লৈজখিবনি; ঐদি ঙসিমক য়ুমদা লাংমৈদোংদা চৎলুখিগে! হয়েং অয়ুক তন্না অমুক লাক্কে!" রাজেন্না মিৎলুদগী ইরা চেল্লগা তল্লিবা ৱাহৈশিংদুগী অর্থদু রাষিসু মুন্না খঙই।

রাষি অৱাকগী খুৎনোক্তা নোক্লগা — "করিগীনা ইচানা ৱাখল অদুক শোঙ্গনা ইমাদা হায়রিবা ৱাহৈশিংদুবো? পাখঙনবু লৈশাবীদা ফনেক পীনব্রনে? নমান্নবশিংনা খঙলগা উশিৎলোইনে!"

— "ইমা! ঐনা মাবু অমুক্তং ফনেকসে শেৎপা য়েংনীংমনবদগী লৈখিবনি। মানা ফনেক্তু শেৎপা উরগা নচাগী মতম অমদা মানা তাঙ্গোই তানা চাকহল্লন্নবা থম্মোইসে অমুক্তং ইংব্রা য়েংজগে ইমা! ইমানা নচাগী নীংজবসিমদি থুংহনবীয়ু!" মচাগী ৱাহৈদুনা ইম্ফালগী মমা রাষিবুসু মমিত্তা মপি তাহনবীরে। রাজেনসু ৱাহৈদু হায়না-হায়না মপি তৈথোকই।

— "ও! ঐদি অদুক লুনা খল্লুদবনি। ইচাগী ৱাখলদা বালাবু অদুক য়াম্না পামজরম্বোইরেকো! ইমানা মতম চানা খণ্ডলম্নবদি খুদিংমকসে ওইথোকহল্লম্বা য়াবনিদকো!"

রাজেন ৱারী শাবা লোইদুনা লাংমৈদোংগী ময়ুমদা চৎনবা থোরকই। রাজেন্না থোরকপগা বালানা চংলকপগা থোঙ্গালদা অমুক থেংনরে। কৌনবদি অমত্তা ওম্নখিদ্রে। থম্মোই মনুংদদি মখোয় অনীমক ৱাহং পাউখুম কয়া মিৎকুপ অমগী মতমদুদা হংনবগুম তৌনখি।

বালানা খল্লি — "ও! মা লাংমৈদোংগী ময়ুমদা অমুক চৎলবোইরে। অহীং অমা ফাওবা মানা ইনে রাষিগী য়ুমদা লৈনীংদ্রবা! মতম অমদদি ময়ুমদা নোংমতসু চত্তনা ইম্ফালগী ইনে রাষিগী য়ুমসিদা ইনে রাষিনা হেক পোকচবা মচানুপাগুম্না লৈরম্নবনি। মাদি ঐবু পুম্নিগী ওইনা য়াম্নমক ৱারৌখ্রবোইরে! ঐনা মতম অমদা মানা ঐত্তোন্দা পীখিবা চরিক শিবা অমদি খ্বাল ইনবদু মাবু করিমত্তা নীংশিংলম্নব্রোইদ্রা? মানা লৈরগা পীজখিবা কাংগৌ-বোরা রোমাগা চামিম্নখিবদো হাউবনিদা, অমুক লাকদবা মাদ্রে।"

বালাদু ৱাখল অমনা হন্নগা পুদুনা মনে রাষিগী য়ুমদা অমুক চংখ্রে। মাদি রাজেনগী য়াম্না লেম্নম্বা মপান্দা লৈরুবগী কুচুকা ঙৌথোক্লম্বদুদা পামজবনা মথুম-মরাং হৌবগুম তৌরুরমাম্লে।

— "ইনে, ইনে! তারাজেন্দুবু মখোয়গী লাংমৈদোংগী য়ুমদা চৎখ্রবা?"

— "চৎখ্রেদনা! ঐদি খণ্ডদে, ইচা রাজেনসে নংনা মাগী থম্মোইবু মচেং কয়া থোক্না কায়হনবীরম্লে। ইনেদি ওসিখক্তা খণ্ডবনি।"

— "তারাজেন্না করি হায়রম্মীনো ইনে?"

— "য়েংবু য়েংগে, ইচানা থল্লম্মী হায়রিবা ফনেক্তুবু!" অসি হায়রগা রাষি রাজেনগী উপু মচাদু হাংদোক্লগা রাজেন্না হায়রম্বা ফনেক্তু লৌথোক্লগা রাষিনা তিংথোরকই। ফনেক্তু উবদা বালানা — "ইনে! কনাগী ফনেক্নো য়াম্না ফজেনা। মচুসিদি ঐগী পামজবীনি।" রাষি মচানা মতম কুইনা পামজবী বালাগী মফমদা পীগে থম্না লৈরগা পীবা ঙমদদুনা থমজবা ফনেক্তুবু বালানা শেংপদু য়েংজনীংবগী ৱাখলদু থম্লুবা; মা মশাসু মতম অমদা লৈশাবী ওইরকখিবনিনা ঈচেলদুদা মথং-মথং হিদেন কয়া লাল্লক্লবনিনা মচাগী চমজবা থম্মোইগী মতৌদুদা মপি লেপ্তুনা শীল্পরকই।

রাষিগী মতৌদুদা বালা — "ইনে করি তৌরে?"

— "করিসু তৌদে" হায়রগা মপি তৈথোকই।

— "বালা! সে, নং ফনেকসে অমুক্তা শেৎলু! ইনে য়েংগে?" বালা ইচম-চম্না ফনেক্তু রাষিদগী লৌরগা হোংদোকই।

রাষি — "ইবেম্মা! বালা নংগী নফি-নরোল লোইনা থল্লগা শুপ্পগী ফনেকসিখক্তা শেৎলুবা! ইনে নংবু অমুক্তংগা হয়া য়েংগে?" বালাদু মশাদু পাখৎপা অমসু য়াওরে।

হংজরকই — "করিগীনো ইনে?"

— "মরম লৈনে!"

বালা মাগী ফুরিৎ-ফিরোল লোইনা লৌথোক্লগা রাজেন্না তুল্লম্বা ফমুংদা থম্মী। বালা রাষিনা হায়বা ইন্দুনা ফনেক হিগোক্তুনা ফিদোন চিংখৎলগা শেৎলি। রাষি বালাবু মিৎকুপ্তুনা মুন্না চাগদবগুম য়েংলগা — "ও! ইমৌগী শকসিদি তশেংনা ফজেদনা! ইচা রাজেন্না ঙাওজরল্লিবসিদি সিননিদনা! অদুবু বালা! নংদি চেন্দুনা লুহোংলুরবীনি। হৌজিক্তি নংবু লৈশাবী কৌবদি য়াররোই। ইচানুপা রাজেন্না নংঙোন্দা শেৎহন্নীংবা, ইচাগী মিৎতুনা নংনা ফনেকসি শেৎলগা অমুক্তং উবা পামজবদুমদি ফংহনবীয়ুকো! নত্রবদি ইবেম্মা নং দোষ লৈগনিহে! চৎলো-চৎলো নথৌ তৌজরুরো!"

বালা শেৎলুরবা হিগোক ফনেক্তু রাজেন্না মাগীদমক পামজনা পীরম্বনি হায়বদুদা হোংদোক্লগা নীংথিনা থুপচিল্লগা পায়রগা ময়ুমদা পুখ্রে। বালা অহীংদু

তুম্বা য়াখিদে। রাজেনগী মফমদা হৌখিবা পুন্সিদা মানা লানখিবা কয়াদুনা বালাবু মকোক তাওহনখি। বালা ওসিগী অহীংসিমদি দেবানগী মরমদা খন্নবা মিনিট অমগী মতম ফংখিদে। অহীং চুপ্পা রাজেনগী মরমদা খঞ্জবা অমদি রাজেনবু করি করম্বা উপাইনা মাগা অমুক হন্না নকশিন্নবা য়াগদগে খনবনা মথৌ ওইখি।

মথংগী নুমিৎনি। রাজেন্দু ওসিদি অয়ুক লাক্কনি হায়রম্বনি। বালানা মনে রাবিদা রাফম অমথক হৌদোরকই।

— "ইনে। ঐ তারাজেন্দা য়াম্না লানথ্রে। তারাজেম্না ঐবু ওাকপীনবা মানা পামজবা য়েঙ্খাং মথেল অমত্তংদি ইখুৎনা থোঙলগা পীজগে, মাবু ওসি লাক্কদবা নৎত্রা? ইনে, ঐ ইনেখোয়গী চাকখুমদা ওসি চাক চারা অমত্তংদি থোঙজগে?"

— "থোঙউ, থোঙউ! ইচাদো অয়ুক লাক্কনি হায়রম্বনি। মানা পামজবদি শগোল হবাইগা খাবক অয়াইবগা থোঙবনি; ইনে লৈরুগে?"

বাদু হায়রম্লগা রাবি মফি হোংদোক্লগা খাবক অয়াইবগা শগোল হবাইগা লৈবা চৎথ্রে।

বালা ওস্তনা ঈরু-মাইথজবা লোইরগা চন্দোল-চবা ফজনা থিল্লগা ইনে রাবিগী য়ুমদা চাক থোঙনবা থৌরাং লোইরগা লৈরে। রাবিনা কৈথেলদগী হল্লকপগা বালা চাকখুম চংদুনা চাক থোঙবা হৌখ্রে। পুংমুক চংনা থোঙবা চাক্তু লোইদুনা পুখম অহুমদা চাক থিবা লোইরগা য়েঙ্খাং অমুক তেংকোত্তা হাপ্লে। রাজেন লাক্লগা পুন্না চামিন্ননবা মখোয়সু চাদনা ঙাইদুনা লৈরে। অদুবু অয়ুক্কী পুং তরামাথোই তারক্লবা ফাওবদা রাজেন্দি লাক্রে। রাবিনা মখোয় অনী চাথোক্লসি হায়বদুদা রাজেনগী চাক্লক্তু শমুক্তা থাঙৎলগা চাক্পা নীংথিনা কুপ্লগা থল্লে। রাবিগা বালাগা চাক চামিন্নরে। চাক চাবা তোক্লগা বালাদু ময়ুমদা চৎকে হায়দনা রাবিগীদা নৈশিন্দুনা রাজেন লাক্কদ্রা খন্না লৈরে। কালেনগী মতম চংলকপগী নুংশাসু শাগৎলকই; ইশাদা ফি থোংনীংদবা মতম্রি। বালা হিগোক ফনেক্তু হোংদোক্তনা রাজেন লাক্লগা মাবু য়েংজরনবা ফিদোন চিংখৎলগা ফুরিৎকাদু লৌথোক্লগা — "ইনে! ঐ তা রাজেনগী ফমুংসিদা ঙাইহাক্তা পোৎথাগে, মা লাক্লগা হৌদোকপীরকউ!" বাহৈদু হায়রম্লগা বালা রাজেনগী ফমুংদা তুথথ্রে।

রাবি — "তৌবীরুরনু ইবেম্মা! ওইবসু য়াররোইদবদা!"

— "খঙদে, ইনে! ঐ ফমুংসিদা য়াম্না তুম্নিংলক্রে, ইনেসু ইনেগী ফমুংদা অদুম পোৎথাবীয়ু, ঐসু মিকপ অমত্তা ফমুংসিদা তুম্বা য়াব্রা য়েংগে?"

— "হো মশা লৈত্রিঙেদুদা নংনা অপাম্বা তৌজরো ইবেম্মা! ফনেক্তুনা মরম ওইরগা নং অমুক ঙাওররনিকো! নয়ুম ঙন্ত্রা পাম্ব্রোক্লুরগা হৌজিক্তা লৈশাবী শানীংলক্রিদুনা করি খল্লুবগীনো? খঙদ্রে, ইচা রাজেন্দো মচিন্দদি হিগোক ফনেক্তু নংনা শেৎপা য়েংনীংই হায়রম্বনি, অদুবু নংবু অমুক কিখ্রব্রা করিনো লাক্লিবসিনা?"

বালা নোক্রম্বদগী অদুম তুমথখ্রে। মাগী ৱাখলদা রাজেন্না লাক্লগা মাগী শাওং-শাদাদু উররগা হেন্না পাল্লগদ্রা খল্লুরমাল্লে।

রাজেনদি ঙরাং বালাগী তৌবা ঙম্বগী মতৌ অমা মানা ইম্ফালগী য়ুমদা চংলকপগা উরম্বদুনা মাবু বালানা অমুক খাইন্দুনা মপামদা লৈরবা মতমসিদা পামজৱে হায়বা খঙখ্রবনি। বালানা ঙরাং খুদক্তা মাবু উহন্নবা চরিক শিরকখিবা, শ্বাল ইন্নকখিবদুনা রাজেন্নসু ভাব তাথ্রবনি। তৌবা ঙম্বী নুপী কয়াগী ৱারীসু মানা হান্নদগী তাখ্রে। ইম্ফাল কাররুগা ইম্ফালগী ময়ুমদা চংলক্তনা মমান্নবা শ্যামখোয়গীদা লৈরগা রাজেন মথংগী অয়ুক্তা চান্দিগরদা অদুম চৎখ্রে।

বালা রাজেন্না পামজবা য়েঙ্খাংগী মথেল লাংদুনা থোঙজরুবা কয়াদু রাজেন্না লাক্লুনা চাবীখিদ্রে। অনৈবা ঈশিংবু কন্নানা থকপীনীংদগে? রাজেন্না খুদোল তমজরম্বা হিগোক ফনেক্তুবুদি বালানা পামজনা শেৎহৌরে; অদুবু রাজেন্নদি ফন্না য়েংনীংলবসু বালানা হিগোক ফনেক শেৎপগী শকফমদুদি য়েংবা লাকখিদ্রে। বালা অহীংচুপ্পা কপ্লতনা মোলাংদু পিরাংনা চোৎখি।

নোংঙাল্লকপদা গাড়ী মচা অমা বালাখোয়গী থোঙ্গান্দা খাম্বা মখোল তাখি। দেবান চংলক্তুনা মনেম-মকুবু খুরুম্মী। ঙাইহাক লৈরগা বালাদু মফি-মরোল হোংদোক্লগা দেবানগী স্কুটর মনীংদা তোংলগা সেকমাইজিনগী নুপা ময়ুমদা চৎমিন্নখি।

তাং ১৩/২/২০০৫

# থবায়না থবায়গীদমক

মোইরাংথেমগী ইবোপীশকখোয়গী য়ুমগী থোঙ্গাল ময়াদা লৈবা ঈথৌগী শঙলেন ফিজেৎ হোংবা, ছৎত্র শিনকগী থৌরম মচা অমখক পাংথোকই। ইবোপীশকী নুপী জামিনিনা খুঙ্গংদগী মাইবী অমা থিরুদুনা লাইগী থৌরমদু পাংথোকপনি। অয়ুক্তা লাইগী থৌরম পুন্নমক পাংথোকপা লোইরগা মাইবী পীশকমচাবু মোইরাংথেমগী ইমুংদা ঙা-চাক থোঙদুনা নীংথিনা পিজ-পিথক তৌরে। চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা ঙাইহাক ফক অমদা মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈ। ঙসাইদগী লৈশাবী মরি-মঙা অদুবাইদা চিফেৎ-চিফেৎ ইমা মাইবীদা কোয়রুক-কোয়রুক য়েংলগা বা হৌদোকপদি ঙমদদুনা লৈ। জামিনিনা — “সে সে, ঐ হায়বীরগে। ইচে মাইবী ইচাশিংসে সেন অমুক্তা হঞ্জগেয়ে? খরা অমুক্তা য়েংবীরম্মু!” লৈশাবীশিংদু ইরাং-লাংনা মাঙ্গোলদা কাখৎলক্তুনা ইমা মাইবীগী মনাক্তা ফম্লরে। জামিনিনা ফক অমমুক থাবীদুনা মখোয়বু ফমহল্লে। লৈশাবীশিংদুনা থবায় য়াওনা হায়জবদুদা ইমা মাইবীদু লৈথোকপা ঙমদ্রে। লাতোন অমদা থায়নগী কোরীগী পৈশা অহুমখক পুথোরক্তুনা মদু থম্লগা মাগী লাই কৌথবা হৌখ্রে। কনা হান্না য়েংগনি হংনরকপদা মেমতোম্বীগী হান্না য়েংবীয়ু হায়রে।

ইমা মাইবীনা কোরীগী পৈশা অহুমদু হল্লগা — “ইবেম্মা! নংগী নীংজবা থম্মোইদা লুনা খঞ্জবা নুপা অমা হান্নদগী লৈরে হায়রি চুন্না?”

মেমতোম্বী খুমদে।

লৈশাবী অহুমদুনা— “চুম্মী, চম্মী, লৈবনি।”

মেমতোম্বী মায়থোংদু নোকমি, নোকমি তৌই। মাইবীনা — “ইবেম্মা! মাদি অনকপদা নত্তে, মীরমদা মহে-মশিং তম্বনি হায়রি। চুন্না?”

মখোয় মরিদুনা — “চুম্মী, ইমা মাইবী।”

মাইবী — "নংসু অমুক্তা খুম্মূদনা ইবেম্মা?"

মেমতোম্বী খরা তপ্পপ্না — "চুম্মী ইমা মাইবী। অদু ইমা মাইবী মাবু তশেংনা উব্রনে হায়রিসিবু?"

মাইবী পীশকমচানা — "ঐবু হায়রম্রনে!"

মেমতোম্বী — "হায়বীরো, ইমা মাইবী কৈদৌরগে?"

— "মা খুদোং থীবা থৌদোক অমা নংলে। তু য়েংউ! সিগী পৈশাগী মওংসিনা হায়বনি।"

মেমতোম্বী মমায়দু ইচপমুক ঙাংশিনখ্রে। শকফম য়েংবা য়াদনা হঞ্জিনখ্রে।

— "করি করম্বা খুদোংথীবনো, ইমা মাইবী?"

— "তপথখো ফিংখিনু! ইমা ব্বা অমা হায়গে — নং মা নত্তবা অতোপ্পা অমগী ব্বাখলদা নংগী পুকচেল হোংবা ঙম্লরোইদ্রা?"

— "করি মরমগীনো ইমা?"

— "মরম চাউনা লৈ। ঐনা নংবু ইচাগুম্না নুংশিদুনা হায়বনি, মাদি পুন্সি পিখম্নবা নথব্রগা শোইনাইবা পুন্সি অমা য়াম্না থুনা লাক্কদৌরি।"

— "ইমা মাইবী! তশেংনমক্কী চুম্লব্রা হায়রিসিবো?"

মাইবীদুনা মমিৎনা তশেংনা উবগুম হায়রক্লিবা ব্বাফমদুদা মেমতোম্বী পুক্লিংদা চিংনবা অসুম-অসুম হেনগৎলক্লম্মী। মেমতোম্বী শেখরগা মাগা লাইফম কয়াদা চৎতুনা পুন্সি লৈপুল ওইমিন্নসি হায়না মমাঙদা ব্বাশক্লখিবা কয়াদু মথং-মথং মমি শামি লোইনা নীংশিংলকই।

— "ইমা মাইবী ! ঐদি পুন্সিসিদা মা নত্তবা অমগী ব্বাখল খল্লুবদি পাপ লৈগনি; ঐ মাবু পুন্সিসিগী থাদোকপা ঙমজরোই; ঐ মাগীদমক শিরবসু ঙমগনি; ঐ হৌজিক করি তৌবা তাবগে? ঐবু করি তৌ হায়বনো?" মেমতোম্বী মমিত্তা মপি ইরা চেন্না ইকাই-ইকি খঙদনা হংজরকই। লৈশাবী ময়ামদুসু পাউদুনা ফত্তবা পাউ ওইনা তৌবদুদা মেমতোম্বীনগা য়াম্না ব্বাজবগা তুমিন-তুমিন চেক-মোক লাওনদে।

সেনদু অমুক হন্নগা — "উপাই অমদি লৈ। তু, য়েংউ! সিদা লোংইবা পৈশাসিনা তাক্লিবসি।"

মেমতোম্বী য়াম্না পাখৎনা — "করি করম্বা উপাইনো ইমা?"

— "নং নুপাদুগী ময়ুমদা চৎলগা মাগী মশাদা পকপা/শেৎপা ফি, খুদৈ, ফুরিৎ, খোঙথ্রাও অমা হেক্তা অথুবা মতমদা লৌরুবা ঙমগদ্রা?"

— "মানা হান্না শেৎলম্বা ওইরবসু য়াগদ্রা ইমা?"

— "য়াগনি।"

— "অদুদি ইমা মাইবী; ঐ লাইবক অমুক্তা য়েংজরুগে?"

— "নংনা মদু পুরকপা ঙমগদবা লৈরবদি ইমা মাগী থবায়মি অমুক্তং কৌবা ঙম্না য়েংগে? লুদি লুখ্রেদা তৌদৌরিসে খজিক্তং শোয়খিবদা থবায় অমদি মাগী মহুৎ শিন্নগা পীখিবা তাবনি। অদুবু ইমা নংগীসি লাইবক্তি য়েংলম্নগে?"

মেমতোম্বী মানা নোংমতসু চৎলুদ্রিবা শেখরগী য়ুমদুদা করম্না কনা থাবগা চৎহনগনি খল্লি। চৎত্রে মাগী লাইবক্তা ফত্তবা অপাইবা দবা অমা থুনা লাক্কদৌরি হায়রি। মদু খল্লুবদা মেমতোম্বী বাখলনা ফুম্বংনবগুম তৌরকই। মাদি ইচম-চম্না মমান্নবী তিলোতমাগা শুলোচনা অনী লাক্কুনা মাইবী সেন হুল্লুসি হৌবীববদুদা লাকপনি। হৌজিক্তি মখোয়না হায়বা ইল্লুবদগী দবাসি নংলিবনি। মানা মাইবী সেন হুল্লমদ্রবদি দবাসি নংলমলোইদ্রা হায়না অমুকসু চিংনগুম তৌরকই। অসুন্না ওইরকপা য়াই হায়বদি মাদি থোইনা খঙ্গরুবা নত্তে। ইমা মাইবীনা হায়রিবা বাফমসিবু কয়াম চুমগদবা বা ওইরিগবা? থাজরুদ্রে থৌদোক্কুনা অচুম্বা ওইরম্লগা মাংজগদৌরিবদি মাতনি।

মাগী খঙ্গানবা মতৌদু উবদা মাইবী পীশকমচানা — "নংনা নুপাদুগী ময়ুমদা থুনা চৎলগা ঐনা হায়রিবা পোৎশক্কু লৌরুবগা মফমসিদা য়ৌহল্লকপা ঙমদ্রগদি মহাক শোয়দনা শিবা-নাবা থোকপা য়াই" হায়জিল্লক্লে। ঘড়ীগী কটাগুম থুনা য়াংনা চংশিল্লকপগুম তৌরক্লে। মেমতোম্বী তশেংনা মশাদু পাখৎপা হেক্ষিল্লকপগুম তৌরক্লে। মমান্নবী তিলোতমাদা শেখরখোয়গীদা অমুক্তা চৎমিন্নরুসি হৌরকই। ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলগা — "ইমা মাইবী! অমুক্তা ঙাইবীরম্মু! ঐখোয় অনী মখোয়গীদা চৎলগা লাইবক অমুক্তং য়েংজরুগে?"

মেমতোম্বী তিলোতমা হৌরগা মখোয়গী য়ুমদা হান্না লাকমিন্নরে। মফি-মরোল হোংদোকপা লোইরে। তিলোতমাবুসু মাগী ফি পীদুনা শেৎহন্নে। মাগী

গাড়ী মচাদু ইথোক্লগা মখোয় অনী শেখরখোয়গী লৈকায়দা লাক্লুনা শেখরখোয়গী য়ুম থিরকই।

মেমতোম্বীনা খঙবদি লৈকায়দনি, ময়ুমদি হান্না খঙবা নত্তে। লম্বীদা চৎলম্বা অহল অমদা শেখরগী য়ুম হংই।

অহন্দুনা — “ইবেম্মনা হংলিবসি দিল্লিদা লাইরিক তম্বদুরা?”

— “হোয় পাবুং।”

— “অদুদি চৎলো মাঙ থারো! ইপাসু মখোয়গীদা চৎলিবনি। নখোয়বু মাগা পুন্না তম্মিন্নব্রা? মা হৌজিক্তা ইয়ারপোর্টতগী গাড়ীনা পুথরকপদা ঙাইরিবনি।”

মেমতোম্বী অহন্দুগী বাহৈদু তাবদা শ্বাই লাওই।

— “পাবুং। মাবু করি থৌদোক থোক্লবগে?”

— “নখোয় তাদ্রিব্রা? মা বীহারদা হন্দক আসামিগা বীহারিগা খৎনবদা মখোয়না তোংলকপা ট্রেন্দু বীহার য়ৌরকপদা বীহারিশিংনা ফুরকপদা মাসু থীনা শোকপদগী হোসপিটাল অমদা লায়েংবদা য়াররোই হায়দুনা য়ুমদা পুরকপনি হায়না তাই।”

মেমতোম্বী ইকাই-ইকি খঙদনা থোঙ্গালদা প্রপ-প্রপ চংশিনখ্রে। তিলোতমাগা লাকমিন্নরি হায়বা ফাওবা কাউবগুম তৌরে। অদুম চুমদ্রিং চংখিবনা শুমাং য়ৌখ্রে। মাগী মতৌদুদা তিলোতমাসু মেমতোম্বীগী মতুংদা থুনা ইন্নখি। সেখরগী মমা কৈনাতোম্বী কপ্না-কপ্না ইমুংদগী থোরকই — “ইমাগী ইবুংঙো শেখর ইচাদি লোইরেদকো!” মেমতোম্বী মমিত্তো মপি ইরা চেপ্লে — “ইমা নচা বা অমত্তা হংজগেবা?”

— “করি ওইরবনো ইবেম্মা?”

— “ইমা! আ ... ঐ তামো শেখরগা খঙনজবনি।”

— “অদুদা কৈদৌরবা?”

— “আমোগী খুদোংথীবা থৌদোকসিগী মতাংদা মঙ্গল ওইনবা লাই অমখক্তা খুরুমজগে তৌবনি। লাইগী পোৎলম অমখক বাৎপদগী মদু মফমসিদা লৌবা লাকচবনি।”

— “ইচাদি করম্না ঐগী ইচাগী থৌদোকসি খঙলিবা?”

তিলোতমা মেমতোম্বীনা কোইনা-কোইনা ভাংবদুদা নুংঙাইতদুনা মানা ওইনা হায়রকই— "ইমা! ঐখোয় ইমান্নবীসিগা তামো শেখরগা মরী লৈনজবনি। ইমান্নবীনা মাইবী অমদা সেন হল্লুবদা তামোগী থৌদোকসি মিৎনা উবগুম ফাওরকপনি। অদু ইমা! ঐখোয় পোৎ অমখক্তং লৌগে লাকচবনি।"

— "করি পোৎনো ইচানা পাল্লিববো?"

মেমতোম্বী থৌনা খরা লৈবগুম তৌরকই।

— "ইমা! মাইবীনা লাই খুরুম্বদা তামো শেখরগী মফি অমথক চংগনি তাকপীরকই।"

— "করি ফিনিনা?"

— "অমা হেক্তা য়াই হায় — খুদৈ, ফুরিৎ, খোঙগ্রাও অমা হেক্তা পীবীয়ু!"

— "অদুদি ইমা ফি লৌথোক্লুগে, ভাইহাক্তং ভাইরম্মু!"

— "ইমা! ঐবু তামোগী মশক অমুক্তা য়েংজবা য়ারোইদ্রা?"

— "করিগী য়াদনি, ইচাসিদি চংঙকউ। অদুবু মাদি নংবু শক খঙবা ঙম্নরোই, শ্বর লেপ্ত্রি হায়বদা ভাইরবনি।"

বাহৈদু হায়রম্লগা কৈনাতোম্বী অমুক কপথোরক্লে। মেমতোম্বী তিলোতমাগা লোইননা দারি কাখত্তুনা শেখরনা হিপ্লিবা মনাক্তুদা চংখি।

মী খরসু ফমদুনা শেখরবু শেন্নবি। ফমুং মনাক্তুদা চংশিল্লগা মেমতোম্বী — "তামো! তামো" অনীরক হন্না কৌই। খুম্লক্লবদুদা মেমতোম্বী মমায খুম্লগা কপ্লুবে। ময়াম্না কনানো, কনানো হংনৈ। মেমতোম্বী মী কনাবুসু নাচুংলুদে।

— "ইমা! নচানা হায়জবা তামোগী ফি অমত্তং হায়জবদো পীবীবো থৌদোকসি শোয়দনা থোক্কনি হায়দুনা মাইবীদুনা ফাওবনি। মানা তামোগীদমক লাই অমা খুরুম্বীগে, থবায়মি কৌবীগে হাযদুনা মফমদুদা খৌবাংনা ভাইদুনা লৈহৌবি। ঐদি থৌদোকসিগী পাউ তাদুনা লাকচবা নৎচদে।"

মচাগী শিবগদবা থবায় অমুক হিংগনি হায়রবদি হায়দুনা কৈনাতোম্বী শেখরগী খুদৈ অমা থিরগা মেমতোমবীদা পীরে। মেমতোম্বী খুদৈদু থুপচিল্লগা মাগী বেগতা হাপচিন্নে।

— "অদুদি ইমা নচা অমুক্তা চৎচরুখিগে!"

বাইহেন্দু হায়রগা মেমতোম্বী কৈনাতোম্বীবু খুরুম্মী।

— "ইচাগী নীংবা লেপ্পমক মঙ্গল ওইরো" হায়না বর পীবীরে। মেমতোম্বী তিলোতমাগা পুন্না শেখরগী য়ুমদগী থোকমিন্নখ্রে।

মখোয় অনীনা মোইরাংথেমগী ইবোপীশক্কী য়ুম য়ৌরকপদদি মাইবীদু লাই কন্না তোংদুনা লৈরম্লে। তাইরেন, পোংফাই, লাংথ্রে মনাদা ঈশিং লুপ্লগা কনবদগীদদি লাইদু অমুক কাম্লে। ঙাইহাক লৈরগা মাইবীদু খোঙ্গুল তানা ঙাংনবা অমুক য়ারে। লাই খুরুম্নবা পোৎলম পুরক্লে হায়রুবা মতমদদি মানা ঙসাই হায়খিবশিংদু লোইনা কাউখ্রে অমুক হায়রে। ঙসিগীদি লাই কাখ্রে, হয়েং নোংমা খুরুম্নসি হায়রগা হৌগত্তুনা চৎকে তৌই।

মেমতোম্বী — "ইমা মাইবী! ইমানা ফাওবীখিবা লাইফাও লোইনা চুপ্লম্লে। হৌজিমক লাইদু খুরুম্বীদবা য়াদবনি। অনাবদু শিব-চংবা খঙদনা য়ামপক তাদুনা লৈহৌরি, লাইদু অমুক্তা কৌথবীখো!"

মাইবী পীশকমচাদু শাওরকই, মমিৎ-মনা লংখৎলগা — "মীনা ঙম্লরোই হায়রবদি ঙম্লরোই, হাৎলবা য়াগদ্রা" হায়রগা অমুকসু হৌগৎলগা চৎকে তৌই।

মেমতোম্বী — "ইমা মাইবী! পুল্সিসিবু ফাগিরা?"

মাইবী — "নংগী নুপাদুগী থবায় কল্লগা মী অমা শিবদা নং নুংঙাইগদ্রা?" মেমতোম্বী — "ইমা মাইবী! ঐ উপাই লৈতে, ইমানা নচানা লাল্লবসু ঙাকপীয়ু! মহাক্কী থবায়দদি কনবীরম্মু!" অসি হায়না মেমতোম্বী মাইবী পীশকমচাগী মখোঙ কোল্লগা কপ্পুরে।

মাইবী পীশকমচা মশাগী অমাং-অতোং করিমত্তা থিদনা লাইরোন শোন্দুনা মমিৎ উইশিন্দুনা কাখ্রবা লাই অমুক হন্না কৌথরে। মেমতোম্বীনা পুরকপা শেখরগী খুঁদেদু লাতোন অমগী মথক্তা থল্লগা লাইদা কৎলগা শেখরগী থবায়গী মহুত্তা খুঁদেদু লৌবীনবা থৌনীজরকই।

লাই খুরুম্বা লোইরে। মেমতোম্বী ময়ুমদা থুনা চৎলগা ইমা মাইবীগী দক্ষিনা তৌনবা পৈশা লৌরুই। লুপা চামঙা চৎপী অমা পুথোক্লগা লা অমদা হাপ্লগা মাইবীদা খুরুম্মী।

মাইবী — "নংগী নীংজবদি থুংলনি ... অদুবু ... থবায় অমদি?" মাইবী পীশকমচাদু ইহে হৈনীংদবগুম তৌই। মশাদু ইশুক-শুকথে। ওসাই জামিনিনা তৌবা দাক্কিনানে, মেমতোম্বীনা তৌবা দাক্কিনানে, লাইদা কৎপা লফোই লফাংদুগা চেং খরদুগা য়োল্লগা খাউ অমদা পুন্না হাপচিল্লগা চৎলগে হায়রল্লগা মেইরাংথেমগী থোঙ্গালদা থোকখি। মী চৎনখিদুনা মোইরাংথেমগী ইমুংদো ইচিক অমুক চিকহৌরে।

মেমতোম্বীসু ময়ুমদা হনখ্রে। ময়ুম য়ৌবগা মফি হোংদোক্লগা ইমুংগী লোইশিন্দবা থবক লোইশিন্নবা হোৎনবা হৌখ্রে। ৰাখলদদি শেখরদুবু জ্ঞান তারল্লগদ্রা, খরা হঙ্করল্লগদ্রা খঞ্জরি। ৰাখল অমদা উংলগা ৰাই-রম লোইশিল্লিঙৈদা মী খরা থোঙ্গালদা লাংনরকই — "মী অমা শিরে, মাইবীনি ওসাই মোইরাংথেমগী ইমুংদা লাই খুরুম্লম্বদুনি; তাটাগাড়ী অমনা তকপনি।"

মেমতোম্বী ইপা পাখৎনা, ফিমতেক অমা ইল্লগা লৈরক মচিন ফাওবা চেঙ্খোক্লগা য়েংলুই। মাইবী পীশকমচা মাগী পোৎয়োম মচাদুগা মখ্বাং মপাদা গাড়ীনা তাক্কুনা খুদক্তা শিরম্লে। ওাইহাক ওাইনরবা তুংদা পুলিস গাড়ী লাক্লগা পুলিসকী গাড়ীদা হাপকৎলগা পীশকমচাবু পোস্ট মোর্টেমগীদমক হোসপিটালদা পুখ্রে। মেমতোম্বী মমিৎ কুপ্তনা মমাঙদা থোক্রিবা থৌদোকশিংদু মমঙগুম অমমমত ওইনা ৰাখল তৌনা য়েংদুনা লৈহৌই।

নুমিদাংৰাইদা মাগী গাড়ী মচাদা তিলোতমাগা অমুক হন্না শেখরগী ফিভম য়েংবা লাকই। মমায়দি ওসাইদগী কপ্পুবগী ইপোম-পোম্না উরে। মখোয় অনী উবদা কৈন্নাতোম্বী থোরক্লগা।

— "ইবেম্মা! ইচাগী লাই খুরুম্বা লোইরব্রা?"

— "লোইরে ইমা! অদুবু .... ?"

— "করি তৌরে ইবেম্মা?"

— "ইমা! লাই খুরুম্বীরম্বা ইমা মাইবীগী থবায়দুদি তামোগী মহৎ শিল্লগা চৎখ্রে। অদুবু তামোগী হকচাংগী ফিভম্বু খরা ফরব্রা?"

— "ফরে, ইবেম্মা! মা জ্ঞান তাদুনা ৰা ঙাংনবা য়ারে।"

ৰাখল অমদা উংদুনা লাকপা মেমতোম্বী ইমুংদা চংখ্রে। শেখর মেমতোম্বীনা মখোয়গীদা চংলকপদু উবদা পুমঙক-ঙক্লা — "নংদি সিদা করম্না?"

মেমতোম্বী শেখরবু মুন্না য়েংলগা মখোল থোক্না তামো, তামো হায়না হন্না-হন্না কৌরগা কপখি। মাগী পুক্নিংদা খল্লকখি — "ইমা মাইবীনা হায়রম্বা ৱাহৈ নংগী নীংজবদি থুংলনি অদুবু ... থবায় অমদি, ইমা মাইবীগী থবায়না শেখরগী থবায়গী মহৎ শিল্পগা চৎথিবদা মানা করিসু চিংনখিদ্রবা! ও! কয়াদা চাউপ্রবা মীওইবগী দাননো? ঐথোয়নদি খঙদবা!"

শেখর নাবা মপুং ফানা ফরবা কান্দা নোংমা মেমতোম্বীনা থোকখিবা থৌদোকশিংদুগী মরমদা মপুং ফাবা ৱারী অমা লীরগা শেখরগী মফমদা তাহনখি। মখোয় অনী ইমা মাইবীগীদমক করিগুম্বা খরদি তৌবীসি খনবদগী ইমা মাইবীগী ময়ুমগী মরী-মতা থিবা লাকখি। অদুবু মাইবী পীশকমচাদি নীংথিনা ময়ুম লিংদুনা হিংবা মী ওইরমদ্রে। ময়ুম-মকৈ পান্দ্রবী, কোয়না চত্তুনা খুল হোং-হোংদুনা, মফম অমদগী মফম অমদা চৎলগা লৈবী নুপী অমা ওইরমখি। মাগী হৌরকফমসু থোইনা খঙনরমদ্রে। কোয়না চৎলগা মীয়ামগী নীংবা থুংনবা হোৎনবনা মাগী মথৌ ওইরমখি।

মী কনা অমনা ঈ ৱাৎপা মীগী ঈ পীরগা থবায় কল্লি। কনা অমনা মিৎ দান তৌনৈ। কনা অমনা কিদনি দান তৌনৈ। ইমা মাইবীনা মানা খঙজবা হৈজবা বীদ্যাদা মাগী থবায় পীথোক্লগা মী অমগী থবায় কনবীরম্মী। মসিবুদি কনানসু থাজবীরোই। অদুবু তশেংনো হকথেংননা থেংনহৌরবা মেমতোম্বীগী পুন্সিদদি মতম চুপ্পদা ইমা মাইবীবু কাউবা লৈখিদ্রে। শেখরগা মেমতোম্বীগা পুন্সি লৈপুল শেমদুনা নুংঙাইবা পুন্সি অমদা লেনমিন্নখি। মখোয় অনীগী থোঙ্গাল ময়াদা লাই অমা লাৎলি। মদু মখোয় অনীমক ইমা-মাইবীগী য়ুম্নি হায়না খঞ্জদুনা নুংতিগী ধুপ-থাওমৈ থাদুনা খুরুমজে।

তাং ২৯/৫/২০০৫

# মসিবু ঐগী ইরাল্লা

ওসিসু কুঞ্জো ওরাংওম্না পোরোমপাৎকী জে এন হোসপিটালগী নোংচুপ থংবা গেৎ মনাক্তা মখুৎ ওইনা মাগী গাড়ী মচাদুদা পায়রগা লেপ্পুনা কনাগুম্বী অমবু খৌরাংনা ওাইবা উই। অয়ুক্কী পুং তরা তারকপা মতমসিদা লম্বী শোরোকসি মীনা পীকথন্না চৎলি। হোসপিটালদা থবক কারকপা, অনাবা পুখৎলকপা, চাক থিন্নকপা, অনাবা হংবা লাকপা মখল-মখলনি গেৎতুদা চংলক্লিবসি। ওসাইমখৈ মানা ওাইরক্লিবা মীশক্তু য়ৌরক্তবনা মিৎযেংফম হোংদনা য়েংদুনা লৈরি। হন্দকমুক্তি খঙহৌদনা মমায়দো ফৎ লৈথোকখি। মানা খৌরাংনা ওাইজরিবী মহাক্তুগী শকফমদু উরবদি মায়পুননা য়েংবা ওমদবগী মওংনি।

মশানানবী, ফনেক হঙ্গামপালদা মপান্নাইবা শেৎপী, মায়থোংনা মোমোনত তৌবী অউবা খুদিংনা মাগী মিৎয়েংদুনা কৌবিবোইত নীংবী, অইংবী মাগী কাইনেটিক হোন্দা তোংলগা গেত্তুদা চংলকই। অইংবীসু হান্না মশক খঙবনিনা কুঞ্জোবু য়েংলগা কৌদি কৌরমদনা নোকফেৎ তৌরম্মী। ময়ামগী গাড়ী থমফমদা চংলগা মাগী গাড়ী থম্লুরে। গাড়ী থন্নল্লগা হোসপিটালদা মমায় ওনশিল্লগা চংলকই। সিবি কাবমদাইদা গেৎ মনাক্তা লেপহৌরিবা কুঞ্জোবু লৈরগা অমুক্তং যেংলকই। মিৎযেংদুবু খৌবাংনা য়েংলক্কদ্রা খন্না ওাইজরিবা কুঞ্জো অইংবীগী মিৎযেংদু উকব্দা থোইনা হরাউই। কুঞ্জোগী পুক্লিংদা পাউখুম অমা ফংবমুক নুংঙাইজে।

অইংবীগী রাখল তৌনা-তৌনা মাগী গাড়ী মথক্তা কাখৎলগা স্তান তানা ফমথখ্রে।

অইংবীদি কাদা চংলগা মাগী নর্সকী ফিজোল হোংদোক্লগা নোংমগী মথৌ তৌবা হৌখ্রে। অইংবী পুক্লিং খরা নুংঙাইনা অনাবা লৈবা মফমশিংদা কোয়না-কোয়না চৎলম্বদগী রেজিস্টাবদা নৌনা থুংলবা অনাবগী মিং ইখৎপা হৌখ্রে। হোসপিটালগী থোংনাওদগী ওসাইগী কুঞ্জোনা লেপহৌবা মফমদুদা অমুকসু

চেপথরগা য়েংলুরি। কুপ্তোদি মফম ইরেং-লেংদনা মাগী গাড়ী মথক্তা ফমদুনা অদুম লৈবা উই। অইংবীনা য়েংথোকখিবদো কুপ্তোনদি উবা নত্তে।

অইংবীনা খল্লরুই — "মানা ঙসাইদগী ঙাইরিবসিবু ঐ থোরকদ্রা হায়না ঙাইবা ওইরিগদ্রা? ঐনা থোক্লগা মনাক্তা চৎলুরগা কান্নববু লৈখিগদ্রা? ঐগীদি লুহোংবগী মতমসু লেপ্পখ্রবনি। মাগা অমুক নকশিন্নরুরগা হন্দোকপা ঙম্নদদুনা হেন্না অবাবা ওইরোইদ্রা? অদুবু করিগীনো ঐনা মাগী বাখল খল্লবোই খল্লুরগা হেন্না বাবগুম, মাবু নীংশিংবা হেল্লক্লিবসিনা? মানা মফম লেংদনা অসুম লৈরবনিনা হন্না-হন্না য়েংনীংবসু পোক্লুরি। মানা নুংত্তিগী মফমসিদা অসুন্না লাক্লগা অরেম্বদা মতম মাংহল্লিবসিনা মাগী করি কান্নবগীনো? মাবু মথৌ অতৈ তৌনিঙাই লৈতবজাৎলা? মাগীসিবু তশেংনা নহান মাগী এক্সিদেন্টতা শোকখিবা মথুৎ অমদি মখোঙ য়েংবগী হোসপিটালসিদা লৈবম্বদুদা ঐনা মাগী সেবা খরা তৌবীখিবা, ইঞ্জেকসন্নচিংবা কাপখিবদুদা কাউবা ঙমদবদগী তৌরিব্রা? মানা ঙসাই য়েংহৌবা মিৎয়েংদুসু বাহং অমদি হংনীংবা মাল্লি। মখোয়গী মমাদো মবুক-মপাউদি য়াম্না ফনা উখিবনি। লোয়নবদি নুংঙাইগদবা, মচা-মমৌ লুনা তৌবীগদবা মীওংদি মাল্লি। মমাদুনা হায়খিবা বাহেদো — "ইবেম্মা! নশক্লা নশক ফজরিবা। ইচানা নর্সকী ফিজোল শেৎপসি ওহোক্লবু পকচখ্রে! অনাবগী সেবানা হৈরিবা; ইচানা সেবা তৌবা অনাবশিংসে থুনা ফগদবা হেক মাল্লি! ইচাবু করি লৈকায়দেনো? ইমা-পাবুং শুনা লৈরিবা নৎত্রা?

মথংগী নুমিত্তনি মখোয়গী ইমাদুনা ঐবু মনাক্তা কৌশিল্লগা ঐ লাকপা ঙাইরিবনি, ইমা ইচাগী শমজিদা লৈহাউসিমা থেৎপীগে হায়রগা লৈহাউ থেৎপীখিবা! মখোয়গী মমাদুনা ঐঙোন্দা ঐগী ইমা-পাবুং শুনা লৈরিব্রা হংখিবগী মরমদুবু; ঐবু মাগী মচানুপাগী মমৌ ওইনীংবগী মরম্না ওইরিগদ্রা? হুঁম! ঐনা কা হেন্না কান্নদবা ঙাক্তা খল্লুরিবসিবু ঐবু ঙাওরব্রা?"

অসুম খল্লম্বদগী অমুকসু থোংনাওদগী য়েংলুরে। কুপ্তোদু হৌজিকসু মফম লেংদনা অদুম লৈরি।

মানা অসুন্না মফমসিদা নুংত্তিগী লাক্লগা লৈরবসিনা অইংবীগী বাখলবু লৈতাফম খঙহনবীদ্রে।

— "ঐবু অমুক্তং থোক্লবসিরা? মানা অসুন্না ঙাইরক্লিবসি ঙসি মরি-মঙানিদি শুরবনি। কনাগুম্বা অমনা অদুক থাজনা খল্লগা ঐনা থোক্লুনা বাফম অমফাওবা

হংবীদ্রবদি ঐবু পাপ হায়বদু পুরোইদ্রা, ঐদি লাইমকসু নত্তে। অদুবু ঐনা মাগী মনাক্তা চংলুরগা মানা ঐগী ইফমদগী নিরকপা য়াবদি করিনো। 'নুংশিবা'। নুংশিবা হাযবা পোৎশক অদু শোয়দনা ওইগনি। অদু, ঐনা পোৎশক অদু মঙোন্দা পীখিবা মতমদা ইশাসি য়াওদবা য়াবক্রোই। অদু ওইব্বদি ঐগী লুহোংবদি শোয়দনা কায়রগনি। মানা হোসপিটালসিদা এক্সিদেন্ট থোক্কুনা লাক্লিঙে নোংমা বাথলিঙেদনি ঐখোয়গী অহল-লমনগা রাজুগী অহল-লমনগা লুহোংবগী মতাংদা বা লোইশিন্নখিবদু। করিগীনো মানা মদুগী মমাঙগী নুমিত্তা হোসপিটালসিদা এক্সিদেন্ট থোক্লগা লাক্লমদ্রিবা ? মাগা ঐগা মতম খরগী মমাঙদগী নরুবা মরী অমা লৈনরম্বা ওইরম্লবদি ঐনা রাজুগা লুহোংবগী বাফম খন্নরকপদা হোয় হায়খিবদু হায়বমদবা য়ারম্বনি। ঐদি রাজুবুদি মশক্তনি উখিবা, মাগী থম্মোইগী মরমদি ঐ কবিমত্তা খঙবা নত্তে। অদুবু কুপ্লোগী মরমদদি মাগী নোকমি-নোকমিবা মিৎয়েং, মখোয়গী মমাগী বাঙাং, মচন্নুপী কিরুনবালানা — "ইচে! ঐনা থোঙলগা পুরকপা চাক-য়েঙ্খাংনি, চামিন্নসি, হঙ্গোইগদ্রা ?" মানা হোসপিটালসিদা লৈরিঙেদা মী চিকপা তাঞ্জাদা মাগী হিদাক কাপ্পা চংলুবা মতমদা মানা হায়খিবা বাহে — "ইচলগী লমন অমুক্তংদি শিংনীংখ্রেদা। করম্বা কান্দা তাঞ্জাদু লাক্কনি ?"

ঐনা মাগী নীংজোন্দা ইঞ্জেক্সন কাপ্লমদাইদা ফি খরা শিৎথৌ হাযব্বদা মানা ইকাইদুনা খাংখিবা মতৌদো; ইঞ্জেক্সন কাপ্পা লোইবগা ঐনা — "হয়েংদি অনাবসি ফরনি, মতুংদদি গাড়ী ফজ-ফজনা থৌকো। লৈশাবী মশক ফজবী উবা যাদবা নুপাশিংসে গাড়ী থৌহনবসি চুমদবজাৎনি। লৈশাবী য়েংলিঙেদা থেংজিন্নবা ওইরিনিয়ে!"

মানা তবং-তবং — "লাল্লুববনিনা হায়বিমখৈ ইপক্তা পকচবনি, ঐগী মীচংদি অমত্তা লৈববোই।" মাগী বাহৈদুসু ঐনা তাখিবা মতমদদি অদুম নুংঙাইবগুম তৌখি। তানীংবা বাহে হায়বসিসু নাকোংদগী পাক-হেক চৎখো হায়বা য়াদে। মখোযগী মমাদুনা ঐনা সেবা নীংথিনা তৌবীবগী অনাবা ফবগা চাক অমত্তংদি কৌগে মখোয়গীদা পুন্না চামিন্নসি হায়খিবনি।

ঐনা — "শিনফমসিনা মীগী সেবা তৌবা শিনফম ওইনা তৌবনিনা সেবা ফজনা তৌদবা য়াদবনি ইমা! ইমাখোয়না নুংশিবীরিবদুনা হেম্না পেঞ্জরে, চাক্তি চাদসু য়াইদা!"

মখোয়গী মমানা অরোইবা কায়নবগী মতমদা হায়রম্বা ৱাহে — "ইবেম্মা! নহাক নকোক মক্তা চিক্তনা ইচানা তৌরু-তৌরুবা থবক খুদিংমক্তা লেপ্পমক মঙ্গল ওইয়ুকো! ইচাগুম্বা অমত্তং ইমৌ ওইজরবদি!" ঐনা খোঞ্জেল থোক্লা খরা হৌনা নোক্লগা, "ঐগুম্বী অমনবু ইমাখোয়গী মৌ ওইবা কদাইদগীনো, মতিক চারোইদা"! ঐগী ৱাহৈদো মাসু তাবগুমদি তৌখিবনি। ঐদি মতমদুদা ইচম-চম্না মাদি করিসু খনখিদমাল্লে, খল্লুবনি।"

ৱাখলনা অসুম হেঞ্জিল্লক্লুনা মমান্নবী রীনা হৌরগা পুং অমগী অদুৱাইদা অইংবী হোসপিটালদগী মপাল থোরকই। মখোয়না সিরিদা খোঙ হেক থাংথরকপগা কুঞ্জোদু মাবু উরমদনা গাড়ী স্টার্ট তৌরগা চৎখ্রে।

মাদি কুইনা ঙাইরকপদুদা অইংবী থোরক্কদবা মাল্লক্রবদুদা চৎখিবনি। মথংগী নুমিত্তা ঙন্তা মমান্নবা অমগা লাক্লগা মাগী অনীংবদু ফোংদোক্লগে খনখি।

অইংবী রীনাগা থোরক্লগা কুঞ্জোনা লেপ্লম্বা মফমদু য়ৌরকপদা কুঞ্জো উদবদুদা মপুক্লিং নুংশিরকপগুম তৌরকই। লৈনা-লৈনা মনাক অদুৱাইদা কোয়েং য়েংই। অদুবু কুঞ্জোদি উদ্রে। শোরোক লাম্থোক্লগা মিথাই খরা লৈরগা অমুক হল্লক্লে। মবুক্তা খল্লি — "ও! মাদি ঙাইবা ৱামল্লক্লুনা চৎখ্রবা ওইরবোইরে।"

অমুক চংলক্লগা হোসপিটালগী অনাবা মথং-মথং সেবা তৌদুনা, ড্রিপ কাপ্লুনা থবক অমুক হৌখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি। কুঞ্জো মমান্নবা হেমন্তগা লোইননা পুন্না লাক্লুনা ঙরাংগুম্বা জে এন হোসপিটালগী গেত্তা লেপ্লরে। ঙসিদি কুঞ্জো মমান্নবা অমা য়াওরবনিনা থৌনাসু খরা ফবগুম তৌরে। অইংবীবু ঙাইরগা ৱাহে অমত্তংদি হায়হৌরগে হায়বসি কুঞ্জোগী পুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপখ্রবনি। অইংবীসু ঙরাংগী ফিজেৎ, ঙরাংগী পুংফম চপ-চানা লাকই। মাসু কুঞ্জো শোয়দনা মফমদুদা ঙাইরমগদ্রা ঙসিদি শোয়দনা কৌরম্লগে খন্না লাকপনি। হেমন্তদা — "ভায়! ঐনা হায়বা লৈশাবীদো লাকএ টু! আদৈসিনি।"

— "এ! অসিদি মশক খঙইনা! ফারুরবীনি।" হেমন্তা চিম্বাল ব্রেক ফাবা ঙমহৌদ্রে।

কুঞ্জো অইংবীদা ৱাহে অমত্তং হায়হৌগে থল্লম্বদু হেমত্তগী ৱাহৈদুনা মাগী শকফম খঙহন-হজিনখ্রে।

"হয়" হায়রম্লগা অইংবীবু পামজনা য়েংনীংনা ঙাইরম্বা পুন্নমক খুদক্তা ৱাহৈদুনা গিলাসকী ঈশিংগী লূরবা হান্নগী মচুদা মুক্কী দ্রোপ থরা তাখিবদা ঈশিংগী মচুনা খঙহৌদনা মুশিনখিবগুম কুঞ্জোগী ৱাখলগী মচুসু মকাশিনখি। কুঞ্জোবু অমুক্তংদি কৌরমগে খন্না লাকখিবী অইংবীসু হেমত্তা উরম্বদা শকফম খঙহন-হজিল্লগা ৱাহে অমত্তা হায়রমদনা অদুম চংখ্রে। নর্সকী ফমফম কাদা মরু লুকথরগা মমিত্তা মপি ইরা চেল্লগা উংদুনা লৈরুরে। য়াম্না হৈনীংদনা ফিজোল হোংদোক্লগা ঙরাংগী থোংনাওদুদা অমুক্তংদি য়েংনীংবগুম তৌরুরে। অদুবু মানা য়েংলুবা মতমদা মফমদুদি ইহাং হাংলম্লে। অইংবীগী পুক্নিং তয়াং-তয়াংবগুম তৌহৌরে। মিৎলুদগী পিরাংদি হাংলবা মফমদুবু উরম্বদা লেপ্তুনা শিঙ্গরকই। মতোমতা হংজহৌই — "মসিবু ঐগী ইরাল্লা?"

তাং ২১/১/২০০৫

# থৌনাহিদবা

কুবের য়াম্না হৈ-শিংবা নুপা অমনি। য়ুমগী ইমুংগী মকুপ-মতা পান্নবতা নক্তনা হিরম খুদিংমক্তা মানা খণ্ডবা অমত্তা লৈতগুম তৌরম্মী। মরুপ-মপাং তিন্নবা কাংবুগীসু মানা ইখণ্ড-খণ্ডবা, ইশিন-শীন্নীংবা মীওইনি। মশাগী ওইজনামসু অদুম থিবা হৈ। অয়াম্বা মতমদা মশাগী কান্নবা খরা ফংগদবা লৈবাক্কী ফন্নাইবা অচৌ-অশাং থিরগা তিন্ননবা হোৎনবা মীতানি। অচৌ-অশাং শঙ্গ তৌরবনিনা মশাসু য়াম্না চাউজরবগুম, য়াম্না খণ্ড-হৈরবগুম খঞ্জে। লৈকায়গী নক্লা লৈমিন্নবা মীশিংবু মানা কয়া থৌশাদে, মী ওইনা থাদে। মাগী অপাম্বা মতুংইন্না মাগী ইমুংগী নুপীসু, মচাসু লোইনমক অচাউরম কারম্মী। মখোয়সু লৈকায়গী মীগা শঙ্গ তৌবগী হৈনবী কয়া লৈতে। কুবেরগী ময়ামগা মান্নদবা মতৌদুদা মাবু অমদি মাগী ইমুংগী মীশিংবুসু লৈকায়গী মীশিংনা কয়া নুংশিরমদে। মদুদা কুবের থোইনা লুনা খক খল্লুদে। অদুগা অমুকসু মানা লৈকায়গী লৈমিন্নরিবা য়ুন্নোন-কৈরোম্নবগী ফত্তবগী মরমদা মাগা তিন্নবা মমান্নবশিংদা ঋারী শাগনি। মানা হায়গনি — "ঐখোয়গী য়ুমথংনরিবা কাংবুশিংসে খাসু-ঋাংসু ওম্ছোক্লা লৈবাক মচা তাবা ঋাৎপ্রে, মখোয়দা চাউখৎপগী ঋাখলগী মমি অমত্তা তাদে, খুনুং চুই, তিন্নগদবা য়াম্না তল্লি।"

কুবেরনা খল্লি — "মানা অসুন্না মীওোন্দা তল্লিবা পাউদু য়ুন্নোন্নবশিংদুনা করিগুম্বদা তারম্লোই অমদি খণ্ডলম্লোই।" অদুবু য়ুন্নোন্নবা মীশিংদুগীসু থম্মোই অমমমদি পান্নরিবা ওাক্লিনা মাগী অশোয়বা অমদি অরানবা ময়ামদুগী মরমদসু মখোয়সু লোইনা খণ্ডই, লোইনা উনৈ। অদুবু ঋাদি অমত্তা ওাংথোক্লদে।

মতম্না পুরকপা থৌদোক অমনা নোংমা নোংওাল্লমদাইদা য়ুন্নোন্নবা শেখরগী ইমুংগী মচানুপা লালহৌবা য়াওবা বীক্রম আর্মিগা কাপ্পবদা শিদুনা মোর্গতা লৈরে হায়বগী পাউ লাকই। পাউদু তাবদা কুবের মাগী জিপসিদু মোর্গতগী অশিবা লৌক্লসি হায়রকপা য়াই খনবদগী নুপীগা তান্নরগা ওত্তনা থৌদোক্লগা মরুপ অমগীদা

থৈদোক্তুনা থম্লুরে। লৈকায়গী মী মথং-মথং থোক্লরক্তুনা অশিবা মোর্গতিগী লৌবক্নবা খন্নরকই। কুবেরদি য়াওদ্রে। মীয়াম মরক্তা কুবেরগা তিন্নবা অতোপ্পা লৈকায়গী মরুপ অমা য়াওবম্মী। মহাক্না কুবেরগী জিপসিদু অমুক্তং ৱায়রগা অশিবা হকচাং লৌবক্নবা হৌদোরকই। বীক্রমবু পোকপা শেখর খরা তনতক তৌনা কুবেরগী য়ুমদা গাড়ী বায়বা চংলকই। কুবেরগী নুপী ইবেমহল হান্না নুপাগা শীন্নদুনা করি খুমগনি তান্নখ্রবনিনা অশেম্বা ৱাহৈগী খোনফমদা — "তাদা। গাড়ীদু য়াদদুনা মোয বাবানা ৱার্কশোপ্তা শেন্নবা থিল্লুরে, ওহ্লোক্না নুংঙাইত্তেদা!" শেখরনা খল্লি — "ঙসাই অয়ুক ঙন্তানা থৌদোকখিবা জিপসিদুবু য়াদ্রবা! ঐ অবেম্বগী হৎজেরুরেদা!"

অতোপ্পা গাড়ী অমা থিরগা মোর্গতিগী অশিবা লৌরুবগা বীক্রমগী সংসকার পাংথোকপা লোইখ্রে। কুবের মশা অমদি ইমুংগী নুপী থৌদোক থোক্লিবা শেখরগী য়ুমদা নোংমতা চংলক্তুনা অৱাবদু শরুক য়াবা উদে। শুপ্নগী শোবাংকী বর্তোন অমা ফংবগী নমাদা শোরাৎ নুমিত্তা লুপা চাম্মখক মাগী নুপী ইবেমহলনা পোৎযেং পীরম্লগা থুনা হনখি।

মতম খবা হৌখ্রবা তুংদা নোংমগী নুমিৎ অমদদি কুবেরগীসু চাকথুং লাকখি। ঙসি অয়ুক্তা কুবেবগী নুপী ইবেমহল মমঙ নুংঙাইরমদে তম্মী। অয়ুক্কী চাক চানরগা মাগী-মাগী ওফিসকী থবক নংনবা চৎনখ্রে। কুবের ওফিসতগী মাগী জিপসি থৌবগা কুন্নকপগী লম্বীদা নুপী অমা গাড়ীনা থেংবদগী য়াম্না থীনা শোক্লে হায়দুনা মীয়াম ওমসিন্নবা উরকই। মানা খল্লি, "করিসু কান্নদবদা মীয়ামসিনা লোইনা ওমশিন্নদুনা লম্বী চিলহল্লিবসিবো; মাগী-মাগী চৎকদবা চৎনখ্রগা লোইরে; মতেং পাংনীংবা মী অনীখক্তংনা পাংলগা য়াবসিবু; থৌনাইদবা ঙাক্তা ঙাইরদনা!" মহাক হন্না ফাওবা য়েংলমদনা ময়ুম য়ৌরকখি। মাদি লম্বী চিন্দুনা জিপসি থৌনবা লম্বী ফংদবগী শাউবু শাউখি।

অশোমদনা অশোকপদু য়ুমথংনবা শেখরনা উরুবদগী হন্দোক্লম্বা নুংঙাইতদুনা গাড়ীসু ফংদদুনা ওটোরিক্সো অমদা হোসপিতাল তানা পুরকখি। লম্বীদা ঈ য়াম্না হেন্না থোকখিবদগী নুপীদো ডাক্তরনা খুদক্তা ঈ কাপ্তবা য়াররোই হায়রকখি।

শেখরনা খল্লি — "ঐনা পাংলিবা মতেংসিদগী হেন্না মাগী মতেং পাংফম থোকপ্রনে? মানা ঐগী ইচা শিবা মতমদা মাগী গাড়ী ৱায়গে হায়রক্কনি হায়বগীদমক মাগী জিপসি থৈদোক্লগা থমখি; মাগী নুপীসিনা শেম-শাবা ৱাহৈনা "তাদা গাড়ীদু

য়াদদুনা মোয় বাবানা বার্কশোপ্তা শেন্নবা থিল্লুবে, ওহোক্লা নুংঙাইতেদা!" মদু করেন্নবা বাহে অমা শোয়দনা যাওখি, ঐগী পুক্নিংসিদা নুংঙাইতবদু ঙসিসু কোকপা ঙমদ্রি, ঐ কাউগে য়াদে, ঐনা মাবু ঈ পীগদ্রনে? ঐ পীররোইদা। মখোয়সু খরা খঙজসনু"!

অদুবু পাউ অমওংদি পীবীগে খন্দুনা টেলিফোন তৌরকই, "হল্লো! কুবের, ঐ শেখরনি, নহাক্কী নুপী ইবেমহলদো গাড়ীনা থেংবদগী জ্ঞান তাদনা হোসপিটালদা পুখত্তুনা লৈরে, খরা থুবীরকউ, থমজরে।" কুবেরনা হোসপিটাল য়ৌবা কান্দদি ইবেমহলগী শ্বর লেপ্লম্লে। কুবেবনা মতমদুদা খল্লকই — "ঐনা ঙসাই গাড়ী চিল্লি, থৌনাইদবা মীশিংসিনা কবি তৌবগী য়োমশিল্লিবনো খনখিবদু ঐগী নুপী এক্সিদেন্ট থোক্পা ওইরম্লবা: করিগুম্বা ঐনা মিৎকুপ অমগী মতম গাড়ী খাল্লগা মীয়াম্না য়েংনরিবদুদা থম্মোই শেংনা শরুক য়াবা য়াওরম্লবদি ঐগী নুপীবু হোসপিটালদা ইশাগী জিপসিনা থুনা পুখৎলমদুনা মতম চানা ঈ কাপ্লম্লবদি ঐগী ইবেমহল শিরম্লোইদ্রবনি। ও! সমাজসি ঐ ইতোমতা, ঐগী ইমুংখক্তা নুংঙাইনা হিংবা য়াদবোইরে। ঐনা থৌনাইদে খল্লুবদুনা হেন্না মরু ওইরম্লে হায়বসি ঐ ঙসি ইশাদা পাল্লরবা কানসিদা খঙলকই।"

তাং ২০/২/২০০৬

# চহনবী পল

জানকি টুবেলককী পরিক্ষা লোইরগা য়ুমদা ছুটি থোরকই। থুনা অমুক চংলগা দিল্লিদা ডাক্তর তম্বগী কোচিং ক্লাস য়াওরুনবা থৌরাং লোইদুনা লৈরবনি। মমাগী মপামদা মবোক তমফানা মশুবু চাক চারা অমত্তং পীজগে, মশুগা উনদবসু কুইরে হায়বদুদা জানকি মবোক্কী য়ুমদা চাক চাবা লাকই। থংনবা য়ুমগী মাঙ্গোলদা লৈশাবী অমা লাইহিরিক কন্না পাবা উই। জানকি অঙাং ওইরিঙেদা মমা বেদমনিনা মপামদা তোয়না পুরকখি। তমফা মচা নুপাগা য়াওদবগা মশু জানকি পোকপা মতমদা কয়াদা হরাউজখি। মবোক্কী ময়ুমদা লৈবা অসুম হৈনরকপদগী জানকি মবোকখোয়গী য়ুম্লোন্নবদা লৈবা মমাগী মখুরানা পোকপা কুপ্তোগী মচানুপী চনচলগা তোয়না শান্নমিন্নে। মতমদুদা অঙাং অতৈসু লৈতবনা মখোয অনী চাক চারে পুন্না চামিন্নে, ঈরুলুজরে পুন্না লুজমিন্নে। অহানবা স্কুল তম্বসু মখোয় অনী পুন্না চৎমিন্নগে হাযনা নিংঙাই তৌবদগী পুন্না তম্মিন্নখি। খরা লৌশিং লাকপা হৌরকপদগী স্কুল হোংনখি। জানকিবু ময়ুমদা পুরক্কুনা ক্লাস ফাইভ ফাওবা তমহনখি। জানকি ক্লাস সিক্সতগী দিল্লি পব্লিক স্কুলদা তম্বা চংলমদাইগী মতমদসু মখোয় অনী অদুম কৌনরি। মবোক্কা তাক্লম্মু হায়বদগী চংলমদাইদসু চনচলগী মনাক্তা চংলগা চংলুখিগে হায়রম্মী। মতমদুদগী মখোয় অনী উনখিদবনা চহী তরেৎ হায়রক্লগা ঙসি জানকিনা মবোকখোয়গীদা চাকচাবা লাকপসিদা মতম অমগী অঙাং ওইরিঙেগী মমি-শামি মখোয় অনী শান্নমিন্নখিবা, স্কুল চংমিন্নখিবা, নোংমসু মশম ফোইনদুনা খংন্নখিবা কয়াদু লোইনা নীংশিংলকই।

জানকি মথং-মথং অসুম নীংশিংলক্কুনা মবোক্তা হংলকই — "অবোক! মোই থংনবসিদা ঐগা অঙাং ওইরিঙেদা শান্নমিন্নবা অঙাং নুপীমচা অমা লৈহৌবদাই, মাবু কমদৌগ্রবগে?"

— "হে! নংনা অদুক চাউরগা মানা অঙাং ওইহৌবা য়াব্রা, মাসু হৌজিক্তি লৈশাবী ফরেদনা! মাদি পরিক্ষা লোইদ্রিবনি, লাইহিরিক ঔবাইরমগনি।"

মশুনা হৎলিবদু চনচলবুনি হায়বা খঙলদুনা মবোক তমফানা চনচলখোয়গী মাঙ্গোলদা য়েংলুবদা চনচল লাইরিক ওইরাইরিবদু উরে।

মবোক্না চনচলবু কৌরকই — "চনচল!"

— "করি হয়গে অবোক" অসি হায়রগা চনচল ফম্নখদগী হৌগৎলকই। মবোক তমফানা কৌবদুদা মবোক্কী য়ুমদা চংলকই। মখোয় অনীদো উনবদা ইকাইনবগুম তৌই। মশক্তি অনীমক হান্নগীদু নৎত্রে য়াম্না ওল্লে; অমসু পাখঙ ফজনা ফারে, অমসু লৈশাবী ফজনা ফারে। মশকসু অনীমক অথীবা অমত্তা য়াওদে, চুং ফিরাল চানা ফজবা ঙাক্তনি।

মবোক্না — "নখোয় অনীসে অঙাং ওইরিবঙেদদি ওল্হোক্না চান্নজবনি, থাদোক্লবকা য়াপোৎ নত্তে। অদুবু ঙসিদি চহী তরুক-তরেৎলোম উনরুদ্রবনিনা শক খঙনদ্রেদো! অঙাং ওইবিঙেগী মতমদা শান্নমিন্নখিবদো নীংশিংলগা নংবু অঙাং ওইরমখিনি খল্লিমাল্লে! ইবেম্মা! নংবু ঐগী ইশু জানকি কাউরব্রনে?"

ইকাই-নুংশি য়াম্নবগুম মোমোন নোক্লগা — "ঐসু কাউদেয়ে অবোক" অসি হায়না খুম্নকই।

— "অদুদি নংসু অবোক্না ইশু চাকৌবসিদা য়াওরোকো? নংবু ঙসিবু পরিক্ষা লৈব্রনে?"

— "লৈতেয়ে অবোক! হয়েংসু লৈতে, হংচিং অমখক্তং ৱাৎলিয়ে; হংচিংথকিসিমা থারগদি পূমলোই লোইরে।"

মখোয় অনী ৱা হৌদোক্লবা ইঙম ঙম্নদ্রে।

করি ৱাহৈনা হান্না হৌসিগে হায়না জানকিনা খল্লি। চনচলসু করিনা হান্না হৌসিগে হায়না খল্লি। খল্লিবা অনীদু পুং য়ৈবা অনীনা রাগ হৌবা মতমদা মরু-মনাও খৎপা চপ মান্নবদা পুংগী মখোলসু চপ মান্নখিবদু মঙাই।

'আ' হায়বদু চপ হেক মান্নে।

অমুকসু চপ মান্ননা আ হায়বগা ৱা ঙাংবা হৌগে তৌরকপদুদা মখোয় অনীমক চপ মান্ননা নোকই। অমুক অনীরক অসুম্না তৌবদুদা হুন্দকমুক্তি চনচলনা — "অদোম হান্না হায়বীরো!" হায়রকই।

জানকি — "আ! অদোম্বু করি করি সবজেক্ট লৌবীবগে?"

— "মপান্দা তম্বা ওন্নোইদবনিনা অবায়বা সবজেক্ট ওাক্তা খল্লগা লৌজে।"

— "এ! করিনো হায়রিসিবু সবজেক্টপু অবায়বা হায়বমুক লৈব্রনে?"

— "লৈতদি কৈনো? দিল্লিদা তম্বগা মণিপুরদা তম্বগা সবজেক্ট য়াম্না খৈন্নে। দিল্লিদি ভারতকী কোনুংনিনা দিল্লিদা তম্বদি মার্ক য়াম্না-বাংনো ফংনরিদুদি? ঐখোয়না তম্নিবসিদি পাংনে-শানবা পঙতম তম্বনিদা।"

— "মদুমক্তি হায়মন্নেদা। ঐ দিল্লিদা তম্নুবসে তোক্লিংলক্কদৌরে। অদো! নংসে য়াম চাউরম্মে ইঙো।"

— "নংদি চাউদ্রবা হায়রিসিবো?"

— "নংদি নশক্কাসি দমাদম ফজবম্মে।"

— "নংদি ফজদ্রবা হায়রিসিবো?"

— "হায়রিসিবু নুপাসু শক ফজবা লৈব্রনে? ঐনা খনবদি ফজবা হায়বসিদি নুপীদবা হায়না খল্লি।"

— "নংসি য়াম্না পঙলম্লিবোইরে। অঙাং ওইরিঙৈগীদো ঐনা নংগী নশম ফোইদুনা ফুবদা নখোয়গী অবোক্লা খাম্বদো নং নীংশিংলিব্রা?"

— "অদুদা নংনা ঐগী শম পায়দুনা চিংখিবদুনা ওইবা তাবে, ঐনা য়াম্না পঙলিবসে"।

মখোয় অনী ওাইহাক্কী মমাঙদা বা হৌদোক্লবা ইকায়নবম্বদো হৌজিক্তি মহৌশাগী অঙাং ওইবিঙৈগী থৌদোকশিংদু নীংশিংলুবগা নোকমিন্নখ্রে।

তমফা — "ইবেম্মা চনচল। নংসু পুম্না চামিন্ননবা ঈক লুজরুবগা লাক্রোদনা? ইশুসে মমান্নবা অমগী মযুমদা চংকদবা লৈ হায়বনি। অবোক চাক লোইববনি।"

চনচল ঈক লুজরুনবা মযুমদা চংখ্রে। জানকি মতোমতা ওাইহৌবে। মানা খল্লি — "চনচলনা ঐখোয় অনীগী অঙাং ওইবিঙৈগী ৱাবীদু অমত্তা কাউবমদ্রি, ঐসু কাউদ্রি। অদুবু মাদি অসুম্না অশুক থুনা চাউবগা মপুং-মবৈ ফাদুনা মশক অশুক ফজবম্লবা? ঐনা খল্লুই, মাদি অঙাং ওইদুনা মপুং-মবৈ ফাবমখিরোই। অদুবু মাদি শকহেল্লবী লৈশাবী অমা ওইবল্লে। কবিগীনো ঐনা মাবু উরুবগা মাবু মী

অমগী ওইখিগদ্রা হায়না চিংনবা পোক্লক্লিবা ? অঙাং ওইরিঙেগী বারীদুদা মাবু ঐনা নুংশি, পামজে নং ঐগী ওইরগে হায়না ইচিলসিনা ফোঙদোকপা ঙমগদ্রা ? করিগীনো ঐনা বাখলসি খল্লুরগা কিরক্লিবসিনা ? অদুবু ঐ হায়রগদি অমুক্তা য়েংনীংঙ্গ্রেদা।"

চনচল ঈক্ক লুজবা লোইদুনা মশম তুম্নুবগী নীংথিনা হাৎলগা অমুক লাক্লে। চনচলগী মশক্তো জানকি য়েংদুনা অসুম লৈনীংবগুম তৌরকই।

মবোক তমফা থোরক্তুনা — "ইবেম্মা। নং লাক্লব্রা ? লাকও চংলকও চাক চানবা তৌরসি।" মখোয় অনীমক চংলক্তুনা চাক চাবা হৌনবা থৌরাং তৌররে। বারী শানা-শানা, নোক-নোক্তুনা চাবা লোইশিল্লক্লে।

জানকি — "অদু নংগী পরিক্ষা লোইরল্লবদি কদাইদনো পিকনিকক্তুম্বা অমা চৎলবদি নুংঙাইদৌবা ? ঐসু মশেম নংগী পরিক্ষা লোইবা নোংঙানবগা চৎনবা কোলকোটা ফাওবা পাইবগী টিকেট ককশিল্লুরে। মথং থোরকপদদি খরা কোয়মিল্লসি, ঐ য়াওশঙদা শোয়দনা থোক্লকপা তারে।"

— "হায়রিসিবু য়াওশঙ থাবল চোংনীংবগী বারা ?"

— "ঐদি থাবলদি অমুক্তসু চোংদ্রি, থাবল চোংবসিবু নুংঙাইবজাৎলা, কমদৌবগে ?"

— "নংসি অদুম পঙখিদৌরি, থাবল চোংবদা নোং ঙানবা খঙদবা লৈশাবী পাখঙগী বারী তাদ্রিব্রা ? তারিবোইনে দিল্লিদা লৈরবনিনা।"

— "অওইবৈরা ? অদুদি হন্দক্কী য়াওশঙগী থোক্লকপদা নংনা ঐবু থাবল চোংবা খরা তম্বীবা তারেনে ?"

— "হোয়নে, হোয়নে, তম্বীসুঙাইদনা। অদু নং দিল্লি য়ৌরগা মৈতে নুপী দিল্লিদা তম্বী ময়াম অমা লৈবদুগা ওইনা চোংখিদৌমাল্লিদা। দিল্লিদসু মৈতে মচা থাবল চোংবগী পাউ য়াম্না তায়দা।"

— "কদাইদৈনোদা মদুমা ওইদ্রবা বানি, ঐ হন্দক্তি শোয়দনা থোরক্লগে ? অদু ঐ বা অমখক্তা হায়গে, নং হংচিৎ পরিক্ষা লোইরদি মশেম ঐনা ইয়ারপোর্ট চৎপসি খবা থিন্দোকপা য়াওরুসিদনা ? নংনা খুৎ হাইদুনা লেপহৌবদো ঐ য়াম্না য়েংনীংই। ঐগী মরুপ্না নংবু কনানো হংলগা ঐগী অঙাং ওইরিঙেগী মরুপ্নি হায়না মঙোন্দা শক তাকচগে, নং য়াব্রা ?"

ঙাইহাক খঙ্গানরগা — "তাঙ্গা য়েংবো হায়বদুনি।"

— "করিনোনে তাঙ্গা য়েংবা হায়রিসিবু, অদো চৎপদা কয়াম অকায়বা লৈবগে?"

— "হোয়নে, হোয়নে, নংনা হায়রবনিনা চৎপা তারেদনা। অদু নংসে অনমদি য়াম্না কল্লম্লেকো। অঙাং ওইরিঙেগীদুগা মাম্নরমম্লে।"

খাখলদি মখোয় অনীমক চুমথ্রিং ঙাক্তনি, থোইনা লুনা খন্নরুবা অমত্তা য়াওনদে।

জানকিদি চনচলদা পুমঙাও ঙাওখিদুনা ময়ুম য়ৌরগা অশাংবা চিঠি অমা ইরগা নুমিদাংবাইদা হল্লক্লগা চনচলদা অমুক পীররে। চনচল চিঠিদু পারগা ইচম-চম্না মাগী লাইরিক্তা য়েংলুনা থম্মী। চিঠিদু মমানা হাইফেৎ চিংনবগুম তৌদুনা লৌরগা পারুরে। চিঠিগী খারোল খুদিংমক মপুরোইবা কুঞ্জোদা তম্লুরে। কুঞ্জো ঙাইহাক খাখল তৌরগা — "মদু ওইথোকপা য়ারোই মমা; ঐ তৌগে" হায়রগা মচানুপীবু চৈরম্মী।

— "নং হয়েং ইয়ারপোর্টতা জানকি থিনবা চৎপসু য়ারোই, মাগা নংগা মরী লৈনবসু য়ারোই।"

চনচল পুক্লিং নুংশিনা কপ্পী।

দিল্লি চৎকদবা নুমিত্তা জানকি মারুটি কার তোংলগা ময়ুমদগী চনচলগী খাখলদা চনচল হৌবা লাকই। চুমথ্রিং করিমত্তা কৌইদনা ইমুংদা চংলগা চনচলবু কৌরকই। কুঞ্জো — "ইবুংঙো! জানকি নং ঐগী ইচেগী মচানি। নংগা চনচলগা নচিন-নৌপা ওইনা লোইনগদবনি, মরী লৈনবা য়ারোই, নং মাবু ঙসিদগী নচন্নি খল্লু! চৎলো চৎলো! মঙ্গোলওইয়ু ইমাকসিদি!"

তাং ২৯/৩/২০০৫

# অকাউবা

ঙসাই অয়ুক মাগী নুপীগা পৈশাগী মতাংদা ৱা খরা ঙংখৎনখিবা মুহাম্মদ তোয়াই থবক চৎলুবা হল্লকপদা হিদাক খরা পায়শিল্লকই। য়ু হায়বসি অল্লাহনা য়াদে হায়, অদুবু মণিপুরদদি অদুম য়াবগুম তৌই। মুঃ তোয়াই মরক-মরক্তা মাগা য়ুম্নোন্নরিবা নুপাসি মৌলুবী কাজিনি হায়বসি হেক-হেক কাউথোকপগুম তৌই। ইনাক্তা লৈবা, ইখুৎনা পায়বা পোৎ কাউবগুম্বনি। ইরাই নুমিৎকী নুমিদাংৱাইগী নমাজ শোল্লমদাইদা মুঃ হৈসাম্মুদিন কাজি কুরান পাদুনা লৈরম্মী। মা য়াম্না পুক্লিং চংনা কুরানগী মরুওইবা টলাক্কী মতাংদা পারি। কুরান্দা য়াওরিবা ফাগি ওইনা হায়বা ফাওবা য়াদবা য়াম্না লুবা খাইনবগী মতাংনি। টলাক/খাইনবা হায়বা ৱাহৈসি মুসলিম নুপা অমনা মাগী নুপীদা অহল্লক হায়বা তারবদি নুপাদুগা নুপীদুগা শোয়দনা খাইনবা তাবনি। শোমদা কাজি হৈসাম্মুদিন্না টলাক্কী মতাংদু পাবা হেক লোইবগা থংনবা য়ুমগী মাঙ্গোলদা মুঃ তোয়াইনা য়ু ঙাওফিং-ঙাওফিং তৌরগা মখুত্তসু ঙা য়াওবা খাউ অমা য়াল্লগা মাগী নুপী মহিমা বেগমদা ওনশিল্লগা নং খাইনরে, খাইনরেকো, খাইনরে হায়রিসিনি হায়না অহল্লক চৈথোকখ্রে। মহিমাদি হায়গনু ফত্তে হায়না মপুরোইববু হন্না-হন্না খামজবনি। অদুবু তোয়াইনা হায়বনা হান্দোকখ্রে।

ইমুংদা কুরান পারম্বা কাজি হৈসাম্মুদিন তোয়াইগী ৱাহৈশিংদু লোইনা তাখ্রে। ইমুংদগী থোরক্লগা — "অল্লাহনা য়াদ্রে, নখোয় অনী খুদক্তা খাইনবা তারে" হায়রকই।

তোয়াই হাইফেৎ ভাব তারকপগুম তৌদুনা — "খুরা কাজি! ঐনা ফাগি ওইনা হায়খিবনি, ঐখোয় অনীবু কায়নহনবীগনু" হায়জে। কাজিনা — ফাগি তৌবা য়াদবা ৱাহৈদা ফাগি তৌরবগী মহয়দি নংনা ফংবা তাবনি, ঐনা কোকপীবা ঙম্মোই। ঙসিদগী নখোয় অনী ইমুং অমদা পুন্না লৈমিন্নবা য়াদ্রে। মহিমাবু হৌজিকমক মাগী মপামগী অহল লমনদা পাউ পীদুনা তোয়াইগা খাইনরে লৌবা লাক্রো হায়না মী থাগনি।"

কাজি হৈসাম্মুদ্দিন্না লৈকায়গী মী মথং-মথং কৌদুনা মা মশামক্না তাহৌবা পাউদু মীয়ামদা তমদুনা খঙহল্লে।

তোয়াইগা লুনা তিন্নজবা মরুপ ইস্রামুদ্দিন্না — "মরুপ তোয়াই! নংনা মহিমা বেগম্বু খাইনবসি চুমদে, নখোয় অনী অদুক নুংশিননা লৌনদুনা নচা অমা য়াওরগা খাইনগদৌরিবসি ঐদি তশেংনা খল্লুবদা ৱায়।"

তোয়াই মমিত্তগী তারক্লিবা মপিদু খুদাংগী ফুরিত্তা তৈথোকই। ইমুংদনা মহিমা কপ্পা-কপ্পা তোয়াইবু চৈরি; মপোৎ-মচৈ অঙাংগী পুগদবা খরসু থিরি। হায়নরিঙৈ তাঞ্জাদুদা মহিমাবু পোকপা মুঃ অনৱার হুসেন পাউ ফংবদগী য়াম্না শাওনা ভান অমগা টাটাগাড়ী অমগা পুদুনা মচানুপী লৌবা লাকই। লৈকায়গী মীয়াম মমাঙদা তোয়াইগা মহিমা বেগমগা খাইনবগী থৌরম পাংথোকপা লোইখ্রে। মহিমাগী মপোৎ-মচৈসু য়াওনা টাটাগাড়ীদা লোইনা হোনখ্রে।

ফাগি তৌরব্রা হায়ববু মুঃ তোয়াই পুম্মাং মাংজরে খল্লকই। মতম অমদা মানা মহিমা কোয়বা চৎপদা মহিমানা ইম্ফাল তুরেলদগী ঈশিং শোক্লুরগা কাখৎলকপগী ফজবদো মতোমতা নীংশিংলকই। অহানবা উনবা ওইবগা ৱাহৈ অমত্তা ফোঙদোকপা ঙম্নদনা হল্লকখি। মথংগী নুমিৎ অমদা মহিমানা বাজারদা লং লৈবা চৎপদা জীপ অমদা পুম্না তোংমিন্নরকপগী খুদোংচাবা লৌরগা তোয়াইনা সিনেমা অমা য়েংখিসি হৌরুবনি। মহিমানা য়ুমদা হোরেন থেংলগা অবাজাম্না চৈরমগনি হায়জবনি। অদুবু তোয়াইগী হায়জবগী ৱাহৈগী মগুম্না কনমনবদগী মহিমা য়াদবা ঙমখিদে। লাই অমনা ইনশিনবগুম সিনেমা য়েংলুরগা থোরকপদা বাজারদা বোম পোকখায়বগী থৌদোক অমা থোকপদগী মী ইতাক-তাক্লম্লে। বস, কেন্টর, জীপ অমত্তা চেনবা উখিদ্রে। নুংশা থীনা-থীনা মখোয় অনী মখোঙনা লাকপনা লম্বীদা মমথোকখ্রে। মমৈদা মহিমা কপ্পা হৌরকই। য়ুমদা হনবা ঙম্নবোই হায়রকই। নুমিত্তুদগী মখোয় অনী চেন্দুনা য়ুম্বানবগী মরীদা খোঙদারকখিবনি। ঙসিদি নুংশিরবা মচা আলমখান ফংজববনি। তোয়াই সরকারগী থবক অমসু ফংদুনা ফোরেস্ট দিপার্টমেন্টতা ফোরেস্ট গার্দ ওইবনি। মৈতৈ মচা খরা তিন্নবদগী মাসু য়ু থকপা হৈরকখিবনি। মীসু তৌনৈ করিবু কায়বগে খল্লুদুনা মাগী নুপী নুংশিজখ্রবী মহিমাদা ফাগি ওইনা ঙসাই খরা শাওনখিবদুগী শাওবা ফনবা হায়রুবদা ৱাহৈদো অহল্লক শুদোকখিবনি। কাজি হৈসাম্মুদিনমক্না তারমদ্রগদি খরসু ফগদবা! মা মহিমা চৎখ্রবা

তুংসিদা মাগী য়ুম মচাদুদা মতোমতা অহীংদু বানা লেনবা তাখি। শাওবদগী মানা লৈজরকপা ঙাদুসু হৌদোঙদা পীজখি। নুংতিগী মাগা তুমিন্নবা মচা আলমখানবুসু তুন্নমদাইদা নীংশিংলকখি।

মথংগী নুমিত্তা মা নুংশা থীবা হৌরকই। খল্লকই — "করিগুম্বা মহিমাবু অতোপ্পা নুপা অমদা নৌনা নিকা শোন্দুনা লৌথ্রবদি ঐদি মাগুন্না ফজবা নুপীদি অমুক থিবা ফংলরোই।" মহিমাগী মশক উরক্লবা মতমসিদা মাগী বাখলদা মহিমাগী অবাৎপগী অমদি ফজবগী চাং খংবাং বাংখৎলকখি। মমাঙগী ইদতা মানা পামজনা থোঞ্জখিবা মহিমাগী সলবার কমিজদু শেৎলগা মকোক খুম্নগা নাসিকাদুগা লোইননা সনা-লুপা ময়াম অমা শিরগা মচা পল্লগা মপামদা চৎখিবা মতমদা তোয়াইনা য়েংলগা লৈহৌবনি। মতমদুদা মানা খঞ্জখি — "ঐগী নুপী মহিমাসিদি ফিলমগী এক্ট্রেসপু মাল্লিদা!" ঙসিদি মতাং চাদবা ফাগি অমা তৌরম্বদগী মহাক মপামদা চৎখ্রেদো।

মহিমাখোয়গী লৈকায়দা মহিমানা লৈশারিঙেদা মাবু য়াম্না পামজখিবা মজিবুর কৌবা পাখঙ অমা লৈ। মহিমাবু তোয়াইনা লৌখিবা মতমদা মহাক য়াম্না চাকচখিবনি। মহিমা ফংহৌদবগী নুংঙাইতবনা মা ঙসি ফাওবা নুপী থিদনা লৈরিবনি। মা করিগুম্বা তাঞ্জা অমদগী তোয়াইগা মহিমাগা থাইনরক্লবদি মহিমাবু মাগী ওইগে হায়বসি অদুম খল্লি। ঙসিদি মাগী লাইনীংদু চুমগদৌরে।

মহিমানা মপামদা হল্লক্তুনা লৈবগী পাউ মাসু তারে। চহী খরগী মমাঙদা পামজখিবা বাখল, মাগী মরমগীদমক নুপী থিরক্লিবা মজিবুর রহমনগী বাখলদা হৌজিকসু মহিমাবু উবদা মাগী পামজবগী বাখলদু করিমত্তা মাংদ্রিবগুম তৌরুরে। অদুগী মথক্তা মহিমাদি মচা য়াওরবসু তোয়াইনা পৈশা থোকপনিনা অবাবা থবক শুরক্তবনিনা মশক্তি হৌজিক্লা হেন্নবু ফজবগুম তৌরে। মহিমা মপামদা লৈরকপা থা অমা ফারে। ইদাদকী মতমসু লোইরে।

মহিমা তুরেন্দা ফিশুবা কুমথরকপদা মজিবুরনা উরুরে। পামজবনা মরম ওইরগা ইকাই-ইকি খঙদনা মজিবুব মহিমাগী মনাক য়ৌনা কুমথখ্রে।

— "মহিমা! নংবু নপামদা লাক্লগা হন্দ্রিবসিবু ঐনা তারিবা পাউসিবু চুন্নবজাৎলা?"

মহিমা করিমত্তা খুমদে।

— "করিনো নংগী নাদুবু তোয়াইনা ফুবদগী পাণ্ডশিল্লব্রো? নং ঐঙোন্দা লৈজরল্লবদি ঐখোয়দি খাইনবদি লায়রদনা সনানা তেকথমখৈ শিহনগনি। হৌজিকসু নংনবু য়ারবদি ঐদি অদুম য়াই। অদু ঐখোয়গীদা অমুক লৈনবা তৌরসিদনা?"

মহিমাদু করিমত্তা খুমদনা অদুম তাশিন্নদনা লৈ।

মজিবুর — "অদো, ঐখোয়গী অহল-লমন থারক্লগে? নংনো তোয়াইগা হঞ্জিন্নবসু য়াগদবা লৈত্রবনিনা তুংগী ফগদবা নশাগী লম্বী অমা য়েংহৌবনা ফব্রোইদ্রনে? ঐখোয়সু তম্লবতি ফনা চাউজরবনি; নংনো ঐগীদা লৈবদা করিসু বাগদবা লৈতে, নংনো খঙবীদবগী বানী; ঐনা ঙসি ফাওবা নুপী থিরক্লিবসে নঙং লাংগীনিকো! অদো, নং হন্দক্কী মতাংসিমদি য়ারোম্নি?"

মহিমা মরু লুকথরগা কপ্পগা লৈখ্রে।

মজিবুর ময়ুম য়ৌরগা মমাদা মহিমাবু মাগী ওইনা হায়বীরুরো হায়রুরে।

মমা অরুনা বেগম্না — "ইচানা মাবু লৈশারিঙৈদা পামখিবদু ঙসি ফাওবা কোক্লিবা ওইরে; ইমা ঙসি চৎলুরগে?"

মহিমাবু মজিবুরগী মৌ ওইগে হায়রবদুদা মহিমাবু পোকপা অনবারগী পুক্নিংদা হেন্না নুংঙাইরম্মী। মহিমানা য়ানীংদ্রবসু অবাজান, আমিজান্না য়ারবনিনা মহিমাবু মজিবুরদা নিকা অমুক শোন্দুনা পীখিবা তারম্মী। মহিমা অহীং তুমদনা মচা কোল্লগা কপচৈ। অদুবু মাগী অবাবদু মা মশাখক নত্তনা কনা অমত্তনা খঙবীখিদে। অমুকসু খল্লকই — "মুসলমানশিংগী চৎনবীদা পুক্নিংদা ফনা নুংশিজরবা ফাওবদা ফাগিগী বাহৈনা নুপানা খাইনরে হায়বা বাহৈসি অহল্লক হায়রম্বগদি নুপা-নুপী অনীদু তঙাই ফদনা খাইনবা তাই হায়দুনা খাইনহল্লিবা চৎনবীসিবু মণিপুরদা লৈবা মুসলমানশিংদদি মণিপুরীশিংগী চৎনবীগা মান্নহনবা য়ারোইদ্রা? মণিপুরীশিংগীদি খাইনরবসু, খরা লৈরগা শাওবা ফরগা অমুক হঞ্জিন্নবা য়াই। মসি মুসলমান ওইবা ঐখোয়গীদনা য়াদবা ও! মাদি হৌজিক ঐগী অমদি মচাগী বাখলদা বানা লেল্লল্লগনি, ওহোক্না বারল্লনিদা! ইচা অমা লৈরবা ঐখোয় অনীসে পুন্সিগী ওইনা কায়না তারবা!"

অশোমদা মুঃ তোয়াই মজিবুরগা মহিমাগা নিকা শোন্দুনা লুহোঙগদৌরে হায়বগী পাউদু মাগী মরুপ অমনা তম্বদগী তারে। পাউদু তাবদগী তোয়াই মহিমাবু নুংশিরকপনা তুম্বা-চাবা খঙদরে। তোয়াই নুংশি চিঠি অমা ইরগা মহিমাগী খুত্তা য়ৌহনখ্রে। মাগী

চিঠিগী ৱারোল পারুব্দা মহিমাগী পুক্লিং ৱাবতনা থনখি। চিঠিগী মতুংইন্না তোয়াই অহীং নোংয়াই মতমদা মী-লাই কিদনা মহিমাগা উনবা লাকখি। মহিমাসু নুংশিগী ৱাখলদি কোক্ত্রিবনিনা মাগী খাইনশ্রবা মপুরোইবা তোয়াই উনবা অহীংদা য়ুমদগী মপাল থোরকই। মহিমানা মপাল থোকখিবদু মমা অরুনা বেগমা খঙবদগী মাসু তপ্না মচানুপী খঙহন্দনা হৌগৎলগা মতুংদা খরা লাপ্তক ইন্নরকই। অহীংদুগী নোংঙাল্লগদি মহিমাবু মজিবুরদা নিকা শোন্দুনা লুহোঙনবা থৌরাং লোইরবনি। মহিমা তোয়াইগা হায়নখিবা মফমদুদা উনরে। মখোয় অনী চেজেৎ কোনশিন্নরগা কপমিন্নে। মখোয় অনীগী নুংশিনবগী থাকসি হান্না অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংগীনি। থৌদোক্তুবু লোন্না য়েংলিবা মমা অরুনা বেগমসু মখোয় অনীগী মতৌদু উবদা কপ্পি। খল্লকই, — "করিগীনো মখোয় অনীনা অসি য়ৌনা নুংশিনরগা ইরাই-লাইনা তোয়াইনা ইচাবু খাইনরক্রিবা! অদু হৌজিক মখোয় অনীনা পাম্লিবা ঈপাকসিদা কুমথমিন্নখিবা থোক্লবদি অল্লাহনা য়াদে।" মখোল থোক্লকই, "মহিমা! ইমাগী ইবেম্মা। নং মদু তৌবা য়াদে। মদু মুসলমানগী অকনবা আইন, ধর্ম্মগী ৱাংমদনি। নখোয় অনী টলাক অমগী মতুংদা অদুগুম্বা হান্নগী নুপা-নুপী অনীগী মরীদো লোন্না নৎত্রগা ফোংনা চৎথবা য়াদে, মদু খ্বাইদগী চাউবা পাপনি। নংনা নংগী হান্নগী নুপা তোয়াইবু পান্নবসু অদুগা তোয়াইনা নংবু পান্নবসু নখোয় অনী অরানবা অমগী দন্দি ওইনা অৱাবা অমা খাংমিন্নবা তাই। মহিমা হয়েং মজিবুরগা নিকা শোন্দুনা লুহোঙগদৌরে; মজিবুরগী নুপী ওইরুরবা তুংদা অমুক টলাক অমা তৌরগা নংগী হান্নগী নুপা তোয়াইদা লৈবা নপ্তনদি উপাই লৈতে। মসি মুসলমান খুদিংমক্লা ইনফম থোকপনি। তোয়াই — "ইমা! ঐ হৌজিকমক মহিমাগা ইচাগা পুরগা অতোপ্পা মীনা থিবা ফংলরোইদবা মফম অমদা চেনখ্রগে?" "মদুগী মতম হেনখ্রে। মসি নংনা ফাগি তৌবদা চেকশিনদবা ফাগি তৌবা য়াদবা ৱাহেং খরদুগী মতুং ইল্লকপা ফন্সনি। নং হল্লো, নয়ুমদা চৎখ্রো!" অরুনা বেগম্না মচানুপী মহিমাবু ইমুংদা পুশিল্লগা চংখি।

তাং ২৪/২/২০০৬

# লাংদা থুজবা

ব্রজগোপাল চহী কুইনা থবক থিবা ফংলক্রবদা কোম্নথংদা এগ্রিকলচর দিপার্টমেন্টতা ফিল্ড এসিসটেন্ট ওইনা চংই। ফিল্ডগী থবক তৌরম্বদগী মমৈদা মহে-মরোং লীবগী গোদাউন্দ পানবা য়াওরকই। মণিপুর সরকারগী মখাদা থবক তৌবা মীশিংসিগী বাখলদা করিগুম্বা সরকারগী থবক অমবু তৌরবদি মানা তৌরিবা থবক মফমদুগী পোৎ-চৈ য়ুমদা লোম্না পুথরকপা, অরেম্বা পৈশা চাবা য়াবা লম্বী হাম্না য়েংবা হায়বসিনা অহানবা বাখলনি হায়বা য়ায়। মখোয়না খল্লি, তলব হায়বদুদি শোয়দনা থা ফারগা ফংলগদবা লেংদ্রবা পৈশানি; মদু নত্তবা অহেনবা লারুবা লম্বীদুনি মখোয়না খল্লিবা অমদি উরিবা। অহেনবা পৈশাদু নৎত্রবদি করম্না লুপা লাখ মঙা-তরুক পীবা ফজবা কার, লুপা লাখ কুন-কুনথ্রা চংবা ফজবা য়ুম করম্না শাগদৌরিবনো? ফংলিবা তলবতুগা লাক্লিবা ইনকমগা চানৈ নৎত্রগা চানদে হায়দুনা কনানা থিগৎনরিবগে? পুন্নমক অচারম, অরেম্বা পৈশা লাক্কদবা ফম পায়বা মীদা মচা নিংঙোল থাজনীংবগী বাখল লোইনা চেন্নরিবা লমদমনি। মসিদা চাউনা শোকহল্লিবদি অপুনবগী ওইবা শমপত্তিদনি হায়বসি মীয়াম্না খনথরুদে। পুকচেল শেংজবা খরা যাওরিবসিদি কনাগুম্বা নুপা অমা মফি লৌথোক্লগা মখোঙ হাল্লিঙৈদা অতোপ্পা অমনা উরুবদা উরুম্বা মানা মশক খঙবা মী ওইরম্বদগী ইকায়জবদুগা চপ মান্নবগুম; মানা উরুরিবা মীদুগী মরমদা মীঙোন্দা করম্নদি পাউ তম্লুদগেদো!

ব্রজগোপাল ইতৎ-তত্তনা দুকান্দা নৎত্রগা খুল্লক্তা খঙন-চান্নবা পোৎ য়োনবা নুংঙাইবা মী থিরগা মানা পান্নবা য়াওরিবা গোদাউন্দগী ওফিসকী ওইনা মরু-মরাং ইন্দেন্ট তৌরকপা মতমদা খর-খরদি লৌথোক্লগা য়ুমদা পুরক্লগা হায়রিবা মীশিংসিদা য়োল্লি। মহৌসানা মথংগী লৌরোক্তা হুন্নবা মহে-মরোংদি ইনসেকটিসাইট চাইরগা তিল চংদনবা গোদাউন্দা থম্মী। মদু চাবা য়ারোই খঙলবসু মানা চাগদবা নত্তবনা শেংনা চামথোক্লগা চারবদি করিসু তৌরোই খল্লি। হবাই-মরু-মরাংদু চারুবা মীদু

শিবা য়াই নথত্রগা চাকখাও শোকপা য়াই হায়বগী মরমদা থোইনা লুনা খজিল্লুদে। মাগী হায়ববু মাগী অচিনবা পৈশাদু কোক্লগা লোইরে অসিনি। অদুনা গোদাউন্দগী মহৈ-মরোংদু মাগী উচি চাকহোন্দা যন-য়ান্নদি চহীগী ওইনা মাওলমগনি।

অসুন্না ব্রজগোপাল নুং হৱাই মরু ফজবদু হৱাইজার লোনবী অমদা মরক-মরক্তা পুরক্লগা য়োল্লি। য়াম্না শেংনা হঞ্জিল-হঞ্জিল চান্নগা লোল্লু হায়বদুদা হৱাইজার লোনবীদুসু পৈশা খরা হোংনা ফংবা মরুনিনা শেংনা চামদুনা হোৎনবদগী ৱাথোক অচৌবদি লাক্লি।

মতম শাংনা লিশাং শিৎনা তৌরকপা থবক্লিনা নোংমদি অশোয়বা য়াওরকই হায়বসি চুম্মী। "হৱানবগী তরানি মপুগী নোংমা" হায়বদু লাক্লে। ব্রজগোপালগী মচানুপী দাশুমতি লৈশাবী ফাবে, কলেজ তম্লে, মশক-মতৌসু য়ন্না ফজরে। মমান্নবী কয়াসু কলেজদা খঙনবদগী লৈকায় লান্না তিন্নরে। মনুং-মতম য়ৌরক্লবনিনা নুপা-নহাগসু খঙনদুনা য়াওশঙ থাবল চোংমিন্নখ্রে, চৈরাউ চীং কামিন্নখ্রে। মমান্নবী মমান্নবা ময়াম নোংমা পরিক্ষা লোইবগী চাক চানসি হায়দুনা হৌনে। নিংথমথাগী য়েঙ্খাংদি য়োংচাক ইরোনবা, হৱাইজার চাগেমপোম্বা অসিমঙাই। ঐখোয়গী মৈতে লৈপাক্তা নিংথম থাদা হৱাইজার চাগেমপোম্বা চারোইদবা মীদি খরা তাংগনি। লৈশাবী পাখঙ চাক চানবদুদা হৱাইজার চাগেমপোম্বা মথেল অমা য়াওশি ঙাংনৈ। লৈশাবী অমনা মখোয়গী য়ুম্লোন্নবদা হৱাইজার য়োনবী অমা লৈ, হৱাইজারদু মা পুরক্লগে হায়দুনা মানা পুরকই। শোয়য়ু হায়বা নুমিত্তু য়ৌরক্লমাল্লে; ডাশুমতিগী মপা ব্রজগোপালনা মরক-মরক্তা গোদাউন্দগী লোম্না পুরকখিবা হৱাই মরুনা চাম্বা শেংদনা লোনবা হৱাইজারদু ওইরম্লে। কাইবদা ঙাইরিবা হৱাইজারগী চাগেম পোম্বদু মচানুপীসু চাক চানফমদা পামজনা চারুরমাল্লে। চাবা লোইবদা ঙাইরিঙেদো লৈশাবী অমদি পাখঙশিং, ইমুংদুগী হৱাইজার চারুবা য়াওনা ওবা, ফাইবা তৌরকপদগী হোসপিটালদা পুখত্নুনা লাইকন্নখ্রে। মখোয় অনীদি কনবা ঙমদনা শিরে। অনীদুগী মরক্তা ব্রজগোপালগী মশক-মতৌ ফজবী মচানুপী ডাশুমতি য়াওরে। হৱাইজার চারুবদগী মী শিবে হায়বগী পাউনা লৈবাক শিন-থুংনা শন্দোরক্লে। মথং-মথং থিগৎনরকপদা হৱাইজার য়োনবীদু ফারে। হৱাইজার য়োনবীনা তাক্লকপদগী মরু পীরম্বা ব্রজগোপাল অমুক ফারে। কায়নথংদা হৱাইজার মরুদু এগ্রিকলচরগী গোদাউন্দগী ইনসেক্টিসাইট চাইবা মরু ওইরম্লে হায়বা শেংনা খঙলক্লে। পৈশা হেন্না পামদুনা মী শিবা য়াবা পোৎ লন্নোনব্রা

হায়ববু ব্রজগোপাল মমৈদা মশানা থাকপা লাংদা থুজরে। লুহোঙ-খোঙদোংবা য়ারবা মশক-মতৌসু ফজবী মচানুপী শিবা মতমদা মাবু পামজবা পাথও চাক চানবা য়াওখিবা অদুগা হবাইজারদি চাহৌদ্রবা অদুনা কয়াগী মতিক বানা চাক্লা খাংহৌখি। ব্রজগোপাল মচা শিবগী বারিঙৈদা পুলিস লাক্তুনা হেন্দকপ তৌদুনা পুবীগ্রে। মশাগী থবক তৎপদা নত্তনা মী শিবা য়াবা পোৎ লল্লোল্লম্বগী চহী তকক মিয়াৎ তাদুনা জেলদা লৈবা তাখি।

তাং ২৩/২/২০০৬

# অথিংবা

খুঙ্গং অমগী ৱারীনি। নোংথোন মাগী নুপী লৈবাক্লেগা মহৈ-মশিং মতিক চানা হৈনরবসু সরকারগী থিজেৎ নানবা থবক ফংলক্ত্রবদা কান্নরবোই খঙদুনা লৌবুক্তা কুম্লকই। থবক খুদিংমক থৱায়-য়াওনা ৱাখল মুন্না খল্লগা তৌরবদি মহয় চাদবা লৈতে হায়বসি অচুম্বরা হায়বদু চাংয়েং তৌদুনা য়েংলগে খল্লকই। মখোয় অনী মায়পুননা থবক শুমিন্নবদগী চহীগী ফৌ লোকপা লোইরগা আলু, হৱাইথরাক, কোবী, হঙ্গাম, খামেন অশিনবা মথল শুনা কাথল-কাথল নাইনা থাবা হৌই। অহানবা চহীদা কয়া হৈরমদবদু মথংগী চহীদদি মায় পাক্লা মহয় চাবা ঙমলে। মখোয় অনীনা খল্লকই — "অরেম্বদা সরকারগী থবক থিরিঙেদা চহী কয়া অমদি মাংহনগ্রে; চহী খরগী মমাঙদগী মনা-মশীং থাবগী থবকসি তৌজরম্লবদি হৌজিক ঐখোয় কয়াদা নুংঙাইরমগবা!" য়ুমগী চাবা-থকপগী, লৈকায়গী থৌদোক-ৱাথোক্কী, মচাগী স্কুল তম্বগী ফিজেৎ-লৈতেংগী পৈশা ঙম্নমক লেম্না-পানা কোম্লজরে। নুপীগী সনাকাসু শাদুনা লুহোং-খোঙদোংবা অমদি হিয়াংঙ্গেগী নিঙোল চাকৌবদা মশা নান্না চংপা ফংজরে। মখোঙ অনী পানবী গাড়ী সেকেন্দ হেন্দগী অমসু লৈদুনা তোংবা উরে।

মাগী থবক্তা মায় পাকপা উরকপদগী লৌ লোম্নবা মোচাবী, হান্নদগী মবুক কয়া চুমদবা, মাগী নুপী পেমচাগা ট্রেক্টর ৱায়দুনা লৌফমদু খোইগায়দুনা নোংথোম্না তৌরিবা মওংদুগা চপ মান্নরা মনা-মশীং থাবা হৌরকই।

নোংথোন মতৈ-মনাওনা খল্লি — "ওহ্োকপনিদা! ওহ্োক্লা তিন্নবা নুংঙাইরোইদৌবা নুপা অমনা মান্নবা শিনফমদা চংশিল্লকপসে।"

হায়বগা তৌবগা মান্নরে; মোচাবীগা মাগী নুপী পেমচাগা মখোয়গী আলু তানবদা মীগী আলু খরসু য়াওনা তানবা, কোবী হেকপদা মীগী য়াওনা হেকপা হৌরকলে। নোংথোন মতৈ-মনাও মবুক্তা নুংঙাইতবা লৈরবসু নোংমতা মীঙোন্দা হায়দোক্তে। মখোয়না খল্লি — "মথংগী শিজনদদি মোচাবীগা মান্নদবা মনা-মশীং ওইনা থারগে!"

অদুবু মোচাবীগী মতৈ-মনাওসু নোংথোন মতৌ মনাওনা থাবা মলা-মশীং চপ মান্নবা থাদুনা লোকপা কান্দা থরা লোন্না লৌবা য়ানবা থৌরাং অদুম তৌরক্রে। মীওইবগী কোক হায়বসিসু কন্তবা তৌবা য়ানবা কোক্তি লায়না হেক্তা থোকই; অদুবু অনৌবা অকবা হৌদোকপদি লুনা থোকই। অসুন্না নোংথোন্না থাবা মনা-মশীং, মহৈ-মরোং ভংথায় অমরোমদি মোচাবী মতৈ-মনাওনা লোন্না হল্লদুনা হেক্লগা য়েনখিবনা নোংথোন অমদি লৈবাক্রেদি কান্নবা থরা মবাখলে। অদুবু মীগী পোং হল্লগা য়েনবা মোচাবীসু থোইনা কগথলকপদি উদে।

নোংমদি লৈবাক্রেনা মহৈ-মরোং শঙলম্বদগী মুমদা ওনা হলবা শারগা লম্বীদা লোতুনা লৈরগা মোচাবী অমদি মাগী নুপী পেমচানা মহৈ-মরোং হেক্রিঙেদা ফাগে চপ মুনো থল্লম্মী। লৈবাক্রে চৎখ্রে খন্দুনা মোচাবী মতৈ-মনাও চংদুনা নোংথোনগী নীংথিনা মপুং-ময়ে ফারবা হবাই থরাক্তু হেকপা হৌরম্মী। লৈবাক্রে লোন্না পাকথ-পাকথ অমুক মফমদুদা হল্লক্লগা মোচাবী মতৈ-মনাওনা হবাই-থরাক হেক্রিঙেদা মনাক্তা লেপ্লরে। মোচাবী মতৈ-মনাওদু তৌফম খঙদদুনা হবাই থরাক হেকপদু ঙাইহাক লেপ্নি।

লৈবাক্রে — "ও। নহানমখৈ ঐখোয়না খল্লম্বদু ঙসিদি লোইনা ভাব তারে।"

মোচাবী — "করিনো ভাব তারিবো?"

— "হয়ানবা ফারে হায়বা।"

— "হৈ! অদুম্না হায়জনু! নং নখৌরিদু মেৎলগা হাৎলুরা?" অসি হায়বগা মী কনাসু লৈতবগী তাঞ্জা লৌরগা মোচাবী চেনশিল্লক্তুনা লৈবাক্রেগী মখৌবিদা মেৎলরে। মোচাবীগী নুপী পেমচানা চেনশিল্লগা থাম্বদগী মোচাবীগী খুবু থাদোরকই।

মোচাবী — "নং কবিগুম্বদা ঙসিগী থৌদোকসি ঐখোয়গী খুঙংসিদা কনাগুম্বা অমদা তম্বদগী হেক তারক্রবা নখোয়গী ইমুং লোইনা তুন্নে খঙউ।"

লৈবাক্রে কপ্না কপ্না ময়ুমদা হল্লকই। থম্মোই শোকপা পাউদু কনা অমগী মফমদা তমখিদ্রে; মপুরোইবা নোংথোনগী মফমদা ফাওবা তমখিদে। অহীংদা মমঙদা হেক-হেক কিবদগী লাউরকই। মপুরোইবনা মসিবু লাইকা ওক্লসক্লব্রা হায়না নুংশা থীজে। নুমিত্তুদগী লৈবাক্রে লৌবুক্তা অমুক হন্না কুমখিদ্রে?

তাং ২৩/২/২০০৬

# পান্দম ফংনদবা

শুগনুগী খাইদেম নোংয়াইহ্ ইম্ফালগী বামোন লৈকায়দা হোংগৎলগা ইম্ফালদা লৈরকপা চহী তরমন্তারোম হায়রক্নে। মানা খাইদগী পামজবসি মাবু মীনা ইম্ফাল মচা ওইনা উবীবসিনি। অদুবু মীনদি মাবু লৈকায়দুদা মশক তাকপদা শুগনু নোংয়াই হায়রগা খঙবা হেল্লি। কনাগুম্বা খরনদি মাগী অশাওবীসি মাগী মমিংগী মমাঙদা শুগনু পনবসিনি হায়নৈ। অসুন্না নোংয়াই মচানুপা মচানুপী পাখঙ-লৈশাবী ফারক্লুনা কলেজ তম্বা, ইউনিভর্সিতি তম্বা য়াওরক্নে। মশাসু মণিপুর সরকারগী মতমগী হৈনবী চপ চানা খঙবা ওফিসার মচা অমা ওইরক্নে। হান্না গাড়ী চাকা অনী পানবী তোংলম্বদগী চাকা মরি পানবী ওইনা তোংলক্নে। মচাশিংদি অয়াম্বনা ইম্ফালগী হৈনবীদা চপ-চানা চুশিন্নরে।

অশোমদা কৈসামপাত্তা লৈবা লাল্লমনিসু কুম্বীদগী হোংগৎলক্লুনা ইম্ফালদা লৈরকপা চহী কুন্নোম শুরক্নে। লাল্লমনিসু লৈকায়দুদা মীনদি কুম্বী লাল্লমনি হায়রগা অদুম খঙনৈ। মাসু অদুমঙাই, মশানা মশাবু ইম্ফালনি খঞ্জবনা হেন্না পামজে। মানা থবক তৌরিবা ওপিসতকাদি মীনা মাবু কুম্বীদগী হোংগৎলকপনি খঙদনবা য়াম্না কন্না হোৎনজে। অসুম্না মাসু কনাগুম্বা কুম্বীদগী নোংম-ফাদোক মাগী ওফিসতা মাবু উনবা লাকপা য়াওরবদি মী খঙখিবা তারে খন্দুনা মপান্দা থুনা মীদু পুথোক্লগা বারী শানগনি। মখোয়না খুঙ্গংদগী হোংগৎলকপনি হায়বসি মী অতৈবু খঙহন্নীংদবদগী ময়ুমদা থায়না লুনা তিন্নরম্বা মরুপ-মপাং নোংম-ফাদোক লাকপা ফাওবা লাকহন্নীংদবগী বাখলগী থাক য়োরক্নে। মতমগী মতুং ইন্না বামোন লৈকায়দা লৈবা নোংয়াইসু কৈসামপাত্তা লৈবা লাল্লমনিসু অনীমক মচা পাখঙ-লৈশাবী ফারক্লুনা ইম্ফালগী নিংথোল লৌরকপা অমদি ইম্ফালগী মীনা মশক হাইফেৎ খঙনবা ইমুংগী মচাদা মচা থাজনীংবগী বাখল তৌনরকই।

মীনা শেম্বনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বদুনি। নোংমা লাল্লমনিগী মচানুপা ললিত মাগা মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা ক্লাস অমত্তদা তম্ন্নিবী লতাগা নুংশি মরী লৈনরক্লুনা চেল্লক্রে। লাল্লমনিগী পুক্লিংদা ললিতনা চেল্লক্লিবা নুপীমচাদু মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা এম এ তম্লিবীনি মচাগসু ক্লাস মান্নে, মশকসু থোইনা বাত্তবদুদা থোইদোক্লা হরাউবা গোকচৈ। মশাগী ভান অমা লৈবদু মচানুপাগী মমান্নবা অমদা থৌহল্লগা লৈকায়গী অহল অনীগা বামোন লৈকায় তানা হায়দোকপা লাকই। মথোয়না বামোন লৈকায় মচিন য়ৌরকপদা অঙাং খরা লম্পাক্তা শান্নরম্বদুদা ওনশিল্লগা হংলুবনি — "ইবুংঙো বা অমত্তা হংগে, খাইদেম নোংয়াইখোয়গী য়ুম খঙব্রা?"

অঙাং অমনা — "শুগনু নোংয়াইগী য়ুম ওইরমগনি, মচানুপী লতাদু ঙরাং কৈশামপাক্তা চেনখ্রে হায়বনি।"

বাহৈদু তাবদা লাল্লমনি মকোক তাপ পায় — "করিনোনে অঙাংসিনা হায়রিব্রসিবু অচুম্বরনে?"

শোমদা নোংয়াইগী য়ুমদসু হায়দোকপা লাকপা য়াই খল্দুনা লৈকায়গী অহল অমা অনী ফল্লগা বারী শানদুনা লৈরি। অহল অমনা — "কৈসামপাক্তগী পি দবলিউ দিদা এ ই ওইবা লাল্লমনি হায়বদি য়ুম্নাক্তু মোইরাংথেম ওইরবদি ঐনা খঙলিবা নুপাসি শোয়দনা ওইগনি, মাদি কুম্বীদগী হোংগৎলকপনি"। নোংয়াই বাহৈদু তাবদা শকফম খঙহন হজ্লিনখি। মানা খল্লি — "অস। ঐনা ইচা লতাসি ইম্ফাল অশেংবা অমদা থাজগে খল্লুবসিদি লাইনা য়াদ্রবোইরে। খুঙ্গংদগী হোংগৎলকপদা থাজগদবা ওইরবদি মহৌশা ঐগা লুনা তিন্নরকপা শুগনুদগী হোংগৎলকপা মরুপ চাওতোনগী মচা ইঞ্জিনীয়রদুদা ওইনা পীজরম্বনা ফরম্বনি।

তাং ২৩/৩/২০০৬

# য়াওং ইনবা

মুনাল খুঙ্গংদগী ইম্ফালদা লাইরিক তমদুনা লৈ। মানা লৈবা ইমুংদুগী অমত্তা পোকপী তিলোতমাগা নুংশি মরী লৈনরক্নুনা মখোয় অনী চেন্নে। ইমুং-মনুং য়ানবদগী লুহোংলবা তুংদা নুপী ময়ুমদা লৈরে। মুনালগী খুঙ্গংগী মচিন-মনাও খরা য়াম্মী। হান্নদি মুনালগী চাননবা চহীদা ফৌবোৎ তরানিথোই পীরক্লুম্বদু কুমসিদি পীরক্লে। ইম্ফালগী ইমুংদুনা খরা ইনাকখুনবগা মুনালসু সরকারগী থবক অমা ফংবদুদা মুনালগী মপা কোশোনা কুমসিদি ফৌথোকসু কয়া লৈতবদুদা তন্নক্তবনি। অদুগী মথক্তা কুমসিদি মচানুপী অতোপ্পী বালা লুহোংবীনবা বা খন্নবসু লোইরবনি। অদুবু মীওইবগী অপাম্বদি লায়র-ইনাকখুনবা থায়দে। তিলোতমাবু পোকপা কহাইনা মাগী নুপী চাউবীদা তক্তনা হংই, — "মখোয়গী মুনালগী ফৌদুবু কুমসিদি থিন্নক্তে, করিগীনো?" চাউবীসু অদুম খুমমী — "খঙদেনে মোয়বা! মখোয়গীসিবু ঐখোয়বু উশিত্তিবা হায়দুরা? মচাসিগী শরুক করিমত্তা থুংলেরোই খন্নবজাৎলা?"

অসুম্না মতৈ-মনাও বারী শারিঙেদা মুনালবু পোকপী লোইদাং মচা-মমৌগী চান-থরম্নবা য়েঙ্খাং-নাপী খরা খাউ অমদা য়াম্নগা চংলকই। মাঙোলদা কাখৎলক্নুনা ফন্নগা অহল অনীদুগা বারী শানৈ।

লোইদাং — "তাইবুংঙো! কুমসিদি নমৌ নুপী অমখক্তং য়াওবদো হায়ন-শীংনদুনা লুহোংবীরসিরা খনবদগী ফৌথোক্লগা কয়া লৈতবগা ইচাগা-ইমৌগা চাননবা ফৌদি পুজরক্লে বারৌবীবা য়দেকো তাইবুংঙো! মথং চহীদা খরা হেন্না তমজরক্লগে?"

চাউবী — "ইবেম্মা লোইদাং! করিনোনে নখোয়গী বাদুবো, নচা নুপাসি ঐগী ইচানুপী লৌবে পীজরবোই সিনিনে? মাগী-মাগী শরুক হায়বা অমদি লৈরিদনা? মাগী লৌ শরুক অমত্তা পীররোই হায়রিব্রা? ইচা লৌগ্রিঙেদনা লুনা তৌরম্বা, ইচা লৌরগনা ঐখোয়বু লোইনা তৌরো হায়দুনা থৌশারক্তবা, মদুদি লৈবাক্কী চৎনবীদি নত্তেকো ইবেম্মা।" কেশোদি ইমুংদা চংখ্রে।

ইকায়রপ তৌনা লোইদাং — "ইনম্মা! নচন্না লানথ্রে, মোয়বাবাগা তান্নরগা ভন্ন-ভন্নবা পুন্না, লন্রো তৌরগা ইনম্মখোয়গী শোয়দনবা থিজ্জরক্লগে?"

মুনাল ভসাইদগী মপান্দা ভানেরিবশিংদু ইমুংদা তাবদা য়ান্না বারম্মী। মা মপাল থোরকই।

মমাদা ওনশিল্লগা — "ইমা! ইতোমতা লাকপ্রা, বাবাদি য়াওরক্রা? ইচন বালাগী লুহোংবনা কমদৌরবা?"

পুক্লিং নুংশিরপ তৌনা — "ঐ ইতোমতা লাকই, নচনগী লুহোংবগী ব্বা খন্নবদু নংসু নোংমতং লাক্নুনা নংগী বাবাগা তান্নরোলাউ।"

— "ইমা! ঐ ভসিমক ইমাগা লোইননা য়ুমদা চৎলগা য়ুমদা লৈরগা ইচনগী লুহোংবগী ব্বা খন্নবদু য়াওরগে। অদু ইমা ঐনা হোরেন থবক হল্লকপা ফাওবদং ভাইবীরব্বা য়ারোইদ্রা?"

— "ইবুংঙো মুনাল! ইমা ভাইররোই। ইমা তন্না অমুক হনথ্রগে? নখোয় বাবাদো মশাদু কয়া ভমহৌদে।"

— "বাবাবু করি ওইনা ভমদবনো ইমা?"

— "খঙদে, লোকতা পঙখুদা খুই, ইমা চৎলগে?"

মমৌ নুপী তিলোতমা কৌথোক্লগা মানা পুরকপা খাউদু শিন্নে।

তিলোতমা — "ইমা!" হায়না থোরক্লগা খুরুম্মী।

— "ইচাগী মঙ্গল ওইয়ু।"

— "ইমা! ঐদি ইমা লাকই হায়বা খঙজহৌদ্রে। কয়াম কুইরগে ইমা য়ৌবীরকপা?"

— "এ! ইনেম য়ৌরকপদা ভাইরিদা!"

— "ঐখোয় ইবেম্মগী লুহোংববু করি থাদা তারবগে? মোয়দানা অদুদা হায়দুনা লৈরিবনি।"

— "নুমিৎ লেপ্পবা নথব্রিদা, চুন্না খন্নবা হৌবদা ভাইরি। অদু ইনেম চৎনবা তৌরগে?"

— "করিনো ইমানা লাকপগা চৎলগে হায়বীরিবসিবো? ওসি অহীবসি লৈরগা ইংনা-তপ্না হয়েং চৎপীরো?"

— "ইনেম লৈররোই, নকুবোত্তু মশা করা ভমহৌদে। নংবু নশাদু করিসু থোইদোকপা তৌদবা নংত্রো?"

— "করিসু তৌদে ইমা! ইমা চাক লোইরে, চাখোম অমত্তং চাবীখো-ও!"

— "ইবেম্মা! ইনেম চাররোই।"

মুনাল — "ইমা সে! লুপা চাম্মসিনা ভারা ওইনখো!"

— "ইমাগীসু য়াওরিদা!"

— "সে! ইমা! হোরেন ইচন্নুপীদা নুমিদাংগী ঐগী চাক খরা হাপ্পু হায়বীরম্মু!"

— "হোয়, হোয়, ইমা য়ৌরগে, ইবেম্মা! নায়েক্কনু, ইনেম য়ৌরগে?"

— "হোয় ইমা!"

— "হো ইনম্মা! নচন অমুক চৎচরে। ওসি নোংম-নীনি লৈরগা ফৌদু থিঞ্জরক্রগে?"

— "য়ৌরো, য়ৌরো, ইবেম্মা!"

লোইদাং ঝাখল ইনুং-নুংঙাইতনা মচাগী য়ুমদগী থোকখি। লোইদাং থোকখ্রবা তুংদা মুনাল ওসাই মনেম-মকুনা মাগী মায় ইয়েং য়েংবীদনা অপোকপী মমাদা থাখিবা খোন্দু খল্লু-খল্লুরগা অসুম শাওনীংলকপগুম তৌরকই।

তিলোতমাদা ওনশিল্লগা — "ঐসে নখোয়গী ইমুংসিদা য়াওং ইল্লিবা নুপানিকো! ওসিদগী ঐ য়াওং-ইনবা হায়বা মিংদু মুৎথৎলগে? নংনা ঐগী ইতুং ইনগে হায়রগদি হোরেন ঐনা য়ুমদা চৎপদা য়াওনবা থৌরাং তৌরম্মু! ঐ থবক কারুখিগে?"

ঝাহেদু হায়রল্লগা মুনাল মাগী ওফিস কাখ্রে। তিলোতমা মপুরোইবগী ঝাহেশিংদু মঙোন্দা ফাগি তৌরিবোই খনখি।

নুমিদাংবাইদা মুনাল ওফিসতগী কুল্লকপগা — "তিলোতমা! ঐনা ওসাই অয়ুক নংঙোন্দা হায়বদো, নং থৌরাং লোইরব্রা? ঐদি ওসি য়ুমদা চৎলিবসি অমুক লাক্লরোইদবনি।"

— "করিনো, মোয়দানা হায়বীরিবদুবো? ঐবু ইশুক-শুক্লা থোক্লে, মোয়দাদা কনানা করি হায়বা য়াওরবগে?"

— "অদু নংদি লোইশিন্নমত্রবনিনা লৈহৌবা তাক্লেনে! ঐ চৎলুখিগে?" অসি হায়রম্লগা মুনাল খবা শাওরপ্না থোকখি।

তিলোত্তমাগী মমা চাউবী চংলক্লগা — "ইবেম্মা! মুনালনা করি হায়রম্লিবনো?"

— "খণ্ডদে, ইমা য়ুমদা চৎলুখিগে, মাদি অমুক হল্লক্লরোই হায়রম্মী। ঐবুসু মাগী মতুং ইনগত্রা, ইন্দ্রগদি কৌবসু লাক্লোই হায়রম্মী। ঐ ভাব অমা তাবা ঙমদে। হৌজিকপু ইশা বাই শংদ্রবা মতমসিদা!" তিলোত্তমা হিক্লা-হিক্লা কপচৈ।

— "ও! ঙসাই ঐনা মমা লাকপদা কুমসিগী মচানা চাননবা ফৌ পীরক্তবগী মরম হংলুবগী শোয়দনা ওইবমগনি। বাখল, পুকচেল পীকপা চপ মান্নবা-মখোয়গী কাংবুনি। লবায় মচা হায়বদু মসিবু কৌবনি।"

— "ইমাদি কৈদৌবগী হায়বীরুরিবা? ঐখোয়বু চাননবা লৈতবসু নত্তনা, ইচম্নুপী অমসু লুহোংগনি লাংলিবনি, মচানুপা থবক তৌবগী পৈসা পুংথবগী বাবসু লোইদ্রিবনি। ঙরাং অহীং মাগী য়ুমগী অবাকগী বাখলদা তুমদনা অহীংচুপ্না বাজবনি। মাসু কুমসিগী ফৌ পীরক্তবসি ইমা-বাবাগী মমাঙদা ইকায়জে হায়জবনি।"

— "হে! নংগী-নংগী আলগ-আলগ হৌজিক্তগী তালহৌদ্রগদি তুংদা করিমত্তা ফংলোইদৌরিবনিনে ইবেম্মা! নংশি ওম্থোক্লা পঙখ্রেদকো!"

— "ইমাখোয়না নচাগীদমক খনবগুম মীগীসু মচা তরেৎতুগী লোইনমক খন্দবা য়াদবনি। মানা য়ুমসিদা অমুক হল্লক্তবদি ঐগীদি য়ান্না ফজবনি!" অসি হায়বগা তিলোত্তমা হিক্লা-হিক্লা কপ্পী।

ওম্থোকপা দাউ হায়বদুনি, মুনালনা চৎখিবা নুমিদাংদুদা নহা খরা লাক্লগা কহ্নাইগী অরৈবা সনা-লুপা মখৈ খোমদুনা পুখিরম্মী। পাউদু খব্বরদা য়াওরকপদগী মুনালনা থেংনদুনা মাগী ইমুংগী মীশিংদা তম্মী।

কহ্নাই মতৈ-মনাও মচানুপী তাহন্দনা থৌদোক্তু মুনাম্না শীল্লগা তৌবা ওইরমগত্রা হায়না হাইফেৎ চিংনখি।

শোমদা ফত্তবা থৌদোক অমা থোক্লবদি হংদ্রবদি ফজদে খরা চৎলু হায়না মমানা হায়বদা মুনাল্লনা য়াৱমদে। মচানা য়াদ্রবদুদদি কেশোগা লোইদাংগা পুন্না ইম্ফালদা ফৌ পুরগা কারকই। কহ্নাইগী নুপী চাউবী অমদি তিলোতমা তেংথাদুনা কপ্পুনা লৈরম্মী। তিলোতমা কপ্না-কপ্না মনেম-মকুবু খুরুম্মী। তঙাইফদনা কেশোনা কুলি থিরুদুনা ফৌপোৎ তরানিথোইদু হোনজিলহল্লে। য়ুমদা চৎনবা তৌরগে হায়রকপদা তিলোতমা মফি-মরোল য়োন্নগা — "বাবা! নমৌবু খরা পুবীয়ু" হায়জরকই। কেশোগা লোইদাংগা অনীনা মমৌ নুপীবু খুঙ্গংদা পুরগা চৎথিবদু কহ্নাই অমদি চাউবী বা অমত্তা ঙাংবো ঙমদনা মিৎলু পিরাংগা লোইননা য়েংদুনা লৈহৌই।

তাং ২২/২/২০০৬

# মুক্ষবা

নন্দেশ্বরী মশক-মতৌ লম য়ৌনা ফজবী, চুং-ফিরাল চাবী লৈশাবীনি। মাবু চিফ ইঞ্জিনীয়র ওইবা কুপ্নবীধুগী মচানুপা গৌরশ্যামনা পামজদুনা তোয়না থেন্মী। ইনাক খুনবা কার তোংবা খর্চ চাউবা গৌরশ্যামনা তোয়না থেম্বদগী নন্দেশ্বরী গৌরশ্যামগা মরী লৈনবা হৌরে। কোয়বা, লংবা, পিকনিক চৎপা কয়া তৌদুনা লৌন-লৈনবগী থাকপু য়ৌরক্রে। নন্দেশ্বরী পঙনুং-নুংঙাইবা ইমুংগী মচা নত্তে। নেংমা ফিলম নম্বা কাংবু অমনা হেরোইন কুপ্নবা থিরকপদা নন্দেশ্বরীগী মশক-মতৌ ফজবদুদা ফিলম কুম্বা য়াগদ্রা হংবা চংলকই। হান্নদগী ইথক-ইরাং খরা পামজরকপগা য়াই কুমগে হায়দোকখ্রে। ইমুংগী অহল-লমন্নসু মশানবু য়ারবদি কায়দে হায়রে। বাফমদু য়ানরবনিনা মথংগী নুমিত্তা নমগদৌরিবা ফিলমগী মতাংদু তন্নবা নন্দেশ্বরী ফিলম কাংবুনা ভান অমদা পুরগা চৎখ্রে। শোমদা গৌরশ্যাম পাউদু তাবদা হায়নিংঙাই লৈতনা শাওরম্মী। নন্দেশ্বরীগী ফিলম নম্বদা ফংগদবা পৈশাদু মা ওইনা পীরগে ফিলম নম্বা য়াওগনু হায়বা লাক্রে।

ফিলম নমফমদা নন্দেশ্বরীগা মরৈ কন্না তৌনরকই। নন্দেশ্বরী মাগী নুংশিবগা ফিলমগা করম্বনা হেন্না পাম্বগে হংবদা — "ঐ নুংশিবদি থাদোকপা ঙমগনি ফিলমদি কুমদবা ঙন্নরোই" হায়রক্রে। গৌরশ্যাম নীংবা কায়না য়ুমদা হল্লক্রম্মী। মা নন্দেশ্বরীগী বাখল থাদোক্লগা নন্দেশ্বরীগা লুনা তিন্নবী য়ুম্লোন্নবী উমাবু অমুক থেম্বা হৌরকই। উমাসু গৌরশ্যামগী অবাবদু য়েংবা ঙমদদুনা মানা হায়বদু য়াবা হৌরকই। কল্লক মাং চাং তাবা য়াদে হায়বগী মতাগুম গৌরশ্যাম থুনা উমাগা চেন্দুনা লুহোংলে। নন্দেশ্বরী ইকায়-নুংশি য়ানবা মতাং ওইবদুদা য়ুমলোন্নবী মমান্নবী উমাগী লুহোংবদু য়াওদ্রে। মাসু মখোয়গী মতৌদা লেন্নবা অমা য়াওবগুম তৌবদুনা থম্মোইদদি য়াম্না চাকখি। হনবা লৈতনা ফিলমদা নৎত্রগা করিনো অমদা মণিপুরগী মীনা য়াম্না তান্নবা মশক-নাইবা মী অমদি ওইগে খনখি। চহী অমগী মনুংদা মানা কুম্বা ফিলম

অমদা বেস্ট এক্ট্রেস ফংখি; মিস মণিপুরসু মানা তাখি। মাগী মশকসু হান্নদগী শরুক কয়া হেন্না ফজবগুম তৌরকখি। লম্বী - শোরোক, লৈরক-খুল্লক মাগী বারী, মাগী ফিলমগী ফোটোনা বাই চাইরকখি। মাবু খুঙদবা মণিপুরগী অঙাং, অহল অমত্তা লৈরক্রে।

শোমদা গৌরশ্যাম কোটৌশিংদু উরুরগা, মীনা ঙাংনেবদু তাররগা মাগী ওইরম্বী নন্দেশ্বরীনা মীয়ামগী ওইখিবদুদা হেন্না-হেন্না চাকখৎলকই। নন্দেশ্বরীগী বাখলদা য়ু থল্লকই, য়ুমগী নুপী মীরাইবা হৌরকই। নন্দেশ্বরীনা কুম্বা ফিলমগী সি দি লৈরক্লগা লোন্না কাপ্তুনা য়েংই। নন্দেশ্বরীনা হেরোদুগা য়ান্না নকশিন্ননা বারী শাবা, ফমুংগী শিন, বেটনা ফাবা মতাং য়াওরকপা উবদা য়েংলিবা টি ভিদু থুগাইরসিরা ফাওবা খল্লকই। শোমদনা নন্দেশ্বরীগী মিংদি নোংম-নোংমগী ফাওগৎলক্লি।

নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লম্মী। গৌরশ্যামগী মপলগী মচা ময়াম্বা ডাক্তর নবচন্দ্র নুপী অমগা হায়ন-শীংনদুনা লুহোংবগী বার্ত্তোম্নচিংবা চৎপা লোইখিরম্মী। হয়েংদি হৈজিংপোৎ পুরগা মশেম য়ুমশকৈশা নুমিত্তা লুহোংনবা লাংবা পুন্নেই লোইরে। অদুগাদি হয়েং হৈজিংপোৎ নুমিৎনি হায়বগী নুমিদাংদা নুপীদো মাগা হান্না নুংশিনবা নুপা অমদা চেনখ্রে। ইকায়বনা ইমুং-মনুংদু লৈমায়দা অহোবা চংবা য়াবা মখুল লৈরবদি চংলসিবা খন্নরক্লবা মতন্নি। লুহোংগদবা বরদুসু অচম্বা নত্তে ডাক্তরনি। ডাক্তর নবচন্দ্রসু করিনো তৌরিবসিবু ঐবু হায়দুনা ইকাইবনা মপান থোকপা ঙমদ্রে।

পাউদু মথং-মথং তানরকপদগী ফিলম নমফমদা নন্দেশ্বরীগী নাকোং য়ৌরক্লম্মী। নুপাদু চিফ ইঞ্জিনীয়র কুল্লবীধুগী ময়াম্বা য়ুন্নোম্ননা লৈমিন্নবা রাধাচরনগী মচানি ডাক্তরনি হায়বা তারে। নন্দেশ্বরী গৌরশ্যাম্বু অমুক্তং লমন শিংগে খনবগী তাঞ্জাদু লাক্লে খল্লি। মী অমা থারগা করিগুম্বা ডাক্তর নবচন্দ্রনা য়াবীরবদি নন্দেশ্বরী মশামক ডাক্তরদু অমুক্তং উনরগা ডাক্তরগী মায় ঙাক্কে হায়রকই হায়না তম্বীয়ু হায়রম্মী। পাউ পুবা নুপাদুনা নবচন্দ্রগী অহল-লমন উনদুনা মরিক চুন্না তল্লম্মী। অহলশিংদু য়ান্না হরাউনরম্মী। খুদক্তা কার অমদা নবচন্দ্রবু পোকপা মপাবুং রাধাচরন লাক্লুনা ফিলম স্টার নন্দেশ্বরীগা উনরম্মী।

নন্দেশ্বরী — "পাবুং ঐ ইশাগী ওইনদি য়াজরে, অদুবু ডাক্তরদুগা অমুক্তং উনজগে?"

য়াম্না হরাউনা চৎখিদুনা মচানুপা নবচন্দ্র অমুক থারকই। নবচন্দ্র য়াম্না ইকায়না নুমিদাংদা নন্দেশ্বরী উনবা লাকই।

নন্দেশ্বরী — "ঐ ডাক্তরনা নুংঙাইরম্লোইদবা অৱাবদু ইশাদা ফাওজে। মী অমগী লুরবা পুন্সিদা অমুক্তং থোকপা লুহোংবগী তানফমদা ইকাইবা নংবা অসিমুক বাবা অমা লৈরম্লোই খল্লি। মতাংসিদা নুপা অমগী ইজ্জৎ কনবা হায়বসি ঐনা খুইদগী মমল য়াম্বা পুংফম্নি খল্লে। মসি লেম্না থক মাঙলোই নীংই; অদুমক্তা ইশানা বাফমসি মী থারগা ফোংদোকচখিবনি। মসিদা অদোম্না ঐবু মমল লৈতবীনি হায়না খনবীগনু! ঐ লুহোংলবা তুংদা অদোম্বু ইপুরোইবা অমদা উৎফম থোকপা ব্যাবহার পুম্নমক উৎচগনি। অদোম্নদি ঐবু য়াম্না লাইনা য়ারকপনি খন্দুনা মমল য়াওদে খনবীগদ্রা?"

নবচন্দ্র — "লৈবাক্তা শকখঙনরবী মণিপুরগী ফিলমগী শক্লাইরবী, মিস মণিপুর তাবতা নৎতনা বেস্ট এক্ট্রেস এবার্ড ফংলবী অমনা অসুম্না ফোংদোকপীরকপা বাফম্বু ঐনা করম্না মমল য়াওদে খনগনি। ঐদি মঙ্গা লাইরেম্বী অমনা ঐবু নোরোক্তগী খুৎ পায়দুনা চিংখৎপীবগুম হরাউজরিবনি। অদোম্মুক পুকচেল চাউবী নুপীদি মণিপুরদা অনীগুনা লৈরমগনি নীংদে; অদোমদি ফজবগী মতিক থম্মোইসু বাংই। ইকাইবনা শিবা য়ারবা তাঙ্গাসিদা ঐগী ইজ্জৎ লৈখা তাবদগী কনবীগে থোকপীরকইবা অদোম্বু করম্বা বাহেনো থাগৎলসিগে?"

নন্দেশ্বরী — "অদোম, তশেংনা ঐবু লুনা তৌবীগদ্রা?"

— "করিগী তৌরোইদৌরিবনো, অদোম্বু রানীগুম থমজগে?"

নন্দেশ্বরী, য়াম্না থাজদনা — "অদু ওইরবদি ঐগী খুৎসে থাঙ্গৎলগা য়াম্না নুংশিনা অমুক্তা কিশ তৌবীয়ু!"

নবচন্দ্র মমায় পুবা ঙমদ্রমাম্লে, মরু লুকথম্রে।

— "বাশক্লবগী পুংফমদা কিবীরিবা করিগীনো অদোম থৌনা লৈবীয়ু। অদোম্না থৌনা লৈহৌদবদুনা অদোমগা লুহোংগদৌরবী নুপীদু মীগী ওইখিবগী মরম্নি। অদোমগী খুত্তু পীবীরকউ ঐ অমুক্তা কিশ তৌজগে?"

মাগী কিজবা মতৌদুদা ঙম্নরোই খঙবদগী নন্দেশ্বরী ফিলমদা মাদি তোয়না হৈনরবা থবক্লিনা করিমত্তা কিদনা নবচন্দ্রগী মখুত্তু পায়রগা নুংশিনা মথজাইদা থমহল্লম্মী অদুগা খুৎনমদা কিশ অমা তৌরগা থাদোরকই। নুপীনা অদুক থৌনা ফরগা ঐদি করিগী ঙম্নোইদৌরিবনো খন্দুনা নবচন্দ্র নন্দেশ্বরীগী মখুৎ থাঙ্গৎলগা মথবাক্তা চিংশিল্লম্মী অদুগা নুংশিনা খুৎনমদা চুম্নীরম্মী।

অসুম্না থম্মোইগী ব্বা মনুং য়ৌনা খঙনরবা তুংদা হান্না লেপ্নখিবা নুমিত্তুদা নবচন্দ্রগা নন্দেশ্বরীগা চাউনা লুহোংখি।

তাং ১০/৩/২০০৬

# লাইখিগী মমল

শোক ২০০4 গী লোইরমদাই মতমদা নোংমা মণিপুরগী নেসনেল হায়বে ৩৯ গী নোংচুপ থংবা শরুক্তা থৌদোক অমখক থোকখি। কপ্পা লাওনবগী খোঞ্জেলতনা নিনখি মফমদু; তমখিরবা থুগায়-খোকায়বগী থৌদোক অদুনা মী কয়াবু লৈফম-চাফম খঙহন্নখিদে; মিৎলুদগী পিবাং শীনথদুনা ৱানা চাক্লা খাঙহন্নবীখি। য়ুম্বুশিংদুনা করিসু তৌবা ঙমজদবনা লম্বীগী চিদাইদা লেপ্লগা মতম চংনা ৱানা শাজরকখিবা য়ুমশিংদু মথং-মথং থুগায়রকপা য়েংদুনা লৈনবা তাখি। সিফাই, সন্ত্রি কয়ানা নোংমৈ পায়দুনা ঙাক্লগা নংহৌররোই মতাগুম বুল দোদজর, জে সি বী থৌজিল্লকখি, য়ুমশিংদু থুগায়নবগীদমক। মথং-মথং থুগায়রকপা য়ুমশিংদুদা থাংদোকপা নংহৌদবা ইমুংগী পোৎশিংগী মরক্তা চাক থোঙনবা চফু-ইৱান ফাওবা য়াওরম্লগদ্রা হায়না চিংনবা পোকখি। অহানবদদি য়ুমশিংদু ফন কন্না খাংজরম্বনি। চেপ্তুনা, পৈনা ঙাইহাক। অদুবু ঙমখিদে খাংবা জে সি বী অমদি বুল দোদজরগী অকন্নবা শফুদুদা! লোইনা তুথরকখি মথং-মথং লৈমায়দা, অতেক-অকায় ওইনা।

পুং অহুম-মরিগী মনুংদা লোইখি য়ুমশিংদু থুদেকপা। কনা অমনা ৱানথরক্তুনা ঈশিং চাইদুনা লাক্লখি; কনা অমনা হোসপিটাল য়ৌনা পুখত্তুনা লাইকন্নখি। কয়াদা কন্নখ্রবা সবকাবগী হুকুল্লো? অদুবু থাগৎনবদি য়াওখিদে কনা অমত্তনা থৌদৌদুবুদি! খন্নখিবনি য়ুম থুগায়বীখ্রবা মীশিংদুগী থম্মোইদা — "নংসু নোংমদি ঐখোযনা নংলিবা চৈনাসি শোয়দনা ফংবা ওইয়ুকো!"

মীকপ-মীবাওখোল কযাদুগী মরক্তা য়ুম থুগায়বদি পুমলোই লোইখ্রে। হৌজিক য়ুম থুগায়বীখ্রবা মখোয়দি কদায়দা লৈগনি?" খঙদে, লৈফম লৈতে, হান্না থৌরাং তৌহৌদবনিনা! খনখিবনি ঐসু মতমদুদা — "ওইরমগদ্রা অসুন্না অমেরিকানা ইরাক্তা চৎথখিবা লান্দো?"

কল্লা শারম্বা নুংশাগী মৈশাসু খরা নেমথগ্রে, কপ্পা লাওনরম্বগী খোঞ্জেলসু খরা তপথগ্রে। অঙাংশিং নোংমগী থৌগায় লোইরদুনা স্কুলশিংদা ছুটি থানরক্রে। ঙসাই অয়ুক মমানা চাকঙন থোঙদুনা হাথু-হাথু পীজরগা স্কুল চৎহনখিবা হরিপ্যারি স্কুলগী ভান্দগী কুমথরকই। ভান মনুংদা তোংলিঙৈদা খঞ্জরম্বনি — "মানা ঙসাই চৎলমদাইদা মমাগী ফমুং মথাদা কাংথোল মখোঙদা থৈজিল্লগা থমজরম্বা লাইখি য়াওবা বোক্সতু ময়ুম য়ৌবগা চারা থুনা বাম্ব্রোক্লগা ঙাইহাক্তং নুমিৎ তাগ্রিঙৈদা শাম্নহৌগে!" লাইখিগী বাখল তৌনা-তৌনা ভান্দগী কুমথরকপা মতমদদি কদায়, মখোয়গী য়ুম পরেংদি? চহী তরুক মপুং ফাজদ্রিবী নুপীমচাসিগী মমিত্তা মখোয়গী য়ুম লৈরম্বা মফমদুদা নোংমৈ পায়বা চোরফোন মচুগী ফুরিৎ-খোঙগ্রাও শেৎপা সিফাই পরেং-পরেং লেপ্লিবদু উরুরে। অঙকপা মতৌদু উরব্বদা খনখি মাগী পুক্লিং মচাদুদা — "মঙ হায়বদুরা তৌরিবা মতৌসিবু?" ভাব তারকই মিৎনা কুপ্পদা মঙ নত্তে খঙলকই। মতোমতা পুক্লিংদা অমুক হংজরকই — "ঐখোয়গী য়ুমদি কদায়দা চৎখ্রবা, সুপ্রিয়াখোয়গী য়ুমসু পুন্না থুগায়খ্রবা! হোরেন নুমিদাংদি ঐখোয়দি কদায়দা তুমগনি? ইমা বাবাদুবু সিফাইনা লোইনা ফাখ্রবজাৎলা; মখোয়না করি লাল্লুবগীনো? ঐনদি করিসু লানখিদেকো!"

জ্ঞান মপুং ফাজদ্রিবী অঙাংসিনা পেরি-পেরিবা মায়থোংনা মমাবু কোয়েং-কোয়েং য়েংলকই। উরে, অশোম বাংমগী শোরোক্কী মতাইদা লৈরিবা পোৎয়ামদো। ইমুংগী পোৎ-চৈ পৈ-পৈদুনা অমগী মথক্তা অমা লোনখত্তুনা, নম্বো-নম্বো, মপুল-মপুল, লাংফৈ চৎপগী মওংদা লৈরিবশিংদু লোইনা উরে। কাংথোল খরসু চেপখত্তুনা লৈরে মফমদুদা। অদুদি ঐগী লাইখি য়াওবা উপুদি কদায়দা লৈহৌরবা?

তকথোকখ্রবা য়ুমগী লৈপাক্কী শরুক কেনখ্রবা ফক্লাংগী বাচেৎশিংনা মতেক-মতেক চাইনা-চাইনা তারি। কুপ্লম্বা জিংঘনা মতুম-মতুম তাশিন্দুনা শুপতেক-নাতেক অমত্তা লৌবা য়াদনা মাংহনবীরি। তেক্লবা মখোয়গী য়ুম লৈরম্বা মফমদুদা করিসু খঙজদবনা তিঙক-তিঙক লেপ্লুনা মতোমতা য়েংলি হরিপ্যারি। মানা খল্লকই — "হে অঙম্বশা! নখোয়সে ওম্ব্রোক্লা ফৎতেদকো! নখোয়না ঐনা ইমাগী কাংখদা লোৎলম্বা লাইখিদুবুদি ঐখোয়গী য়ুমদু থুগায়দ্রিঙৈদা ইমাদা হংলগা লৌথোকহল্লম্বা য়াবনি। নখোয়না ঐগী লাইখি উপুদু করিসু নত্তে হায়না খল্লগসু পীক্লিবা অঙাং ঐগীদি মদুনা থবায়নি; নখোয় মদু থিরগা ঐঙোন্দা পীবা ঙমগদ্রা?"

মানা খঞ্জরিবদু অদুক য়াম্বা মীশিংদুনদি করিসু খনবীথিবা লৈতে। চুন্না অন্তাং অমা-ইচম-চন্না লেপ্পগুম উবীখি।

অশোয বাংমগী লখীগী মতাইদা উকুল-বাইখুল তৈরবী মযানা খিন্দা অমত্তা য়াওদনা ইমোৎ-মোৎনা লৈমায়দা ফম্মি। হন্না-হন্না কম্মি, তেংথারি লেগুলা থুদেকপীগ্রবা ময়ুমদুগীদমত্তা। বারমগম্রা অসুম্না নোংলৈ-নুংশিৎনা হমদোকপীগ্রবা চেক্লাশিংসু? হরিপ্ত্যারি শোরোক লাহোক্লগা মমাগী মনাক্তা চংশিনখ্রে। মমাদু মচাবু উরগা মখোল হৌনা কপখৎলক্লে। মমাগী লেংবাদা তপ্না পায়রগা নুংশিনা মমাদা হংজরকই, — ইমা। ঐখোয়গী য়ুমদি? হোক্লেন ঐখোয় কদাইদা তুমদোইনো?" ইমা। ঐগী লাইথি উপুদু থিবা কংলগ্রোইদ্রা?"

তাং ১৮/৩/২০০৬

# মাদি চৎখিরম্লে

হোটেলগী মেনেজর চন্দ্রকান্ত ঙসি নোংমগী হিসাব শুবা লোইরগা ময়ুমদা চৎলমদাইদা হোটেলগী কাশিংদু মী লৈবগা লৈতবগা চানরিব্রা য়েংবা লাকই। ঙসাই অয়ুক ঙন্তা লাকখিবা নৌনা লুহোংলকপনি হায়বা চহী কুনমঙারোমগী নুপা অমগা চহী কুন্নীথোইরোমগী নুপী অমগা লৈবা কাদুগী মনুংদা নুপী অদো কপ্পগী মখোল তায়। চন্দ্রকান্ত চিংনদুনা মখোয়না লৈবা কাগী থোংদু কোক-কোক থীল্লুই। ফনা কুইনা থোংদু হাংদোরক্কে। অদুবু মানা হঞ্জিন-হঞ্জিন থোংদু থিনবদুদা থোংদু হাংদোরক্লে। নুপীমচাদু কপ্পুবগী মপিদু ইল্লিবা ফিদুনা তৈথোকই।

চন্দ্রকান্ত — "ইবেম্মা। করি তৌরে, নবুক্লিং অদুক নুংশিনা কপ্লিবদে?"

— "করিসু তৌদে তামো! মা হল্লকনি হায়রম্লগা হৌজিক ফাওবা হল্লক্লে তামো!"

— "মা হায়বদি ইবুংঙোদুরা? মাবু কদাইদা চৎখিবনো?"

— "ময়ুমদা চৎলগা অহল-লমন্দা পাউ পীরম্লগা য়াম্না থুনা ঐবু লৌবা লাক্কে হায়রম্বনি তামো!"

— "হায়রিসিবু নখোয় অনী হান্না লুহোংলগা লৌন-লৈনরবা নৎত্রা?"

— "নত্তে, তামো! মানা হায়ববু মা ইম্ফালদগীনি, মখোয়গী পাবুংসু অচৌবা ওফিসারনি, মমাসু কলেজগী ওজা ওই, মখোয়গী ইমুংসি মীনা মশক ফজনা খঙবা ইমুংনি; মাগা মমাগদি হান্নদগী ঐখোয় অনীগী মরী লৈনবসি খঙলবনি, অদুবু মখোয়গী পাবুংদি খঙদ্রি; মমাদা মখোযগী পাবুংবুসু য়ানবা থেমহনগনি হায়রম্বনি।"

— "মাগী মমিংদি করি কৌবা?"

— "জয়ন্ত কৌই তামো!"

— "য়ুম্নাক্তি?"

— অকোইজমনি তামো!"

— "লৈকায়দি?"

— "শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তগীনি হায়"

— "হা! এ! অদুদি ঐসু হায়রিবা লৈকায়দুদগীনি, নংনা হায়রিবা য়ুন্নাক্কা, মিংগদুদি লৈকায়দুদা লৈবা তাদে, ঐনা খঙবা বাৎপনরা। অদু, ইবেম্মগী মিংগা লৈফমদি?"

— "তামো! ঐ অমুক হিংগদবা লৈত্রবনিনা ঐগী মিংগা লৈফমগা তান্ত্রবগী কান্নদ্রে, ঐ তাকচররোই।"

— "এ! মদু হায়হেদে, অদুন্না হায়গনু! অদু নংগা মাগদি করন্না খঙনরুবা?"

— "নোংমা সিজ ফযারগী মতুংদা মীয়ামগী ওইবা অচৌবা রেল্লি অমা চৎখিবদুদা থেংনবদগী খঙনখিবনি। নুমিত্তুদা খঙনখিবদগী মা মরক-মরক্তা কার অমা পুবগা মতোমত্তা ঐখোয়গী খুঙ্গংদা ঐবু থিবা লাকখি। ঐসু বাখল থেনবী ওইক্বনা মাগী লৌনম লাংদা থুখিদুনা মাবু থবায়মক্লি খল্লুরে। মানা ঐবু ইম্ফালদা মরক-মরক্তা পুরক্লগা অচৌ-অচৌবা হোটেলদা পুশিল্লগা চানীং-চানীংবা অথুম-অহাও কয়া পীজখি; অদুগা মাগী অপাম্বা খুদিংমকসু ঐনা মনীং থুংহনখি। অদুবু ঙসিদি ঐ অপংবী ওইক্বদগী ইশা বাই শংদ্রে, তামো! ঐনা মাবু ঙবাং ঐ উনবা লাকপদা হন্দকমুক্তি ঐবু পুরগা চত্তবা য়ারোই হায়রুবদগী মাগী মতুং ইঙ্গবকখিবনি। ঙবাং অহীংদি ঐখোয় অনী অতোপ্পা হোটেল অমদা লৈরুবনি। মদুদা লৈবদি মী খঙনরকপা য়াই খনবদগী মফমসিদা অমুক লাকখিবনি; য়ুমদসু ঐবু শোয়দনা থিনবন্নগনি। মানা হৌজিক ফাওবা হন্নক্লিবসিনা তাকপদি মানা ঐবু মফমসিদা হন্দোক্লন্নগে খনবা শোয়দনা ওইবমগনি তামো! ঐ হৌজিক্তা মাবু যান্না চিংনবক্রে। ঐ হৌজিক করি তৌগনি?" অসি হায়বগা কপ্পী।

— "ঙাইখো, ইবেম্মা! নং জ্ঞান তানা অমুক্তা পোৎথাখো! ইবুং বা অমা হাযগে? নংনা থাজরুবা মহাক অদুসু লাকপা য়াই; মীগী মচানুপী অমবু তরাই-তবাই হেক্তা হন্দোকপা যাবোই। হৌজিক্কান্দা মসিগুম্বা থিজিনবা কাংবুসু যান্না লৈববনি। অদু ফবে, নংবু মানা লৌবা লাক্ত্রবদি নংগী ফিবেপ্তি কবিনো?"

— "তামো! ঐ শিবা নত্তনা অতৈ উপাই কবিমত্তা লৈত্রে।"

— "ঙাইখো! নং সংসথান অমদা পাউ পীবগা মাবু থিগৎহনবদি কমদৌই?"

— "তামো। ঐ মদুমদি তৌজরোই, ঐ শিখিবনা হেন্না মতিক চারবনি।"

— "এ! এ! মদু হায়রহেদে, নশক-নতৌ অদুক ফজবী নংনো করম্না অসুক নুংঙাইবা সংসারসি থাদোক্লগা শিগনি? অদুন্না থক খনগনু! অদু, নংগী য়ুমদা ঐনা থিনবীরবদি কমদৌবা?"

— "তামো! মদু হায়বীরগনু! ঐবু ঐগী ইবুংনো চিংনদুনা বাহং কয়া হংবা হৌরবনি। ঐগী বাফমসি মানা খঙলবদি ঐবু শোয়দনা হাৎকে হায়গনি; ঐ শিখিবনা হেন্না ফরে তামো!" অসি হায়রগা অমুক্কা হেন্না কপখৎলক্লে।

চন্দ্রকান্তা — "অরোইবা ওইনা ইবুং বা অমা হায়রগে? নং মসিমদি য়াদবা তৌগনু! নং ইবুংগী য়ুমদা ঐখোয়গী ননম্মদুগা পুন্না লৈমিন্নরব্বদি কমদৌই?"

মচিন্দদি খুমদ্রগা পুক্লিংদদি "হোটেল মেনেজর অসিনসু ঐবু মাগী নুপী অতোম্বী ওইগদবগী পাম্বা হৌরক্লব্রা" হায়না চিংনরকই।

— "করি খল্লি? ঐসে ইমিত্তা ইচা অমত্তা উরক্তবা চহী য়াম্লবনি, উগনি হায়বগী আশাসু থোইনা উদ্রে; ননম্মদুসু মচা উবা ফংদবগী অবাবনা নোংমতা নুংঙাইফম খঙজদ্রবনি। মানদি ঐবু নুপী অমা থিনবা ফন-কন্না হায়জবনি। অদুবু ঙসি ফাওবা ঐনা য়াদবদগী লৈরকপনি; নংগী অঙাং অসি ঐখোয়গী য়ুমদা পোক্লগদি ঐখোয় অনীগী ইচা ওইজগে তৌবনি।"

বাহৈদুনা নুপীমচাদুবু অমুক্কা হেন্না কপহনবীরে।

চন্দ্রকান্তা ফজবা বাহৈ অমদি পাউতাক কয়া পীদুনা থেম্বা য়াবা থেম্বদগী নুপীমচাদু কপ্পদি তোকখ্রে।

চন্দ্রকান্তা — "ঐ য়ুমদা থুনা চৎলগা ননম্মদুগা তান্নরব্রগা অমুক তন্না লাক্কে! নং চৎখোক্লমগনুকো!"

থবায়মক্তি খন্না থাজরব্বা মীশক অমনা ঙাইরম্মু হায়বগী ঙাইবগী থাক লাম্থোকখিদুনা ঙাইবা ঙম্লক্তবগী মৈচাক্লা শিরসিরা খল্লক্লবা নুপীমচা অমগী মফমদা অতোপ্পা অমনা অমুক ঙাইননবা বাফম অমা পুশিল্লক্লি। নুপীমচাদু থম্মোই পুবা ঙমদনা নুংহিক্লনা কপ্তুনা লৈহৌরে। হৌম্রবা নুপা ওইবগী লৌনম-বাহৈ কয়াদুনা মাবু নুং-পান ওন্না চাকহনবীরে।

শোমদা চন্দ্রকান্ত্র তাঞ্জা অমা ফংবদুদা অনৌবা আশা অমা পুরগা থুনা যাংনা য়ুমগী নুপী উনবা চৎখ্রে। নুপীমচাদুবু থেল্লগা থনম্বা মন্ত্রিগী মচা জয়ন্ত অপোকপী মমাদা অশেংবা ৱাফমদু তন্নুবদা মমানা মাবু মীওইনা হায়বীরক্রে; নুপীদু হৌজিকমক ময়ুমদা থিল্লুচো হায়না কৎ কঙ্খোক্লুনা লৈখিবদগী জযন্ত ৱা ঙাংবা ঙমদ্রে। মপাবুং মন্ত্রিসু তুর চৎখিবদগী হল্লক্তে? নুমিৎ তাশিল্লক্লবা, মমশিল্লক্লবা মতমসিদা অৱোইবা ৱাহৈ অমনা মমাদা কপ্না-কপ্না হায়রকই — "ইমা! ঐ ঙসি য়ুমসিদগী থোকথ্রবদি অমুক হল্লক্লরোইদবনি, নচাবু শিগ্রে হায়না লৌবীবো। ঐনা পায়রিবসি শিবা য়াবা পোৎশক্নি, ইমা নচাবু ৱারৌবীগনু, নচা চৎচরে।"

মমাদু মচাগী মমিত্তা ঈশুম ঙাংলগা ঙাংলিবা ৱাঙাংদুদা পাখৎপা অমা য়াওদুনা মচাবু তান্নে। খুদাং পায়রগা ইমুংদা চিংশিল্লি।

— "ইমাগী ইবুংঙো! ইমানা নতোমতা পোকপনি, নং অদুগুম্বা ৱাখল খনবা হৌনদে! ইমা নংগী পাবুংদো ওফিস য়ৌরক্লবা অমুক্তা হংখিগে?" মচাবু মনাক্তা ফাদুনা থল্লগা মপাবুংদা টেলিফোন তৌই। মন্ত্রি ওফিসতা য়ৌরকপদা ঙাইবম্মী। মমাগী ৱাদু তাবদা মপাবুংদি নুপীমচাদু মশক কমদৌই হংই। মীগী মচা অমবু ইরাই-লাইনা খনবা য়াব্রা; ঐখোয়গী ইচাসু মীগী মচাগুম্বনি; হৌজিকমক নুপীমচাদুবু লৌশিল্লুরো হায়রক্নে। মখোয়না খল্লুবগী ওন্ন-তৈনবা ৱাহৈদু তাবদা জযন্ত হবাউবনা লুতোন কাখ্রে। খুদক্তা কার থৌদোরক্লুনা ৱাখল নুংঙাইনা মমা-মচা হোটেল তানা নুপীমচাদু লৌবা লাকই।

অশোমদা হোটেল মেনেজর চন্দ্রকান্তসু মাগী নুপীদা ৱাফমদু পুথোক্লুনা মুন্না তান্নরুবদা হবাউ-হরাউ — "কোক পুবীরকপা যাত্রা" হায়বকপদগী নুপীমচাদু হৌজিকমক লৌকরসি হায়না মতৈ-মনাও হৌনদুনা লাকই। মাইকৈ অনীমক্তগী ইমুং অনীগী মী লোইনা মফমদুদা য়ৌরকপা মতমদদি কাদুদা মী লৈবগী খুদম লৈরমদ্রে। কাদুগী মমাঙ্গা ঙাইহাক ৱাখল তৌনা লেপ্লবম্লগা নাকল অনীমক নুপীমচাদু থিবা থোক্লখি।

তাং ১২/৩/২০০৬

# চীংনুংগী লাইরেম্বী

সপরমৈনা ইম্ফালদগী অবাংপাংনা কিলোমিটর কুম্ফারোম চৎলগা লৈবা চীংগী চাইনা তাবা খুঙ্গং অমনি। নেপালি অমদি কুকি জাতিনা নম্না তবা লমদমনি। মফমদুদা এগ্রিকল্‌চর এক্সটেনসন ওফিসর ওইবা ইম্ফালদগী রাজেন কার্টরদা মতোমতা লৈ। রাজেনগা তিন্নবা লৈকায়গী কুল্লা ইম্ফালগী গভর্নমেন্ট হায়স্কুল অমদা ওজা ওই। কুমসি চহীগী ওইনা গভর্নমেন্টকী স্কুল অয়াম্বা জুনগী তাং অমদগী কালেন ছুটি থারে। থা অমা স্কুল ছুটি থাবদুদা কুল্লা মাগী মরুপ রাজেনগী মনাক্তা নোংমা নীনিদং চৎলগা লৈরুসিরা খল্লকই।

কুল্লা মতোমতা লেংজুমদা বেগ অমা য়ানশিল্লগা লুপা চামগাখক পায়রগা সপরমৈনাদা কোয়বা লাকই। মানা তোংলকপা বসতু সপরমৈনা য়ৌদুনা খম্মী। বসতগী কুমথরগা রাজেনগী কার্টর হংলগা লাকপনা মফমদুদা য়ৌদুনা মরুপ রাজেনগা উনরে। নুংঙাই-নুংঙাইবা নহাগী ওইবা ৱারী কয়া শানদুনা নুমিদাংদু মখোয় অনী চামিন-থকমিন্নদুনা লেম্লে।

মথংগী নুমিত্তু নোংমাইজিং নুমিৎনি। রাজেন য়ুমদা চৎনীংদুনা লৈরম্বগা মাগী মরুপ কুল্লদা নোংম-নীনি কার্টব শংবীবম্মু ঐ য়ুমদা অমুক্তা চৎলুগে হায়রকই। কুল্লসু মদুনবু হেন্না পামজবগুম য়াইনে হাযরকই। রাজেন নুমিত্তুদা ইম্ফাল থোকখ্রে।

কুল্লা মশা-মউ য়াম্না ফৈ। ৱেথ-লিপ্তিং শান্নবগী পাম্বোমকাদু মত্রং-মত্রং কায়। মফৈগন অনীদু নোয়-পেন্না চাউই। থীক-থা ফন্না য়েংবদা চুং-ফিরান চাই, নুপা মাল্লি। মাবু উবদা মমান্নবা অতৈনা কল্লক্লবা শাবান্নি। অদুবু অদুক ফজবা কুল্লগী ফিভম মুর্ত্তিদু মাগী লমচৎ ফত্তবনা মরম ওইরগা মাবু জিমদগী তাম্থোরকখিবগী মরম অমা লৈখি।

কুল্লা রাজেন চৎখ্রবনিনা অয়ুক্কী চাক থোঙদুনা মতোমতা চারগা নুমিৎ য়ুংবা পুং তরানিথোইগী রেদিও দ্রামা তাবম্বদগী ঙাইহাক উইরুরে। নুংথিল পুং অনীরোম

তারকপা মতমদা লোংগ্রি অমা শেৎলগা তুরেলগী মাইকৈ তন্না লেংবান্দা তবেল য়াল্লগা, ফদি শাপোন্নচিংবা পুরগা কুমথরকই। নুংশা কন্না শারম্বদগী খজিক্তং নেমথরকপা মতমদুদা মনাক নকপা তুরেল মপান্দা হৌবা উপালশিংদা লমখুনু অনীখক খর্‌াং উশা অমদা তোংলগা কু-কু-কু, কু-কু-কু হায়না তান চানা-চানা খোঙলি। ঈশিং চেনবগী অতপ্পা মখোল অমসু তারি। চীংগী মখোল য়াকপী হরি, কৌজেং-হাবৌ, অয়াকপা খোঞ্জেল পুবী লমলক্কী উচেক কয়াগী লেপ্পা লৈত্রবা খোম্থাংনা মফমদু নিল্লি।

ঙসাইদগী ঙবাকপী অমনা অমুক্তং ফাগে হায়না লুল্লকপা ঙা অমা ফারগা মচিন্দা চিল্লগা উথক্তা তোংলগা ঙাদু হাউনা শেং-শেত্তুনা চাবা উই। চাবা লোইরগা অতোপ্পা ঙা অমমুক ফাগদবগী পাইথরকই। কুল্লসু উচেক্তুবু যেংনা-য়েংনা ৱাখল অমা খল্লুই। মফমদু মীদি চর্চ কানখিবগী নোংমাইজিং ওইবগী য়ান্না চিল্লবসু মহৌশা লাইরেম্বীগী অতৈ খুদোলদি লোইনা মথৌ তৌবি। কুল্লা ঈরু লুজনবা ফি হোংদোক্লগা নুংজাও অমগী মথক্তা মতোমতা মফমদুগী নিংথৌগুম ফমদুনা লৈ। মশাগী ফজবা পাম্বোম অনীদু থাঙক্তুনা মুক্তুনা মতোমতা কনাগুম্বা অমগা লম্বা তৌনীংবগী ৱাখল খনবসু মাল্লি। অমুকসু খল্লকই — "কনাগুম্বী মশক-মতৌ ফজবী চীংগী হেল্লোইগুম্বী অমনা পামজবা নুপা অমগী ৱাখলদা মফমদুদা লাকপা তাঞ্জা থোক্লবদি ওম্থোক্লা নুংঙাইথ্রগনিদা।"

কদোমগীনো কুল্লগী মরাইবক! মানা খনবা ৱাখল লোইথ্রিঙেদা মমঙদা থোকপা থৌদোক্কুম লাইরেম্বী অমনা শাযোন লৌরগা থোরকপগুম নেপালি লৈশাবী কুচু ঙৌবী, নাসিকা হুৎপী, চহী তরামঙারোমগী লোন ওইগদবী মশক-মতৌসু চংখোন্না ফজবী, মনাতোন তুমতক তৌবী অমখক মকোক্কী মশমদু ফি অপাবা অমনা পুল্লগা, মৈতৈ ফনেক অশংবা মঞ্জুনরবা অমা শেৎলগা নুপাগী ফুবিৎ চোল্লপ তৌবা অমা জিৎলগা মখুত্তা চৈ অমা পায়বগা, লেংজুমদা মখুমদা হাপ্পা খুগ্রি অমা মরীদা য়াল্লগা ষণ লাবা-অমোম মযাম অমা ঈশিং পীথরুবা তুবেল খোঙনুংদা হোইবগা কুমথবকই। ষণশিংদু কুল্লগী মনাক্তগী পাঙলাপ-লাপ্তনা পবেং শানা কুমথবক্লগা ঈশিং থক্লি।"

কুল্লগী মমিৎ অনীদু অতৈ অমদা যেংলুদে, নুপীমচাদুগী মশক্তুদা চাগদবগুম্না যেংই। নুপীমচাদুসু তুবেলগী ঈশিংদা কুমথবগা শেৎলিবা ফনেক্তু ঈশিং চোক্তনবা

খুকউ য়ৌনা চিংখৎলগা অমোংপা মখোঙদু চামথোকই। নুং অমদা ফমথরগা মমায়দু ঈশিংনা শেংনা তাথোক্লগা মকোক্তা পুল্লম্বা ফিদু লৌথোক্লগা মমায়দু ফিদুনা শেংনা তৈথোকই। মানা মকোক্কী ফিদু লৌথোকপদা মশম ময়ামদু চোইজাইননা তারকই। মমায়-মমিৎ তৈথোকপা লোইরগা মশমদু অমুক নীংথিনা পুনশিল্লগা ঙসাইগী ফিদুনা হান্নগী মওংদা অমুক ফাজিনখ্রে।

নুংঙাইরবা কুম্মে অমা য়েংবগুম য়েংলম্বা কুল্লগী থম্মোই নুপীমচাদুগী শকফমদুনা মী চিকপা মফম অমদি মতমগী খুদোংচাবা লৌরগা পুক্লিংদা অপাম্বনা কুপথিদুনা মশাদু খঙহৌদনা হং লাওনা শাগৎলকপগুম তৌখি।

নুপীমচাদু চৎখিদৌরে খঙবদগী কুল্লনা হা হৌদোরকই।

— "হো কানছি! নংবু করি নমিং কৌবগে? ইচন্দি মরম য়াম্না মোকইদা! নুংশা অশুক শাবসিদা নুপাসু নত্তনা যণ ময়াম অসি শেল্লিবনিনে? নশকপু ওম্ভোক্লা ফজখ্রে, যণ শেন্দুনা নুংশাদা নহাক্কী ফজবী মায়থোঙদু অরেম্বদা মাংহনগদবা পাম্মুইদা! নংবু নতোমতা যণ শেনবদুবু মী-লাইকা অমত্তা কিজদব্রা?"

নুপীমচাদু মাবু মশক ফজে হায়বদুদা থোইনা হেন্না হরাউজবগুম তৌরকমাগ্রে। মাদি নুপাদুনা মঙোন্দা নত্তবা মিৎয়েংনা য়েংলি হায়বদি থোইনা খঙ্গিল্লুদে। মরমদি অদুগুম্বা ফজদবা থৌদোক অমুক্তা মমাঙদা থেংনরক্ত্রি।

অদুবু কুল্লনদি ঙসাইগী ঙারাকপীনা ঙা ফাগদবগী লুমদুনা লৈরম্বদুগা চপ মান্ননা খল্লক্রি। মাগী হৈনবী লমচৎ-শাজৎ অমা হান্নদগী লৈরকপনা কুল্লা ঙারাকপীগী মতৌ লৌরগে খল্লকই। কুল্লনা মখা তারকই — "নংগী খুগ্রিদু থৌরমগদবা মাল্লিবো, অমুক্তা য়েংগে সিদা পুবকউনে? যণ শেনবদবু খুগ্রি পুরিদুবু করিগীনো? মী ফত্তবা থেংনবদা যান্নবগীরা?"

কুল্লগী ইচম-চম্বা বাঙাংদুদা নুপীমচাদুদি করিমত্তা খন্থরুদনা নোকমি-নোকমি তৌরগা কুল্লবু যান্না চম্বা মবুং অমগুম খল্লুদুনা মনাক্তা চংলক্লগা কুল্লদা মাগী খুগ্রিদু লৌথোক্লগা পীববে।

কুল্লা খুগ্রিদু পায়রগা — "সিবু কদাইদা শাবনো, ঐসু অমখক্তা পাম্মী ফংগদ্রা?"

— "নুপীমচাদু করিমত্তা খুমদে।"

কুল্লা খুগ্রিদু পায়রগা থাংগী ময়াদা খুবীনা নাল্ল-নাল্লগা "য়াম্না থোইনা সিদি" হায়রল্লগা খুগ্রিদু লাপ্পা লংথোকপীগ্রে। মীসু কনামত্তা লৈতবা মফম অমদি মতম্নি। কুল্লগী হোংলক্লিবা মতৌদুদা লৈশাবীদো কিজবগুম তৌরকই। চৎকে তৌই। কুল্লনা মখুৎ অনীমক পায়রগা লেংহন্দনা ফাজিনবীগ্রে। যণ ময়ামদুদি ঈশিং মবুক থল্লা থক্লগা শজিক চাবা অমুক হৌগ্রে। মখোয় ময়াম্বু নুংতিগী শেম্নবীরিবা লৈশাবীদুগী মরমদদি ঋণশিংদুনা করিবু খনবীরূগনি।

মশা-মউ ফরবা কনবদসু লম্বা থিবা ৱারগদবা কুল্লা নুপীমচাদুগা করম্না লম্বা য়াগদগে? অহনবা লৈরুবদগী মনুংদা সনা-লুপা হাপ্পগা অমুক্তা হাংদ্রিবা মমল তাংলবা গোদরেজ উপুগী শো ফক্কাইরগা মনুংদা য়াওরিবা হিরা, মণি-মুক্তা লোইনা তেংনা লুৎ তৌবীখিবগুম; নুপীমচাদুগী পুল্জিগী খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা চেংনা লুনা থমজবা পোৎ খুদিংমক কুল্লনা হুরানবীগ্রে।

মখোয় অনীগী মতৌদু যণ ময়ামদুদি করিসু খওজদবনা তিওক-তিওক লেপ্তুনা য়েংলি।

জ্ঞান তারকপদা গতি লৈজদ্রবী লৈশাবীদো কপ্পা-কপ্পা মফী শেমজিল-শাজিল্লগা তপ্পা হৌগৎলকই।

— "নবুক ফত্তবা মীতে নুপা! নং খওগনি, ইমাদা লোইনা তমগে, খুন্দা পাউ পীরগা নংবু হাৎহনগে।"

অসি হায়রল্লগা য়াম্না শাওনা কুল্লবু অথীবা ৱাহৈনা চৈর-চৈরগা মাগী খুগ্রিদু খুল্লুরগা পুল্জিগী অহানবা চৈনা অমা পুরগা যণ ময়ামদু হোইরগা ময়ুমদা হনখি।

লাল্লুরবা মীদি দন্দি ফংগনি হায়বসিমদি খওমাল্লে; কুল্লা ঈরু-লুজদনা য়াম্না থুনা মানা লৈবা রাজেনগী কাটরদা চেল্লক্লুনা কিমনবদগী কাটরগী থোংদু মপান্দগী শো লোল্লগা অতোপ্পা শো পান্দবা থোংদু মনুংদগী লোল্লগা মী লৈতবা শারগা মনুংদা লোক্তুনা লৈরে।

নুমিদাংদু মা মৈ থাগ্রে, চাক থোঙদুনা চাদ্রে। মী লৈতবা শাদুনা ইমুংদা লোৎলগা লৈরে।

লমদমদুগী মী অয়াম্বনা কুল্লা কনানো, কাটরদা মা লৈ-লৈতে থোইনা খল্লুবা নত্তে। মখোয়না খওবদি রাজেন খক্তনি, মাতনা লাল্লুবগী থবায় ৱাজবনি। অমরোমদা

নুপীমচাদুনসু কুল্লা কনানো করি লমদগীনো, করি থবক্কী মফমদুদা লাকপনো হায়বসু খণ্ডদে। লুপ্লাবী মমাদা থৌদোক্তু তল্লুবগী থোইনা কান্নগদবসু লৈতে।

কুল্লগী লাইবক ফবা হায়বা তাই, কনা অমত্তনা কুল্লবু হংবা অমদি থিবা লাক্ত্রে। কুল্লা বানা লেনবা অহীং অদু লোইখ্রে। মথংগী অয়ুক্তসু কনা অমত্তনা মাবু থিরক্ত্রে। কুল্লনা খল্লকই — "নুপী মচাদুনা কনা অমগী মফমদা মাগী ঐগী থোকখিবা থৌদোক্তুগী মরমদা তমথোক্রবজাৎলা?" অসুন্না কিনা-কিনা ঙাইবনা মথংগী নুমিৎ অমুক য়ৌরে। অদুবু কনা অমত্তসু কুল্লবু থিরক্ত্রে।

নুপীমচাদুদি মথংগী নুমিত্তসু মাগী নুংতিগী মথৌদি তৌদবা য়াদবনা ষণ ময়াম হোইরগা মফমদুদা ঈশিং পীথকপা লাকই। ঙসিদি ঙরাংগী মশা-মউ য়াম্না ফবা নুপাদু মফমদুদা লৈরমদ্রে। ঙসিদি নুপী মচাদুগী বাখলসু খরা ওল্লকপগুম তৌরক্লে। মানা খঞ্জরুই — "ও! মাদি ঙরাং ঐনা শাওনা চৈরম্বদুদা কিদুনা চেনখ্রবজাৎনি। মা মফমসিদা অমুক লাক্কদবা মান্দ্রে। করিগুম্বা ঐনা মাবু অদুক থীনা চৈরমদ্রবদি মা ঙসিসু মফমসিদা ঐ লাকপা শোয়দনা ঙাইরম্বসু য়াই। লৈশাবীদো অনৌবা পুল্সিগী অপাম-নুংশিগী বাখল অমা থৌদোক্তুগী মতুংদা তপ্না-তপ্না লাকপগুম তৌরকই। খল্লকই — "নুপাদুগী বাখল মাগী ঙরাংগী মতৌদুবু লানব্রনে? অকোযবদা হিংলিবা জিব অতৈদি ঐখোয়গী ইমাংদা করিসু ইকাইরুদনা লাব-অমোম অসিগুম্বা অপাম্বা লাকপা কান্দা অমনা হায়বদা অমসু অদুম য়াবা উই। মসিবু ঈশ্বরনা পীবকপা শিক্ষা ওইরোইদ্রা? পীক্লবা তুমিৎ কাংদগী হৌরগা চাউরবা শা-ষণ, উচেক-বায়া পুন্নমক মাগী-মাগী মতম লাকপা কান্দা ইরাং হৌরক্তুনা পান্নবদগী অমনা অমদা হৌনবা ঙাক্তনি উরিবসি।

ঐনা ঙরাং মাবু থীনা চৈখিবদুবু ঐনদুম লাল্লুরব্রা? মাগী ফজবা মশক, মশা-মউ ফবা, শাবান-মুর্ত্তি ঐগী পুল্সিসিদা অমুক হন্না উবা ফংগদবা মান্দ্রে। করন্না ঙরাং মানা মফমসিদা লাক্তুনা অদুক ফজনা লাইগুম্না ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্লিবা? ঐসু মাসু শ্বরদি থবেৎ-থবেৎ হোন্নদুনা অবাবা অমদি পুন্না থাংমিন্নখি। অদুক বাবা মিকুপ্তুবু করিগীনো ঐনা ঙসি অমুক পাম্মুরিবা? মসিবু কনানা করম্বা ঈশ্বর অমনা ইনশিল্লগা খলহল্লক্রিবা? খল্লোই হায়বা য়াদ্রিবসিনা করিগীনো? করিগীনো ঐনা ঙরাংদি মাবু অদুক য়াম্না শাওনা চৈখ্রগা ঙসিদি অমুক মাবু মফমসিদা উনীংলক্রিবা?

বাখল থন্না-থন্না কুল্লনা ফন্নম্বা নুংদুদা কাখৎলগা ফম্মী। ভরাং মানা লৈমায়দা অৱাবা খাংখিবা মফমদুদসু পাম্মুনা মিৎ কুপ্তনা চংশিল্লগা য়েংলুরি। মাগী লুনা থমজবা পোৎ অমা মফমদুদা তাহৌরবগুম কোয়েং-কোয়েং য়েংজে। অদুবু পোত্তুদি মশক উদবগুম তৌরে। ষণ ময়ামদু ঈশিং পীথকপা লোইরগা ভরাংগী থৌদোক্তুবু নীংশিং নীংশিং ময়ুমদা হনখ্রে। করিগীনো খঙদে, মানা তুং হন্না অমুক মাইকৈ অদোমদা য়েংনীংলক্রিবা? নুমিৎ নীনিসিদা থোকখিবা থৌদোক্তু তুম্বা-চাবা, অহীং নুংথিল, লম্বী চৎপা, ষণ শেনবা মতম খুদিংমক্তা তত্তনা খন্দুনতা লৈরে। অপাম-নুংশিগী লাংদা থুরবা মীগুম তৌরে মহাকতো।

অমুকসু থল্লকই — "মীতৈ নুপাদুবু নুপী থিদ্রিবা, মবুক শেংবা, ঐবু তশেংনা নুংশিবীবা মীশক অমা ওইরমগদ্রা? মাগী মশক্তো ফদি ফজবনিকো! মা অমুক্তংগা উনরবদি মাগী মরমদা মুন্না হংহৌরগে?

শোমদা কুল্লা থৌদোক থোকখিবা নীনি শুবগী অয়ুক ফাওবদা কন্না অমত্তনা থোকখিবা থৌদোক্তুগী মরমদা মাবু হংলবা, থিরবা তৌরক্রবদা নুপীমচাদুনা কন্না অমত্তদা থৌদোক্তুগী মরমদা পাউ তমথোক্লে হায়বসি মাগী বাখলদা চপ-চানা থাজরে।

কুল্লা ঙসি অমুক মফমদুদা চংনীংবা পোক্লক্লে। নহানগুন্না মানা ঈরুজবা চংলুবা তুরেলদুদা লাক্লগা নহানগী নুং মথক্তুদা ফমদুনা লৈরে।

হয়িং কৌবা জিবনা নমথিবা মনম লায়না খঙবগুম কুল্লসু মানা চানীংবা মথেলগী মনম খঙবমাল্লে। ভরাংদগী বাখল নুংঙাইতনা নীংবা কায়বগুম হনখ্রবী নেপালি লৈশাবীদো ঙসিদি লৈজবা ফিজেৎ অনৌবা হোংলগা খরা কেন্না ষণ ময়াম ঈশিং পীথকপগী পুংফম চপ-চানা মফমদুদা কুমথবক্লে। কুল্লা লৈশাবীদু মমাঙদা অমুকহন্না উরুবদা খঙহৌদনা পুক্লিংদা হরাউ-নুংঙাইবনা পীক থনবগুম তৌখি। লৈশাবীদুগী অনৌবা খরা নানবা ফিজেত্তুনা মাবু মখা তানা শাওদ্রে হায়বগী ইঙ্গিৎ অমসু পীবগুম তৌরুরে।

কুল্লনা হায়বকই — "হো কানছি! নং ঐবু যান্না শাওরল্লগনি। ঐ নংবু পামজবনা ঙাওখিবদগী নংঙোন্দা যান্না চাউবা অরানবা অমা তৌখ্রে। নং ঐবু পুন্সিগী ওইনা ভাকপীরবোইদ্রা? ঐদি তশেংনা নংবু নুংশিবনি। ঐ তুম্বা-চাবা খঙদনা নংতবু খন্দুনা; নংনা শাওনা ঐবু চৈরগা চংখিবদুদা ঐদি শোযদনা শিরে হায়দুনা লৈরুরবনি। শিরবসু

নুংশিবী নগুলোংগীনি হায়গে খন্দুনা নংবু ঙাইরম্লিবনি। নংবু অমুত্তং উনরগা নংঙোন্দা ঐনা কয়া য়াম্না থম্মোই শেংনা নুংশিবগে হায়বদো খঙহন্নবা বাফম অমত্তং শেংদোক্কে খন্না শিবা কিদনা মফমসিদা ঙসিসু নংবু ঙাইরিবসিনি।"

নুপীমচাদু কুল্লগী শেমজিন-শাজিনবা তাংকী বাহেদুদা অমুক পেংথবা হৌরক্কে। মায়থোঙ মচাদু মোমোন নোক্লল্লগা কুল্লবু মাগী ওইরবা মী অমগুম য়াম্না নক্না ওইনজবগী বাখলদা মমায় খুল্লগা লৈথোক্লগা লেপ্পুনা বা ঙাংদনা লৈরে। তাঞ্জা খঙলবা কুল্লা নুপীমচাদুগী পুকচেলদু মনুং ফাওনা যন্ত্র থাদুনা উবগা চপ মান্নখ্রে। মনাক্তা চংশিল্লগা তুংলোমদগী লেংজুম অনীদা পায়রুরে। মমায় খুল্লিবা মখুৎ অনীদু তপ্না লৌথোক্লগা খুৎনমদা নুংশিবা শানা চুপ্পীরুরে।

থোৎচ-নৌজবা নুপীশিংগী পোকপদগী লোইনরকপা গুণ ময়ামদু কুল্লগী তাংকী বাহেগী মমাঙদা লোইনা ময়াই চমখ্রে। নহানগী থৌদোক্তুদি নমফুদা মশাগী অয়াবগী বাংমদা পাঙ্গল শক্তি শীজিন্নদুনা নুপীমচা অমবু ঙস্মী হায়বা মতাগুম শরাক তম্বীখিবনি।

কুল্লগী অনীংবা, অপাম্বদি ঙসিসু থুংলে। ইনখৎলকপী নেপালি নিংঙোল সপরমৈনাগী লৈশাবী কুল্লগী ফবৌঙা ফাননবা লেংবা খোইগী তিনগ্রোক্তা মপুং-ফানা থুখ্রেদো! মা ঙসিদি অশাওবগী বাহে অমত্তসু মচিন্দগী থোরক্কে। মদুগী মহুত্তা য়াম্না অতপ্পা খোনফমদা হায়জরকই — "তমগী ইবুং! ঐবু ঙসিদগী অমুক থাদোক্লগা চৎপীথ্রগনু, ঐদি ইমা-ইপা পু-পাং শুদ্রবীনি। ঐনা মচা অহল ওইরগা মীগী ষণ শেনবনি। ঐগী ইখাদা ইপ্পা পীশক অনী লৈ। মখোয় অনীমক লাইরিক তমহল্লি। ইমাগা ঐখোয় মরিদা লৈবনি। ইবুংবু কনানো, করি লমদগীনো, ইম্ফালদগীরা? ইবুংনা ঐবু তশেংনা লৌবীগদ্রা?"

হান্নদগী অদুগুম্বা পাউখুম শেমদুনা থল্লবা কুল্লনা খুল্লকই — "ঐগী পুল্লিদা নুপী কয়া উখ্রে, অদুবু নংগুম্না ফজবা পুক্লিংনা পামজবা অমত্তা ঙসি ফাওবদা উরক্ত্রি। নংবু হেক উবদা ঐ অপাম্বদুনা ঙাওখি। নংবু মী অমত্তগী ওইহন্নীংখিদে। মদু মক্তনা নংঙোন্দা নুংশিগী বাহে অমত্তা ফোংদোক্লম্বা নংদনা নংনা য়ানীংদবা থৌদোক অমদা নমদুনা অবাবা নংহনখি। ঐসু খঙই, হৌখিবা অহীং অনীদো নং য়াম্না কপ্লমগনি, ঐবু হাংনীংলমগনি। ঐসু তশেংনা নংগীদমক খনবদা তুম্বা-চাবা য়াখিদে। ফরে, ঐখোয় অনী হযেং অমুক মফমসিদা শোয়দনা উনখিসি! ঐসু নংগী খুদোল অমত্তংদি

তমজগে? মতমদুদা ঐ কনানো, করি ওইরি হায়বদো শেংনা তাক্লগে। কনাগুম্বা মী অতোপ্পনা উৎথ্রগা ঐখোয় অনীগী মরী ফংথিদবা য়াই, ঙসিগীদি কায়নরসি! তপ্না হৌগৎলগা কুল্লনা হায়বা ইন্দুনা নুপীমচাদু যণ ময়ামদু হোইরগা মযুমদা হনখি।

রাজেনসু হল্লক্লি। মথংগী অয়ুক্তা কুল্লা সপরমৈনা বাজারদগী নুপীশিংনা পামজগদবা মচুগী ফনেক, ফুরিৎ, শপোন, পাউদর, শেমপু, এসেন্স, শমফাবীনচিংবা অমত্তা বাত্তনা লৈরগা খাউ অমদা পুন্না হাপ্লগা পুরক্তুনা ঙরাংগী পুংফমদা তুরেলগী নুং মথক্তা ঙসিসু ফমদুনা লেপালি লৈশাবী লাকপা ঙাইররে।

মপুগী শিনথা ইনবগুম লৈশাবীদো ঙসিসু মফমদুদা অমুক কুল্লগী পরিচয় খঙনীংবগা নুংশি ইখৌলাংবগা অনী পুন্দুনা যণ ময়মদুগা পুন্না য়ৌরক্লে। কুল্লনা পুরকপা খুদোলপোৎ পুম্বা লৈশাবীদুদা পুথোক্তুনা পীরে। নুপীদুনা পুরকপা অথুম-অহাও খরসু পুথোক্তুনা চামিন্নরে। পুক্লিংদা মাবু তশেংনা নুংশিবদগীনি খঞ্জরব্বা লৈশাবীদো কুল্লনা পীরকপা পোৎশিংদু হরাউনা নোক্লগা লৌই। ঙসিদি লৈশাবীদো কুল্লগী মমাঙদা মখোল থোক্লা নোকচবসু ঙমজরে।

কুল্লনা হায়বা খুদিংমক ইনগদবগী ঙাইজরিবী লৈশাবীদো ঙসিদি কুল্লগী মমাঙদা মাগী শেৎলিবা অমনবা ফিদু হোংদোক্লগা অহনবা ফিজোলনা ফিদোল চিংখত্তুনা মৈতৈ নুপীগুম শেৎলগা কুল্লগী মমাঙদা তুরেলদা মখোয় অনী ঈশিংদা ঈরু-লুজমিন্নগদৌরে। কুল্লা নহান উখিবদি লৈশাবী মচাদু অদুক য়াম্না ফজরমগনি থল্লুদবনি। ঙসিগী অহনবা ফিজোল শেৎলগা মমিৎনা মাবু কোইরাওননা মপুং ওইনা য়েংবা ঙমজদদুনা ইকাইজবগী মতৌ; ফিদোল চিংখৎলগা শেৎপদা কুপ্পা থুংদবা মতুং ওম্হোরকপদা উরিবা মতম চুপ্পা ফিদনা কুপ্পগী ঈ থাংদবা মাল্লবা নঙ্গলগী অঙৌবা কুচুদু উবদা কুল্লা হায়ফম-তৌফম খঙদনা শ্বর ফুইনা হোনবা হৌরকই।

ঈশিংনা চোৎলবা কুল্লগী মশা-মউ ফরবা হকচাং পুম্বা হন্না-হন্না কয়ারক শাগৎলকই।

অমরোমদা নেপালি লৈশাবীদুনসু কুল্লগী শাবান-মুর্ত্তিদুবু মাগী মিৎমাংদা উজরগা থোইনা হেন্না মিতাজবগুম তৌরুরি। খল্লকই — "নুপাসিবু তশেংনা ঐগী ইপুরোইবা ওইনবা ঈশ্বরনা থাবীরক্লবা মহাক অদুরা? অদু ওইরবদি ঐসি কয়াদা লাইবক ফপ্পবনো?

লৈশাবীদুনা ঈশিংদা লুপ্পুকগী ফাওগৎলকপদা তৌরবা কুচু মথক্তুদা ঈশিং মরিক-মরিক পাকপদুগী ফজবদুদি করিদা প্রমান তৌরসিগে?

কুল্লা লৈশাবীদুগী মনাক্তা চংশ্ত্রগা ছুই কৌবা শাদুনা কল্লবা শারু চিকপদা মশাগী য়াখোঙ তত্তুনা চেঙ্করকপা ঈনা শারুদুদা পকপদা শারুদুদগী থোরকপা ঈনি খন্দুনা মরৈনা শারুদা হঞ্জিল-হঞ্জিল লেকপা অমদি ফংজদা চাকচাদা চাবা লোইশিল্লক্নে।

চোকথরবা হকচাংদুদা মাগী হান্নগী অমনবা ফিজোল অমুক হোংদোক্লগা লৈশাবী মচাদু কুল্লনা পীরম্বা খুদোলপোৎশিংদু য়োমশিল্লগা খাউদা হাপ্লগা কুল্লদা নং কনানো, নমিং করি কৌই, করি লমদগীনো হায়বা ৱাহং অমত্তা হংলমদনা কুল্লবু হয়েংসু মফমসিদা উন্নগনি খন্না ষণ ময়ামদু হোইরগা মানা হংনীংবো ৱাহংদি হয়েং হংলগে খল্লগা হংদনা চৎখ্রে। কুল্লা মানা কাটিরদা হল্লকপা মতমদা রাজেন লাক্লম্লে। মা থোকখিবা থৌদোকশিংদুগী মরমদা রাজেন্দা ৱাহে মচেৎ অমত্তা ফোংদোকখিদে।

মথংগী নুমিত্তা কুল্লা ঙত্তানা ইম্ফালদা চৎনবা শেম-শাবা লোইরে। মাগী পৈশা লোইশিনখিদুনা রাজেন্দা লুপা চাম্মখক্তা পীয়ু হায়রকই। রাজেন মনি বেগ লৌথোক্লগা কুল্লদা লুপা চাম্মচৎপী অমা পী। রাজেনগী মনি বেগতা লৈশাবী অমগী ফোটো অমা য়াওরি। কুল্লা ফোটোদু উখিবগুম তৌদুনা অমুক্তা য়েংগে হায়রকই। রাজেন্না বেগ হাংদোক্লগা কুল্লদা য়েংহনবা মতমদদি ফোটোদু ঙরাং মাগা উনখিবী ষণশেনবী, নাশিকা হুৎপী নেপালি লৈশাবীদুগী ওইরম্লে। কুল্লা মমিৎ কুপ্তনা ফোটোদুদা চাগদবগুম য়েংলগা উংদুনা লৈ।

রাজেন — "করিগীনো নংনা অদুক মুন্না য়েংলিবদি, নংসু মাবু উরুরব্রা? মা লমসিগী লাইরেম্বীনি। নোংমা ঐনা তুরেলদা ঈরুজবা চৎপদা ষণ শেন্দুনা লৈরম্বদা থেংনখিবনি, য়ান্না চমজবনি। মপাসু লৈখিদ্রবনি। ঐনা অমুক অনীরক মফমদুদা মাগা থেংনবদা মাগী ফোটো অমত্তংদি পামজে হায়খিবদা মানা মখুৎমক্লা পীরকখিবনি। ঐমাবু তশেংনা নুংশি। নোংম-নৎত্রগা নোংমদি তমগী লাইরেম্বী ওইহল্লসিরা খল্লিবনি। ৱাফমসি মঙোন্দদি ফোঙদোকপা ঙমদ্রি।

কুল্লা রাজেন্দগী লুপা চাম্মা লৌরগা উংদুনা বস থাফমলোমদা চৎখিদুনা ইম্ফাল য়ৌগদবা বস অমদা কাখৎস্ত্রে।

চহী তরামঙাগী রাখি লৈবী, মশক-মতৌ চংখোনবী সগরমৈনাগী নাশিকা হৃৎপী লৈশাবীদো ঙসিসু ঙরাংগী উনফমদা কুপ্পনা মাবু শোয়দনা ঙাইরমগনি খল্লা মশাদা এসেন্স চাইদুনা, শমফাবী ফাদুনা, পাউদবকাসু কুপ্পগী মমাঙদা থারগা কেগে খল্লা মিংশেলকাসু পুদুনা যণ হোইরগা লাকচে। অদুবু ঙসিদি কুপ্পা মফমদুদা লাক্রমদ্রে। মথংগী নুমিত্তসু লাকখিদ্রে। অসুম ঙাই অসুম ঙাই থা অমা ফাবক্লে, কুপ্পদি অদুম লাকখিদ্রে। সপবমৈনাগী নাশিকা হৃৎপীদো লাক্লবোইদবা কুপ্পগী আশাদা শক্তম লাকশিল্লগা নুংতিগী যণ ঈশিং পীথকপগী পুংফমদা কুপ্পনা ফম্নম্বা নুং মথক্তুদা কুপ্পা লাকখিগদ্রা হায়না নুংতিগী ঙাইহৌবি।

খোইজি খাদা তাউজিং মক হুনখিবা হৈবাংগী চাবাগী মমিসু তম্নক্লে। কবম থোক্লগবা? লৈশাবীদো কনা খঙদনা মৌগী শীংদা চল্লক্লে। বাখলদা চৈনা অনিগী পোৎলুম পুদুনা বানা মখোঙ থাংজবিবীসে কনাগী যুমদা মাগী পোৎলুম থাগদগে? মপু মানা শীনবীবসনু!

তাং ৪/৯/২০০৫

# হিদেন মচাদুগী ৰারী

চীংয়াগী খুঙ্গং অদু পঙচাউ-চাউবা নত্তে, য়ুম্নাক চাম্বরোমতমক তাবা খুঙ্গংনি। সহরদগী খরা লাপ্পা লৈবা অমুকসু মোন রোদতগী খোঙনা কিলোমিটর অহুমলোম চংবা তাবনা চৎথোক-চৎশিনগী মতাংদদি খুদোং চাবা খরা ৱাংলে। সরকারগী জুনিয়র হায়স্কুলগী থাক্কী স্কুল অমা লৈরে। স্কুল অদুগী হেদ মাস্টরদি খুঙ্গংদুগী ওজা ইবোহলনা ওইরি। ইম্ফালদগী হন্দক্তা নৌনা গ্রেজুএটকী ওজা খনবদা য়াওরকপা দেবলা স্কুলসিদা জোইন তৌদুনা ওজা ওইরে। ইম্ফালদগী হন্দোক-হঞ্জিন চৎপদা খুদোং চাদবনা মরম ওইরগা খুঙ্গংদুদা লৈবা তাখি। স্কুলগী হেদ মাস্টর ওজা ইবোহলগী য়ুমদা ঙাংনেদুনা মহাক্কী মখাথংবগী শঙ্গোইদা খারগা মমা পুর্ণিমাসিগা পুন্না লৈরকপা থা অনীরোম হায়রক্লে।

চীংয়াগী খুঙ্গং অদুগী মনাক্তা লৈবা তুরেল মচা অমা কুম্বী-কালেন নাইদনা ঈশিং লেপ্তনা চেল্লি। মী য়াম্না তাদবনা তুরেলগী ঈশিংদুসু য়াম্না লূই। তুরেল খোঙনুংসু থেনবনা মী লাম্হোক-লানশিল অদুম তৌনে। তুরেল নক্না তাবনিনা পুম্রি থোইনা লৈনদে। ফিগু-ফিজাম, ঈরু-মাইথজবা তুরেলদা অয়াম্বা তৌনে। দেবলা চহী কুনমঙারোমগী লোন ওইগনি। লাইরিক য়াম্না ফররুবসু ইমুং-মনুংগী লৈত-লায়রগী খনবদা তাঙ্গা চারিঙৈদা সরকারগী গ্রেজুএট ওজা লৌবগী কৌরকপদা পরিক্ষা য়াওবদা মানা মকোক তাবদগী লাইরিক মখা তমথদনা ওজাগী শিনফমসিদা চংলেকপনি। মাগী মথৌ মশক খঙবা, অয়াম্বা মতমদা লাইরিক্কা মরুপ ওইবা মতৌদুদা ওজা ইবোহলনা মচা ৱারকপদা নখোয়বু ওজা দেবলাগী মতৌ তমজৌ হায়না হেক-হেক পল্লি। অঙাংশিং লাইরিক তাকপদা য়াম্না হৈ-শিংনা, মচা থায়না-খায়না তাকপি। থৱায় য়াওবা অঙাং খরসু মাগী মনাক্তা লাক্কুনা স্কুলদা খঙহৌদবা পারা হংবা লাকই।

নুমিৎতু নোংমাইজিংনি। স্কুল ছুটি ওইরগা মমানা হয়েং য়ুমদা চৎলুগে হায়রগা মাগী অমদি মমাগী ফি খরা, বালটিন অমগা খুদেং অমগা পুরগা দেবলা তুরেলদা

ফি শুবা লাকই। হিদেন তাকমদুগী মনাক্তা ফল্লগা মানা পুরকপা ফিশিংদু শুবা হৌরে। দেবলানা ফি শুরিঙেদা অশোম য়াংমদগী পাখঙ মচা অমা কুমথরকই। মখুত্তা রেদিও মচা অমা পায়রগা খোঙলি, ইয়ারবেগ অমসু লেংবান্দা য়াদ্রি; তরেল অমনা মকোক্তা খুম্মী অদুগা বালটিন অমনা মখুৎ নাম্মনা পায়রি। মাদি ফি শুবা লাকপদা ফি শুনবা সরপ শাপোন্নচিংবদি অমত্তা য়াওরক্তে। মফমদুদা পুরকপা মপোৎ-মচৈ পূন্নমক থল্লগা অঙাং অমত্তং লাক্রবদি সরপ লৈনবা পাখোল শীগে হায়না ঙাইহরি। অদুবু তান চাবা অঙাং অমত্তা লাক্রে। পুক্লিংদা করি খল্লুরবনো ফি শুরিবা দেবলাগী মনাক্তা চংলকই।

— "ইচে! য়ারৌগদ্রা, ঐবু ইচেগী ফি শুনবা সরপকা খরা য়াম্বীরগদি খজিক্তা নিজগেবা? অঙাং অমত্তং লাক্রবদি লৈহনগে তৌবনি; অসুম ঙাইবদা অমত্তা লাক্রে; অদু সরপ খজিক্তা পীবীয়ো।"

— "য়ানি লৌবীয়ু। ঐগীদি ফিসু য়াম্বা নত্তেদা।"

— "অদুদি ইচে, ঐগী খুৎসিদা ওইনা খরা হাপ্পীরকউ।"

— "য়ানিয়ে, কোম্নবা পেকেৎসি পুরগা লৌবীরো।"

— "নুংঙাইতেদা ইচে। ঐগী খুবাকসিদা খরা হাপ্পীরকউ।"

মানা য়াম্রবদুদদি দেবলা পেকেৎতুদগী সরপ খরা পাখঙদুগী খুবাক্তুদা হৈরে।

মাগী বালটিন্দুদা ঈশিং খরা শোক্লুরগা সরপ্তু ঈশিংদা থিৎলগা ফিশিংদু তিংশিন্নে। মতমদুদা রেদিওদা মণিপুরী মতম ঈশৈ লাকই। ঙাইহাক লৈরগা নুপামচা অমা ঈশিং শোকপা লাকই। অঙাংদু কৌশিল্লগা মখোয় অনী বা খরা ঙানেখি। অঙাংদু ঈশিং শোক্লগা অদুম চৎখ্রে।

দেবলা ফি শুনা-শুনা রেদিওগী ঈশৈদু তারি। মতমদুদা "নুংশিরবা ঐগী থবাই মঙা, কৈদৌঙে কায়ননি নংগা" হায়বা ঈশৈদু হেক লাকই। রেদিওগী ঈশৈদু পুক্লিং চংনা তাদুনা মাগী ফি শুবসু লোইশিল্লক্রে।

শোমদা পাখঙ মচাদুসু মাগী ফিদু সরপ মহীদা ঙাইহাক তিংলম্বদগী লৌখৎলগা নুংশাদা অমুক ফৌদোকই। ফি হাপ্লকপা ইয়ারবেগ অদুসু মনাক্তা লৈ, রেদিওগী ঈশৈদুসু লোইহিদ্রি। কদোমদগীনো মাইকৈ খঙহৌদনা নোংমৈ মখোল খরা দাং-দাং লাওনা কাপ্পা তাখি। পাখঙ মচাদু ফুক হৌগৎলগা চেনগে তৌই। মানা ঙসাই

কুমথরকপা নাকল অদোম্নদগী মাগী মরুপ অমসু কন্না চেল্লকই। মরুপ্তুনা — "নোরেন! নংসু থুনা চেলহৌরো"।

হান্না চেল্লকপা নুপামচাদুদি কন্না চেল্লকপনিনা খা খরা হৌরিবা অদোমদা ফাওজিল্লগা চেনখ্রে। মাদি মাগী মপোৎ-মচৈগী হাইফেৎ খল্লুরিঙৈদা কদোমদা চেনসিগে খঙহৌদ্রে। অদুগদি সিফাই খরা মানা ঙসাই লাকখিবা লম্বী অদুদগী নোংমৈ এইম তৌর-তৌরগা চেনথোরক্লে। মাসু মফম খঙদনা চেল্লুরে। খাহে অমনা — "ইচে ঐগী পোৎশিংসি খরা লোইশিনবীহৌরো।"

দেবলাসু তিঙক-মাইঙরুনা য়েংদুনা লৈরিঙৈদা সিফাই অমনা — "হোলট" হায়না লাওই।

নোরেন লাওরবসু লেপ্তুনা অদুম চেল্লুরে। তুরেল লৈরাইগী অঙম্বা কাখৎলিঙৈদা নোংমৈ মরু অমনা পাল্লে। মহাক অঙম্বদুদগী থাবো-মাল্লো ওন্থরকই। মথবাক্তগী ঈ খরসু চেন্থরকপা উরে।

দেবলা — "ইস! তৌরিবসিদি করিনো?"

থংনবা মিকুপ্তা সিফাইশিংদুনা মাবু মখুৎ পায়দুনা চিংলগা অদুম পুখ্রে। দেবলা মিঙল তিং-তিং চোংনা তৌরিবা মতৌদু য়েংদুনা লৈহৌরে। লাইবক ফবা হায়গদ্রা মানা মকোক খুল্লগা লৈবদুদা সিফাইশিংদুনা মঙোন্দদি করি মত্তা হায়রমদে। মীশু কনামত্তা মফমদুদা লাক্তে। ঙাইহাক পুমচিক-চিক্লুরবা তুংদা ঙসাই ঈশিং শোকপা লাক্লম্বা অঙাংদু খর থবেৎ-থবেৎ হোল্লগা চেল্লকই। মানা লৈরকপা সরপ পেকেৎতু দেবলাদা শিন্নরল্লগা মাদি অদুম চেনখ্রে।

দেবলানা খল্লি — "মানা ঙসাই ঐঙোন্দগী লৌখিবা সরপ খরদু শিংননবা অঙাংসিবু থারগা লৈহল্লুরিবা ওইরেকো। থম্মোইদি শেংজবা মাল্লি। অদুবু মাবু নোংমৈনা কাপ্পীরিবদুবু মাবু হান্না মরাল লৈবা জাৎলা? মাবু মখোয়না ফারগা হোসপিটালদা পুবীরমগদ্রা নথত্রগা হাৎতোকপীরল্লগদ্রা?" মানা ঙসাই হায়রম্বা— "ইচে ঐগী পোৎশিংসে খরা লোইশিনবীহৌরো" খাহেদুনা দেবলা শখখঙনদ্রিবা মৌপ্পাদুগী মপোৎ-মচৈ লোইশিনবা চংলকই। খোঙলম্বা রেদিওদু হান্না মুথৎলে, শুননবা ফৌরম্বা ফিশিংদু শুদনা ইয়ারবেগতুদা হাপচিল্লগা মাগী ফি-রোল, খুদেং অমদি বালটিন লোইনা খোল্লগা পুরগা মানা লৈবা য়ুম তানা লাক্রে। থোকখিবা

মিৎনা উইৗবা থৌদোক খুদিংমক মমাদা তম্লে। মমাসু পাউদু তাবদা অঙাংদুবু কমদৌরমগনি হংই।

দেবলানা কন্না চিংনরিবদি মাগী অশোকপদুনা মা শিরল্লগদ্রা হায়বসিনি। মানা তুরেল লৈরাই কাখৎলিঙেদা নোংমৈনা পাল্লগা ঈহিং-নাহিহিং শানা ওন্থরকখিবা শকফমদু উদুনতা লৈরে। দেবলা থৌদোক্তুগী খল্লুবদা থম্মোই পুবা ভমদনা বাজে, অদুবু করি উপাইদি লৈ? পুক্নিংদা চিংনবা অমা ফাওরক্নুনা ইয়ারবেগতু হাংদোক্লগা মমিং-মথা, লৈফম য়াওব্রা য়েংনীংবা পোক্লকই। চেন পানবা ইয়ারবেগতুগী খাউ খুদিংমক হাংদুনা য়েংলুবদা চিঠি অমথক থেংনরে। দেবলা চিঠিদু হাংদোক্লগা পাবা হৌরকই।

ইমা শক্লবী ইচে।

ঐ য়াম্না নুংঙাইনা লৈরি। ইচে! নৌপ্পানা ইচেবু থাদোক্নুনা চৎখ্রে হায়না নোংমতা খনগনুকো! ঐনা মিকুপ অমত্তসু ইচেবু কাউবা লৈজদে। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ইচেবু মিৎলুদগী পিরাং শীঞ্ছহনখিবা কমান্দো নিংথেম ঐনা মাগী মথক্তা লমন খুম্বা হায়বসি নৌপ্পাগী লেংদ্রবা ৱাশকনি। মাগী মথক্তা লমন খুন্নিংবগী ৱাখলদগীনি ইচে ঐনা অদুক নুংঙাইবা কলেজগী পুন্সি, মরুপ-মপাং নুংশিবা পুন্নমক থাদোক্লগা; ঐগী নুংশিরবী ইচেবু ইমা-ইপা লৈত্রে খঙন-খঙনা নতোমতা হুন্দোক্লল্লিবা। ইচে নং য়াম্না নুংঙাইত্রগা মামতোনখোয়গীদা মতম খরা লৈরম্মু! ঐদি লাইরিক অমুক হন্না তম্লরোইদবনিনা ঐগী বী. এস. সিগী অরৈবা লাইরিকমখৈ করিগুম্বা মথা লৈকায়গী শান্তি লাক্লবদি মঙোন্দা খরা শিন্নবীখো। ঐনা বুক ফেয়ারদগী লৈবা ফিজিক্স অমদি মেথেমেটিক্সকী লাইরিক অনীদুসু মঙোন্দা লোইনা পীথোকপীখ্রো! মানা ঐগী মরমদা মুন্না হংলক্লবদি মতম খরা চীংদা লৈত-লায়রা থিবা চৎখিবনি হায়না খুম্বীয়ু! সংসারসিদা ঐখোয় অতোনবশিংগী মরুপ লৈতেনে ইচে! অরৈবা মখোয়দা থম্মোই শেংনা হংজরুবা, চংজরুবা মতমদা মখোয়দগী ওইজবা লৌবা লাক্লিবোইদা নীংবীখি। এস পি অচৌদা ইচেগী মতেংগী খজিক্তং পুক্নিং-লৌশিং ওইগদ্রা হংজরব্বদা হায়রকপা ৱাহৈশিংদু ঐ ইচেদা ইরগা ফোঙদোকপা ৱানা থোক্লে। ঐনা ঐগী অরৈবা পাঙ্গল শক্তি লোইনা ফুদোক্নুনা মখোয়গা লানথেংনবা নত্তনদি মখোয়না উশিংৎপদি লৈররোই। মরম অদুননি মতমসিগী নহারোল অয়াম্বনা হেন্না শক্তি লৈনবা খুত্তা খুৎলাই পায়রগা ৱা ঙাংবা পাম্লক্লিবা। ঐখোয়না স্কুলদা তম্লকখিবা মোরেলগী পারা, হিউমেন ভেল্যুবু কনানা লমদমসিদা ঙাক্লা চৎলিবগে? ইচেনা মেট্রিক পরিক্ষাদা পোজিসন লেপখিবা মতমদা থমখিবা মীয়ামগী আশা, অদুগা

হৌজিক্না ইচেনসু লাল্লুবা নত্তবা, মীনা তাবদা হঙ্গোইরবা থৌদোক অদুগী মতুংসিদা চাউরবা মৈত্রবাকসিদা ইচিল-ইপ্পা ঐখোয় অনীগী খোঙদাফম লৈমায় মচেৎ অমা থিবা ফংদবগা চপ মান্নরি। ঐখোয়না থোংনবা চেং লৈতকপী অৱাবদি লৈরবা কান্দা পুক থন্না চাবা নুমিত্তা অৱাবদু কাউখি। অদুবু বদনামগী চৈথেংসিদি খাংবদা ওহোক্না ৱাইকো ইচে। ঐখোয় অনী শিবদি য়াদ্রি, শিবা তারবসু অতাবী অমদি খঙলগা শিসিকো ইচে! ঐ মরক-মরক্তা ইচেদা চিঠি ইজরক্কে। ঐগী অশেংবা লৈফমদি তাকচররোই। ইচে! নং ৱারবসু ৱানা মতম খরদংদি খাংলমখোকো।

নাহাক্কী নৌপ্পা
নোরেন!

দেবলা চিঠিদু পাবদা মাগী মৌপ্পামক্না মাবু থাদোক্লল্লগা চংখিবগা চপ মান্ননা ৱাজরুরে। কপ্লতনা মমিত্তু মপিনা পুমচোৎ চোৎলে। মমাসু মচানুপীগী মতৌদুদা মপি তাবা য়াওরুরে।

চিঠিদু পারুবদগী দেবলা খুদোংথীবা নংলবা মচিন-মৌপ্পাদা লৈজবা ইমুং অমগী ৱারী অমা চিনফা পুবগুম তৌরে। থোকখিবা থৌদোক্তুগী পাউ খঙনীংবনা লাংতক্লরিবা দেবলা নুমিদাংগী রেদিও পাউ তানিংবনা ৱানা ঙাইরকই। পুক্লিংদা ঈশ্বরবু তত্তনা খুরুমজে — "হে ঈশ্বর ইবুংঙো! ইপ্পাদুবু হিংহনবীয়ুকো!"

নুমিদাংগী পুং তরেৎমখায়গী মরুওইবা পাউদা লাউথোরকই, — "তরেৎশুবা আসাম রাইফলসনা অখন্নবা পাউ অমা ফংবদগী থি হুম্বগী থবক চংথবদা লালহৌবা কাংবু অমনা নোংমৈ কাপ্পা হৌরকপদগী মখা তানা কাপ্নবদা লালহৌবনি চিংনবা অমা শিরে; মঙোন্দগী কাপ্পা য়ারিবা মরু তরামঙাগা পিস্টোল অমগা ফংলে; হৌজিক মশক-মমিং খঙদোক্লবা রিমসকী মোর্গতা থম্লি"।

পাউদু তাবদা দেবলা লৈমাযদা ৱাম্বুখ্রে। মমানা মচাবু ঈশিং থাদুনা লাক্লে। নহানমখৈ বেদিওদা, খববদা যাওবা পাউদি মমিংনা ঊবা নত্তবনা থোইনা লুনা খল্লুদে। চুম্বা লানবা থিগেসু খনখিদে। ঙসিদি মাগী মমাঙমত্তদা থোকখিবা থৌদোক ওইবনা "অফসপা" হায়বসিগী ৱাহনথোক ময়েক শেংলবগুম তৌরে। পোকমিন্নদবা লম্লানবী ঐঙোন্দা ঙসিদা সবপ নিবদগী খঙনরুবা মৌপ্পা অমগীদমক অসুক ৱাজরিবসিনদি অশেংবা মাগী পোকমিন্নবী মচে অদুনদি কয়াদা ৱাজরমগনি? মানা ঙসাই অয়ুক ঐঙোন্দগী সরপ খজিক্তং নিবদা ইকায়জদুনা অঙাং অমা থারগা সরপ

পেকেৎ অমা লৈহল্লরগা পীরম্মী। মাগী ইচে হায়বা বাহৈদু তাবদা ঐগী য়াম্না পীক্না লৈখিব্রবা ইপ্পা সঞ্জয়বু অমুক নৌনা নীংশিংহল্লরে। ঐনা মাবু পোকমিন্নবা ইপ্পাগুম নুংশিরক্লি। মাগী নুংশিবা ইচে হায়বা বাহৈদুদি ঐগী নাকোং অসিনা অমুক তাবা ফংলরোই। ঐদা নত্তনা মাগী নুংশিরবী চিঠিগী বারোল পাদ্রিবী মরাইবক থীরবী মচেদুনসু তাররোই। মালেমসিদা মা হিংলম্বগী মমিসু তপ্পা-তপ্পা মুৎথ্রগনি। মাগী লাইরিক শিন্নবীয়ু হায়রিবী শান্তি হায়বিদুনা তারগা করি ওইগদৌরি। ওহোক্না নীংঙমখিব্রেদা! মাগী হৌখিবা অশেংবা বারীদু মচে ঐনা হান্না খঙলন্নবদি ইপ্পাদুবু ঐনা নুংশিনা চাক চারা অমত্তংসু হাউনা থোংলগা পীজরম্বা য়াবনি।

ঐগী নুংশিরবা ইরমদমসিগী ইপ্পা কয়া অসুন্না পুন্সি পিখনখ্রবসু লেমহৌরিবা ইপ্পাশিংদদি অসিগুম্বা থৌদোকসি অমুক হন্না থোকহনবীগনুকো হে ঈশ্বর। ঐবু মানা শুবা লোইদনা তুব্রেলগী হিদেন তাফম মনাক্তা হন্দোক্লম্বা মাগী ফুরিৎ-খোঙগ্রাও, রেদিও, মাগী ইয়াররেগ অমদি চিঠিসে কনাগী মফমদা শিন্নগনি? মৈত্রবাক্কী লৈমায়দা খোঙদাফম লৈজদ্রে হায়রিবা মচেদুগী মমিংসু তাক্লমদে। হিদেন মচাসিগী বাবীসে পাবীরগা অখণ্ডবা কনানা নোরেনগী থম্মোইগী তেংথাখোল যাওরিবা মচেদা ইজরম্বা অরোইবা চিঠিসে অমুক্তা অখণ্ডবা অমনা দেবলা ঐঙোন্দগী লৌবীবোলাও!

তাং ১১/৬/২০০৬

# মমাগী বর

নুমিৎ হুন্নিরোম শুরক্নে নোং লেপ্তুনা চুরক্লিবা। পুম্নি, খোঙবাল তুরেলনচিংবা ঈশিং চাউরে। মতম কুইনা ময়ুমদা হল্লকখিদ্রবা নাওবা গুসি অহীংসি ময়ুম মপা লান্না লাকপা লম্বী অমদা নোংগা লেপ্তুনা চুবগা অপোকপী মমাবু খংনীং নীংশিংলকখি। মাগা লাকমিন্নরিবা মরুপ খম্বদা মখোয়না তোংলক্লিবা মোটোরসাইকলদু অমুক্তা খামখো হায়রকই। খম্বা মোটোরসাইকলদু খাম্মী।

— "ভায়! লৈরকসিদা অমুক্তা থৌজিনবীয়ু।"

খম্বা মোটোরসাইকলদু লৈরক্তুদা থৌজিল্লকই। থোঙ্গাল অম'নী থৌরগা নাওবখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌরে।

নাওবনা গাড়ী খাম্মু হায়বদগী খম্বসু গাড়ী খাম্মী।

— ভায়! মসি ঐখোয়গী থোঙ্গালনি, ইমাদো অমুক্তং উনরমগে?"

খম্বা করিমত্তা খুমদনা নাওবনা হায়বা ইন্দুনা গাড়ীদু ইনশিল্লগা চংলকই। মমাগু শঙ্গোয়গী মনাক্তা গাড়ীদু স্টেন্দা ভারগা শো লোনশিল্লগা থম্লে। মখা তানা চংশিল্লকপনা মঙ্গোল কাখৎলক্লে।

নাওবনা থোংদা চংশিল্লগা কোক-কোক থীল্লি। মখোলদু তাবদা ইমুংদা নুংশা থীনবা য়াওদুনা মুরুম-মরুম শোন্নবা তাবগুম তৌই।

"সিফাইরা, থানারা কোক কোক তৌরক্লিবসিবো"?

নাওবা বা ঙাংলকই — "ইমা! ইমা! ঐ নাওবনে, থোং অমুক্তা হাংদোকপীয়ো?"

তোম্বী মতম কুইনা তারুদ্রবা মচা অতোম্বগী খোঞ্জেল মানবগুম তৌবদুদা হাথু-হাথু কমুংদগী হৌগৎলকই।

শোমদা মমাঙগী কাদা নৌনা লুহোংবদা ঙাইরিবা জিতেন্না মাগী নুপী রানীদা হায়রকই — "হায়! ঐখোয়গী নাওবা ওইরমান্নে, নংবু থোং অসি অমুক্তা হাংবীরুগেরা?"

— "ঙ! হাংজরুগে?" অসি হায়রল্লগা রানী ফুক হৌগত্তুনা অহানবদা মপানগী মৈদু কাপ্লী। ফি মতেক অমনা মকোক খুল্লগা থোংদু হাংদোকই। মানা থোং হাংবগা মনেমসু থোং মনাক্তা মমৌগা পুন্না লেপমিন্নে।

নাওবা মমাগী মখোঙদা চংশিল্লগা মমাবু খুরুম্মী। মমা তোম্বীনা মচাবু নুংশিনা কোনশিল্লগা কপচে।

নাওবসু মমিত্তা মপি তারকই।

— "ইমা! লেপ্লিবসি ঐগী মরুপনি।"

খম্বা — "ইমা! ঐসু ইমাবু খুরুমজরি।"

— "ইবুংঙো মঙ্গল ওইয়ু, না য়েক্কনুকো!"

তোম্বী মমিত্তগী তারকপা পিরাংদু ইন্নফিদু চিংখৎলগা তৈথোকই। রানী খরা লৈথোক্লগা লেপ্তুনা লৈ।

তোম্বী — "লেপ্লিবসে নতৈমনি, নংদি তারিরোই, নয়াম্বা লুহোংবা থা ফাখিবদা ঙাইরি; নংবু নতৈমসি হান্না খঙদ্রনে?

মাইবম গৌরোগী মচানুপী রানীনে! নখোয় অনীবু মহৌশা লাইরিক তম্মিন্নরকখিবদাইনে?"

— "ও! রানী ঐগী ইতৈমা ওইরবা! ইয়াম্বনা লৌরবনিনা ঐনা মঙোন্দা ইতৈমা কৌবা তারবা?" নাওবনা নুংদা খঙ্গরুই।

মমা তোম্বীনা মচাশিংবু ইমুংদা পুশিল্লগা মী ফম্নবা কাদুদা ফমহল্লি। রানীনা মখোয় অনীগী হোংদোক্লবা খুঁদে অহনবা অনীখক মাগী উপুদগী লৌথোক্লগা পুরক্তুনা নাওবগী মনাক্তা থম্মী। বাহৈনা — "ফি হোংদোক্লসি!"

রানী নাওবগা ক্লাস মান্নরক্তুনা স্কুল অমত্তদা পুন্না তম্মিন্নরকখিবনি। তত্তনা মমিং-মমিং কৌনদুনা তিন্নরকখিবনি। মখোয় অনীমক ঙসিগী হোংলক্লিবা পুন্সিগী তাক্ককসিদা হৌখ্রবা মতমগী অঙাং ওইরিঙেদগী হৌরগা মখোয় অনী উনখিদবা মতম অদুফাওবগী মতাংসিংদু অমসু অমসু নীংশিংনৈ।

রানী — "ইমা! ঐ চাক খরা থোঙ্গৎলুরগে"।

— "হোয় হোয়, থোঙ্গৎপীরুরো ইমৌসিদি।"

খম্বা — "মরুপ ঐখোয়বু চাক চারগা লৈবা তারব্রা?"

— "ভায়! ইমানা য়াম্না নুংঙাইরব্রোই, হয়েং অয়ুক গুপ্ত চৎখ্রসি!"

জিতেনসু হৌগৎলক্লুনা মনাওগী মনাক্তা চৎলক্লগা ফম্মী। মতম কুইনা উরুদ্রবা মনাওবু কৌরগা — "নাওবা নংবু কমদৌরিবগে? নৱা-নপাউকা অমত্তা তাদনা অশুক শাংবা মতমসি কদাইদা লৈরুরিবা? ইমানা নংগী খনবদা লাইমন পুদুনা মশা অসে নোংমতা পোৎথাফম খঙজদ্রবনি; ময়াং কংলিবসি উরেদনা! ইমানদি নংনো ইমাবু নুংঙাইহনগনি হায়রম্মী হায়দুনা ঙাক্তা লৈ।"

খম্বদা অমুক ওনশিল্লগা — "ইনাও! ইনাওনা করি লৈকায়দগীনো? ইনাওগী মিংনা করি কৌবা?"

— "তামো! ঐ থাঙ্গদগীনি, ঐগী মিং খম্বা কৌই।"

— "অদু হৈ-শিংনা নীংথি-নীংথিনা চৎলুকো। ঐখোয়গী খুনগী মমাঙগী চীং মথক্তা লৈরিবা সিফাইশিংসে খরা শাথি হায়নবনি। মখোয় অয়ুক-নুংথিল পেট্রোল্লিং তোয়না চৎপনি। ঐখোয়গী অসিবাইদসু হেক্তা লাক্কনি। নংগী মরুপ নাওবগী মমিংসি মখোয়গী রেকোর্দতা ময়েক শেংনা য়াওরমাল্লে। ঐখোয়গীদসু মাবু মরক-মরক্তা থিবা অমদি হংবা লাকই। ঐনা বায়ার্লেসিতা ইনসপেক্তর ওইনা থবক তৌরম্বসিনা মখোয় খরা কুপথনা হংদবা মাল্লি।"

চাকশঙদা রানী মনেমগা তান্নরগা চাক থোংবা হৌখ্রে। নাওবদি রানীনা ময়াম্বগী নুপী ওইনা মখোয়গীদা লৈরম্বসিদা অমুকসু নুংঙাইবগুম অদুগা অমুকসু পাম্মুরকপগুম বাখল অমদা ঙাইহক ঙাইহাক্তি উংবগুম তৌরুরি।

মখোয় অনীনা মেট্রিক পরিক্ষা লোইবা নুমিত্তা য়ুমদা হনমিন্নরকপগী লম্বীদা শানখিবা বারীদু হাইফেৎ নীংশিংলকই।

— "রানী! ঐখোয় মেট্রিক পরিক্ষা লোইরবনিনা হৌজিক্তি লম্বী তোঙান-তোঙান চৎলখ্রনিকো! ক্লাস অমত্তদা ফম্মিন্নদুনা লাংখিবা, নোকখিবা, শাওনখিবা ময়ামদো অমুক লাক্লব্রোইদো! অদু ঐ নংঙোন্দা বা অমদি হায়গে খল্লকপা কুইরবনি। মেট্রিক পরিক্ষা লোইরগা হায়রগে অমুক খনখি। অদু ঙসিসে পরিক্ষাদি লোইরে,

অদুবু বাফমদুদি ঐ নংঙোন্দা হায়বা ঙমগদবা মান্ত্রে। কোন্না নোংমা মতাং চাবদা হায়রগে! নখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরবনিনা লৈহৌরোকো!"

মানা বা অমা হায়গে হায়রম্লগা কোন্না মতাং চাবদা হায়রগে হায়রম্লগা হায়বা ঙমদনা তোকখিবদুনা রানীবুসু মতমদুদা নাওবগী বাখলদা মাবু শোয়দনা পাম্বগী ওইরমগনি খঙখিবনি। রানীসু নাওববু খনখিদবদি নত্তে। মতম্না অসুম হৌখিবগা রানীদি মেট্রিক পাশ তৌবগা মপানা নর্সকী ত্রেনীং তৌহন্নবা বেঙ্গলরদা পুরগা চৎখিবদগী নাওবগা অদুম উনখিদ্রে। নাওবগী ময়াম্বা জিতেন মতমদুদা বেঙ্গলরদা ইলেক্ট্রোনিক্সতা ইঞ্জিনীয়ার তম্মী। খুঙ্গং অমত্তদা লৈমিন্নবা ইনাকখুনবা গৌবোগী মচানুপী মশক-মতৌ ফজবী রানীগা মরক-মরক্তা বেঙ্গলরদা থেংনখি। নোংমসু য়ুমদা থোক্রকপগী তাঙ্গাদা ট্রেন অমদা পুন্না লাকমিন্নখি। অসুন্না নাওবনা পামজরম্বী রানী ময়াম্বা জিতেনগা হেন্না নকশিন্নরকখি। অসুন্না কায়নথংদা জিতেনগা রানীগা লুহোংখিবনি।

নাওবদি টুবেলফকী পরিক্ষা ফিজিক্সতা কমপার্টমেন্টেল লাকপদগী বাখল নুংঙাইতনা লৈরিঙেদা মাগা লুনা তিন্নজবা তোন্দোনবু ময়াম্বা নহারোল য়াওবগী নমাদা ময়াম্বগা মশক মান্নবদগী তোন্দোনবু সিফাইনা ময়াম্বনি হায়দুনা ফারগা থীনা ওৎপীখি। কায়নথংদা থাদোরক্লগা হোসপিটালদা লায়েংনবা পুখৎপদা লায়কন্নবা ঙমদনা শিখি। নাওবা থম্মোই হেন্না শোকখি; মরুপকী লমনশিংগে বাশকখি। মদুনা মরম ওইরগা নাওবা তোন্দোনগী শোরাৎ নুমিত্তগী ময়ুমদা হল্লকখিদ্রবনি। ঙসি মানা লাক্লিবসি চহী অহমগী মতুংদনি।

ময়াম্বগা বারী খরা শারিঙে, পাউতাক খরা তারিঙেদা মতৈমা রানীনা চাক লোইরে হায়দুনা চাক চানবা মখোয় অনীবু কৌবা চংলকই।

রানী — "খঙদে, পাঙন-পাঙনবা থোংবনি চাবা য়াগদ্রা?"

নাওবা খম্বগা চাকশঙদা চংলগা মখুৎ-মশা শেংনা হামদোক্লগা রানীনা থোংবা চাক্তু চারি।

মমা তোম্বীনা নাওবনা চৎখিবা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবসিদা থোকখিবা ইমুংগী থৌদোক খুদিংমক মথং-মথং লীদুনা মমিত্তগী মপি তানা মচাদা তম্মী। মখোয়না চাক চাবিঙেদা জিতেন্না হায়বদগী রানীনা মখোয় অনীগী তুন্নবা ফমুং অমা শেম্বীরে।

অহীংগী মতম্না অসুম থেংজিনক্লবসিদা নাওবগা খম্বগা মতৈমনা শেম্বা ফমুংদুদা চংলগা তুমখ্রে। নাওবা তুম্বা য়াদনা ময়াম্বনা লৌদুনা মতৈমা ওইরবী রানীগী মরমদা থৌনাইদনা খল্লুরি। অশোমদা রানীসু কান্নদবদা স্কুল তন্নিঙৈদা নাওবনা রোল নম্বর বান তারগা মানা রোল নম্বর টু তাখিবা; মরক-মরক্তা কমপিটিসনদা শৈরেং থীখিবা; মেত্রিক পরিক্ষা লোইরগা বা অমত্তা হায়গে হায়রন্নগা কোন্না মতাং চাবদা হায়রগে হায়খিবশিংদু মথং-মথং অসুম খন্দুনা লৈরে। অমুক হন্নক্রোইদবা ইনখৎলকপা মতমগী পুক্লিংদা নুংঙোনখিবা বারী কয়াদুনা মখোয় অনীমক তুম্বা য়াহ্নখিদে।

ঙাইহাক লৈরগদি উচেক খোংলক্রে। রানীদি ঙন্তা হৌগত্তুনা ইমুং মনুংগী থবক নোম্বা হৌখ্রে।

নাওবগা খম্বগসু প্রপ-প্রপ হৌগৎলগা চৎনবা মফি শেৎচিল্লি। মমাগী মনাক্তা চংলক্লগা — "ইমা! নচা অমুক চৎলুখিগে" অসি হায়না খুরুম্মী। মমানা মচাবু নুংশিনা বর পী। ময়াম্বা জিতেন্দসু দাদা চৎলুখিগে হায়রম্লে। পুন্নমক্তগী বীদাই লৌবদি লোইরে। হৌজিক্তি মতৈমা রানীদগী লৌগদবতা মঙাইরে। রানীসু নাওবনা মঙোন্দা বাহে অমত্তং হায়রক্লবদি খন্না ঙাইজরি।

নাওবা — "ইতৈমা! ননাও অমুক চৎলুখিগে?"

রানী থম্মোইদা বাহেদুনা দং লাউনা পানবগুম তৌখি। মিৎলুদা পিরাং শীন্থরক্কে তৌরকই।

"ঔ" হায়বদগী হেন্না বাহে অমত্তা হায়খিদে। থম্মোই মনুংদবুদি বর মশীংখঙদনা পীজপ্রবগুম তৌরে।

অসুম্না নাওবগা খম্বগা মখোয়না তোংলকপা মোটোরসাইকলদু খম্বনা স্টার্ট তৌদুনা থৌদোকখি।

মখোয়না ম্যেন রোদ হেক য়ৌবগা কোনাদুদা সিফাই গাড়ী অমা খান্নগা লৈরম্লে। গাড়ীদুদগী সিফাই খরসু কুমথবা হৌরম্লে। খম্বা খঙানদুনা মোটোরসাইকলদু মমায় লৈরগা মাইকৈ অমরোমদা থৌগে তৌই। সিফাইশিংদুনা চিংনবদগী হোলট হায়না লাওরকই। তাঙাদুদা গাড়ীদু স্টার্ট মুৎথোকপ্রে। মখোয় অনী গাড়ী হুন্দোক্রন্নগা তোঙান-তোঙান চেল্লি। সিফাই খরনা খম্বগী মতুং ইন্নদুনা তান্নখি। খরা অমনা নাওবগী মতুং ইন্দুনা তান্নে। ব্রেক্ক ফয়ার খরসু তৌখি।

নাওবদি চেনফম খঙদদুনা তুরেলদা চোংথগ্রে। ইরোইরগা তুরেলদু নাহোক্নবা কল্পা হোৎনরি।

শোমদা মখোয় থোকখিবগা নোংমৈ কান্নগী মখোল তাবদুদা নাওবগী মমা তোম্বী মচা শিরম্বা তারে খন্দুনা ময়ুমদগী মখোল হৌনা "ইমাগী ইবুংঙো। ইমাগী নাওবা" হায়না লাউর-লাউরগা চেনথোরকই। অসুম চেল্লকপনা মী খরা লেপ্লগা য়েংলিবা তোর্ব্বান তৌরক্রে। নাওবনা তুরেল ময়ায়দা ইরোইরিবদু উবদা তোম্বী মিহুল শুদ্রে। তেংথাদুনা কল্পা কপ্লি। সিফাইশিংদুনা ময়া খিগত্তুনা নাওবা শোয়দনা শিরগনি হায়না নোক্লি। নোংমৈ এইম তৌরগা নাওবনা তোর্ব্বান্দা হেক কাখৎলকপগা কাপকে খনবা মাল্লি। বানা ইরোইরিবা মীদু মাগী তার্গেৎ ওইনা উরি। মসি লমদমসিদা চলাইরিবা 'অফসপা' হায়বদুনা উহনবনি। জিতেন অমদি রানীসু মমাগী মতুং ইল্লরক্তুনা তোর্ব্বান্দা লোইনা থুংলরে। নাওবনা বানা ইরোইবদু উরগা জিতেন অমদি রানী মাগী নুংশিবা মনাও ওইবনিনা নুংশাশ্বর ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা লাই কল্পা নীংলি —
"হে ঈশ্বর ইবুংঙো! মাবু অমুক্তদি কনবীয়ু!"

মখোয়না নীংজবগা মমাগী বরগা নাওবা তোর্ব্বান য়ৌরে। বাবনসু মপুম থিংপগুম উরে, হৌগৎপা ঙমদ্রে।

সিফাই অমনা ট্রিগর শৎলগা নাওবদা কাপকে তৌই। জিতেন সিফাইদুদা নোংমৈ কাপ্তনবা হায়জরুই। জিতেনবু সিফাইদুনা বটনা শুদুনা ফুই। রানীসু মপুরোইববু কোন্দুনা ফুদনবা খাম্মী।

অতোপ্পা সিফাই অমনা অমুক নাওবদা কাপ্পবা ট্রিগর চিংই। তোম্বী মচা শিবা তারে খনবদগী সিফাইদুবু ইল্লুরে। সিফাইদু অত্তম্বদা ওম্বদুনা তুশিল্লে। অউবা মী খরদি নোক্লুরে। সিফাইদু হৌগৎলক্লগা অশাওবনা হেনমনখিবদগী তোম্বীদা ওনশিল্লগা কাপ্পদা তোম্বী নোংমৈ মরুনা পান্দুনা খুদক্তা মফমদুদা শিরে। মমাগী বরদগী নাওবদি উচিন-নাচিন্না নাম্নোক্তুনা তেনখ্রে।

তাং ১৪/৫/২০০৬

# ওজাগী ইমুং

ধীরেনবাবু অমদি সখিতোম্বী অনী য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নদুনা মচানুপী অনীগা মচানুপা অনীগা পোকই। ধীরেনবাবু স্কুলগী হেদ পন্দিত ওইবনি। মচা ৱারকপদা অমদি স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রি ৱারকপদা নোংমতা চৈনা ফুদুনা ৱারক্তে। ফজবা ৱাহৈ খোনফমদা য়াম্না থোৎনা-মেৎনা ঙাংদুনা ৱারকই। অঙাংশিং য়ুমদসু স্কুলদসু মানা ৱা ঙাংবা হৌখ্রবদি চেক-মোক লাওনদে। তুমিন-তুমিন মূম্না ওজা ধীরেন্না ঙাংলিবা ৱাদু তাহৌনবা হোৎনৈ। মসি ওজা ধীরেনগী তোপ-তোপ্পা মওঙ্নি। মানা মাগী য়ুমদা, স্কুলদা চুরুট, বীরি, ক্বানচিংবা অমত্তা শীজিন্নদবনা মাগী স্কুলদা ওজা ওইমিন্নরিবা কাংবুসু চুরুট, বিরি, ক্বা অমত্তা শীজিন্নদ্রে। চৌকিদার ফাওবা বীরি থক্ত্রে।

মানা পোকপা মচাশিং মতমগী পৈশা চংবা প্রাইভেৎ স্কুলদা অমত্তা তমহল্লক্তে। মানা ওজা ওইবা স্কুলদগী হৌখিবা ঙাক্তনি। মখোঙ শেংনা, মমুৎ তানা খঙহনবা হায়বসিনা খ্বাইদগী অহানবা তৌগদবা ছাত্রগী মথৌনি হায়বসিদা কন্না থাজজবা ওজানি। মাগী স্কুলদা মানা অহানবা পারা তম্বীখিবা মচানুপী খ্বাইগী অহল রাধা ঙসিদি কলেজগী ওজা ওইরে। মচা অতৈসু মাগী মাগী তোঙান-তোঙানবা সবজেক্টশিংদা মকোক-মথংমক তাদ্রবসু নীংথিনা চৎনবা য়াবা মহৈরোয় অমমম ওইরি।

নোংমা জুনগী তাং মঙা "ৱালর্দ ইনভাইরন্টমেন্ট দে" নুমিত্তা ওজা ধীরেন্না মচা মরিদা মাগী চাউরবা ইংখোলদা পুশিল্লগা মফম চাবা য়েংলগা মানা-মানা পামজবা মহয় পানবা উপাল অমমমগা লৈ পাম্বী অমমমগা থারুসি হায়দুনা হৌদোরকই। ইহান হানবদা ওজা ধীরেন্না মশাগী লৈ পাম্বী অমগা হৈপাম্বী অমগা থারে। মথংদা মচা মরিগী মমা সখিতোম্বীগী অমুক থাহল্লে। মচিন-মৌপ্পা মখোয় মরিগীদি মানা-মানা তিন্নবা মরুপ মপাংশিংগী য়ুমদা চত্তুনা হৈ চারা, লৈ চারা লৌরুবা য়াওই।

বজারদগী খরা তাংবা লৈরুবসু য়াওই। অসুম্না পুক্লিং চংনো শেম-শাদুনা মাগী-মাগী হে পাম্বী অমদি লৈ পাম্বী থাবা লোইরে। মপাইবুংঙো ওজা ধীরেনগী পাউতাক্তা হৈ অমদি লৈ থারগা তোকপা য়ারোই শোয়দনা হৌহনগদবনি হায়বা অরুবা বাফম অমসু য়াওরি। মখোয় লোইনমক মাগী মাগী হে অমদি লৈ হৌননবা কন্না হোৎনৈ। নীংথিনা শেন্নদুনা নুংত্তিগী ঙাইহাক্তং সেবা তৌবা লেপ্তুবনিনা হে অমদি লৈ ফজনা মপুং ফানা হৌরে।

রাধানা খল্লগা থাজখিবা কুন্দো পাম্বীদু শাত্তুনা রাধাগী লুহোংবগী লৈ পবেং লেংদুনা মপুরোইবা বীরেনগী ঙকশমদা লৈ হুকখ্রে। রাধানা মতমদুদা খঙ্খি — "ঐখোয়গী বাবানা লৈ থাউ হায়রমদ্রবদি ঐ ইশানা থাজবা কুন্দোনা ঐগী লুহোংবগী লৈপরেং লেংবা ফংলম্লোই।" কুমসিদি রাধানা লৈশারিঙৈদা জুন মঙাদা থাজরম্বা হৈনৌ পাম্বীদুসু মপাল শাত্তুনা মহে তম্বা হৌরে। অদুবু হৈশিংদু অয়াম্বা নৌরিঙৈদা কেনথ্রগা শুপ্নগী অমখক্তমক পাম্লে। মচে লুহোংথ্রবসু মচেনা থাজরম্বা হৈনৌ পাম্বীনা হৈনৌ অমখক্তং পানবদুদদি কযাদা মমল য়াম্বগুম খন্নরিবা! মপাসু মরক-মরক্তা হৈনৌদু কয়াম চাউরবগে, কেনবু কেন্নমগদ্রা হায়না চংদুনা য়েংই। মমা সখিতোম্বীসু মচাগী মশক য়েংবগুম হৈনৌদুবু নুংশিনা য়েংই। মনাও লাতাসু মচেবু নীংশিংলগা য়েংই। মৌপ্পা গোপালসু মচে শক্লা লুনা খঙ্জদুনা য়েংই। খ্বাইগী অতোম্বা প্রহ্লাদনা হৈনৌদু মী অতৈনা উদনবা মনাগী মরুমদা লৈশিল্লগা লোৎনবা হোৎনৈ। মখোয় অমত্তনা মুন্দ্রিঙৈদা হৈনৌদু হেক্লগা মতোমতা চাগে খনদে।

বাধা কুম থা শুদুনা অহানবা মচানুপা অমা পোক্লে। ষষ্ঠি নুমিত্তা মৌপ্পা প্রহ্লাদনা — "ইচে! নংনো থারম্বা হৈনৌদো শুপ্নগী অমখক্তং পাম্লি; ঐনা মদু মুল্লগা নংবু য়েংহনগে হায়দুনা কনামত্তা খঙহন্দনা মনা মরুমদা লোৎলি। চাউবদি ফনা চাউরে, মুনগদবদি খরা বাৎলি। মৌপ্পাগী বাদু তাবগা বাধাদু কযাদা হবাউজরিবা!

অসুম্না নোংম-নোংমা হৌখিবনা রাধা অঙাং উনবা থা ফারে। হৌজিক্তি মানা থারম্বা মপামগী ইংখোলগী হৈনৌ পাম্বীদা পানবা হৈনৌদু মমুল ফারে। ওজা ধীরেন মচানুপী রাধাবু মমাকনুপা ডাক্তর বীরেনগা পুন্না নৌনা ফংজবা মশু পুরগা নুংথিল ঙাইহাক কোইথোররুবা পাউ পীখ্রে। হায়নখিবা মতম চপ-চানা রাধা মচা পন্নগা ডাক্তর বীরেন্না থৌবা মারুতি কার তোংলগা মপাম য়ৌরক্লে। য়ৌরকপগা ঙাইত্তমদনা অঙাংদুনা মমা সখিতোম্বীনা পম্লে, মনাও লাতা, মৌপ্পা গোপাল অমদি প্রহ্লাদ পুন্নমক

অপোকপা ওজা ধীরেন্না তুং ইথং-থংনা হৈনৌ মখোগুদা হৈনৌ য়েংবা চংলকই। রাধানা মপামগী ইংখোলদা মপা ইবুংঙোনা তাকপীবা মতুংইন্না থবায় য়াওনা থাজরম্বা হৈনৌ পাম্বীদা হৈনৌ অমখক্তং তাংনা পাল্লগা মুনবদু মমিংথমক্লা উবদা কয়াগী মতিক নুংঙাইজখি। মেট্রিক পরিক্ষা হায়দোকপা নুমিত্তা ফংখিবা নুংঙাইবদুগা চাংদম্নবদা করিমত্তা খেন্নখিদে। মিৎলুদা নুংঙাইকগী পিরাং শীঙ্করকখি।

অপোকপা মপানা — "ইচাগী নরন্নি, নং হেকচরো।" হায়রকই।

— "বাবা। বাবাগী পাউতাক মতুংইন্না নচানা থাজখিবনি, নচাগী জ্বান্না থাখিবা নত্তে, বাবানা মতমদুদা তাক্লমদ্রবদি নচানা হৈনৌসি থারম্লোই; থারমদ্রবদি ঙসিগী উহৈসি ফংলম্লোই; ঐ মতম চুপ্পদা উহৈ থাবগী অমদি মহয় পাল্লকপগী নুংঙাইবা অনীমক অমত্তা ফংলমলোই। বাবানা হৈনৌসে হেকপীরো।"

মচানুপীগী বাহৈদু তাবদা পেঙ্গববা মপা ইবুংঙো ওজা ধীরেন্না হৈনৌদু হেক্লে। হৈনৌদু মমাদা পীরগা লাইনীংথৌদা কৎলুনবা তাকপীরে। মমা সখিতোম্বীনা শেংনা চামথোক্লগা লাতোন অমদা হাপ্লগা লাইনিংথৌদা হৈনৌদু খুরুমদুনা কৎলুরে।

অদুগী তুংদা হৈনৌদু মগুং-মগুং কয়া থোক্লা খায়রগা মখোয় ময়াম পুন্না চামিন্নখি।

তাং ১৫/৬/২০০৬

# ইমা

লাংলেন লাইরিক-লাইশুদা থবায় য়াম্না য়াওজরকপী মানা তম্বা খুঙ্গংগী স্কুলদুদা চহী খুদিংগী পরিক্ষাদা মকোক তারকপী ছাত্রিনি। অদুবু লাইবক থীবা থৌদোক অমদগী মানা মেত্রিক পরিক্ষা থারমদাইদা মাবু পোকপা ওজা ইবোপীশক লিম্না চিক্লুনা শিখি। মপা শিবনা মরম ওইরগা লাংলেন পরিক্ষাগী লাইরিক পাবদা পুক্রিং চংবা ভমখিদে। ইম্ফাল ময়োন্দা নুংভাই-য়াইফবা ইমুং অমদা পোকচরম্লবদি পুন্নমক্কী মকোক তাবা য়ারম্বনি। অদুবু শুপ্নগী সেকেন্দ দিবীজন্দা পাশ তৌরগা পেনজবা তাখি। মতমদু মাদি চহী তরামঙাদা ঙাইরি। মখোয়গী খুঙ্গংদা হয়ার সেকেন্দরি নথ্রগা এলেভেন ক্লাস তম্বা য়াবা কলেজসু লৈতে। মানা ফনা তমজনীংলবসু ইমুংগী ফিভম ফত্তবনা মরম ওইরগা মখা তমথবা ফংলোইদৌরে। অদুগী মতক্তা মাবু পোকপী মমাসু লাইরিক লাইশু হৈতবী খুঙ্গংগী নুপীনি। মদুগীদমক খনবদা লাংলেন থম্মোইদা তত্তনা কপ্পি। ফি খরা শা, লৌ খরা-শু তৌদুনা লেনবা তাবকই। মপানা ওজা ওইরম্বা এদেদ স্কুলদা মপাগী মহুত্তা ওজা ওইবদি যাগনি হায়না স্কুলগী হেদ মাস্টরনা হায়বীবম্মী। অদুবু চহী শুদবনা মতম খরদি ঙাইখিবা তারি। ঙাইনা-ঙাইনা লাইরিক মখা তমদনা লাংলেন চহী অহুম অরেম্বদা হৌহনখ্রে। মাগুম্বী মবুধি-মরৌশিং লৈরকপী নুপীমচা অমগী মফমদদি মতমসি কযাদা মমল য়ামখ্রবনো?

চহী অহুমগী মতুংদা থবক তৌবা য়ারে হায়দুনা মপানা ওজা ওইরম্বা মা মশানসু অঙাং ওইরিঙৈদগী তম্লকখিবা স্কুলদা লাংলেন ওজা ওইবে। ওজা ওইরবনিনা তলব খরদি ফংবা হৌরে।

মীওইবা হায়বসি পৈশা খরবু থোক্লে হায়রবদি হৌজিক কান্দা মচা-মমৌ ওইনীংদবা কনাসু লৈরমদ্রে। লাংলেনবুসু মমৌ ওইগে হায়বা খুঙ্গংদুগী মী মথং-মথং থোরকই। ময়ামদুগী মরক্তা অমত্তা পোকপা মশাসু পীক্লিঙৈদগী ইম্ফালদা

লাইরিক তমদুনা লৈরকপা দোরেনসু য়াওরে। মপাদু অন্তাং ওইরিঙেদা লাংলেনগী বাবা ইবোপীশক্তা তিন্নরকপা ওইবদুদা পীরসি হায়না য়ানখ্রে। লাংলেন্দি লাইরিক্তা থোইনা-হেন্না পুক্নিং চৎলকপনা খুঙ্গংগী পাখণ্ড-লৈশাবী কোইনবসু কয়া খণ্ডলক্তবনা মমানা হায়বদুদা অদুম য়ারে। ইম্ফালদা কুইনা লৈরম্বা দোরেন করি লমচৎ চৎলি, নিশা চাব্রা চাদব্রা হায়বসু অমত্তা থিগৎহৌদে। অমরোমদা দোরেন্দি দ্রগ এদিক্তা লাইচুরবা মীশক হায়বদু ওইরম্লে। অদুবু মরাইবক ফবনা খুঙ্গংদুগী মীনদি কয়া খণ্ডলমদে। লাংলেন মমানা হায়বা ইন্দুনা দোরেনগা লুহোংলে।

লুহোংবা লোইখিবা ইকুই-কুইদনা দোরেন লাংলেন্দগী পৈশা তানবা হৌরকই। ইম্ফালদা থবক থিরিবনি হায়দুনা তোয়না ইম্ফাল চৎলি। অহানবদদি লাংলেনসু মখুত্তা পায়বা পৈশা খর -খরদি পীরম্মী। খরা লৈরগদি মপুরোইবগী লমচৎ খরা খণ্ডবগুম তৌরক্তুনা মনেমবোক্তা ব্রাফমদু তাননবা হৌদোক্লুরে। জ্ঞান তাবা খরা ব্রাৎপী মনেম্না মচাবু লাকপদা ঙাইরিঙেদা বদনাম পীবীরে হায়দুনা মমৌবু তোঙান চারো হায়বীরে। মী য়াম্বা ইমুংসু নত্তবদুদা লাংলেন মপুরোইবগা তোঙান চারে। লাংলেন নোংম-নোংমগী দোরেনগী শেলহন পীবা বারক্লে। মানা পুরিবা স্কুলসু এদেদ স্কুল ওইবনিনা তলব ফংলক্তবা থা তরুক্রোম শুরক্লে। ডাউ য়াদবা মতম হায়গদ্রা মশাসু কুম-থা শুরক্তুনা অঙাং উনবা মতম য়ৌরক্লে। লাংলেন অপোকপী মমাবু ব্রাবৌরকই। মখোয়না দোরেনগী লমচৎ হান্ন থিগৎহৌদবদগী ঙসিগী অবাবসি নংলিবনি হায়না মমাদা নিন্দা তৌরকই।

মপুরোইবা দোরেনসু মোরে চৎকনি হায়রম্লগা য়ুমদা হল্লক্তবা হাপ্তা অমা ফারক্লে। মনেমবোক্লা নুপী ফত্তে, মবা-মপুরোইবা বারক্তে অমুক হায়বীরে। নুপা ময়ুমগী মীনা মাবু কয়া থৌশাবীদবদুদা মখুরা অমগা মমাগা তানদুনা ইম্ফালদা পুখত্তুনা হোসপিটালদা মচানুপা অমা পোক্লে। ষষ্ঠি নুমিৎ ফাওবা দোরেন য়ুমদা হল্লক্লে। তৌফম থোকপা অঙাংগী ষষ্ঠি মপা য়াওদনা শোল্লে। নুপা ফত্তবদা য়ুম পানবগী অবাবদো মরাল লৈজদবী লাংলেন্দা থোক্লরে। মপুক্লিং নুংশিদুনা কয়া কপচৈ। অদুবু মরাইবক্লনি খন্দুনা খাঙবা তারি।

দোরেন মোরেদা লৈরিঙেদা মমান্নবদগী য়ুম য়ৌবগা শিংগে হায়দুনা লুপা লীশীং অমা পুরকই। মমান্নবদুসু পৈশাদু ফংহৌনবা ময়ুমদা চংদনা দোরেনগা পুন্না

লাকমিয়ে। দোরেন য়ৌরকপগা মচানুপা অমা পমদুনা চাক থোংঙিবী লাংলেন্দা নৌনা পোক্লিবা মচাদুগী মরমদা করিমত্তা হৃংদনা লুপা লীশীং অমখক্তা পীযু হাম্না হায়রকই। লাংলেন্না পৈশা লৈতে, তলব ফংদবা থা তরুক ফারে, অঙাং যষ্টিগী চংখিবগা করিগা পৈশা পুংথরি হায়রম্বনি। অদুবু যষ্টিগী দানগী পৈশা থরদি শোয়দনা লৈরমগনি অমুক হায়রে। দানগী পৈশাদি য়াম্বসু নত্তে, অঙাংগী সনা মচেৎ অমত্তং লেপশিনবীনবা তোঙান থম্লি, মদুদি শোকপা ফত্তে হাযজে। য়াম্না ফরে, মদুগী শেনফমদু ওইনা পীরো অমুক হায়রে। লাংলেনসু থরা শাওরপ মদুদি পীবা ঙম্লোই ঐ হাপ্পীগদবদা ঙাইরে হায়রম্বনি। মচা পোকপা থা ফাজদ্রিবা ঈ নৌরিবা লাংলেনগী মমায়দা খুপাক্লা অমুক্তসু নত্তনা অনীরক থাদুনা ফুবীরে। দোরেনগী মতৌদুদা মপান্দা ফমদুনা ঙাইরিবা মমান্নবদু পৈশাগী ৱাফম হৌদোক্নমদনা অদুম্ন চৎখ্রে।

লাংলেন্দি গ্যাসতা মাগী চাক থোংনবা ঈশিং শাহল্লিবনি। কপ্না-কপ্না চাক থোংলরোই হায়দুনা গ্যাসতু মুথৎকে তৌরম্বনি। চফুগী ঈশিংদু শৌদুনা লৈরম্মী। চেগপ অমনা চপ্লগা ঈশিংদু থাংথে। কদোমদগীনো দোবেন লাংলেনগী মখুত্তগী চেগপু মুল্লগা চফুদু চপ্লগা অশৌবা ঈশিংদু লাংলেনগী মথক্তা হৈজিনগে তৌই। মাগী মতৌদুদা লাংলেন কিজদুনা অঙাংদু ফমুংদা থুনা থম্লম্লগা লাওর-লাওরগা ঐ শিরে, ঐ শিরে হায়না চেনথোরকই। মানা থোংদা খোঙ কানথোক্কে তৌরিঙেদা থোংদা পন্দুনা তুসিল্লে। দোবেন্না অশাবা ঈশিংদু লাংলেন্না তুবিঙেদো মমায়দা হৈজিল্লে। মখুৎনা ঙাক্লুবদা মখুৎ অনীদুসু পোক্লে। লাংলেন লৈমায়দা ৱাহদুনা তুদুনা লৈবে। মী অতৈসু লাউনবদু তাদুনা চেনশিল্লক্লুনা লাংলেনবু হোসপিটালদা পুনবা লাংই। ভান অমা ৱায়রুদুনা লাংলেনবু ইম্ফাল তানা হোসপিটালদা পুখ্রে। ফমুং মথক্তা লোংনা কপ্লিবা অঙাংদুনা মনেম্না পমহৌরে। পাউদু মথং-মথং তানরকপদগী মপামগী মী মযাম অমনা দোরেন থিরকপদা য়ুম্লোম্নবগীদা লোৎলম্লে। হৌজিক্তি, মাগী মীচং অমত্তা লৈত্রে। মীয়াম্না ফুবদা মকোক্তা পানফম চাদনা পানবদগী দোরেন শিবে। মী থরনসু মাদি শিজখিবনা হেন্না ফরে হায়নরবনি।

কেশ তৌনবগী মহুত্তা মচানা ওক্তবদগী থোকখিবা থৌদোক্নি খঙলবা মপানা মমৌগী অমদি মপামগী মরাল লৈতে হায়না ৱাফমদু তেনশিল্লগা লোইশিনখ্রে। দোবেনগী শোরাৎ কর্ম্ম লোইনা পাঙথোকখ্রে। লাংলেন্দি ফিভম্না য়াদবনা শোরাৎ

য়াওখিগ্রে। উনশাগী মরোল অহমলোম শোকখিবনা মফমশিংদু দাগতি চাউনা লৈবা তারে। থা অহমলোম হোসপিটালদা লৈরুরবা তুংদা লাংলেন য়ুমদা পুথরক্রে। লাংলেনগী শকফমদো মী অমা ওইনা হিংবেদা অরাবগী শকফম ওইরে। মমায়দু তাংখায় অমদি য়েংবা য়াদনা ফিভম শোইনাইরে। মখুৎসু অনীমক কাথেকপা য়াওরে। পোৎ পায়বদা বেন্দেজ কুইনা পুন্নুবনা পারবা নুংঙাইত্রে। মহাক শিরশিরা কাওবা খল্লুরবনি। অদুবু পীক্লিবা মচাবুদি নুংশিরি। মা মচাগীদমক খল্লগা হিংনীংলি। মমায় খুল্লগা শাংলবা পুন্সি অমা মীয়াম মরক্তা রানা হিংবা তারি।

লাংলেন মমানা হায়বদগী মপামদা হল্লক্তুনা লৈরে। স্কুল অমুক কাবা হৌরে। অদুবু ফি অমনা মকোক খুল্লগা চৎলি। ছাত্র-ছাত্রিশিংদুনা লাংলেনগী লোৎলিবা মায়থোংদু উনবা, য়েংনবা হোৎনবসু য়াওদবা নত্তে। মুশুক-মুশুক ঙাংনবদুনা মাগী থম্মোইবুসু অমুক্কা হেন্না কায়হল্লিবনি।

পীক্লা মীরোল খঙদনা লৈয়ু হায়বদি য়াদবনা উ চারানা নোংম-নোংমগী চাউবা হেনগৎলকপগুম লাংলেনগী মচা দোরেনগী ঈনা থা তরা মমাগী গর্ভদা নাওপুদুনা পোকখিবা অঙাংদু ঙসিদি চহী মঙা হায়রক্রে। মমিংনো রাজু হায়না থোনবীরে। মমানা মচাবু স্কুলদা মিং চনবীদুনা লাইরিক তম্বা হৌহল্লে।

লাইরিক ফরকপা মমা লাংলেনগী কোক্তু মচা রাজুদসু চপ-চানা হৈজিন্নুরবোই, তাকপগা খঙবগা খঙবনা হানবদুদা লাংলেন মচাবুদি ফজনা শেমগে খঁজ্রে। মাগী ফিভম শোয়রবা শাকফমদুনা মীমাঙ থোকপা রারবসু মচাবুদি মী অমা ওইনবা শেন্নমগে হায়বসি মাগী অচেৎপা রাখলনি। মচা রাজুসু নোংম-নোংমগী জ্ঞান মপুং ফারক্লবনিনা মমাগী মীমান্নদ্রবা শকফমদু উবদা মীমাঙদা মমাবু পুথোক্লীংদে, ইকায়বা পোক্লকই। নৌনা শক খঙনবা মমান্নবশিংগী মমাঙদা মমাবু মাগী মমানি হায়বদা ইকায়জবগুম্বগী রাখল তোয়না লাক্রে। মমানা মচাবু নবদয়া বীদ্যালয়দা মিং চন্নবা পরিক্ষা য়াওহনবদা খল্লক্তুনা রাজু নবদয়া বীদ্যালয়গী স্কুলদা ক্লাস সিক্সতা মিং চল্লে।

চহী অনীগী তুংদা গোপেন কৌবা অতোপ্পা খুঙ্গংদগী অঙাং অমগা লুনা তিন্নদুনা নোংমা ছুটি নুমিত্তা গোপেনখোয়গী য়ুমদা চৎলুই। মখোয়দি ইনাক খুনবা, অচৌ-অশাংগী ইমুং ওইরম্মী। গোপেনগী মমাগা বাবাগনা য়েঙ্গাং হাউনা থোংদুনা

পীজ-পীথক তৌরকই। রাজুনা মখোয়গী ক্লাসকী ময়ামগী মকোক ওইহনদুদা গোপেন্না মাবু তিন্ননীংবনি। গোপেন্না মাগী বাবাদা রাজুবু থাগত্তুনা রাজুগী লাইরিক ফম্বগী মরমদা তম্মী। রাজুসু গোপেনবু নোংমা ছুটিদা মাগী য়ুমদা অমুক্তং পুগে খল্লি। নোংমা মখোয় অনী ছুটি নুমিত্তা হৌনরগা রাজুখোয়গী য়ুমদা অমুক লাকই। লাংলেন মচাশিং চানবা ঙাকা লৈরুদুনা থোংলগা হাউনা পীজনবা হোৎনৈ। অদুবু চাক চাবা হৌরকপদা রাজুগী মমা লাংলেনগী মৈনা পোকখিবগী মায়গী দাগ অমদি মখুত্তা মৈনা পোকপদগী দিসফিগর ওইরবা খুৎশাশিংদুনা থাবৈ পায়রগা য়েঙ্খাং হাপ্লকপদু উরুবদা গোপেন হঙ্গোইবা পোকখিদুনা চাক চাদনা মখুৎ হাল্লগা তোকখ্রে। মচাগী মমান্নবগী মতৌদুনা লাংলেন থোইনা ইকায়জে। মঙোন্দগীদি মচা রাজুনা হেন্না ইকায়জখ্রে। য়াম অমত্তা ঙাংনদনা রাজুগা গোপেনগা নবদয়া স্কুলদা হনখ্রে। নুমিত্তুদগী গোপেন রাজুগা তিন্ননীংবা পোকখিদ্রে। রাজু অহীংচুপ্পা তুমদনা নুংঙাইতবা বাখলতনা অহীংদুমা লোইখিবা খঙহৌদে। গোপেনসু মাবু উরগা মমায় লৈদুনা চৎলে। মানা অতৈ মমান্নবশিংদা রাজুগী মমাগী মরমদা তন্নমগত্রা হায়বদি খঙদে। রাজুনা খল্লি — "ঐগী ইমাগী মশকসি করম্না অসুম্না ওইখ্রিবজাংনো? অদুগা ঐগী ইমানা মশক থীরগা করিগীনো ঐগী মরুপ্পা ঐবু তিন্ননীংদ্রিবা? ঐ ঐগী ইমাদা মাগী অশোয়বসিগী মরমদা করম্না ওইখ্রিবনো হায়বসি হংবা ঙমগত্রা?"

রাজু মেট্রিক পরিক্ষা ময়া য়ৌশিল্লক্লে। নোংমা মমাদগী পরিক্ষাগী বব নিবা লাকই। নুমিৎসিদা রাজুনা মমাদা মতম কুইনদগী হংনীংদুনা লাক্লবা বাফম অমা চাক চারিঙেদা হংলকই।

— "ইমা! নচাবু বারৌবীগনু! ঙসি নচা ইমাদা বাফম অমখক্তা হংজগে? ইমাগী মায়দা অমদি খুত্তা লৈবিবা দাগশিংসে করম্না ওইখ্রিবনো?"

মচাগী বাহংদুনা মতম কুইনা মংদুনা লৈরুববা নোংগী মপৈ অমা খঙহৌদনা চুথরকপগুম থোক্লরে। লাংলেন মচাগী বাহংদুগী পাউখুম পীনবা হোৎনবদা হৌখ্রবা পুল্লিগী ফজদবা ইমুংগী বাবীদু লীদবা যাখিদ্রে। মমানা কপ্না-কপ্না লীরকপা বাবী তাকবা মতমদা বাজু মমাবু কোল্লগা নোংখোংবগুম মখোল থোক্লা মমা-মচা কপমিন্নখ্রে। মমাগী বাহৈদা — "ঐ নংগী বাবানা শিবা মতমদা ঐসু শিবা য়াবন্নবনি, অদুবু ইচাবু কনানা তাইবংসিদা নুংশিনা মমা শক্তুনা য়োকপীরক্কনি খল্লুবদা ইমা শিবা ঙমখিদবনি, ইমানা ঙসি হিংলিবসিসু ইচাগীদমক্তনি।"

রাজু — "ইমা! সংসারসিদা লৈরিবা মমা কোটি কয়াসিগী মনুংদা নচা ঐগীদমক্তি ইমানা খাইদগী হেনবীনি। নচানা হুয়েং খণ্ড-হৈবা ডাক্তর অমা ওইরগা মালেম শীনবা থুংনা চত্তুনা থিজিল্লুরগা ইমাগী নাক্তা লাক্তুনা ইমাবু লায়েংলগা হান্নগী ফিভমদা অমুক পুরক্লবা নচাবু বর পীবীয়ু! মসিনা নচাগী লেংদ্রবা পুক্নিগী বাশক ওইজগে ইমা!"

মমানা মচাবু নুংশিনা লাইবক্তা চুপ্পীরগা ইচাগী নীংবা থুংজরো হায়না বর পীবীখি।

রাজু নুমিত্তুদগী মমাগী বর লৌরগা লাইবিক্তা পুক্লিং চংখিবদগী মমান্নবা অমত্তা তিন্নখিদ্রে। চহী অদুমক্কী সি বী এস সিগী মেত্রিক পরিক্ষাদা গুৱাহাটি জোনগী ওইনা রাজুনা ফার্স্ট তারে। ডুরদর্শনগী কাংবুনা পাউ লৌবা লাকপদা লাংলেন লোক্তুনা লৈখি। মচা মতোমতা মানা খনবা অমদি নীংবা ৱাফম খরা ফোংদোকখি। পাউদু টি ভিদা থারকপা মতমদা লাংলেন মচাবু উরগা নুংঙাইজগদবা পুংফমদুদা থম্মোই শোক্লা কপচখি।

রাজু পুক্লিংদা অচেৎপা থাজবা অমগা লোইননা মথং-মথং চহী খুদিংগী লেপ্তনা হোৎনরকপনা পরিক্ষা খুদিংমক্তা মাকোক্তা তাদুনা মণিপুর পুম্বগী মিংচৎ পুরকখি। ডাক্তর তম্বা ফংদুনা এম বী বী এসতা ফার্স্ট তারবা মতুংদা মখা তানা প্লাস্টিক সর্জরিদা স্পিসিএলাইজ তৌরগা অমেরিকাদা চহী অনীরোম লৈরুরবা মতুংদা ভাবতকী মমিং লৈরবা দিল্লিগী এইমসতা থবক জোইন তৌরগা অপোকপী মমা লৌবা মণিপুরদা লাকই। মমাবু মফমদুদা পুরগা প্লাস্টিক সর্জরিগী লায়েং চৎথদুনা ওপরেসন মথং-মথং পাংথোক্তুনা মমাগী মমায়, মখুৎ পূন্নমক হান্নগী মওংদা লোইনমক শেম্বা লোইরে। মমাবু পাক্লবা মিংশেল অমগী মমাঙদা লেপহল্লগা অমুক্তং নোকহনগে খন্না কা অমদা পুশিল্লকখি। অদুবু মমা লাংলেন নোকপগী মহুত্তা মচাবু নুংশিনা কোল্লগা পুক্লিং পেন্না কপচখি।

"ইমাগী ইবুংঙো! ঈশ্বরনা ঐখোয় মীওইবগী মাঙনবা খক শীনখিদেনে! নংবু পোকপা বাবানা কা হেন্না ফত্তবগী শায়োন অমা লৌবগা নংবু ঙসিগী থাকসি য়ৌনা পুখৎলক্লবা লম্বী অমদি শীনবীরম্মী। মসি নংনা ঐনা হেক্তা শীল্লুবা ঙম্বা নত্তে। কবিগুম্বা নংগী বাবানা ইমাগী মায়দা, ইখুত্তা ঈশিং অশৌবদুনা হৈজিল্লমদ্রবা,

ইমাগী অথীবা শকফমদু ইচানা উরমম্রবা নং নীংবো কায়রম্লোই, ইচানা নীংবো কায়খিবদুনা অচেৎপা লাইনীং ওইরগা ডসিগী ইচাগী থাকসি য়ৌনা কারকখিবগী মবল্লি। নংনো ইমাগুম্না মরাইবক থীরবী, থীরবা কয়াবু শোয়দনা নৌনা মোমোন মীনোক তমহনবা গুম্লগনি। ডসিদি ইমা ইচা পোকচবগী মহয় য়াম্লে।

তাং ২১/৬/২০০৬



—ঃ লোইরবা ঃ—